# থাজথবী

## DAATTA



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

ছন্দোকচবা

মধুমণি

ফোংঙবী—
শ্রীমতি এল: সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল।

শেমদোক্লবা খুৎনম
১৯৮৬ ইং



কোপী মশীং
লিশিং অমা

মমল
লুপা ৩৮

নম্ফম :— দেঘলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

লৈখিদ্রবা অপোকপা

৺বাধামোহন শর্ম্মাগী

থুয়া থন্বালদা কচ্চবি।

## য়াহৈ খরদং

মুপীগী লমচং-শাজং য়েকপদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা মীয়াম্মা শকখঙনরবা উপন্যাসকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাস 'দত্তা' ( থাজগ্রবী ) মৈতৈলোন্দা হন্দোকুনা মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি। অসিগুম্বা মমিং লৈরবা অইবা অমগী লাইরিকপু মশাগী লোন্দগী অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা হায়বসিমক থোইদোক্লা অরান-অহুই, অশোয়-অঙাম্নগী শকওং-শাদা লৈতবদি নত্তে। অনুমকপু উপন্যাসকার অসিনা পীরিবা মহাও অদু পামজরবনা লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবনি।

লাইরিক অসি অহানবা খুংনমদা খুদোং চাদবা খরদগী মতাং খরদা তেনশিনবা লোংনখি। মতু হন্দকী খুংনমসিদা য়ারিবমথৈ শেমদোকুনা হান্নদগী লামায় খরা হেনগৎনা পুথোকচরি।

হন্দকী খুংনম অসিদা তেংবাংবিখিবশিংগী মফমদা থোল্লক্লা তৌবিমল শংবা উংচরি।

হন্দোকচবা —

অমং

মতম অহুগী হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলগী হেডমাষ্টরবাবুনা বিদ্যালয়গী র.নি হায়না লৌরিবা নুপামচা অহুম অহু তোংঙান তোংঙানবা খুঙ্গং অহুমদগী নুমিং খুদিংগী নুথক অমগী লম্বাদা মখোঙনা লাইরিক তম্বা লাকই। মখোয় অহুম নুংশিনবগীদি করি অমুক হায়রগনি। অসিগুম্বা নুমিং অমত্তা লৈখিদে, মরুপ অহুম অহুনা স্কুলগী লম্বীদা হৌরিবা মশম জুম জুম য়াম্বা খোংনাং মট পাম্বীগী মখোঙদা পূন্নদনা। স্কুলদা চংলকপা। মখোয় অহুম্মকা য়ুম হুগলীগী নোংচুপ্তা লৈ। জগদীশদা সরস্বতী থোং লান্দুনা দিবড়া খুঙ্গংদগী লাকপনি, অহুগা বনমালী অমস্তুং রাসবিহারীনা থংনবদা লৈবা কৃষ্ণপুর অমস্তুং রাধাপুর কৌবা খুঙ্গং অনিদগী লাকপনি। জগদীশ খ্বাইদগী হেন্না অকবা অঙাং ওইবগুম মাগী ফিভমস্তু খ্বাইদগী হেন্না খুদোংচাদে। মপা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমনি। যজমান চাহুনা, লুহোং-খোংদোং তৌহুনা অমস্তুং লাইনিং নৌবিহুনা য়ুম পুই। বনমালীদি ফিভম কৈ। মাগী মপাবু মীনা কৃষ্ণপুরগী জমিদারনি হায়নৈ। রাসবিহারী-খোয়গীস্তু চংনবা য়ানা কৈ। য়ুম-ইখোল, লৌ-শীং, পুখ্রি, বাগান খুঙ্গংদা লৈবদা য়াইফবা ইমুং হায়নবা পূংমক চপ চানা লৈ।

পুম্নমক অসি লৈহৌনস্থ নুপামচাশিং অহু করিগুম্বা সহর অমদা লৈক্ষম ভাড়াদা লৌহুনা লৈরুবা তৌদনা কুম্বি-কালেন খায়দনা, নোংজু-নুংশা থিদনা, অশিং-অৱান থা কোক্না থেংহুনা অহুক লাপ্পা লম্বীহুদা মখোঙনা নুমিং খুদিংগী ময়ুমদগী স্কুল কাথোক-কাশিন তৌই, মহুগী মরমদি মতম অহুগী কনাগুম্বা মমা-মপা অমত্তনস্থ অঙাংশিংনা খুদোংচাদবা শরুক যারিবা অহুবু খুদোংচাদবনি হায়না খনবা ঙম্মরমদে। থোইদোক্লহুম খম্নরম্মী, অৱাবা খজিক্কং অসি ফাওবা থাংবা ঙমদ্রবদি সরস্বতীনা চানবিরোই। অহুগী মরম ওইনিংবা ওইজসনু, অস্থুম্না তৌহুনা নুপামচা অহুম অহু এন্ট্রান্স পাস তৌরে। খোংনাং বট মখোঙদা ফম্নগা মশম জুম জুম য়াম্থরিবা খোংনাং বট অহুবু সখী থমহুনা মরুপ অহুম অহুনা নুমিং খুদিংগী অস্থুম্না ৱাশকই, 'পুন্সিদা করিগুম্বদস্থু মখোয় কায়নরোই, করিগুম্বদস্থু লুহোংলোই অমস্থুং উকিল ওইরগা মখোয় অহুম য়ুম অমদা পুন্না লৈমিন্নগনি; মখোয়না তানবা শেল পুম্নমক উপু অমদা তুংশিনগনি, অহুগা মহুনা লৈবাক্কী ওইবা থবক্তা শিজিন্নগনি।'

মসিদি ফৌগ্রে অঙাং ওইরিঙৈগী কল্পনা; অহুবু কল্পনা ৱাংমদা লৈবহু, তশেংবমক্নি, মহু মমৈথংদা করমতৌনা ওইরকপগে মহুমক তমজগে। মরুপ ওইবগী লিপূন অহানবা ওইনা বি-এ ক্লাসতা নাম্হোকগ্রে। কলকাতাদা মতমহুদা থোইদোক্না কেশব সেন ফাওগংলকই। বক্তৃতা পীবদা অকনবা লিচিং অমা য়াওই। লিচিং অহুদা খুঙ্গংগী নুপামচা অহুম অহু খঙহোদনা থুখিহুনা

নাম্বোকপা ছেমখিদে, তাউথখি। তাউথগ্রে হায়বা য়াই, অহুবু বনমালী অমস্তং রাসবিহারীনা ফোংনা দীক্ষা লৌহুনা ব্রহ্ম-সমাজদা তীনখিবা অহুগুম্বা জগদীশতি তীনখিবা ছেমখিদে—হল্লানখি। মহাক ময়ামদগী মীথোই-মীহেনবা ওইদি হায়ববু থম্মোযদি য়াম্না শোল্লি। মাগী মপা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত মতম অদু যাওবা হিংলি, অহুবু মথোয অনি অহুদি অহুগুম্বা খুদোংচাদবা অদু 'লবমদে। মতম খরগী মমাংদা মপাবুং নোংঙ্গাগ্রবনা বনমালীনা মতম অহুদা কৃষ্ণপুরগী জমিদাব ওইরম্মী, অহুগা রাসবিহারীনা মখোযগী রাধাপুরগী সম্পত্তি পুম্নমক ফংহৌই। মতৌ অস্তুম্বা মতম খরদংগী মতু দা মকপ অনি অহুনা ব্রাহ্ম-সমাজদা লুহোংহুনা ম গী মাগী নুপী পুহুনা ময়ুমদা হল্লকই। অহুবু লাইরবা জগদীশতি মহুগী খুদোং অদু ফংলমদে। মহাক্কি মতম চানা আইন পাশ তৌবা তাখি, অহুগা ব্রাহ্মণ অমগী চহি তরা-মাথোইদা ছাইবিবী মচানুপী লুহোংলগা শেল তাম্নবগীদমক্তা এলাহাবাদতা চংপা তারম্মী; অহুবু মবৈবাক্তা লৈহৌবিবা মখোযনা কলকাতাদা লৈবিরৈদা থোইদোক্লা লায় হায়না খল্লম্বা ফীরম অদু খুঙ্গংদা হল্লকগদি থোইদোক্লা লুনা থোকই। মৌনা মপুরোইবগী ময়ুমদা লাক্লগা মকোক খুমদে, থোঙউপ-মোজা তাংহুনা লমজাওদা থোকই—নোক্লিংঙাই ওইবা মতৌহু য়েংগদবগী খুঙ্গং কয়াদগী মী কয়া কযা লাকই অমস্তং খুন্দিম্নহুনা অস্তুক চাউবা রাথোক অমা ওইগ্রে মহুদি, তশেংনা উপায় লৈতবমক নগ্রদি কনাস্থ নুপীগা লোয়ননা মফমহুদা অমুক লৈবা ছম্নোই।

বনমালীগী উপায় লৈ ; মরম অসিনা মহাক খুঙ্গং থাদোক্লুনা কলকাতাদা লৈগ্রে ; জমিদারীদগী পাম্বৈতনা হিংনবা হোৎনবা তৌদনা মহাক ললোনবা হৌখ্রে। অদুবু রাসবিহারীগীদি আয় য়ামদে। মরম অদুনা মহাক মাগী নুপীগা লোয়ননা ময়াংগা চংনদনা করিগুম্বা মওং অমদা ময়ুমদা অদুম লৈ। মতৌ অসুম্না মরুপ অহুমগী মরক্তা অমনা এলাহাবাদতা, অমনা রাধাপুরদা অদুগা অমনা কলকাতাদা লৈখিদুনা উমু অমদা শেন তুংশিল্লগা লৈবাক কনগনি হায়বা রাশক অদু অহানবা ওইনা খুপচায়রে ; অদুগা সাক্ষী থমখিবা খোংনাং বট পাম্বী অদুনা কনাগী মায়োক্তসু করিগুম্বা রাকং অমত্তা থাংগৎলকপা তৌদনা তুম্মিন্না মপুক্লিংদা নোক্লিমাল্লে। মতৌ অসুম্না থুনিং কয়ানি হৌখ্রে। মরক অসিদা মরুপ অহুম অদু করিগুম্বদসু শুপউ উৎনখিদ্রে, অদুবু অঙাং ওইরিঙৈদা চান্নখিবদু পুন্নাং-মাংখিবদি তৌদে। জগদীশকা মচানুপা পোকপদা মহাক্না বনমালীবা নুংঙাই-পাউ পীরদুনা এলাহাবাদতগী ইরকই, 'নহাক্কী নচানুপী পোক্লবদি মাবু ইমৌ ওইদুনা অঙাং ওইরিঙৈদা তৌখিবা পাপ অদুগী প্রায়শ্চিত খরা তৌগনি। নহাক্কী থোজালমক্তনা ঐ উকিল ওইদুনা নুংঙাইনা লৈরিবনি, রাকম অসি ঐ করিগুম্বা নুমিৎতসু কাউদে!'

বনমালীনা মদুগী পাউখুমদা ইরকই, 'কৈ। নহাক্কী নচানুপা পূন্সি-নুংশাংবা ওইসনু ; অদুবু ঐগী ইচানুপী পোক্কনি হায়বগী করিগুম্বা আশা অমত্তা উদে। অদুম ওইনমক করিগুম্বা ঈশ্বরগী

নোংদমদগী ইচা নুপী পোকপা থোক্লবদি মঙোন্দা থাজগনি।' চিঠি ইরগা বনমালীনা মপুক্লিংদা নোক্লকই। মরমদি চহি অনিগী মমাংদা মাগী অতোপ্পা মরুপ রাসবিহারীগী মচানুপা পোকখি, মহাক্কুস্থ মতমহুদা অস্থম্নমক হায়জরকখি। ললোনবদগী বনমালী হৌজিক অচৌবা ঈনাক-খুনবা অমা ওইরে। ময়াম্না মাগী মচানুপীবু মমৌ ওইনিংলি।

## অনি

থা মঙা তরাগী রা নঙে, চহি কুনমঙাগী মতুংগী রারী তমজগে। বনমালী অহল ওইরে। চহি কয়াদগী নাহুনা কমুংদা চংজকম লৌহনা লৈরক্লি, অমূক হৌগংলক্কনি হায়বা থাজদ্রে। মহাক পূন্সি চুপ্পা ঈশ্বরবু কাউদে অমস্থং ধর্ম্ম কায়দনা চংলি। শিবদা মাগী অকীবা লৈতে। শুপ্পগী অমঙা পোকচবী বিজয়া লুহোংবিরম্নবা মতম কংদ্রে খল্লুবতদদি মথরায় খরা নুংঙাইতে। নুমিং অহুগী নুংথিল নুমিদাংরাইদা বিজয়াগী মথুং পায়শিন্দুনা হায়রকই, "নুপীমচা, ইচানুপা লৈতে হায়বগীদমক ঐ করিস্থ নুংঙাইতবা তৌদে। নঙনা ঐগী পুম্নমক্লি। হৌজিক নহাক চহি তরানিপাল মপুং ফাদ্রি, অহুবু নৌরিবা নঙগী নথক্তা ঐগী অস্থক চাউবা সম্পত্তি অসি নল্লমহুনা চংপদস্থ ঐগী চিংনবা শুপ্লে লৈতে। নঙগী নমা লৈত্রে, নবুং-নৌপরা কনা লৈতে, নখুড়া-নপল অমা ফাওবা লৈতে। অহু ওইরবস্থ ঐনা তশেংনা

খঙই, ঐগী পূম্নমক লেংদনা লৈহৌরগনি। চুম্না রাকম অমত্তংদি নিংশিংলমগে নুপীমচা, জগদীশনা তৌনিংবা তৌজসনু, অদুগা ওইনিংবা ওইজসনু, মহাক ঐগী অঙাং ওইরিবৈগী মরুপ্নি। শেন্দোল শিংলক্তে হায়দুনা মাগী মযুম ইংখোল কৈদৌঙৈদস্ম লৌশিল্লুগনু। মাগী মচানুপা অমা লৈ— মাবু ইমিৎমক্তদি উদ্রি, মহাক অফবা অঙাংনি হায়না তাই। মপাগী মরালগীদমক মাবু তান্থোকউগনুকো নুপীমচা, মসিনি ঐগী অরোইবা হায়নিংবা।"

বিজয়ানা পীরাংনা ঙ্কনগংলবা খোঞ্জেলনা হায়বকই, "বাবা, নহাকী য়াথংবু ঐনা করিগুম্বা শুমিংতস্ত থেওইদবা তৌজরোই। জগদীশবাবু হিংলিবমখৈ মাবু ইপামক্লি খন্না ঈকাইখুম্নগনি। অদুবু মহাক নৈখিদ্রবা মতুংদদি সম্পতি পূম্নমক্ত অরেম্বদা মাগী মচানুপাদা কৈদৌনা থাদোক্কদগে? মাবু নহাক্না ফাওবা করিগুম্বদস্ত উখিদ্রি, ঐস্তু উদ্রি। অদুগা করিগুম্বা মহাক তশেংনা লাইরিক হৈরম্নবদি য়াম্না লায়না মপানা তোল্লম্বা শেন্দোল শিংদোকপা ঙমগনি।"

বনমালীনা মচানুপীগী মাইথোংদা মিৎয়েং থম্লদুনা হায়রকই, "শেন্দোলদি য়ামদবা নত্তে নুপীমচা। মহাক অঙাংনি, মানা করিগুম্বা শিংবা ঙমদ্রবদি?"

মচানুপীনা পাউখুম পীরকই, "মপানা তোল্লম্বা শেন্দোল শিংবা ঙমদবা মহাক অদুদি কান্নদবা মচানি বাবা, মদুবু য়োক-খংলুবা চুম্লোই।"

বনমালীনা ম'গী লাইবিক হৈবরী, মতিক 'লরবী মচানুপীবু মুণা খঙই। অদুনা অমুক তকশিল্লুবা তৌদ্রে; শুপ্নগী নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়লকই, থবক-থানা পূম্নমক ঈশ্বরবু কোকথক্তা থম্লগা থৌদাং ওইবা অহ্ তৌ নুপীমচা। নঙোন্দা থোইদোকপা কবিগুম্বা রা হায়বমতুনা ঐনা পূনশিল্লম্বা পামদে।" অসি হায়রগা ঙাইহাক তুম্মিণা 'ল, অমুক হন্না নুংশা মপী অমা হোন্দোক্রগা হায়রকই, "খঙই নুপীমচা, জগদীশ অসিনা মী অমগী মতৌগুম মা ওইবিগে মতমতুদা, নঙবু মাগী মচানুপাগী মি পন্দুনা পীধু হায়খি। ঐস্থু নুপীমচা, যাথং থাদোকখ্রবনি।" থসি হায়রগা মহাক্না লাংতক্লবা মিংথেংনা য়েংলকই।

মাগী মচানুপা অসিবু অঙাং ওইবিগেদা মমা কায়নখি হায়তুনা মকাক্না মচানুপীগী মমা-মপা অনিমক শক্লা য়োক্লক্লিবনি। অদুনা বিজয়ানা মপাগী মফমদা মমাদা ওইনবগুম ওইনজবদা করিগুম্বা নুমিৎতম্থু চিংনবা পোকখিদে; হায়রকই, "বাবা, নহাক্না মঙোন্দা শুপ্নগী চিন্নবান থোংদা যাথং পীখিবতনি, নহাক্না থম্মোয়না য়াথং পীখিবদি নত্তে।"

"কবিগীনো নুপীমচা?"

"মদু পীথোকখ্রবদি ম'বু অমুক্তম্থু মশক য়ে নিংলম্লোইদ্রা?"

বনমালীনা হায়বকই, "বাসবিহারীগী মফমদগী তাখি, নুপামচাদু মমাগুম শোন্দম-নান্দম্মী— অদুদা নঙং ডাক্তরশিংনা ফাওবা মহাক মপুন্সি শাংবগী কবিগুম্বা আশা অমত্তা লেত্তে হায়মাল্লে, অদুনা মতম অদুদা মহাক ইনাক নক্লা লেহুনম্থু মশক

অমুক্তা ফাওবা য়ে'নিংলুদবনি। কলকাতা সহর অসিগী মক্কম অমদা লৈহ্না মহ'ক মতমহ্দা বি-এ তম্রম্মী। অদুগী মতুংদগীদি ইশাগী অনা-অয়েক কয়ানা রাখম অহ্ অমুক খল্লুবা ঙমখিদ্রে; অদুবু হৌজিক উরে. মহুমক্তা ঐগী অচোবা অমাংবা অমা ওইখ্রে নুপীমচা। অদুম ওইনমক নঙোন্দা শেংনা হায়বি-বসিনি বিজয়া, মতম অদুদা জগদীশতা নঙগী মবমদা ঐগী থম্মোয়গী ওইবা য়াথং পীথোকপ্রবনি।" ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "ঙসি জগদীশপু ময়াম্না খঙনরি—থবক শুনিংদবা, জুয়াড়ী, য়ুথকপা, মীরেম্মি; অদুবু জগদীশ অসিমক নোংমা ঐখোয়দগী হেন্না মীথোই-মীহেনবা অমা ওইরম্মী। বিদ্যা-বুদ্ধিগীদমক্তা হায়বা নত্তে নুপীমচা, মহুদি অযাম্বগীম্ভু লৈনৈ; অদুবু থম্মোয় য়াউনা নুংশিবা খঙবা মাগুম্না মীশক বনাম্ভ ঐ থক উখিদ্রি, নুংশিবা অদুমক্তা মাগী কাল ওইখি। মাগী নুপী শিখিবদা মহাক নুংঙাইতবনা অঙাওবগী পাংখক ওইখিবনি হায়বা হেক নিংশিংলুবা মতমতুমক্তদা নঙগী নমাগী রা নিংশিংলকই, অহ্না ঐদি নুপীমচা, মাবু পুক্রিংদা নোল্লুক্তবা ঙমদে। মাগী নুপী অহ্দি সতী-লক্ষ্মীগী মশক্তি। মহাক্তা শিরমদায়দা নরেনবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হাযবম্মী, 'নুপামচা, শুপ্নগী আশীর্বাদ অসিতমক তৌবম্নগা চংপা তারে, ঈশ্বরগী মফমদা থাজবা নঙগী থম্মোয়দা লেংদনা লৈবা ওইসনু।' তাই, মমাগী অরোইবা আশীর্বাদ অহ্ অরেম্বদা মাংদে। নবেন্না অদুক অঙাং ওইনা ঈশ্বরবু মাগী মমামক্তী মতোঙ্গুম নুংশিবা ঙমখি। মসি ফংলবা মহাক অদুগী অরাংপা সংসাবদা করি লৈখিগদগে নুপীমচা?"

বিজয়ানা হংলকই, "মচুমক্তনঃ সংসারদা খাইদগী অথোইত্রা খাবা ?"

শিগদোরবা অহল অচুগী কংলবা মমিংঙ্গা ঐরা চেল্লক্লে। থওহৌদনা মখুং তিংথোরক্লগা মচানুপীবু মখাদা কোনশিনখ্রে, হায়রকই, "মচুমক্তনা খাইদগী অথোইবনি নুপীমচা। সংসারগী মনুংদা, সংসারগী মপালদা—বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা অচুক চাউবা অথোইবা অময়ুক লৈত্রে নুপীমচা, ইবুংঙো মাগী চরণদা নক্তোক শোকচবা ফংনবা ঐস্থ শিরমদায়দা নঙোন্দা আশীর্ব্বাদ অসি পীরমগনি।"

মপাগী প্রথাদা মমাই উপশিন্দুনা লৈবদা নুমিৎ অচুদা বিজয়ানা মপুক্লিংদা খল্লকই, কমাননো নিংথিরবা মঙাল লৈরবা মিংয়েংনা মাগী মপাগী থম্মোয়দগী মহাক মশাগী থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন ফাওনা য়েংলক্লি। মখাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা খল্লবগী ইচুল অচুমা নুমিৎ অচুদা মিংকুপ থরগীদমক্তা মহাকপু ফাজিনখ্রে। বনমালীনা হায়রকই, "নুপামচাচুগী মমিং নরেন কৌই ; মপাগী মফমদগী তাথি, মহাক ডাক্তর ওইরে—অচুবু ডক্তরগী খবক তোদে। হৌজিক করিগুম্বা মহাক লৈবাক সিদা লৈরম্বা থোক্রবদি মতমসিদা অমুক্তং মাবু কৌহল্লুরগা ইমিংমক্তা য়েংলমগদবনি!"

বিজয়ানা হায়রকই, "হৌজিক মহাক কদায়দা লৈবগে ?"

বনমালীনা হায়রকই, "মাগী মামগী মনাক্তা—বর্ম্মাদা—জগদীশকী রা 'পৃস্বা হৌজিক্তি অমুক শাজিন্দুনা তমবগী শক্তি লৈত্রে ; অচুম ওইনমক মানা পনখিবা রাহৈ অম-অনিদংদি

নিংশিংলি, নুপামচাহুদা মাগী মমাগী অকবা গুণ খিবিক খোব খোক্লা হৈজিলহৌমাল্লে। মফম অমদবু লৈব্রবস্তু ভমদবু লৈবদস্ত্র ঈশ্বরনা মাবু পূন্সি-নুংশা'হনবিসনু।"

সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে। মনাই অমনা থাউমৈ পুশিল্লকপদা বিলাসবাবু লাকপগী পাউ তম্লে। বনম লৌনা হায়রকই, "অদ ওইরবদি নঙ্গৌক্তিক মখাদা কুমথক্লো নুপীমচা ঐ ঙ ইহাক্তা পোখাগে।"

বিজয়ানা মপা'না খাংলিবা মোন শেমজিল্লে, মখেজেদা কুপ্লিবা শালহু নিংথিনা শেমজিল-তাশিল্লে, থাউ'ম মিং মপ দগী থৈদোক্লুনা মক্লমদা থনল্লগা মখাদা কুমথক্লে; মপাগী কংশিল্লব থবাক কায়না গুপ্পগী নুংশা মপী অমওং হোন্দোরকই। নুনিং অহুদা বিলাস লাকপগী পাউ তাবদা মচানুপীগী ম'ইথোং ভাংচক তৌবা উই, মহুনা অহল অহুদা মশা লাংহনক্লে।

বিলাসবিহারী বাসবিহারীগী মচানুপানি। মহাক কলকাতা সহর অদিদা মতম বুইনা লৈহুনা ভহানবদা এফ-এ তমস্তু মতু দা বি-এ তম্মী। বনমালী সমাজ থাদোকপবগী থোইদো'ক্লু মখুঙ্গ'দা অমুক্তা চংলুদে। অঙম ওইনমক ললোনবদা চাউখংপগা লে যুন-লোয়নবা খুঙ্গংদস্তু জমিদারী যাম্না চ'উথোরক্লে, অতুগা পুম্নমক্তু য়েংশিন-খোংচিনবগী থৌদাং অক্লা' ওইরিবৈগী মকপ রাসবিহারীগী মথক্তা নক্লি। মবি অহুবগী বিলাস যুম অসিদা চংথোক-চংশিন হৌরক্লগা নুমিং থরনিদগী অতোপ্পা মবমদা ওনখিবা অহু ভুংদা হোংদোরক্লনি।

## অহুম

থা অনি হৌরক্লে বনমালী শিখিবা। মাগী কলকাত্তাগী অসুক চাউবা য়ুম অসিদা হৌজিক বিজয়া মতোমতা লৈ। মাগী খুঙ্গংগী সম্পত্তি য়েংশিন-খোংচিনবা বাসবিহারীনা অহুম তৌরি, অদুগা মবম অদুদগী মাগী মথল অমগী অভিভাবকসু ওইবনে; অদুবু মশাদি খুঙ্গংদা লৈ মনুগীদমক মচানুপা বিলাসবিহারীগী মথক্তা বিজয়াগী পাউ খুং পুম্নমক লৌথোক-লেপশিনগী ভার নল্লরে। মামক্তা বিজয়াগী অশেংবা অভিভাবকী মশক ওইবরে।

মতম অদুগী ব্রাহ্ম-পরিবার খুদিংমক্তা 'অচুম্বা', 'অথোইবা নীতি', 'অফবনি থনবা' ৱাহৈশিং অসি থোইদোক্লা অথোইবা ওইনা তখি। মরমদি ল ইরিক তম্বা চংপদা হিন্দু পাখংশিংনা মমা-মপাগী মায়োক্তা, দেবদেবীগী মায়োক্তা, লৈবিবা সমাজগী মায়োক্তা শিংনবক্তুনা সমাজ অসিগী লিপূনগী থাক্তাদা মিং চল্লি, মতম অদুদা ৱাহৈশিং অসি বামশিন্দুনা মখোয়গী নৌরিবা থোপ্পা চংহনবা হোংলৈ— নোঙ্গবনা নাহুদুনা তে হনখিদে। মখোয়না হায়, অদুম্বনি হায়না হনবদুমক তৌগদবনি। ইমাগী মিংকী পীরাং, অদুগা ইপাগী শাংলবা খুংগা মপী, করিমত্রা য়েংলু-তাকবগী কানবা লৈতে। অদুগুম্বা অশোনবা অদু ইহান হানবদা য়াম্না চেকশিন্না তাক্লোকুবা হোংনগদবনি, অদু নত্রবদি মঙাল ফংবা ওইথোক্রোই। ৱাফম অসি বিজয়ান্তু তমখি।

ওসি খুঙ্গংদগী বিলাসবাবু অহল যুথকপা জগদীশ শিক্ষী

পাউ পুহনা লাকই। মহাক বিজয়াগী মপাগী মরুপ্নি. অহুবু বিলাসবাবুনা বরমতৌনা শিখিবনো হায়বা তম্লকপা মতম অহুদা ব্রাহ্ম-ধর্ম্মগী অচুম্বা নীতিবু নিংশিংহনা বিজয়ানা মপাগী মরাইবক থীরবা মরুপ অহুবু তুকচনবনা মচিল পৈথবদা চিংনব। মরিক অমত্তা পকখিদ্রে বিলাসনা হায়রকই. "জগদীশ মুখুয্যে ঐখোয়গী বা'বাগীস্সু অঙাং ওইরিবঙেগী মরুপ্নি। অহুবু বাবানা মাবু মশক ফা'গুবা য়ে নিংখিদে। শেল পুবা জমিবক লাক্রম্মী, বাবানা মীনাইদা হায়হনা মা'বু থোঙ্গাল ফাওবা তাম্বোকহনখি। বাবানা মতম পুম্নমক্তা হায়, অসিগুম্বা লমচং নাইদবা মীওইশিংবু য়োকখৎলবদি মঙ্গলগী নশক ওইরবা ভগবানগী শ্রীচরণদা ইরাল ল'শিঞ্জবনি।"

বিজয়ানা মঙক নোম্নহনা হায়রকই, "য়াম্না চুম্বা রানি।"

বিলাসনা থৌনা ফংলহনা বক্তৃতা পীবগী মওংদা হায়রকই, "মরুপমকস্সু ওইসনু, অহৃগা অমত্ত ওইসনু, পুক্নিং শোনবনা মরম ওইহনা করিগুম্বা মওংদস্সু ব্রাহ্ম-সমাজগী অথোইবা আদর্শবু মাংহনবদি অফবা ওইরোই। জগদীশকী সম্পত্তি ন্যায়গী মতুং ইন্না ঐখোয়গী ওইববনি। মাগী মচানুপানা মপানা তোল্লম্বা শেল শিংদোক্লবদি ফরে, ভমত্রবদি আইনগী মতুং ইন্না ঐখোয়না হৌজিকমক পুম্নমক খুং চনশিনবা চুম্মী। মরু ওইন মতুংবু থাদোকপগী ঐখোয়গী কবিগুম্বা অধিকার অমত্তা লৈতে। মরমদি, শেল অহুনা ঐখোয়না অফবা থবক কয়া তৌবা য়াই। ঐখোয়গী সমাজগী কন'গুম্বা অঙাংবু বিলাত্তা থাবা য়াই, ধর্ম্ম

শন্দোকপদা শিজিন্নবা য়াই ; কযা কয়া তৌবা য়াই। করিগী মহুম্না তৌরেঁইদৌরিবনো হায়রিবিযু ? অহৗদা নঙনা জগদীশবাবু নগ্রগা মাগী মচানুপা ঐখোয়গী সমাজগী মনুং চনবা মীশক নঙ্গু অহনা মংঙান্দা করিগুম্বা মখলগী থৌজাল চংপা চুম্লোই। ইবেম্মগী র্বা তাববদি বাবানা পুম্নমক শিনগনি হায়হনা ঙসি ঐবু ইবেম্মগী নাক্তা থাৱক্লিবনি।"

বিজয়ানা লৈখিদবা মপাগী অবোইবা রাকৈশিংহু নিংশিংলক্লুনা খল্লকই— থুদক্তা পাউথুম পীবা ঙমদ্রে। মাগী নিংঙম্নবা মতৌহ উবদা বিলাসনা খোঞ্জেল লুম্না হায়রকই, "নিংঙম্নখিবা ঐনা নবি ঙম্না মঙংদসু যাজরেঁই। নিংঙম্নবা, অশোনবা পাপ্নি। শুপ্নগী পাপ্না নঙ, মহাপাপ্নি। ঐ পুক্লিংদা সঙ্কল্প তৌরবনি, মাগী মমহৗদা ইবেম্মগী মিদা— কদাযদসু লৈত্রিবা, কদায়দসু ওইদ্রিবা অতগুম্বা অমা ঐনা পাংথোক্লবা তৌগনি। খুঙ্গং মনুংদা ব্রাহ্ম-মন্দির লিংখৎলুনা ইবেবাক্কী মরাইবক থীববা অপঙবা মীওইশিংদা ধর্ম্ম-শিক্ষা পীগনি। অমুক্তা খন্দুনা যেংবিয়ুদো, মখোয়গী অপঙবগী মৈশা থাংঙমদহনা ইবেম্মগী নোঙ্গাশ্রবা বাবা খুঙ্গং থাদোকখিবা নত্রা ? মাগী মচানুপী অমা ওইনা ইবেম্মগী তৌফম থোকপা ওইবোইদ্রা—অস্নুম্না অফবা মঙংদা লমন খুমহনা মখোয়মকপু থোইদোক্লা য়াইফনবা শিনবিবা ! হায়বিযু, ইবেম্মনা রাফম অসিগী পাউথুম পীবিযু।"

বিজয়া লাংতক্লবক্লে। বিলাসনা চাউথোকপা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "কয়া চাউবা মিংচৎ ফংহনা লৈবাক শিন-থুংনা

জগদীশ মুখুয্যেগী মচানুপাগা ঐগা ব্রান্নী শান্নবগী বা। অদুম ওইনমক নোংমা লম্বীদা খঙহৌদনা অঙাওবগুম্বা মীনৌ অমা ংবদা ঐ ওক্লম্মী। মহাক অদুমক নরেন মুখুয্যেনি হায়না জাই।"

বিজয়ামা খঙনিংনা হায়রকই, "অঙাওবগুম্বা? ডাক্তরনি হায়বদায়?"

বিলাসবাবুনা তুকক্ষধনা মশা 'পূম্বা তু চুংহল্লগা হায়রকই, "তশেংনমক অঙাওবগুম্বমক্নি। মশম-মনা অদুক ফাবা কোকচউবা —অনাশক মানবা লেপশাং অদুবো ডাক্তর? ঐ থাজদে। খজিন থবাকী শক্ক খুদিংমক অরাম্মদগী মশীং থিবা য়াগদ্রা নিংই —মসিনি মাগী শকওং-শাদা! চুম কাগং! অদুগা—"

থোইদোক্লা শাওং-শাদগীদমক মহাকী চাউথোকচন্নিংঙাই নৈ। মরমদি মহাক নেমতক তৌই. নোয় অমসুং মপাঙ্গল নৈ। মহাক্লা করিনো হায়গে তৌবদা বিজয়ানা মরক থংক্লনা হংলকই, "করে বিলাসবাবু, জগদীশবাবুগী য়ুমদু করিগুম্বা ঐখোয়না তশেংনমক দখল তৌদুনা লৌশিনবদা খুল্লক্লা যজদবা য়াথোক অমা ওইরক্রোইদ্রা?"

বিলাসনা খোঙ্গেল লুয়া হায়রকই, "শুপওই ওইরোই। ইবেম্মনা খুঙ্গং মঙা-তরাগী মনুংদা যুথকপতুবু শমু জমদু লুংশিবিবা অদুগুম্বা মীশক অমত্তা থিবা ফংলোই। লুংঙাইক্তে শোনবিগদবা অদুগুম্বা মীশক মাইকৈ তদোমদা নৈতে।" নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "অদুমু মতমু করিগুম্বা ওইনক

ওইসন্থ, ঐনা হিংলিবমখৈদি চিন্তা অহৌ ইবেম্মগী পুক্নিংদা থম্বিবা চুম্লোই; অদুবু ঐনা হায়জনিংই, মরু ওইনা নুমিং থরনিদংগী ওইরবস্থু ইবেম্মা অমুক্ত খুঙ্গংদা চংপা কৈ।"

বিজয়ানা ঙক্না হায়বকই, "করিগীনো? ঐখোয় কৈদৌ-ঙৈদস্থু মফম অদুদা চংখিদ্রি।"

"মদুগীদমক্তনি হায়জবিবসি. ইবেম্মা অমুক্ত চংলুবা চুম্মী। প্রজাশিংদা অমুক্তদি মখোয়গী মহৌবাগীবু উহনবিয়ু। লৈবক কবা অদুদগী মখোযবু নাম্ণু কহনবনি মহাপাপকী মশক্তি হায়না ঐদি তশেংনা থল্লি।"

ঈকাইবনা বিজয়াগী মমাই ঙাংলক্লে, মঙাক্না মরু লুক্না করিনো হায়গদবগী তৌবকপদা অপনবা পীবদুংনা বিলাসনা হায়বকই, "অহৌ-অদা মসিদা করিস্থু লৈতে। অমুক্তা মুন্না খন্দুনা, য়েংবিয়ুদো, মফমদুদা ইবেম্মগী তোনিংঙাই থবক পয়া লৈ। ব্রাকম অসি ঙসি ইবেম্মগী মাংমক্তদা তশেংনা হায়বা ঙম্মা মদুদি, ইবেম্মখোয়গী বাবা লৈবাক্কী মপু ওইবরস্থু খোংনবা কুইশিংবু কিবদগী কাবিথ্ঙ্গা নুমিংতস্থু খুঙ্গদা অমুক হয়া চংখিদবনি. মদুবু অফবা থবক ওইগদ্রা? মসিবু এখোয়গী ব্রাহ্ম-সমাজগী আদর্শরা? মসিদি সমাজগী আদর্শ নত্তে, মসিদা লাগ্নিংঙাই করি অমুক লৈরি?"

বিজয়ানা ঙাইহাক তুম্মিন লৈবগা হায়বকই, "অদুবু বাবাগী মফমদগী তাবদি ঐখোয়গী খুঙ্গংগী যুম অহৌ লেবদা মতিক চাদে।"

বিলাসনা হায়রকই, "ইবেম্মগী হুকুমদং পীবিয়ু, মফমমতুদা চংকনি অমুক্তা হায়বিয়ু—ঐনা নুনিং তরানিগী মনুংদা মতুম্ লৈবদা মতিক চাবা য়ুম শেইহনগনি। ঐগোন্দা ইম্থোকপিয়ু, ঐনা থম্মোয়-হকচাং য়াউনা মতুগীদমক শিঞ্জ-লাংজগনি। য়েংবিয়ু, বা অমা ঐনা মতম কুইনগী মমাংদগী হন্না হন্না খঙরক্লি— ইবেম্মনয় মাংদা লেপ্পিরবদি পূম্নমক তৌবা ঙমগনি, মতুদা ঙম্মোইদবা হায়বা অমুক লৈরোই।"

মাদু য়াহল্লগা বিলাস চংখ্রবদস্থ বিজয়া মফম অতুদা অদম ত্থিনা ফমতুনা লৈ। মখোয়গী থুঙ্গংতুদা মহাক পোকপদগী বৈদোইঙেস্ত চংশুদ্রি হায়বদি য়াই, অতুবু মরক মরক্তা মপাগী মফমদগী লমদম অতুগী মরমদা কয়া কয়া তাখি। থুঙ্গংগী ৱারী তগদা মপাগী পৌনা অমস্নং হরাওজবগী ঙমখৈ লৈতে; অতুবু মতমতুদা ৱারীশিংতুনা বিজয়াগী পুক্নিংবু খজিক্তা ফাওবা ঙিংশিনহনবা ঙমখিদে; তাবগা অতুম কাউথি অতুবু ঙসিদি কদায়দগী কমদৌনলো থগুহৌদনা শদক্তা, নিংশিংলুদ্রবা ৱাফমশিং অতু শাং-শাংনা মাগী শিংয়েং মাংদা চোংথোরক্লে। মহাক্কী মপুক্নিংদা থল্লকই, মখোয়গী থুঙ্গংগী য়ুমতু কলকাতাগী বিল্ডিং অসিগুম্না চাউবা অমস্নং নিংথিজবমক্তি নত্তে, অতুবু মতুদি মপা-মপু হাক্তক্তগী লৈবক্বা লেংদ্রবা পোংশক্লি! মফম অতুদা মবেনবোক-মবুধৌ— পাবোন-পুরোন কয়না অৱাব-নুংঙাইবা থৌদোক ৱাথোক কয়া লংতুনা লেনখ্রবনি, অতুগা মাগী পুন্সিদি মতুদা করিগী লেপ্লোইদগে ?

গলিতনা খল্লিবা হাজরাখোয়গী মথোল অহুম ৱাংবা য়ুমগী মরুমদা ল্পুমিং লৈখখ্রে। ৱাফম অসিগীদমক মাগী মপাবুংগা মখোয়গা ৱা কয়া ঙাংনখ্রবনি। বিজয়ানা নিংশিংলক্লে, সন্ধ্যা কয়াদা মপাবুংনা ইজি-চেয়ার অতুদা ফমদুনা ল্পুংশা মপী কয়া হোন্দোকখি, "বিজয়া, ঐখোয়গী খুঙ্গংগী য়ুমদুদদি করিগুম্বদস্তু অসিগুম্বা অৱাবসি থৱ ফংদে। মফমদুদদি কনাগুম্বা হাজরাগী মথোল অহুম ৱাংবা য়ুম অমগুনা ল্পুমিং তারমদাইগী নিংথিবা শক্লোনতু অস্তুয়া কবিগুম্বা ল্পুমিগুস্তু খনজিন্দুনা থম্লদে। নঙদি খঙলিরোই ল্পুপীমচা, অদুবু ঐগী মিং অনিদি থম্মোয় ল্পুংদগী থম্মোয় লাইয়ুম হাইদোক্লুনা য়েংলক্লি, মতুদা ময়েক শেংনা উবা ফংই, ঐখোয়গী লৈকোল ময়াদা চেল্লিবা অপিকপা তুরেলদা লুপাগী ঈশিং হৌজিকস্তু ত্রোং-ত্রোং চেল্লি, অতগা মতগী ৱাংমদা, মিংকী ঙমখৈ ফাওবা শন্দোকখিবা লৌবুক-লমহাংদা ল্পুমিং কৌবা লাইরেম্বনা তানিং-তামাং তেনা তৌগা খুঙ্গংগী মায়া পাক হেক থাদোকপা ঙমদবগুম উই। এসিনিদো ল্পুপীমচা, গলিগী মচিন্দা উবিবসে, অয়ুক-ল্পুংথিলগী থবক লোইরতুনা ময়ুম মাইকৈ শাংনা নীওইবগী ঈচেল চেম্ববি; অদুবু খুতপ তবামুক অসিগী লৈমায় অসি নওনা মখোয়গা লোয়ননা চৎমিন্নবা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈতে। অস্তুন তোতুনা আদস্তু সন্ধ্যাগী মতম অসিদা মাগী মাগী লম্বী মতুং ইন্না ময়ুম ময়ুমদা হন্নৈ. অদুবু মফমদুগী ষণ হামেং খুদিংমক্কী যঙ্গোম ফাওবগী পরিচয় কাওবা খঙই ল্পুপীমচা।"

অশুম্মা হাম্নগী বনমালীনা খঙহৌদনা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোরকপগী লোয়নবা তুম্মিন লৈখি। নোংমা থাদোক্লুনা লাকখিবা থুঙ্গং অহুগীদমক্তা মহাক অস্মুক নুংঙাই-য়াইফবগী ঈয়াইদা তাউহুনস্মু থম্মোয়দদি কপ্পি, মহু বিজয়ানা খুদক্তা অহুম খঙলম্মী। অহুম ওইনমক নোংমগী নুমিং অমগুদস্মু মহাক্কা মহুগী মরম খন্থহনা খক য়েংলুদে; অহুবু ঙসি বিলাস-বাবুনা মাইক অদোমদা মাগী মিংয়েং চিংশিল্লম্লগা চংগ্রবদা নোঙ্গাগ্রবা মপা-ইবুংঙোগী রা নিংশিংলুবদা মপাবুংগী অরোনবা মৈচাক্কী মরম খঙহৌদনা মিংকুপ অমগী মনুংদা মাগী থম্মোয়দা ফো ঙাম্লক্লে। কলিকাতাগী মীয়াম মরক অসিদা মতৌ করম্মা মহাক মতোমতা মতম লেল্লিবনো হায়বা ঙসি মহাক্কা মমিংতা শং-শংনা উরক্লবদা তশেংনা অকিবা পোল্লক্লে; অহুগা অঙকপদি অসিনি, হৌরকফম থুঙ্গং অহুগা মহাক্কা পোকপদগী পরিচয় খঙনরক্লি, অহুবু মহুমক্কা ঙসিদি মাবু লাঙম-ফাঙমদ্রবা শক্তি অমনা চিংবা হৌরক্লে।

## মরি

মতম শাংনা থাদোকলুরবা জমিদারগী যুম বিলাসনা কুপ্প য়েংশিন্দুনা মোরামত তৌবা হৌখ্রে। কলকাতাদগী অমুক্তা উদ্রিব অঙক-অঙকপা পোং-চশিং ষণগাড়ীদা হাপ্লুনা হোল্লক্লি জমিদারগী অমত্তা পোকপী মচানুপী মরৈবাক্তা হল্লক্লগনি হায়বগী দিঘড়াল চিংবা থংনবা থুঙ্গং মঙা-তরুক্তা ইন্নাং-লাংনন্নক্লে। যুময়াদ

অঙ্কীবগা লোয়ননা লাংতক্করবা মিংশেং লাম্থোক্নুনা হুগলী ষ্টেশনগী নপা-মপুগী মমাংঙৈদগী লৈরক্লুবা মুম অহৃদা থুংলরে।

শাঙাংগী নিংথৌলনি— চহি তরানিপাল-তরামাপল হেল্লগনি, অগম এক্টমক হৌজিক ফাওবা লুহোংদ্রি— মহাক ফোংনা লেংদ্ৰুপ তোংই—চাইবা চাংহদবা থায়দে— অসিনচিংবা নিন্দা তৌনিংঙাই বা কয়া পুঞ্জাংশিংনা মতি মচিদা চিবোন চিবোন ঙাংনরি, অগা অমুক জমিদারগী মচানুপীদা খুদোল কংকদবগী মা অমমম অনিনি লাক্কুনা মথল কয়াগী লুংঙাইবা অমস্থুং মাইফবা রাইহৈ বখা যেংদে ফ্রম্লগা হন্নখি। মতৌ অম্সুম্না নুমিৎ মঙা তরুক্কি লৈনরে, নুমিৎ অতুগী অযুক্তা বিজয়া চা থক্লবা নুংদা মথাগী মী উন্নফম কাদ। বিলাসবাবুগা বিষয়-সম্পত্তিগী মরমদা রায়া শারি, মীনাই অমনা চংলক্লগা থঙহল্লরে, ভদ্রলোক অমনা উন্নবা পাম্নি।

নিঙ্ম্মানা হায়রকই, "মফমসিদা পুশিল্লকউ।"

নুমিৎ থরনিসি মাগী লৈবাক-মচা তাবা প্রজাশিংনা খুদোল পুহনা মানু উন্নবা তত্তনা লাকই ; মরম অদুনা মহাক অহানবদা থোইদোক্লা করিস্তু থল্লমদে ; অদুবু মিংকুপ থরগী মতুংদা মীনাইগী তুংওইনা চংলক্লিবা ভদ্রলোক অদু উরুবমক্কদা বিজয়া চঙক্লগ্রে। নুপাদু চহি কুনমরি-কুনমঙা শুরম্লগনি। নুপাদু মরেপ রাংই, অদুবু মরেপবা চাননা মোয়-পোংদ. থোইদোক্লা মশা পাই। কুচু লংনা ঙ্রোই. কোয়-তু যানি. মখোঙদা শাউনগী খুনিং ফাবী ফেনাংং ভেংগই, চুরিং লিংতে. শুগ্গী

অথাবা খি অমথক ইল্লিব। অহুগী অহোবদা লুপুন উরি। মহাক্কা অচম্বা নমস্কার অমসুং তৈবগা চেয়াব অমা চিংশিল্লগা কমথররে। মসিগী মমাংদা কনাগুম্বা ভদ্রলোক্কা উম্বব, লাকপদা খুদেল, কংনবা মখুংতা শেল পায়হনা চংলকপা অহু নত্তে. মখোয়হুদি মাক্ক কাঁনা-পুন্না চংলকই ; অহুবু লুপা অসিদি মশাগী শাজংতুদা চিংনবা মখক অমত্তা পক্কে। মহাক চংলবপাদা বিজয়া মত্তোমদ চঙকুবা নত্তে. বিলাসবাবুস্তু থোইদোক্কা ওত্তবা নত্তে। বিলাস খুন্নদা লৈবকস্তু মাইকৈ অদোমগী ভদ্রলোক থাদিমবপু মশাব খউই, অহুবু পাখং অসিহুদি মহাক্কা ত্রাশে। নশক খত্তে। চংলক্লিবা ভদ্রলোক অহনা রা হান্না চংলক্লই। হয়রকই. “ঐখোয়গী মামা পূর্ণ গাঙ্গুলি ইবেম্মগা য়ুম্লোন্নবা.ন. অদা লৈবিন বুমসি মাগীনি। ঐদি তাবদা ওক্কবনি, অহল-লমন হাক্ক-গী তৌরক্লিবা দুর্গা পূজাবু ইবেম্মনা হন্দক খিবা পাম্বিরা? মসিগা অর্থ কবিনো?”

অসি হায়রগা মহাক্কা বিজয়াগী মাইথোংদা লিংথোং হমখ্রে। মাহং অমসুং মহুম্না হংলকপগী মওংহুদা বিজয়া মপুরিংদ ওকপা অমদি শাউনিংবা পোক্কে. অহুবু পাউগুম অমত্তা পীদে।

মহুগী পাউখুম বিলাসনা পীরকই। মহাক্কা খোজ্জল য়াক্ক হায়রকই. “অদোম্না মহুগীদমক মামাগী ওইনা খংনবা লাকপি-রিব্রা? অহুবু কনাগা রা ঙানবিরিবনো হায়বহু বাউখোক-পিবোইদবনি।”

চংলক্লিবা লুপাহনা নোকগা শকক্ম হজ্জিন্না হায়রকই, “মহু

মীরেবক মচা ওইরমাল্লে, অতনা ইবেম্মথোয়গী মরমদা করিস্ত থজলমদবা য়াই।"

চংলক্লিবা অতনা মিংকুপ পরা তুমিল্লা বিজয়াগী মাইথোংদা য়েংতনা নৈরগা মঙ্গোন্দা হায়রকই, "ঐ মাবুবক মচা নপ্রবস্তু গুরুং অসিগী মীদি নত্তে — রাধম অত্থু চুংমি। অত্থু ওইরবস্তু ঐ থাজ্জশেলমক ইবেম্মগী মথমদা অসিংহ্বা থশা অসি তোঙ্গদবনি। মর্দ্রি লাংপগী রাফম ইবেম্মমক্লা পনবিত্রবস্তু সাকার-নিরাকার নিংবগী খংনখিবা অরিবা রাফম ঐ কোং-শিঙ্গরোই। অহন্ন মসিদি রাফম অত্থু নত্তে। গুরুংগী মনুংদা পূজা অসিমথক্তনি, ময়াম্মা চক্তি চুপ্পসি নুমিৎ ওয়ি অসি অাশা চাউ-ডাইনরক্রিবনি।" অসি হায়রগা মুন্না অমুক্ত য়েংলগা হায়রকই, "গুরুং ইবেম্মগীনি— প্রজাশিং ইবেম্মগী নচাশিংনী পাংথক্লি; ইবেম্মনা লেংলকপগা লোথননা গুরুংদা হবাও-কুইম্ম শক্লক চা-ন হেনগৎকনি, অস্তুম্না ময়াম্না আশা তৌনরম্ননি। অহুব্ব মহুদি থোক্রুহুনা অস্তুক রাবা নু ডাইতবা অসি ইবেম্মগী মরাল নৈজদবা লাইরবা প্রজাশিংদা ননশিনবিবে, মসিনু থাজদবা অরায়ন হৈইগদ্রা? ঐদি থাজবা ঙমজদে।"

বিজয়া খুদক্তা পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। লাইরবা প্রজা হাযব ত বদা মাগী থোংলবা থম্মোয়দা শুংডাইতবা ফাওরক্রে; মিংকুপ শবদি কনানস্তু করিস্তু হায়বা ঙম্রে, অতবু বিলাসবাবুদনদি বিজয়াগী খোঞ্জেল থোক্তবা মীনুংশিনা থল্লবা মাইথোংতু উবদ নপুক্লিং খোইরাং-খোইশাউননা অমস্তুং লাংতক্লনা থোওই-উশিংতবগী মঙদা হায়বকই, "অদোম্মা রা কা হেন্না ঙাংবিরে

থোকপস্থ য়াই, অদুবু মখোয়গী মমাই য়েংবিদুনা অসিখক্রুংদদি ইবেম্মনা খাংবিবা ঙম্বিরোইদ্রা ?"

বিলাসনা শাউদুনা অঙাওবগী মতৌগুম মমাংদা লৈরিবা টেবিলদা খুৎতুম্না কন্না শুরগা লাউরকই, "ঙম্লোই, খাংবা ঙম্লেই, চা-মরক হন্না ঙম্লোই হায়রিবসিনি। অপঙবা লোমী কয়াগী ঙাওশিন্নববু খাংনবগীদমক্তা কনাস্থ জমিদার ওইবা নত্তে। নঙগী হংনিংঙাই অতৈ অমুক লৈত্রবদি চংখ্রো। অরেম্বদা ঐখোয়গী মতম মাংহল্লমু।"

অসি হায়রগা মহাক্না থোঙলোমদা মখুৎ থিন্দুনা লপ্পা তাক্লক্লে।

মাগী কা হেন্না ফিংবদু উবদা মিৎকুপ খরদি চংলক্লিবা ভদ্রলোক অদু তৌফম খঙখিদ্রে। পাক হেক পাউখুম পীবা ঙমদ্রে; অদুবু বিজয়া মপাগী মফমদগী মতিক চাদনা শিক্ষা ফংখিবা নত্তে— মহাক্না ইতপ-তপ্না বিলাসতা য়েংদুনা হায়রকই, "অদোমগী বাবানা ঐবু মচানুপীগুম নুংশিবিদুনা মখোয়গী পূজা থিংখিবনি; অদুবু ঐনা হায়নিংই, নুমিৎ হুম্নি-মরিনিদনি খরা নিল-খোংজরসনু—"

রা ময়াইদা থৎতুনা বিলাসনা হান্নগুম খোঞ্জেল য়াক্না অমুক হায়রকই, "মদু খাংঙম্লোইদবা নিল-খোংবনি! ইবেম্মনা খঙদবননি —"

বিজয়ানা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "লাংজরসনু—নুমিৎ হুম্নিদগী হেনগদবদি নত্তেদনা! অদুগা অদোম্না ঐগী খুদোংচাদবগী

য়া খন্নৱিরি— অদুবু কলকাতা ওইরম্লবদি কমদৌগদগে হায়বিয়ুদা? মফমদুনা অহিং চুপ্পা। কনাগুম্বনা নাকোং ময়াদা তোপ কাপ্লরবস্মু তুম্মিল্লা থাংদুনা লৈবা তাবনি। অসি হায়রগ চংলক্লিবা পাখং অদু য়েংঙনা নোক্লুনা হায়বকই,, "অদোমগী মমাদা খঙহনবিয়ু, মহাক্না মহৌশা তৌবগুম হন্দকস্মু অদুম পুক্তা তৌবিয়ু, ঐগী য়ানিংদবা বরিমতা লৈজদে।"

চংলক্লিবা পাখং অমস্তুং বিলাসবাবু মখোয় অনিমক চঙক্লদুনা নুংবংননা বিজয়াগী মাইথোংদা য়েংদুনা লৈরে।

"অদোম অদুদি হৌজিক লেংবিরো।" হায়রগা বিজয়ানা মখুং থাঙ্গংদুনা ইচম-চম্না নমস্কার তৌবকই।

শক খঙদবা পাখং অদু মপুক্লিংগী লাংতক্লবা ফাথবা হৌগংখ্রে। অদুগা ধন্যবাদ অমস্তুং নমস্কার তৌরগা বিলাসদসু নমস্কার তৌবল্লগা মহাক তপ্পা তপ্পা মপান্দা থোকখ্রে। অদুগা শাউবরা বিলাস মমাই লৈথোক্লুনা খাংলি: অদুবু মখোয় অনিগী মরক্তা কনামগুনা শকখঙদবা প্রাখং অদুমক মখেয়দা মরাল লৈরে লৌরিবা জগদীশকী মচানুপা নরেন্দ্রনাথনি হায়না খঙদে।

## মঙা

মহাক চংখ্রবদা মিনিট খরা অতোপ্পা রাখল অমদা উঙ্গনা তুম্মিন্না লৈরুরবা মতুংদা খঙহৌদনা মঙফাওনরকপগুম মমাং খাংগংলকপদা খোইদোক্লা মরম ইচা-চাদনা মাগী লাইরবুগা

ঙাংলপ তৌনা মমি তাবা উরি। বিলাস অঙকপা অমস্তং ৱারোৎবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। বিজয়না নোকফেং তৌনা হায়রক‍ই "ঐখোয়গী ৱাহৌ লোয়শিনবা যংদ্রে। অহৌ ওইববদি তালুক (জমিদারগী মখাদা লৈবা অপিকপা জমিদারি) অহু লৌশিনবা অসিমক অদোমগী বাবাগী মতলা?"

বিলাস থোঙনাও মপালদা য়েংহৌনা লৈ— অহুম খুম্নকই, "হুঁ।"

বিজয়না হংলকই, "অহুবু মসিদা করিগুম্বা মথলগী গোল-মালদি লৈতেদনা?"

বিলাসনা হায়রকই, "লৈতে।"

বিজয়না অমুক হংলকই, "ঙসি মহাকপু কোংরেল নুংথিল মাইকৈ সোংমদা লাক্নদ্রা?"

বিলাসনা হায়বকই, "হায়বা ঙমদে।"

বিজযানা হায়রকই, "অদোম্বু শাউবিব্রনে?"

চন্দক্রি মমাই লৈশিল্লব্রগা বিলাসনা চৌংলেম্ন পাউথুম পীবকই, "শাউদ্রবম্ব মপাবু ঊকাইবা পীবদা মচানা নুংঙাইজদবনি ওইথোক্তবা ওইরোই খল্লি।"

ৱাহৈসিনা বিজয়াদা চৈথেং পীরে; অহৌ ওইরবসু মহাক্না মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "অহুবু মসিদা ইজ্জৎ মাংবা— অৱানবা ৱাখল অসি অদোম্না কদায়দগী পোক্রক্লিবনো? মহাক্না নুংশিবিবদগী ঐ ৱাখিগদ্রা খনবিবনি; অহুব ৱারোই, ঙপ্নগী

সিদনি ভদ্রলোক অহুদা খঙহনখ্রিবা। মসিনা ঈকাই হংঙ্গাইনিংঙাই রা করিস্থ লৈতে বিলাসবাবু।"

বিলাসনা মঙক চাইরহুনা হায়বকই, "মহু রাইদদি নংঙ। ফাবে, ইবেম্মগী জমিদারগী দাম্বিত্ব 'পুম্বা নশানা লৌশিনবা পাঙবদি লৌশিনবিয়ু, অহুবু মসিগী মতুংদদি বাবাবু এনা চেকশিনহনহৌদবা য়াদ্রে, নত্রবদি মচাগী থৌদাংদা ঐ পোষল ভবা ওইরগনি।"

খনঙমদ্রবা অয়াকপা পাউমুম তাবদা বিজয়া নুংবানখ্রে অনম্বুং ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা থোইপোক্লা চাক্লা হায়বকই, "বিলাসবাবু, অম্বুক চম্বা হাবম অসিবু অদোম্না অহুক চন। পুখংলকনি হায়বা ঐদি খল্লদে। ফাবে, নীনা খঙদবদগী করিগুম্বা অবানবা তৌখিবা য়াউরবস্থ ঐগী ইরাংলগ ইশানা য়াবি, মতুংদদি চস্থরা তৌরোই।"

অসি হায়রগা বিজয়ানা বিলাসকী মাইথোংদা যেংলহুনা নুংশা মপী হোন্দোরকই। মহাক্লা খল্লম্মী, মসিগী মতুংদদি কনামঙস্থু রা মথা অমুক তারবোই— দোষ মণনা লৌবগা লাংনল-লোয়নবা তেনশিন্নখ্রগনি। অহবু রাকম অসিদি খঙলমদে, খোইমঙ্গমগী লাইনাগী মতৌগুম্বা মাশকস্থ লে মহুদি, অতোপ্পগী মবল খজিক্তং ফংখিবদা মাগী তু চেনবা চরাম্বহু কোক্ত্রিমথৈ ওয়ায় তরায়না খক থাদোক্তে। অহুনা বিলাসনা পাউখুম ওইনা হাংবকই, "অহু ওইববদি পূর্ণ গাংগুলীদা খঙহনবিখ্রো, রাসবিহারীনা পীখিবা হুকুম অহু ককপগী ইবেম্মগী শক্তি লৈতে।"

মতম অসিদা বিজয় গী মিংয়েং মাংদা নুপা অসিগী শ বম-চংগী অশেংবা শক্তম অহ্ মিংকুপ অমগী মনুংদা মথেক লানা চোংথে বক্রে।* ভাইহাক তুম্মিন লৈবগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "মহনা কেপা চুমদবা থবক ওইবোইদ্র ? ফরে, ঐ ইশামক্তা চিঠি ইহনা মহাক্তা যাবিনবা হায়জরগে।"

বিলাসনা হায়রকই, "কৌজিন হায়কবগী হায়কদবগী থেনবা নংদে। মাবু খঙ্গং পুস্বগী মনাংদা ঈবাইবা পীবিনিংলবদি নাংস্‌ অহ্ ওইববদি থোহ্নক্তা ফজদবা থোদাং পাংথোকপা কবি।"

বিজয়া থম্মে। থহুহাদনা অশাউবনা ফুনগংলক্রে, তহ্বু মহাক্তা ম্যুক্লিং ফাথবহনা তংগা হায়লকই, "থোদাং অহ্ কবিদনা নিনে।"

বিলাসনা হায়বকই, "ইবেম্মগী জমিদারী শাসনদা মহাক্তা মাং অমুক মিংজিল্লুদনবা।"

"অদোম্মা যিংবনা মহাক্তা যাংরক্কনি হায়না খনবিব্রা ?"

"থাহদোক্তা মহ্ হোংনবদি এরা তৌবা তাই ?"

বিজয়না ভাইহাক তুম্মিন লৈরগা অতোপ্পা মাইকেদা মিংথেং হোংলগা থোক্লেল ঈনা পাউথুম পীরকই, "ফরে, অদোম্মা অপাম্বহ্ তৌবিবো; অহ্বু অতোপ্পগী ধর্ম্ম-কর্ম্মদা ঐ থিংবা ওম্লোই!" মাগী থোক্লেল তাবস্‌ থম্মোয়-মুংগী অশাউবদি লোংপা ওমদ্রে।

বিলাসনা থোক্লেল য়াক্তা হায়রাই, "ইবেম্মগী বাবা ওইবগী ওইবদি অসিগুম্বা ব্রাসি থক হায়বা ওম্লোই।"

বিজয়ানা হক্তিল্লক্লুনা লেপ্পগা মাগী মাইথো দা য়েংলকই ; হায়রকই, "ঐখোয়গী থ'বা'গী রা ঐনা হেন্না মুন্না খঙই বিলাস-বাবু ! অদুবু মহ পন্দুনা য়েংনকবগী করি কান্নাদগে ? ঐ ঈকুজবা মতম ওইরে, হৌগংচরে।"

অসি হায়রুনা যেংনবা 'পুন্না নমন্থনা থিংজিল্লগা মহাক্কা হৌগংলকপমক্তদা অশাউবনা থুমহৎলবা বিলাসবী মাইথোংদা উপ্লিবা অরাইবা ভদ্রতাগী মাইখুমহ মিংকুপ অমংদ নাম্থনা তাখ্রে।

মহ মপা নিংবদা কা হেক্তিন্মনবনা য়েংনবনি, মশাগী অশোয়বা অত্ত কনানস্থ থিজিন্দুনা যেংলরে। অদুঙ্গা মীগী স্বভাবত্মি মসিনি মহদি আতোপ্পগী অশোযবা খজিক্তং উবদা মহবু অয়েস্পদা চাউথোকহন্দুনা অশোনববু নহংপা, কীবববু অমুক হেন্না কীহন্দুনা পাংখংহল্লবতদা নুংঙাইবোই থল্লি— মত্ত ওইনিংবদা ওইজসন্নু, অদুগা ফনা মবম চাদবস্থ ওইজসন্নু, অহুবু বিজয়ানা থোইদিং মখায অমা যাওবা নোঙ্কপা তৌদনা মহাকপু করিস্থ থোশাদনা হক্তোইবগা লোয়নমা চংগ্রে, মতম অসিদা মবম চাদনা খংনবা হৌবগী পুকচেল পিকপগী রাখল 'পুন্না মহাক মশাদা হক্তিন্দনা থোইদোক্কা মশাবু পিকহল্লরে। মহাক ঙাইহাক তুশ্মিন্না ফমহনা ৈলরগা মমাই কাহংনা তপা তপ্পা মযুমদা চংগ্রে।

মুংথিলদা রাসবিহারী মচানুপাগা লোযননা বিজয়া উনবা লাকই। হায়রকই, "থবক্ত ফত্তবনি নুপীমচা। ঐগী হুকুমগী

মায়োক্তা হুকুম পীবদি ঐবু থোইদোক্না মতিক চাদবা তাঙ্গনবনি। মহ্ ওইজরসন্নু, সম্পত্তি অসি নহাক্কী ওইবনিনা রাফম অসিদা থোইনা অমুক ভাংনবা পামদ্রে; অদুবু হন্না হন্না অস্নুম্না থোক্লবদি ইশাগী ইজ্জৎ ভাক্লবগীদমক্তা ঐ তোঙানবা ভাবনি, মহ্ খঙহনহৌরিবসিনি।"

বিজয়া পাউথুম অমত্তা পীদে, থোইদোক্লহুম তুম্মিন লৈহুনা মরাল অহ্ মওং অমদা মশানা হ্বানা লৌই। রাসবিহারীনা মতমহ্দা মেংনা-থোংনা ইতোপ-তোপ্পা থবক্কী হীরমশিংগী রারী হৌদোরকই। অমৌবা তালুকতু লৈশিনবগী তান্নবা লোইরগা হায়রকই, "জগদীশতগী লৌবা য়ুমহ্ নহাক্না ব্রাহ্ম-সমাজদা দান তৌথোকখ্রবনিদো নুপীমচা, অদুনা অমুক পন্থবা তৌদনা পূজাগী ছুটি লোইবগা দখল লৌশিনবা তাবে—করি হায়বগে?"

বিজয়ানা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "খুড়া-ইবুংঙোনা অস্নুম্না ফনি খনবহ্ তৌবিসু। মখোযগা শেল শিংবগী থানখিবা মতমদি হেনখ্রে।"

রাসবিহারীনা হায়রকই, "হেনখিবা কুইরবনি। জগদীশনা মচিং মচিং লৌশিনবা পুনশিন্দুনা চহি নিপালগী শেন্দোয়গা লোয়ননা নুপা লিশিং তরা শিংবা হায়না নখোয়গী পাবুংগা ইনখিবনি। সর্ত অমা লৈ, মহ্গী মনুংদা শিংলকপা ভস্নবদি ফরে, ভমদ্রগনা মাগী য়ুম-ইখোল, বাগান, পুখ্রী—মাগী সম্পত্তি পুম্নমক ঐখোয়গী ওইরবনি। থানখিবা চহি নিপাল অদু হৌখিহুনা চহি মাপল চংলক্লে নুপীমচা।"

বিজয়ানা ঙাইহাক মরু লুক্না তুম্মিনা ফমহনা নৈরগা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "মাগী মচানুপা সিদা লৈ হায়না তায়; মাবু কৌরগা মতম অমুক পীহনা মানা করিগুম্বা উপায় অমা তৌবা ঙম্বরা য়েংখিসিরা ?"

রাসবিহারীনা মঙক হাইরহনা হায়রকই, "মহু ঙম্লোই— ঙম্লোই। ঙম্লবদি—"

মপাগী রাহু লোইদ্রিঙৈদা বিলাসনা ঙংলকই। অমুক কুইবসি মহাক করিগুম্বা মঙং অমদা তপথহনা নৈরম্বনি. অমুক তপথবা ঙম্লক্রে। খোঞ্জেল য়াক্না হায়রকই. "ঙম্লগম্বু ঐখোয়না কৈদৌনা পীথোক্লদগে ? শেল লৌবগী মতমদদি যুঙাওবহনা খঞ্জহৌদ্রগা— সর্ত করি তৌনরিবনো শেল্দোল অসি কমদৌনা শিংলক্লদগে ?

বিজয়ানা বিলাসকী মাইকৈদা অমুক্তং মিংয়েং থগা রাসবিহারীগী মাইথোংদা য়েংলহনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "মহাক ঐখোয়গী বাবাগী মরূপ ওইরম্মী ; মাগী মরমদা ঈকাই-খুম্নবা রা ঙাংনবা বাবানা ঐঙোন্দা পাউতাক পীরম্মী।"

বিলাসনা অমুক হন্না ঙংলকই,— "লিশিংলক পাউতাক পীরমহনস্তু মহাক্তি—"

রাসবিহারীনা খামজিল্লকই, "নঙ তুম্মিন্না খিং নৈয়ুনে বিলাস।"

বিলাসনা পাউখুম পীরকই, "অসিগুম্বা কান্নদবা sentiment পুম্নমকসি ঐ করিগুম্বা মঙংদস্তু খাংবা ঙমদে— অহুনা মহুদা

শাউনিংবা কনানা শাউজসন্নু, অহুগা তৌনিংবা তৌজসন্নু! ঐ অচুম্বা রা ঙাংবদা করিমত্তা চিংনবা লৈরক্ত্রি, অচুম্বা থবক তৌবদা থক নিংহন্নরক্ত্রি।"

রাসবিহারীনা মাইকৈ অনিমকপু ঈংথহন্নবগীদমক্তা নোক-শিন্নরহুনা হন্না হন্না মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "মহু ওইবা য়াই. মহু ওইবা য়াই! ঐখোয়গী শাগেগী স্বভাব অসি ঐস্থু ইহন-হন্দ্রি! খঙলেন্দনা নুপীমচা বিজয়া. ঐগা নহাক্কা নপাবুংগনা মসিগীদমক্তা ইরৈবাক 'পুন্সগী মাইয়োক্তা অচুম্বা ধর্ম্ম লৌবদা চিংনবা লোকখিদবনি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "পাবুংনা থুপখিদ্রিঙৈদা তাকপিরম্মী. শেন্দোলগী মরমগীদমক মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপকী য়ুন-ইঙ্খোল নৈশিন্দনবা।"

অসি হায়না হায়না মনিত্তা ঈরা চেল্লক্লে। নুংশিজরবা মপাবুনে হায়রম্বা অহু মহাক্না হিংলিঙৈগী মতমদদি রারেম্মি হায়না খল্লম্বনি, মহাক শিগ্রবা মতুংদা ঙসিদি মহুমক্না লেংফদ্রবা য়াথংগী মতৌগুম্না মঙোন্দা অপনবা পীররে।

বিলাসনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি মহাক মশামক্না করিগীদমক্তা শেন্দোল পুন্নমক কোকপিরমদ্রিবনো তাসি?"

বিজয়ানা মাগী য়াম্বংগী পাউগুম পীদনা রাসবিহারীগী মাইথোং য়েংহুনা অমুক হায়রকই, "জগদীশবাবুগী মচানুপাহু কৌহল্লুরগা রাফম পুন্নমক খঙহনসি, মসিনি ঐগী অপাম্বা।"

রাসবিহারীনা পাউগুম পীরক্ত্রিঙৈগী মমাংদা বিলাসনা ঈকাই

খঙদবগী মতৌগুম অমুক হায়রকই, "অতুগা মহাক্না করিগুম্বা চহি তরাগী মতম পাম্লরুবদি ? মহ পীবা তাবরা ? অহু ওইরবদি লমদমসিদা সমাজ্ লিংখৎপগী আশা সমুদ্রগী ঈরোনন্নুংদা লুপহনবা তারে খঙলে।"

বিজয়ানা মসিগীস্তু পাউখুম পীবা তৌদনা রাসবিহারীদা হায়রকই, "অমুক্তদি মাবু কৌহনবিরু, হীরম অসিদা মাগী অপাম্বা করিনো হায়বা খঙবা ঙম্লোইদ্রনে ?"

রাসবিহারী থোইদোক্না চালাক য়াম্না লৈবা মীশক্তি, মহাক্না মচানুপাগী মথোং হুক্তবা মতৌ অহুগীদমক্তা মপুক্লিংদা ব্রারোরবস্তু মপাল থোংদদি মহাক্না মত অহুমক থাইদগী অচুম্বনি হায়বা প্রমাণ তৌনবগীদমক্তা খরা শেমজিন-শাজিন্দুনা তপ্না ঈংনা হায়রকই, "য়েংউ নুপীমচা, নখোয়গী রাদা অতোপ্পা মীনা রাপাংবা চুমদে। মরমদি, কবিনা নখোয়গী ফগদগে, মহ ঙসি নত্রবস্তু হয়েং নখোয়না অহুম লেপচবা ঙমগনি, হনুবা ঐগী মত্তামত লৌবগী কান্নবা লৈররোই। অহুবু করিগুম্বা শেংনা হায়বা তারবদি নুপীমচা, হায়বা তাই— মতাংসিদদি নহাক্না লাক্লে। জমিদারী চলাইনবগী থবক্তদি ঐহাকস্তু বিলাসকী মফমদা মাইথীবে হায়বা ইশানা য়াজবা তাই— মহ ঐনা কয়ারক হন্না উত্রবনি। ফরে নশামক্না হায়যু তাসি, কনাগীনা মাংজবা হেনবগে ; নহাক্কীরা নত্রগা জগদীশকী মচাগীরা ? শেন্দোল শিংদোক্রবগী মাগী শক্তি লৈবা থোক্লবদি মহাক মশামক লাক্লগা হায়জ-নোঞ্জররোইদ্রা ? মহাক খঙলিবনি, নহাক লাক্লে হায়বা।

হৌজিক ঐখোয়মক্তা করিগুম্বা থৌ নৈতনা থৌথিবগী মওংদা মাবু কৌহল্লুবা থোক্লবদি মানা শোয়দনমক মতম য়াম্না শাংনা লৌখিগনি; অদুবু মহৈদি মসিদমক ওইগনি মদুদি, মহাক শেলস্থু শিংবা ঙম্লোই, নখোয়গী সমাজ লিংখৎপগী য়াকমস্থু পুম্নি চুপ্পগী ওইনা লুপত্রগনি। য়াম্না মুম্না খল্লহনা য়েংউদো নুপীমচা, মসিবু চুমদত্রনে?"

বিজয়া তুম্মিন্না ফমহনা লে। মাগী মপুক্লিংগী য়াখল ভাবনা শাহনা য়েংলগা অহল ওইরবা রাসবিহারীনা ঙাইহাক নৈবগা হায়রকই, "ফরে, মহাক্না শিংদোক্লকপদি ঙম্লরোই। মহাক্না করিগুম্বা মতম পীখো হায়রক্লবদি মতমহুদা খন্নহনা য়েংবা হায়বহুনি। করি হায়বগে নুপীমচা?"

বিজয়ানা মঙক নোমহনা হায়রকই, "ফনি।" অদুবু অদুম ওইনমক মাগী মাইথোং উবদা তশেংনা খঙবা ঙমলে, মহাক্কী মপুক্লিংদদি হায়রিবহ য়ানিংদ্রি। রাসবিহারীনা ঙসি বিজয়াবু খঙবা ঙম্লে। মহাক্না তশেংনা খঙলে, নুপীমচা অসি চহি য়াম্না নৌরি, অদুবু মহাক মপাগী সম্পত্তিগী মপুনি হায়বসি মহাক খঙই, অদুগা মহাকপু খুদম চনশিনবদস্থু মতম চঙ্গনি। মরম অদুনা য়াকম অমগীদমক কন্না য়েংন-খোংনরুবা চুমদে খল্দুনা রাসবিহারী সন্ধ্যাগী লাই খুরুম্বগী মিংদা মফমদু থাদোকখি। বিজয়ানা খুরুম্লগা খোঙ্গেল থোক্লনা তুম্মিন ফমফমদগী হৌগৎলুনা লেপখংগ্রে? মহাকপু অশীর্ব্বাদ তৌরম্লগা রাসবিহারী থোকখ্রে। বিজয়ানা মিংকুপমুক্তং তুম্মিন্না লেপ্লুনা নৈরুরগা হায়রকই, "ঐগী

চিঠি-লুংঠি ইগদবা যায়া লৈ—ঐ লৈবগী অদোমগী করিগুম্‌পা দরকার লৈবিরিব্রা ?"

বিলাসনা খোঙ্গেল লুম্না পাউগুম পীরকই, "কবিস্থু লৈতে। চংপিখিবা য়ারে।"

"অদোমগী চা পুহন্জরকউ হায়ব্রা ?"

"পুহনবিরক্নু দবকাব লৈতে।"

"ফবে, নমস্কার।" হায়রুনা বিজযা মখুং অনি অমুক্ত লোয়রয়গা কারু থাদোক্লুনা চংখ্রে।

## তরুক

দিহভাগী নোঙ্গাগ্রবা জগদীশবাবুগী যুমরু সরস্বতী তুবেল রাংমদনি। যুমরু খুজিলদা লৈববস্থু তোর্বান্দা হৌরিবা রাপলগী মশা মরেংনা খজিনখিরুনা বনমালী বাবুগী যুমগী ছাদ মথক্কগী উবা ফংদে। মতম অরুদা শরত ঋতুনা খোঙদোয ওল্লকপগা লোয়ন-লোযননা সরস্বতীগী ঈমায চোল্লস্থা ঈশিংরু ঈচেল তংকদোবগুম তৌরক্রে অমস্থুং তোর্বান্দা লৌমীশিংনা চগোক-চংশিন তৌনরিবা লশ্মীরস্থু খোঙগুল খোঙগুল নাইনা কংশিন-খিরুনা কনশিনখ্রে। লশ্মী অসিগী মতুংইন্না ঙসি নুংথিল নুমিদাংরাইদা বিজযা অকল ওইববা চৌকিদার কান্হাইযাগা লোয়নরুনা কোইথোকপা থোরকই। অসোম রাংমদা হৌরিবা রা, খেজুর অসিনচিংবা উপাল-রাপালগী উনা-রানাগী অহোবদা ফাওজিল্লক্লুনা তাখিগদোরবা নুমিংকী ঙাঙ্লানবা মশেক-মঙালনা

মরক মরক্তা বিজয়াগী মায়থোংদা ৈয়ররি। মহাক্তা নুংবংনবা মিংয়েংনা তোর্বাল নাকল অমদা য়েংন-য়েংনা মমাই অরাং ওন্দুনা লাকপদা খঙহৌদনা মফম হুমদা মাগী মিংয়েং তাক্লরে— তুরেল খোংনুংদা রা খরা য়ুংলগা রা খরা ফেহুনা লাম্থোক-লানশিন তৌননবা উরোক-থোং অমা লৈ। মহুবু মুন্না য়েংন-নবগীদমক্তা বিজয়ানা তোর্বান নক্তা চংশিল্লগা লেপ্লবমক্তদা উরে, থোইনা লাপ্তুনা নুপা অমা ফমহুনা থোইদোক্তা মপুক্লিং চঙনা ঙা ফারি। শামিল ফংহুনা নুপাহুনা য়েংখংলক্লগা নমস্কার তৌরকই। মতম অহুমক্তদা বিজয়াগী মাইথোংদা নুমিংকী মঙাল মশেক্তা ৈয়রবরা খঙদে; অহুবু মিং চানবমক্তদা মাগী ঙৌরোক ঙৌবা মাইথোংহু তশেংনা তঙাং-তঙাংগ্রে। ঙা ফারিবা নুপা অহু পূর্ণবাবুগী মচল নুপীনা পোকপা, নোংমা মামাগী ওইনা মাগী নাক্তা লাবখিবা মহাক অহুনি। বিজয়ানা নমস্কার ওকপগা নুপা অহুনা মাগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা মোমোন নোক্তা হায়রকই, "নুমিদাংরাইরমদা ঙাইহাক চথোকপদা তোর্বান অসি থোইনা ফত্তবদি নত্তবা য়াই, অহুবু মতম অসিদদি ম্যালেরিয়াগী থোইনা কীনদবস্তু নত্তে। খঙলে, ইবেম্মবু চেকশিনহন্নবা কনানস্থু হায়দত্রা?"

বিজয়ানা মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "হায়দে।" অংগা থংনবা মিংকুপমক্তদা মপুক্লিং ফাজিল্লগা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "অহুবু ম্যালেরিয়াদি মী মশক খন্না চংদে। ঐবুদি খঙদহুনা লাক্লে, অদোমদি খঙনা খঙনা ঈশিং ময়াসিদা ফমহুনা লৈবিরম্লিব্রা? কদায় য়েংসি করি ঙা ফাবিরবগে?"

নুপাহ্না নোক্লুনা হায়রকই, "ফাবৌ ঙানি; অহ্নবু পুং অনিদা অনিথক্লা ফ'রি! নামং মাংলে; অহৃবু কৱিদি তৌগদগে তাকপিয়ুদো, ইবেম্মগুম ঐস্মু মীরৈবাক মচানি হায়বা য়াই। মপালদতা পুন্সি লেল্লক্লে, কনাগস্মু থোইনা খঙুন-চাগ্নবস্মু লৈতে— অহৃবু নুংথিলদি করিগুম্বা মওং থমদবু ওইরবস্মু লেনবা তাবনি।"

বিজয়ানা মঙক নোমহ্না নোক্লগা হায়রকই, "অদোমগী য়ুম্মু পূর্ণবাবুগী য়ুম মনাক্লা নত্রা?"

নুপাহ্না হায়বকই, "নক্তদে।" তুরেল রাংমদা মথুং থিন্দুনা তাক্লকই, "ঐখোয়গী য়ুমদি দিঘডা অনিদনি। রাগী উরোকযেং অসি লান্দুনা চংকনবনি।"

খুক্কংহ্নগী মমিং তাবমক্তদা বিজয়ানা হায়বকই, "অহৃ ওইববদি জগদীশ বাবুগী মচানুপা নরেনবাবু-বু শক খঙবিরিনিনা?"

নুপাহ্না মঙক নোয়ক্লপমক্তদা বিজয়ানা লাংতক্লবনা থুমহংলক্লুনা খঙহৌদনা হংদোকউরে, "মহাক করমতৌবা মীশক্লো, তাকপিবা ঙম্বিগদ্রা?"

অহৃবু হায়দোকখ্রগা মশাগী লৈবাক-মচা তাদবা রাহং অহুদা থোইদোক্লা মশা মতোমতা ঈকাইবা পোকচরক্লে! ঈকাইবা অসি নুপাহ্নগী মিংয়েংদগী নাম্থোকখিত্রে। মহাক্লা নোক্লুনা হায়রকই, "মাগী য়ুমদি ইবেম্মনা শেন্দোল শকচিন্দুনা লৌশিনবিখ্রবনি; হৌজিক মাগী মরমদা থিজিন-হুমজিল্লুবগী কান্নবা করি অমুক লৈব্রিবগে? করিনো অফবা হীরম অমগীদমক্তা

লৌশিনবিবনি হায়রবা রাখম অহুস্থু মাইকৈ অসোমদা লৌরবা খুদিংমক্তা তানরবনি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "পুম্নৈ-লৌশিনগ্রে—খঙলে, অস্থুম্না মাইকৈ অসোমদা শন্দোক্লবোইরে।"

নুপাহুনা হায়রকই, "মশানা ভাবরা রাখম্মি। জগদীশবাবুগী লৈজবা 'পুম্না ইবেম্মগী পাবুংদা য়োনবগা চপ মান্নন। বক্ষক খমখিবনি। মাগী মচানুপাহু ভশে না হায়ববদা শেল শিংদোকপা ঙম্বগী শক্তি শুথৈ লেত্তে—থানখিবা মতমস্থু হেনগ্রে-রাখম অসি মীপুম খুদিংমক খঙনবিবনি।"

"যুমহুবু কমদোবগে ?"

"ফওবা নত্তে, থোইদোক্লা অচৌবা যুম্মি। শিজিন্নবিগদৌরিবা হীবম অঙদদি ওন্থোক্লা মতা চাবা হায়বহু ওইরগনি। লেংউসিদনা খরগা অমুক চংশিল্লবদি উবা ফংলগনি!"

চংনা চংনা বিজয়ানা হায়রকই,—"অদোমদি খুঙ্গাসিগী মীনিনা শোয়দনা পুম্নমক খঙবিরমগনি। যবে, নরেনবাবু বিলাতা ডাক্তর তমলুবা নিংথিনা পাস তৌহুনা হল্লক্লে হায়না তাই। করিগুম্না অফবা মফম অমদা প্রাকটিশ তৌহুনা, মতম খরগা অমুক লৌরবদি মপাবুংগী শেন্দোল অহু শিংদোকপা ঙম্লোইদ্রা ?"

নুপাহুনা মঙক হাইবহুনা হায়রকই, "ওইথোক্লোই। লায়েংবা মহাক্কী অপাম্বা নত্তে হায়না তাই।"

ঙক্কহুনা বিজয়ানা হায়রকই, "অহু ওইরবদি মাগী অপাম্বহু করিনো ? অহুক খরচ চংনা বিলাত চংহুনা ডাক্তর তমলুবগী মহৱ

মুপাহ্ নোক্তমক নোকই, রা অমত্তা ঙাংদে। মখোয় উরোকথোংহ্নগী মনাক য়োরক্লে। মহাক্না অপিকপা খোইহু থুনগংলগা হায়রকই, "মসি ঐখোয়গী খুঙ্গং চংমনবা লম্বীনি। নমস্কার।" হায়হ্লনা মখুং খাঙ্গংত্তুনা নমস্কার তৌবম্লগা রানা শাবা থোং অহ্লদা হাইরং-হাইরং মওং অমদা লানহ্ন্না উমংগী অথুবা লম্বীদা চংখিহ্লনা উবা ফংখিদ্রে।

মতম কুইনা মীনাই ওইরক্লগা অহল ওইরবা কাঙ্গাইসিংনা বিজায়াবু অঙাং ওইরিঙৈদা শো-পমহ্লনা য়োক্লকপনি অমম্বুং মহ্লগা লোয়মনা মহাক ঙাক-শেনবগী ওইক্ষম থেংকপা অধিকারদগী ফাওবা হেনগ্রবনি। মহাক্না মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হংলকই, "বাবু অহ্লবু কনানোনে আজ্ঞা-বেম্মা!"

অহ্লবু বিজয়া অম্বুক্তী মতিক নুংঙংনগ্রে মহ্লদি, হনুবগী রাহং অহ্ মনাদা চংখিদ্রে। মমশিল্লকপগী তুরেল তোর্ব্বানগী চিক্লা নিংথিজবা খিবিক অহ্লবু মহাক্না করিমত্তা থৌশাক্লবা তৌদনা মঙদ্রেং-হাদ্রেংগুম রাক্ষম অসিতবু হন্না হন্না খন্না খম্না লম্বী চংলি— নুপাহ্ কনানো, অহ্লগা কৈদৌঙৈ অমুক উল্লবা ফংগদগে?

## তরেৎ

রাসবিহারীনা হায়রকই, "ঐখোয়না নোটিশ পীগ্রবনি, অমুক ঐখোয়মক্লা করিগুম্বা মাবু খাম্বা তারবদি অতোপ্পা প্রজাশিংগী মফমদা মহ্ করি ওইনা উখিগদগে, অমুক্তা মুন্না খন্নহ্লনা য়েংউদো মুপীমচা!"

বিজয়ানা হায়রকই, "মসিগী মবমদা চিঠি অমত্তং মঙোন্দা ঈবিখো। এনা তশেংনা থাজে মহাক শুপ্পগী ঈকাইবা নংগদ্রা চিংনহুনা 'সিদা লাকপগী থোনা লৈতবনি।"

রাসবিহারীনা হংলকই, "করিগী ঈকাইগদৌরিবা?"

বিজয়ানা হায়রকই, "মহাক্না শোয়দনা খল্লমগনি, মহাক্না হয়জবা ঐখোয়না য়াবিরোই।"

রাসবিহারীনা করেম্মবগী মওংদা হায়রকই, "য়াম্না মশক নাইবা মীশক্তি খঙলে। অদুনা ঈকাইবা খাংহনা ঐখোয়না হায়জ-নোঙ্গহুন মাবু লৈহনখিবা তাবিব্রা?"

বিজয়ানা নুংশুক-নুংভাননা হায়রকই, "মদুস্মু দোষ করিমত্তা লৈতে খুডা-ইবুংঙো। হায়জ-নোঙ্গরক্তবদা থোজালবিবদা ঈকাই-নিংঙাই বসিস্মু লৈতে।"

রাসবিহারীনা হায়রকই, "ফরে ঈকাইনিংঙাই ওইদবস্মু য়াই; অদুবু সমাজ লিংখৎপগী সঙ্কল্প তৌখিবহুগীদি কমদৌবা তারিবগে হায়যু তাসি?"

বিজয়ানা হায়রকই, "মহুগীদমক অতোপ্পা থোরাং অমা ঐখোয়না তৌবা ঙমগনি।"

রাসবিহারীনা মপুক্তিংদা থোইদোক্লা শাউনিংলবস্মু মপাল-থোংদদি নোকফেং তৌহুনা হায়রকই, "নপাবুংনা শেল মতিক চানা থনম্মী, নহাক্লা অতোপ্পা থোরাং তৌবা ঙমগনি, মহু ঐ খঙই; অদুবু রাক্ষম অসি ঐঙোন্দা অমুক্তা মুম্না খঙহল্লু নুপীমচা,

ঙসি ফাওবা মশক-মশাস্থ উদ্রিবা মহাক অতুগীদমক্তা ঐখোয়না হায়বা থৌওইদ্রিবা অতুগা মাগীদমক্তা অতুক নুংঙাইতবা পোক্লিবতু করিগীনো ? ঈশ্বরগী থৌজালদগী নঙগী অতোপ্পা প্রজা অতৈস্থ লৈরি, অতুগী মথক্তা থবক তৌবা মী মঙা-তরাস্থ লৈরি ; মখোয়গী-দমক্তা অনিগুম্না থৌবাং তৌবা ঙমগদ্রা—পাউখুম অসি ঐঙোন্দা পীযু তাসি বিজয়া ?"

বিজয়ানা হায়বকই, "খুড়া-ইবুংঙোদা হায়জখিবতুনি. মসি পাবুংগী অরোইবা অপাম্বনি । অতুদা নংনা ঐনা তায—"

"করি তাবগে ?"

করেম্নরক্তদ্রা চিংনহুনা মাগী ( নরেনগী ) লাযেংগী মবমদা থিজিনবগী চাংয়েংগী রাফম অতু বিজয়ানা পন্দ্রে, অস্তুমদা হায়রকই, "ঐনা তায় মহাকপু খুঙ্গংগী মীনা ইন্থোব্রমাল্লে । মযুমদগী তান্থোকখ্রবদি মরি-মতা কনাগী মযুমদস্থ মাগী চংজফম লৈবোই । অতুদা নংতনা, যুমদগী তানথোকপা রাফম অসি হেক খল্লুবদা পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই খুড়া-ইবুংঙো ।"

রাসবিহারীনা মীনুংশিনা থম্মোয় থুমহংলকপগুম খোঞ্জেল ইফা-ফাজিন্না হায়রকই, "অস্তুক নৌরিবা নহাক্না করিগুম্না অতুক য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্লবদি, অস্তুক অহল ওইরবা চহি মতাং অসিদদি ঐনা কয়াগী মতিক নুংঙাইতবা পোক্লমগদগে হায়বতু অমুক্তা খল্লগা হায়যু তাসি ? অতুগা ঐগী শাংলবা পুন্সি অসিদা অহানবা ওইনা পামজবতু থৌদাংগা চাংদমহুনা লেপ্লিব্রা ? নত্তে,

মহ্ নত্তে ! থোদাংদি মতম চুপ্পদা ঐগী ইকমনদি ইথোদাং ওইহনা লৈরবনি। মহুগী মফমদদি থম্মোয়গী অপাম-পামদগী করিগুম্বা দাবী-নুংবী অমত্তা চংদে। বনমালীনা অতুক লুবা দায়িত্বহ্ ঐগী ইথক্তা মনশিনবিরম্ব, পোৎলুম অহ্ ঐনা পূন্সিগী অরোইবা নিংকুপ ফাওবা পূবা তাবনি—মহ্দা ঐ অরা-অনা ফনসু নংসনু। পাম্লগা ঐবু দায়িত্ব পূম্নমক অসিদগী মপুংফানা নাম্বোবহল্লো, মগ্রবদি করিগুম্বা মওংদসু নহাক্লা হায়রিবা মওং চাদবা রাফম অসি ঐ ওংকপা ওল্লোই।”

বিজয়া মাইথোং লল্লপ্পা তুম্মিন্না ফমহনা লৈখ্রে। মপাগী মরালগীদমক মাগী মরাল লৈতবা মচানুপাবু মহুমদগী তাম্বোকপগী রারেপ অসিনা মাগী থম্মোয়নুংদা চৈনাখোল পীবা হৌরক্লে, চহি মতাং চাংদম্লহনা অহল অসিনা মঙোন্দগী শরুক করা হেন্না নুংঙাইতবা পোক্লবসু থোদাংগী লিপুন্না পুনখিবনি হায়বা অহুবু মাগী থম্মোয়দা তশেং-তশেংনা থাজবা ওমদে—থোইদোক্লহুম তমগীবা মীওংনা ওংপা থম্মোয় পান্দবগী শাথীবা মত্তে ওইনা মাগী থম্মোয়দা ফাওরকই। অহুবু নমহনা মশাগী অপাম্বহ্ চংহন্নগী থৌনাসু মাগী লৈতে। থোইদোক্লা মসিসু মহাক খঙদবা নত্তে, মহ্দি, খুঙ্গংদা নিল-থোংবগা লোয়ননা ব্রাহ্ম-মন্দির কংপগী মিংচৎ ফংনবগী অচৌবা আশানা লমজিংহনা অহল ওইরবা রাসবিহারীনা কংয়েং য়েংপনি অমসুং নম-হারিবনি।

রাসবিহারী রা করিমত্তা ঙাংখিদ্রে। বিজয়ানা ঙাইহাক তুম্মিন্না ফমহনা লৈরগা খোঞ্জেল তপ্পা য়ামিংবা উৎলক্লে, অহুবু

নুংদদি নুপী ওইবগী হৌনশা অতোপ্পগী ওরাবদা নুংঙাইতবা, মীনুংশি পোক্লিবা থোং-নৌববা থম্মোয়দদি অহল অসিবু হঙ্গোইবা অমস্তুং মাগী মচানুপাবু পেন্দবনা থল্লক্লে।

রাসবিহারী অয়িবপা মীনি; মহাক্না মসি খঙদবা নত্তে, মহুদি শেলবুনা শেল তোল্লিবা মত কপূ হেংনবদা নুপা অমদ মাইথিবা পীরবস্তু লৌখংপা মতমদদি মখায় অমদগী হেনা শেন্দোং ফংলোই। মরমদি ফংথম থোকপহু তংশং-তশেংনা যানবা নত্তে। মরম অহুনা লৌনম তৌহুনা পুদোংচাবা করিগুম্বা লৌনিংলবদি মহুগী চপ চাবা মতম অসিমক্লি। বিজয়াগী মাই-থোংদা য়েংলহুনা মোকক্কেং তৌনা হায়রবই, "নুপীমচা, নহাক্কী নপোংনি, নহাক্না দান তৌবদা ঐনা কৈদৌনা থিংনুগদগে ? ঐনা খঙহন্নিংবদি শুপ্পগী অসিতনি, বিলাসনা পাম্লিবসি মশাগী ওইজনবা নত্তে, শাউহুনস্তু নত্তে, শুপ্পগী থৌদাংনি হায়হুননি। নোংমা ঐগী ইরন-ইথুম, নখোয়গী পাবুংগী মরন-মথুম পুম্নমক অমত্তা ওইনা নখোয় অনিগী খুত্তা তাবগদৌরিবনি। নুমিং অহুদদি জ্ঞান তাকপিনবা হনুবা ঐবু থিবা ফংলরোই। নুমিংত্তুদা নখোয় অনিগী মত খেন্নরদবা, নপুরোইবগী থবক খুদিংমকপু লমুক্লবা নত্তে হায়হুনা নোল্লুকপা ওম্বা, থাজবা ওম্বা অহুত্তনি ঐনা পাম্লিবসি। নত্রবদি দান তৌবা থৌজালবিবা মহাকস্তু হৈ, ঐস্তু হৈ. অহুবু দান অহু মতিক চাদবা মীশক্তা ওইরবদি কবিস্তু কাম্নরোই, অসিখক্তনি ঐনা নঙোন্দা খংহন্নিংলিবসি। হৌজিক্কি খঙলেদনা নুপীমচা, কল্লিগীনো ঐনা জগদীশবাবুগী মচানুপাদা

থৌজাল মরিক অমত্তা পীনিংত্রিবসি, অদুগা করিগী থৌজাল অদু শুপওই ওইথোক্লিবা ?" হায়রগা অহল অদুনা নুংশিবা মীনোক্লা নোক্লুমা বিজয়াগী মাইথোংদা য়েংলকই। মচংনা থল্লবা কক্লিং-ঙাই লৈত্রবা লৈবাক্তা খুতুম্মা শুবগুম্লবা পাউতাক পরেং অদুগী মায়োক্তা য়েংনক্লবা য়াদে—বিজয়া তুম্মিন্না ফমদুনা লৈ : রাস-বিহারীনা অমুক হায়রকই, "হৌজিক খঙলেদনা বিজয়া, বিলাস অঙাং ওইরবস্তু অাঃ তুংদা থোক্লক্লদববু কয়াদা মুন্না খল্লগা তৌরিবনো ? হায়রিবা অসিনি, ঐদি থবক অসি তৌবদা শম অসি ঙৌরক্লবনি, অদুবু জামিদারীগী থবক্তা মাগী হৈ-শিংবসি উবদা মরক-মরক্তা ঙক্লুনা খল্লিবনি !"

বিজয়া মঙক্লমক নোম্লকই, রা ঙাংদে।

"পুং মরি তাবে।" হায়ম্লগা রাসবিহারীনা লিচৈত্ত পায়দুনা হৌগংলগা হায়রকই, "সমাজ লিংখৎপগী রাখলদা বিলাস কয়াগী মতিক মপুক্লিং য়াউথ্রবগে হায়বদু ফোংদোক্লবা রাহৈ লৈতে। মাগী রাখল-পুক্লিং মদুদা পুমলুপ লুপথ্রে। হৌজিক ঈশ্বরগী চরণদা ঐনা খুক্লমজরিবা হায়ববু অসিতনি, অফবা নুমিৎ অদু ঐগী মিৎসিনা উবা ফংখিবা।" হায়রগা মহাক্লা মথুৎ অনি লোম্লদুনা ব্রহ্মবু থাগোম্লদুনা হন্না হন্না খুক্লম্লকই। খরা চৎলগা মহাক খঙহৌদনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "নুপামচা (নরেন) দু অমুক্তং ঐগী নাক্তা লাক্লম্লবদি অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু করিনো অমা খন্নবা হোংনরমগদবনি ; অদুবু মদুস্তু হৌজিক্তি—মরাইবক য়াম্না থীবা হায়বদুনি ! মপাগী স্বভাব খোক খোক্লা হেক হৈজিন-হৌরবনি খঙলে।" হায়না হায়না মহাক মপাল থোবথ্রে।

মফমদুদা মঙং অমদা ফমদুনা বিজয়া করি খল্লিবনো মতুগী অরেপ্পা লৈতে। খঙহৌদনা মপাল্লোমদা য়েংথোকলুবদা উরে, নুমিং তাগদোরে, তোর্বানগী শেংদবা নুংশিংকী অকনবা লিচিংনা মাবু চিংখিহনা ফম্লম্বদগী হৌগংগ্রে, অদুগা ঙসিস্থ অহল ওইরবা চৌকিদার কৌরগা লোইনদুনা হৱা চাবগী মমিংদা মপাল থোকগ্রে।

মফম অদুমক্তদা ফমদুনা ঙসিস্থ নুপাহ্ খোই চোপ্লমই। য়াম্না লাপ্লিদৈঙদগী বিজয়ানা উরবস্থ নকশিক্লবদা উদবগী মঙংদা চৎলি, খঙহৌদনা কাহ্নাইসিংনা তুংলোমদগী কৌরকই, "সেলাম বাবুজী, ঙা ফাবিব্রিব্রা ?"

ৱা অসি তাবমক্তদা বিজয়া মমাই ঙাংলপ তৌরক্লে। কনা-গুম্বশিংনা অশেংবা মরুপ ওইবগীদমক্তা মতম শাংনা ৱাবী ৱাতাই কয়া শান্নিংই, মখোয়দুগী মতাংসিদা নিংশিংহৌবা কান্নগনি মহুদি, নত্তে, থোইদোক্লা দরকার ওইদে। বিজয়ানা লৈশিল্লগা লেপ্লবমক্তদা নুপাদুনা খোই থম্লগা নমস্কার তৌরকই। অদুগা মনাক্লা চংশিল্লক্লুনা লেপ্লবে অনস্থং নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "হুঁ, মরৈবাক নিংবগী ইবেম্মগী লিচিং অসি ওগ্লোক্লা কনগ্রে হায়বা য়াই। মাগী ম্যালেরিয়া কাওবা লৌশিল্লবদি য়ারোইদৌরি খঙলে।"

বিজয়ানা মোমোন তৌনা হায়রকই, "অদোমদি লৌশিন-বিরম্লগনি খঙজরে! অদুবু উবদদি মদু মান্দে।"

নুপাদুনা হায়রকই, "ডাক্তরশিংদি খৱা চেকশিনবা তাবনি। অস্থুম্না অমগা অমগা লৌনগনবা—"

ৱা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈদা বিজয়ানা হায়রকই, "অদোম্মু ডাক্তররা ?"

নুপাহ্নু ঙকচায়রহ্না পাউগুম পাক হেক পীবা ঙমদ্রে ; অহুবু থংনবা মিংকুপ্তা মশাগী অশোয়বহু লোংশিন্দুনা ফাগীগী মওংদা হায়রকই, "মহুনিদনা ! কয়াদা চাউবা ডাক্তর অমগা ঐখোয়গা যুম্লোয়রি। ময়ামদা শন্দোকপা লোইগ্রবা তুংদা ঐখোয়গী— করি হায়বগে ?"

বিজয়া খুদক্তা করিগুম্বা ৱা অমত্তা ঙাংদে। ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "শুপ্নগী য়ুমথংনবদা নত্তে, মাদি অদোমগী মরুপ অমনি, মহুম্না খল্লম্লিবনি। ঐগী ৱা মঙোন্দা ৱারী শাবিলাকপিরবা ?"

নুপাহ্না নোক্কুনা হায়রকই, "ইবেম্মনা মাবু মতিক চাদবা ময়াইবক থীবা অমা ওইনা খনবিরি, মহু অরিবা ৱারীনি— ময়ামম্হু খল্লে। মসি অমুক নোহোননা হায়রুবগী দরকার করি লৈরিবগে ? অহুদি ওইরগা নোংমা মহাক ইবেম্মা উমবা লাকপা য়াই।"

বিজয়ানা মপুক্লিংদা য়াম্না ঈকাইরহ্না হায়রকই, "ঐগা উমরগা মাগী করি কায়গদগে ? অহুবু মাগী মরমদি ঐনা অসিগুম্বা ৱা অদোমদা হায়জখিদেনা !"

"হায়বিখিদ্রবস্থু হায়বিবমক্তা মতিক চাবনি।"

"করিগী মতিক চাগদৌরিবনো ?"

"ময়ুম-মকৈ ঙম্না য়োম্বোকপ্রবা মহাক অহুবু মী পুন্নমক্তা মরাইবক থী হায়নৈ, ঐখোয়স্তু হায়। মমাংদদি ঙমজ্রবস্তু মতুংদদি ঐখোয়না হায়বা ঙমই !"

বিজয়া নোকখোয়ক্লে, হায়রকই, "অদোম অহু ওইরবদি মাগী য়াম্না ফবা মরুপ্নিদনা !"

মুপাহুনা মঙক নোম্নহুনা হায়রকই, "মহু অচুম্বনি। মাগী ওইনা ঐ ইশানা ইবেম্মদা অমুক্তংদি চংজরমগদবনি, করিঙ্গুম্বা ইবেম্মনা অফবা থোয়াংগীদমক্তা ময়ুম ইঙ্খোল লৌশিনবিবা মংলমজ্রবদি।"

বিজয়ানা অমুক্তং মমাই হাইগংতুনা য়েংলকই, অহুবু হীরম অসিদা রা অমত্তা ঙাংদে।

'স্কুম রারী শানা শানা চংপদা ঙসিদি মখোয় ফনা লাপ্না লাক্লে। উরে, তুরেল রাংমদা মী কাংবু অমা পরেং শানা নরেন বাবুগী য়ুম তম্না চংখ্রি। মখোয় চহি য়াঙ্খেদগীনা চহি তরামঙা শুবা ফাওবগী মীওই ঙাক্তনি। মুপাহুনা হায়রকই, "মখোয়সি কদায়দা চংলিবনো খঙবিবরা ? নরেনগী স্কুলদা তম্বা চংলিবনি।"

বিজয়ানা ঙক্না হংলকই, "মহাক অহুগুম্বা অহুস্তু তৌবরা ? অহুবু ঐনা খনবদা শেল লৌদনা—চুমজ্রা ?"

মুপাহুনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "খনবিন্নিবহু অচুম্নমক্লি। মতিক চাদবা হায়বসিদি কদায়দস্তু লোংপা য়াদে।" মতুংদা অমুক চীংলেম্না হায়য়কই, "নরেম্না হায়, ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাঙ্গেশেংবা লৌ-উবা লৈতে। লৌ-উবা মপা-মপুগী

ওইবা শিনকম্নি ; অহুনা মতম চাবা চাদবা লৌবুক্তা মণ-পোৎ অনিরক্তং তম্মোয় খোয়রগা মক্ক হুনজিল্লি, অহুগা ময়া কাহুনা নোংথক্তা য়েংহুনা লৈখোকই। মসিবু লৌ উবনি হায়বা য়াদে, লোটরি শান্নবনি। করম্বা লৌবুক্তা করম্বা মতমদা হার হাপকদগে, কদায়বু হার কৌবগে, কদায়বু অচুম্বা মওংগী লৌ-উ কৌবগে— পুম্নমকসি খঙদে। বিলাস্তা লৈরিঙুদা ডাক্তর তম্বগা লোয়ননা বিদ্যা অহুম্ মহাক্না তম্নকই ! নোংমা মাগী স্কুলহু য়েংবা চৎলুসিদনা ? লক্মাং ময়াইদা উখোংদা অঙাং-অহল পুল্লপ তৌন্দুনা তম্নিবা মফমহুদা চৎলুসিরা ?”

চৎননবগীদমক বিজয়া খুদক্তা খোল্লাং তৌরকই, অহুবু থংনবা মিকুপ্তা লাংতক্লবহু নমথহুনা অস্পুম্না হায়রকই. “নক্তে, তোক্লসি।” হংলকই, “ফরে, ময়ুম অহুক চাউবা অমা লৈনা লৈনা উখাদা স্কুল ওইরিবা করিগীনো ?”

সুপাহুনা হায়রকই, “অহুগুম্বা তম্বদি লাইরিক চিনফা পুহনবদনদি য়াদে ! মখোয়বু খুদক্তা লৌ-উবা তম্বিহুনা খঙহনগদবনি মহুদি, মহু মওং চুম্না হৈরবদি শরুক অনি হেন্না, শরুক মরি-মঙা হেন্না ফাংবা মহৈ-মরোং ফংগনি। মহুগীদমক লক্মাং দরকার ওই, লৌউবা দরকারনি। লাইবক্তা তম্নবনি হায়রুম্না নোং তাবা ঙাইহুনা খুৎলোন্দুনা ফমহুনা লৈখোকপা চুমদে। হৌজিক্তি খঙবিরব্রা, করিগীনো মাগী স্কুল লৌবুক-লক্মাংদো হাংদোক্লিবা ? করিগুম্বা অমুক্তং মাগী স্কুলগী লবুক্কী মহৈ-মরোং উবিরবদি ইবেম্মগী মিৎ থনগনি. মসিদি তশেংনা হায়রুম্বা

হায়জবা ঙমগনি। হৌজিকস্থ মমদ্রি—ঙসিমক চংলুসিদন—আদা উরে।"

বিজয়াগী মাইথোং অস্থম অস্থম চীংলেম্লকই অমস্থং চপ যুংনা লৈখ্রে ; হায়রকই, "নত্তে, ঙসি তোক্লসি।"

সুপাহ্নুনা হায়রকই, "অহৃদি করে। চংসি, অসিরায় কাওবা চংলুখিসি।" অসি হায়রগা বিজয়াগা লোয়নননা চংলি। মিনিট মঙা-তরুক বিজয়া রা মচেং অমত্তা ঙাংদে, থম্মোয়মুংদা কমদৌ-ননো ঈকাইবা পোক্লকই—অহুম ওইনমক ঈকাইবগী মরমত্ত মহাক্না খনবদা লাম্বা কংদে। সুপাহ্নুনা অমুক হন্না রা ঙাংলকই, হায়বকই, "ইবেম্মনা ধর্ম্মগীদমক মাগী মুমহ্ লৌশিনবিরে—লম মচেং থরহ্ অফবা থবক্তা শিনজিন্নখিগদৌরি, মতম অসিদবু মতুবু ইবেম্মনা পাক থাদোকপা ঙম্বিগদ্রা?" হায়দুনা মহাক নোংকফেং নোকফেং তৌরকই।

তৌইগুম্বস্থং পাউথুম পীবদা বিজয়ানা চীংলেম্না হায়রকই, "অসি হায়নবগীদমক মাগী মাইকৈদগী অদোমগী অধিকার কবি লৈবগে?" হায়রগা মরৌ লৈবা মিংয়েংনা য়েংলকই, সুপাহুগী নোকমি নোকমি তৌবা মাইথোংদা কবিগুম্বা অওনবা শকওং অমত্তা উদে।

সুপাহ্নুনা হায়রকই, "অধিকার অসি পীবগী মথা পোন্দে, লৌবগী মথা পোল্লি। অযবা থবক্তী অধিকার মীওইবনা লোয়ন-লোয়ননা ঈশ্বরগী মকমদগী কংই— মীওইবগী মকমদগী থুং ভিংথোক্লুনা নিরুগদবা নত্তে। চানবিনবা হায়জরদবগীদমক

ইবেম্মগী পুক্লিংদা য়াক্নৌবিব্রি, চানবিব্নবদি কনানা খুদোং ফংগদগে খঙবিব্রা ? লৈবাক্কী চানিংঙাই-থক্লিংঙাই লৈজদবা লৌ-উবশিং-ননি। ঐখোয়গী শাস্ত্রদা য়াউব্রি, লাইরবা ঈশ্বরগী থোইদোকপা মূর্ত্তি অমনি। মাগী সেবাগী অথিকারদি পূন্নমক্কী লৈ। অথিকার অদু নয়েনগী মফমদগী কৈদৌনবা নিকুগদৌব্নিবনো হায়বিয়ু ?” হায়রগা মহাক নোক্লকই।

বিজয়ামা চংনা চংনা হায়রকই, “অদুবু অদোমগী মরুপ্পুবু মদুগীদমক্তা 'সিদা ফমদনা লৈথোকপা ঙমগদ্রা ?”

নুপাদুনা হায়রকই, “ঙম্লোই ; অদুবু মানা ঐঙোন্দা পোৎলুম ঙসি ননশিল্লসা যাই।”

বিজয়'গী চিনবান্দা নোকফেং তৌবগী নমি তাব্রি ; অদুবু থোইদোক্না চীংলেম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই, “ঐস্তু মদুম্না খল্লম্লিবনি।”

নুপাদুনা হায়রকই, “খনফম থোকপা য়াফম্রি। মখোয়না ব্রাহ্মণদা দান তৌফম থোকপা লন পীবা তারমই। হৌজিক্তি দাযিত্ব অদু লৈত্রে হায়বা য়াই, মদুগী লেমহৌবা শুপ্লে লৈত্রে হায়বদি য়াদ্রি।” হায়দুনা মহাক অমুক নোক্লকই।

বিজয়া মশামকস্তু নোকপা অদু শরুক য়াননবা হোৎনরকই, অদুবু ঙমদ্রে। চন্না কবেম্নবা অসিদা মাগী থম্মোয়-মুংদা কদায়-দনো যুব্রে। মিংকুপ খবা তুম্মিন্না চংলগা খঙহৌদনা হায়রকই, “অদোম্মক্তস্তু অদোমগী মরুপ্পুবু চংজফম পীবিবা য়াই।”

“অদুবু ঐদি 'সিদা লৈতে। চয়োল অমগী মমুংদা চংলসিনা খল্লি।”

বিজয়া মপুক্লিংদা চগুরুয়ক্লে ; হায়রকই, "অদুবু 'সিদা য়ুম-ইংখোল লৈবনিনা শোয়দনা তোইনা তোইনা চংথোব-চংশিন তৌবিরিবা নত্রা ?"

মুপাদুনা মগুক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, ঐহাক অমুক হল্লকবা য়ারি ।"

বিজয়াগী পুকল্লংদা মথুম-মরাং হৌবক্লে। মহাক্লা খগুই, হীরম অসিদা য়াহং মখা চথবা করিগুম্বা মওংদম্ব মতিক চাবা ওইরোই ; অদুবু করিগুম্বা মওংদম্ব লাংতক্লবদু নমথবা ঙমদ্রে। তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "সিদা ইমুং-মনুংগী ভার লৌবিনবা অদোমগী মী শোয়দনা লৈবিরমগনি, অদুবু—"

মুপাদুনা মোক্লুনা হায়রকই, "লৈতে, অদুগুম্বা মীশক লৈতে।"

"অদু ওইরবদি অদোমগী ইমা-ইপা—"

"ঐগী ইমা-ইপা, ইচিল-ইনাও কনাম্ব লৈতে : এঃ ইবেম্মগী য়ুম মপা য়োৗরম্লেদনা। নমস্কার। ঐ চৎচরে।" হায়দুনা মহাক চপ লেপখ্রে।

বিজয়ানা মাগী মাইথোংদা অমুক য়েংবা ঙমদ্রে ; অদুবু খোঙ্গেল তপ্পা হায়রকই, "ইমুংদা চংবিররোইদ্রা ?"

"চংজররোই. ঐ হনখিবদা মমগ্রগনি ; নমস্কার।"

বিজয়ানা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা নমস্কার ওক্লগা থোইদোক্লা চিংনবগা লোয়ননা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "অদোমগী মরুপ্ত রাসবিহারীগী মমাক্লা অমুক্লা চংলুনবা হায়বিগেরা ?"

সুপাহুনা উত্তুনা হায়রকই; "মাগী মনাক্তদি করিগীনো ?"

"মহাক্কা পাবুংগী সম্পত্তি পুম্নমক য়েংশিন-খোংচিন্নি হায়বগীনি।"

"মত্তু ঐ খঙই; অহুমু মাগী মমাক্তা চৎলু করিগী হায়বিন্নিবনো ?"

বিজয়া য়াহং অনিগী করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীবা ঙমদ্রে। সুপাহু মিংকুপ খরা চপ লেপতুনা পাউখুম ঙাইবগুম তৌই। মতুংদা হায়রকই, "ঐ হনবা থেংণ্ণগনি—ঐ চৎচয়ে।" হায়রম্লগা খুনা যাংনা চৎখ্রে।

## নিপাল

য়াকম অনিথক মহাক্কী পুক্নিংদা খ্বাইদগী যেন্না লোংচান্নবা লৈরি, মতুগী অমদি অসিনি মতুদি, অতুক্ক য়াম্না য়াম্বী শানমবদগী সুপী ওইবীগী হোন-লোমচৎ ঙাক্নবগীদমক্কি হায়তুনা মহাক্কী মমিং ফাওবা খঙহোঙ্গ্রে। অনিশুবতুনা অসিনি মতুদি, নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মহাক কদায়দনো চৎখিগদৌরি—য়াহংতু চা-মরক হন্না হংনিংলবসু চা-মরক শুপ্পগী উকাইবদগী মচিন্দা হায়দোকপা ঙমখিদে। মহাক্কী মন্নমদা হীরম অমদা অহানবদগী বিজয়াগী মিৎয়েং চিংশিনখি মতুদি, খুনুংদা পোক্নবসু শবখঙদবী ভদ্র-মহিলাগা চিংনবা লৈত্তনা য়াম্না শাবগী শিক্ষা অমদি হৈনবী মাগী লৈ। ব্রাহ্ম সমাজগী মনুং চন্দ্রবসু শিক্ষা অসি মহাক্কা কমদৌনা কদায়দগী কংলিবনো, খন্না খন্না ইমুংদা খোঙ্গ থাংজিনবমক্তদা

পরেশকী মমানা খঙহল্লরে মতুদি, কনা কুইরে বিলাসবাবুনা মপালগী ফক্ষম কাদা ঙাইরিবা। তাবমক্তদা মাগী মপুক্লিংদা হৈনিংদবা অমম্তুং শাউনিংবনা থল্লক্রে! নুপা অসিমক নুমিৎতুদা শাউহুনা চংখিবদগী অমুক লাকখিত্রবনি ; অদুবু ঙসি মরম অমগীবু ওইরবস্তু লাক্লি, মহাক অদুগী রাখলতনা থম্মোয়-নুংদা লাংতক্লরিবা মাগী মরমদা করিস্ত খঙত্রবস্তু মহাক্কা মথোয় অনিবু মপুক্লিংদা সমুত্রগা লাংথোংগ শুম থেম্বে হায়বা চাংদম্নরুদনা বিজয়ানা লৈথোকপা থক ঙমদে। চোকথবা থোঞ্জেলনা হংলকই, "ঐ য়ুমদা হল্লক্রে—মঙোন্দা খঙহনত্রবরা পরেশকী মমা?"

পরেশকী মমানা হায়রকই, "হায়জদে ইনাও-ইবেম্মা, ঐ হৌজিকমক পরেশপু পাউ পীহজরুগে।"

"মহাক চা থক্কত্রা থক্লোইত্রা হংলত্রা?"

"হৈমা, মদুবু হংদে হায়ত্রা? মহাক্লা ইবেম্মা হল্লরুগা থকখিন্নগনি হায়রকই।"

বিলাসবাবু অসিমক তুংগী য়ুম্নুরেল ওইগদৌরিবনি হায়বা পাউ অসি খঙদবা মরি-মতা কনাস্তু য়াউদে, ফিভম অসিনা লুনা-চাম্না তৌবদা অশোয়বা থোক্তে। বিজয়া অমুক করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংলমদনা মথক্তা মাগী কাদা কাখংগ্রে। চাউরাক্লা মিনিট কুনলোম লৈরগা মহাক্লা মখাদা কুমথরকপদা হাংহুনা লৈরিবা থোঙগী মপালদগী উরে, বিলাস থাউম্বে মমাংদা টেবিলদা লুকথহুনা চে-চাং কয়ামরুম য়েংলি। নহাক চংলকপগী শউম কংহুনা মমাই হাইগংলগা নমস্কার মচা অমত্তং তৌরগা য়াম্না

চীংলেম্মা হোৌগংলকই, হায়রকই, "নহাক্না পোয়দনা খল্লমগনি, ঐ শাউহ্নুনা অস্থুক কুইবসি লাক্তবনি। শাউবদি শাউদে, অহুবু শাউবগম্মু মহু ঐগী মাইকৈদদি চুমদবা গুপওই ওইরোই, মহু ঙসি ঐনা নঙগী নকমদা প্রমাণ উংকনি।

বিলাসনা অস্থুক বুইবসি বিজয়াবু অদোম হায়না কৌই। হন্দক ইখঙ-খঙহৌদনা নঙ হায়না মিঙ্গৌবগী মবম করিমত্তা লাম্না কংগ্রেবম্মু বিজয়া হরাওবনা তথক্তে হায়বা মাগী মাইথোং উবদা খঙবা লুনা থোক্তে। অহুবু মহাক কবিঙম্না রা অমত্তা ঙাংদনা তপ্না তপ্না কা মন্নুংদা চংশিল্লক্লগা থোইনা লাপ্তনা চৌকি অমা চিংশিল্লগা ফমথরয়ে। বিলাসনা মাইকৈ অদোমদা য়েংথোকলুবা তৌদনা হায়রকই, "পূম্নমক ঠিক-ঠাক তৌরম্লগা ঐ হৌজিক্তা কলিকাতাদগী থুংলরিবনি, হৌজিক ফাওবা পাবুংগম্মু উন্নরুবা ঙমদ্রি! ঐদি ইথৌবু লুনা খল্লি—থবক অমা কোকথক্তা থাঙ্গৎলগা থৌশাদনা লৈথোকপা ঙমদে। ঐখোয়গী ব্রাহ্ম-মন্দির বড়দিনগী ছুটিমক্তদা লিংখৎপা তারে—পূম্নমক লেপ্পরগা লাব্রবনি. এমুক্তা পাহ্নুনা য়েংউ।" হায়রগা বিলাসনা মশা থাগৎচবগী অকনবা নুংশা মপী হোন্দোরকই, অহুগা মমাংদা লৈরিবা চেশিংহু বিজয়ারোমদা ইন্থোক্লগা চৌকিদা ঙাথহুনা ফমই।

অহু ফাওবা বিজয়া রা ঙাংদে—বার্ত্তোন তৌখিবশিং অহুগী মরমদম্মু শম্না মফৈ অমা ফাওবা খঙনিংবগী মওং ফোংদোক্তে, যল্লিবা অহুগুম ফমহুনা লৈ। বিলাসবিহারীনা বিজয়াগী ফুম্মিন লৈবা মতৌবু উবদা হায়রকই, "করিগীনো; অস্তুম ফুম্মিন লৈরিবদি কৈদোরে।"

বিজয়ানা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ঐ খল্লিবনি, অদোম্বা খার্ত্তোন ভৌবিক্কল্লিবা মখোয়গী যৌজিক কারি হায়না হায়রদগে ?"

"অদুগী অর্থ ?"

"মন্দির কংপগী মরমদা ঐ যৌজিক ফাওবা করিমত্তা লেপখোকপা উমদ্রি।"

বিলাসনা চপ তিংনা চুম্না কমদুনা ভাইহাক মুমা য়েংদুনা নৈরগা হায়রকই, "মদুগী অর্থ করিনো ? নঙনা করি খল্লিবনো, চুটি অসিগী মমুংদা য়ামিংদ্রবদি অমুক কয়া য়াম্না থুজিল্লিংলি-বনো ? মখোয়হু কনাগুম নঙগী—অদু-অদা নত্তে, নঙনা খুদোংচাবা মতমদা মখোয় হেক্তা লাকউ য়াগদ্রা ? পুক্লিং লৌপ্লু হায়বগী অর্থ করিনো তাসি ?"

শাউনিংবনা মাগী মমিং অনিদু ভাংলক্লে। বিজয়ানা মকু লুক্না কনা কুইনা তুম্মিন্না কমদুনা নৈরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "ঐ খন্দুনা য়েংলবনি, 'সিদা মসিগীদমক নিল-খোংবগী দরকার ওইদে।"

বিলাসনা হায়রকই, "নিল-খোংবা ! নিল-খোংগদবনি, অসিগুম্বা রাদি ঐ হায়দে ! থোইদোক্লদুম মহৌশানা য়াম্না ঊংনা চাংলেম্না—মদুগী থবক্তুদা তুম্মিন্না পাংথোকখিনবগী জ্ঞান ঐগী নৈ। নঙনা মদুগীদমক থোইনা খল্লুদু।"

বিজয়ানা হায়রগুম খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "সিদা ব্রাহ্ম-মন্দির লিংখংপগী করিগুম্বা কামবা অমত্তা নৈত্তে। মদু ওইরোই।"

বিলাস অহানবদদি অম্মুক্কী মতিক ঙকত্রে মচুদি, মহাক্না করিঙম্বা রা অমত্তা পাক হেক হায়দোকপা ঙমত্রে। মতুংদা হায়রকই, "ঐ থঙনিংই, নহাক মতিক চাবী ব্রাহ্ম মহিলা অমা নংত্রা ?"

থম্মোয়দা অকনবা চৈনাখোল পীরকপা অচুদা বিজয়ানা ঙক্না মমাই থাংগৎতুনা য়েংলকই, অচুবু মিৎকুপ'মগী মন্নুংদা মশাবু ফাথজরগা অম্মুম্না হায়রকই, "য়ুমদগী পুক্লিং মরা তপ্না অমুক লাকপিরবদি রা ঙাংনবা য়াগনি—ফৌজিক্তি তোল্লসি।" হায়রগা ফৌগৎকদবগী তৌরকই ; অচুবু মনাই মুপা অমনা চাগী মপোৎ-মচৈ পুচুনা চংলকপা উবদা অমুক ঙমথত্রে। বিলাস মাইকৈ অদোমদা হন্না ফাওবা য়ে'দে। ব্রাহ্ম-সমাজগী মনুং চল্লবন্থ মহাক ব্যবহার যজবা নংত্রগা ভদ্র ওইবা তন্নক্তে—মীনাই অচুগী মমাংদা খোঞ্জেল কন্না হায়রকই, "ঐখোয় য়াথং মথা পোনবা পুমতোক তোকপা ঙমই থঙত্রা ?"

বিজয়া তুম্মিন্না চা শেম্বা হোৎনরি, করিঙম্বা পাউথুম অমত্তা পীদে, মনাই চৎপ্রবদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মচু ঐ খুড়া ইবুং-ঙোগা থন্নগনি—অদোমগদি থন্নরোই।" হায়রগা চা কপ অমা মঙোন্দা লানশিল্লকই।

বিলাসনা মচু শোক্তনা রাফম অচুমক অমুক হন্না হায়রকই, "নঙগা মরি' পুম্বা থদৎনরবদি করি ওইগনি থঙবরা ?"

বিজয়ানা হায়রকই, "থঙদে ; অচুবু মচু ওইনিংবা ওইজসনু, অদোমগী দায়িত্বগী রাখলসি অম্মুক য়ায়া কনত্রে, ঐনা য়ানিংদবা

খার্ত্তোন তৌরুবনা মখোয়দা ঈকাইবা পীবগী দায়িত্ব অদোম্না লৌবিবা তারে, মখোয়গী ভার ইশানা পুবিরো, ঐঙোন্দা শরুক য়াও হায়বিরকনু।"

বিলাসনা মমিং-মনা ইরং লংখৎনা ফি ফি কামতুনা হায়রকই, "ঐ থবক্কী মীনি—থবক্কবু নুংশি, থৌরেম পামদে—মসি খঙভিল্লু বিজয়া।"

বিজয়ানা চম্না খোঙ্জেল ঈংনা হায়রকই, "ফবে, মতু ঐ কাউররোই।

হায়রিবসিদা য়াউরিবা খবা চাকহনবগী ব্রাঙাং অতুনা বিলাস-বিহারীবু পুমঙাও ঙাওহনখ্রে। মহাক্কা লাউ-খোংবগুম হায়রকই, "ফৈ, কাউদা কাউগনু, মতু ঐ য়েংগে।"

বিজয়ানা মসিগী পাউখুম পীদে, মরু লুক্না তুম্বিন্না চাগী কপ্পা চামচ থাদরগা ওংলকই। মহাক রা ঙাংদনা লৈবতু উবদা বিলাস মশামকস্থু ঙাইহাক তুম্বিন লৈরগা মপূক্রিং খরা নেমথহল্লগা হায়রকই, "ফরে, অতুক চাউবা য়ুমতু, অতু ওইরবদি করি থবক্তা শিজিন্নগদগে হায়য়ু? মতুদি অতুম হন্দোক্কনা থম্বা য়াবা নত্রে।"

হন্দক্তি বিজয়ানা মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই; অতুগা খোঙ্জেল লুম্না হায়রকই, "য়াদে; অতুবু য়ুম অতু লৌশিনগদ্রা লৌশিল্লোইদ্রা হায়বদি হৌজিক ফাওবা লেপল্লি।"

পাউখুম অতু তাবদা বিলাস অশাউবনা লুক্তোন কাখ্রে। লৈমায়দা মখোঙ থিন্দুনা ঙংতুনা হায়রকই, "লেপল্লে, চামরক লেপল্লে। ঐনা সমাজগী ঈকাই-খুম্নবা মীওইশিংবু কৌক্করগা

ঈকাইবা পীবা ঙম্লোই—য়ুম অহু ঐখোয়না লৌশিনগদবনি। মসি তৌরবতদা থাদোক্কনি—মসি নঙোন্দা ওসি ঐনা খঙহল্লিব-সিনি।" হায়রগা পাউখুম ঙাইবা তৌদনা থুনা য়াংনা ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে।

## মাপল

মুমিং অহুদগী হৌনা বিজয়াগী মপুক্লিংদা মিংকুপ খুদিংদা থৌরাংবগুম আশাগী ঈথক তমা তত্তুনা হৌরকই মহুদি, শক খঙদবা নুপাহুনা চংথিদ্রিবগী মমাংদা থোইদোক্লা অমুক্তংদা ওইরবস্তু মাগী মরুপ্তু পুহুনা হায়জবা লাক্কনি। মখোয়না শানখিবা রারী পুন্নমক মাগী থম্মোয়দা তুংশিন্দুনা লৈরি, মহুগী রা মযেক তমা ফাওবদা মহাক্লা চিংনদে। পুন্নমক অহু মহাক্লা মপুক্লিংদা অযুক নুমিদাং চপ্পদা মুন্না খন্দুনা যেংলকই, থোইদোক্লা অসিগুম্না রা অমগুস্তু য়াউখিদে, মতুনা রাখল অসি মহাক্লা পোকখিবা সাবা মহুদি, মাগী মফমদগী নুপাহুপী মরুপ্তুগী আশা তৌনিংঙাই গুটপ্লে লৈত্রে হায়বা। থোইদোক্কহুম মহাক্লা মপুক্লিংদা নিংথিনা নিংশিংলি, নরেন মাগী মপাগী মরুপকী মচানি, মসি মহাক্লা পানখি; মতম ফংলবদি শেন্দোল শিংদোকপা ঙম্বগী মতিক-মথৌনা লৈগদ্রা, মহুস্তু হংখি; অহু ওইরবদি লৈজবা পুন্নমক চংখিবা তারবা মহাক অহুনা মসিদবু কোংনহুনা য়েংনিংলোইদ্রা! করিগুম্বা আশাগী মমি ফংওবা শামগ্রবা মহুদস্তু মরি-মতা

মরুপ-মপ.ঙ্শিংনা অমুক্তং হোৎনদুনা য়েংখিনবা হায়নরিবনি। মাগী মরুপতু অদু ওইরবদি থাঙ্গৎশেংনা তাইবংপানগা তাইওন্নরক্রা !

ছুরেল তোর্কানগী লম্বীদা অমুক থেংনখিত্রে ; অদুবু মহাক অমুক্তগী সন্ধ্যা কাওবা মুমিং খুদিংগী আশা অসি তৌই মদুদি, অমুক নত্রগা অমুক্তি মহাক লাকখিগনি ; অদুবু মুমিংতি হৌভ্রি লাক্লে মহাক, লাক্লে মাগী অঙকপা মরুপ ডাক্তর।

অহল ওইরবা রাসবিহারীগা মপা-মচা মরকসিদা রারী শানরে হায়বগী ইঙ্গিত খজিক্কা উত্তে। থোইদোক্লদুম ইঙ্গিতনা ভাব অসি উৎনবা হোৎনরকই, রাশক মওং অমদা মহৈ য়াল্লে। অসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা ইরাং থোক্লক্কনি হায়বা মাগী মপুক্লিংদা খনবা ঙমদে। বিজয়া মশামক্লন্দু হঙ্গোয়বনা রাকমদু হৌদোকপা ঙমত্রে। হীয়াঙ্গৈ লোইত্রে, পোইন্নুগী অহানবা নুমিৎমক্তদা মপা-মচা পুন্না দর্শন পীররে। রাসবিহারীনা হায়রকই, "নুপীমচা মতম অমুক লৈশিল্লকক্লে, অসিগী মন্থুংসিদা পুন্নমক শেমজিন-শাজিনহৌগদৌরিবনি।"

বিজয়ানা তশেংনমক ঙকচানদুনা হায়রকই, "মহাক মশানা য়াদ্রা চংখিত্রবদি করিম্বু তৌবা ঙম্লোই।"

বিলাসবিহারীনা মচিন খুমদুনা নোকক্কেং তৌরকই। মাগী মপানা হায়রকই "কনাগী রানো হায়রিবদু নুপীমচা, জগদীশকী মচানুপাগী নংত্রা, মাদি ঙরাং ময়ুম থাদোকত্রে।"

পাউজ্রমা তশেংনা বিজয়াগী থম্মোয়দা য়ুররে। মহাক খুদক্তা বিলাসকী মাইকৈদগী মমাই লৈথোক্লুনা লেপত্রে, মহুদা মহাক্লা

করিশুন্না মওংদসু মাগী মাইথোং উখিদনবা। অসুম্না ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈহুনা চৈনাখোল মেমথহল্লগা ভপ্পা ভপ্পা রাসবিহারীদা হায়রকই, "মাগী মপোং-মচৈদি কমদৌগ্রবগে? লোইনমক পুগ্ররবা?"

বিলাসনা ভুংলোমদগী নোক্লবগী মওংদা হায়রকই, "থরা লৈরম্বহুগী মনুংদা য়াম্না পিকপা হিদান অমা য়াউই—মহুদা মহাক হিপ্পমাল্লে; ঐনা মহু উথাদা চিংথোক্কুনা থনম্লবনি; মানা পাল্লবদি পুখিবা য়াগনি—ঐখোয়গীদি য়ানিংদবা বরিম্সু লৈতে।"

বিজয়া ভুম্মিন লৈ; অদুবু মাগী মায়থোংদা ময়েক শেংনা তারিবা মৈচাক্কী মমিহু য়েংহুনা রাসবিহারীনা মচান্নুপাদা হায়রকই, "মহু নঙগী দোষনি বিলাস। মীওইবনা কনস্সু লাল্লসনু ঈশ্বরনা মাবু দণ্ডি ফনস্সু পীসনু, মাগী অরাবদা ঐখোয়না রাবা, মুংঙাইতবা উংপা চুমই। নহাক থম্মোয়দদি মাগীদমক্তা রাদে হায়বদি ঐ হায়দে, অদুবু মপালদসু মহু ফোংদোকপা চুম্বনি। জগদীশকী মচাগা নঙগা উন্নবরা? মঙোন্দা ঐগা অমুক্তা উন্ননবা হায়থিজ্রিবা কয়িগীনো? য়েংলমগদবনি করিশুন্না থরা—"

মশাগী রা লোইশিনবা ফাওবা নংত্রে—মচান্নুপানা মাগী ইঙ্গিত অহু মপুং ফানা অরেম্বদা তাহন্দুনা হায়রকই, "মাগা উন্নরগা বার্ত্তোন তৌবা নত্তনা ঐগীদি থবক অতৈ লৈতে বাবা! নহাক্না হায়রিবহু করিনো অরেপ্পা খঙবা ঙমদে। অদুদা নত্তনা ঐনা য়ৌক্রিহৈগী মমাংদা ডাক্তরসাহেব মাগী মপোং-মচৈ পুহুনা চংখিরম্লে। বিলাতকী ডাক্তর! চম্নদবা ঈকাইবা খঙদবা

চিঙ্খিবা !" হায়রগা মহাক্না অস্তে কন্নি কন্নিনো হায়গদৌবগী তৌরকই, অদুবু রাসবিহারীনা বিজয়াগী মাইথোংদা মরো লৈনা য়েংলগা শাওরংননা খোঞ্জেলনা হায়রকই. "নস্তে বিলাস, নঙগী অসিগুম্বা রাঙাং-শাঙাংসি ঐ ঙাকপীবা ঙমলোইদৌরি। নশাগী ব্যবহারদা নশানা ঈকাইজবা চুমই—নিংঙমজদবা চুমই।"

অদুবু শম্না মফে অমা ফাওবা ঈকাই হঙোইবা লৈতনা বিলাসনা পাউখুম পীরকই, "কন্নিগীদমক্তনো তাসি ? ভতোপ্পগী অরাবদা রাবা, অরা-অনা তারববু মপুক্লিং ফাজিনবিবা ঐস্তু কৈ, অদুবু য়ুমদা চংলক্লগা ঈকাইবা পীরম্বা নাপল চাউবা মীবু ঐ ঙাকপিবা ঙমলোই। অদুক লৌনম চাউবদি ঐ পামদে।"

মাগী পাউখুম তাবদা রাসবিহারী অমস্তুং বিজয়া চঙক্রে। রাসবিহারীনা হায়রকই, "কনানা অমুক নঙোন্দা য়ুমদা লাক্লগা ঈকাইবা পীরম্লবগে ? কনাগী রানো নঙনা হায়রিবহ্ন ?"

বিলাসনা হায়রকই "জগদীশকী মচা-ইবুংঙো নরেনবাবুগী রানি হায়রিবসি বাবা। মামক্না নোংমা কা অসিমক্তদা কম্লগা ঐবু ঈকাইবা পীরমই। মতমহুদদি মাবু মশক খঙলমদে।" অসি হায়বগা বিজয়াদা ইঙ্গিত তৌদুনা হাইরকই, "মাবুস্তু ঈবায়বা পীরমদনা তোকখিদে—নখোয় রাকমহু খঙদ্রা !"

বিজয়ানা ঙক্তনা মমাই লৈথোক্তনা য়েংলকপমক্তদা বিলাসনা মঙোন্দা হায়রকই, "পূর্ণবাবুগী মচলম্নুপীগী মচানি হায়না পরিচয় পীদুনা নহাকপু ফাওবা ঈকাইবা পীরম্বা মহাক অদু কনানো ? মতমহুদা মঙোন্দা য়াম্না ঈকাইখুম্নবা থাজবা উংখিবদায় ! মহাক

অহুমক নরেনবাবুনি। মতমহূদা মশাগী অশেংবা পরিচয় পীবগী করিগুম্বা মাগী মথৌনা লৈজরম্লবদি মহাক নুপা থোকই হায়রমগদবনি। লৌনম চাউবা চিঙ্খিবা।" হায়রগা মপা মচানা ওকপগা লোইননা উরকই, বিজয়াগী মাইথোং মিংকুপকী মনুংদা মৈশা লাংলুনা কাহৎখ্রে।

## তরা

রভদিনগী ছুটি থোইনা কুইশিল্লক্রে ; মরম অহুনা জগদীশকী যুমগী যাম্না চাউবা কাহূ মন্দিরগীদমক অমস্তুং অতোপ্পা কাশিংলুনা কলিকাতাগী মশক নাইনা অতিথিশিংগীদমক শেমজিন-শাতিল্লি। রাসবিহারী মশামক্তা মহূ য়েংশিন-থোংচিল্লি। মীচম কার্ত্তোন তৌশিবশিংগী মশীংস্তু থোইনা য়ামদবা নত্তে। বিলাসকী মরুপমপাংশিং রাসবিহারীগী য়ুমদা অহুগা চন্দরশিংদা বিজয়াগী অসিদা লৈহনবা হায়না লেপ্লরে। লাক্কদৌরিবা নুপীশিংহূক্স মকম অসিদা লৈগনি। অস্তুম্না শিল-লাংলে।

নুমিৎ অহুগী অয়ুক্তা বিজয়া ঈরুজরগা মখাদা ফম্মম বাদা চংলকপমক্তুদা উরে, মাঙ্গোল মচি অমদা লেপতুনা পরেশ-মমাগী পরেশ মথুৎ নামনা ফিগাওদগী মুড়ি লৌ লৌহূনা শাররি, অতোপ্পা মথুৎ নামনা থৌরি থাংলিবা যণ অহুস্তু নুংঙাইরহূনা মমিং উংশিন্দুনা মঙক থাংগৎলুনা নুপা মচাহূগী সেবা লৌরি।

জাতি ভিন্নদবা অনি অসিগী পুন্সিদা মরুপ ওইরিবসিগা মহাক্তী থম্মোয়দা পুনশিন্দুনা লৈরিবা মৈচাক্তা করি মরি লৈনবগে

হায়বা লুই ; অদুবু য়েংনা য়েংনা খঙহৌদনা মাগী মমিং অমিমক পীনা থুম্মংলক্লে ! য়ুম এসিদা মুপামচা অসিগা মহাক্তা মত্ত য়াম্না তাঁরে। মহাক্না মগী তৈথোক্লগা মাবু মনাক্তা মুংশিনা লকুইদুনা হায়রকই, "পরেশ. নঙগী মমানা নঙগীদমক কি অসি লৈবিরকপা নংত্রা ? ছিঃ—'সিবু ফিবান চনবনি হায়খিগ'দ্রা ?"

পরেশনা মুন্না য়েংদুনা মাগী ফিবানগা বিজয়াগী শাভীকী নিংথিনা পাক্লবা ফিবানগা চাংদমুদুনা য়েংবদা য়াম্না শাউরক্লে। মাগী য়াখন্দু উদুনা বিজয়ানা মশাগী উংতুনা হায়রকই, "অসিগুম্বা নংত্রবদি নঙোন্দা পকচগদ্রনে ? করি হায়বগে ?"

পরেশনা খুদক্তা হায়রকই, "ইমাদি লৈবা করিমত্তা হৈতেবো।"

বিজয়ানা হায়রকই, "এৈনা নঙগী অসিগুম্বা কি অমা লৈবি-গনি, করিগুম্বা নঙ—নঙ" অদু-অদা পরেশতা দরকার ওইদে। মহাক্না হংলকই, "কৈদৌঙৈ পীগগে ?"

"করিগুম্বা নঙ এৈনা হায়বা ইল্লবদি পীগনি।"

"করি য়াম্নো ?"

বিজয়না হাইকেং খল্লগা হায়রকই, "অদুবু নখোয়গী মমানা নল্লগা কনাগুম্বনা তাগ্রবদি নঙ কি কংজরোই।"

হীরম অসিদা করিগুম্বা মওংগী অথিংবা চংলকপা য়াবা পরেশকী মপুক্লিংগী ফিভম ওইদে। মহাক্না মঙক হাইদুনা হায়রকই, "ইমানা ক'য়া খঙদোরিবা ?"

বিজয়া তুম্মিন্না লৈ।

"হায়রোবা সে, এৈ হুজিকমক ইম্নি।"

বিজয়ানা হংলকই, "নঙ দিগড়া খুল খঙবরা ?"

পরেশনা মখুং থিন্দুনা হায়রকই, "আদা লৈ 'সিনি। মুকাতিল থিবদা কযারক চংলে।"

বিজয়'না হায়রকই, "থুলহুদা খাইদগী হেন্না চাউবা যুম কনাগীনো নঙ খঙবরা?"

পরেশনা খুম্নকই, "বামো'নগীনি। যু থকুনা দলান মতে'লদগী চোংথখিবা যুমহুনি। হৈঙান-বাতাসা য়োনবা গোবিন-দগী দুকান্দুগী মনাক্তা তেনাখোয়গী দলান লৈ। গোবিন্দনা করি হ য় খঙবরা আজ্ঞা-বেম্মা?" হায়রগা বাতাসা য়োনবগী মরমদা দুকান্দাবনা মঙোন্দা হায়খিবা রা তম্নকই। অহুগা বাতাসা লৈকনবা পৈশা পীযু হায়রকই।

বিজযানা হায়রকই, "নঙ পৈশা অনিগী বাতাসা লৈরুবা ঙমগনিদনা?"

পবেশনা হায়রকই, "উম বাতাসা থুংনা পায়শিল্লগা দুকান্দারদা পৈশা পীরমগদবা নত্রা?"

বিজয়ানা নোক্কুনা হায়ববকই, "হোয়, মহু ওইরবদি পৈশা পীগদবনি! অহুগা দুকান্দারদা অস্থুম্না হ লক্কদবনি, আদগী অচৌবা যুম অসিদা লৈরম্বা নরেনবাবুহু বদায়দা চংগ্রবগে? হায়গদবনি—মহাক্না লৈরিবা যুম অহু এঙোন্দা থরা তাকপিবা ঙম্বিগদ্রা? হায়রিবসি খঙলগদ্রা?

পরেশনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয়--ফরে পৈশা পীরো। ঐ চেন্দুনা লৈরুগে।"

"ঐনা হংলকউ হায়বহুদি?"

পরেশনা হায়রকই, "হোয়—অদুদু।"

"বাতাসা ফংলগা কাউদি কাউরোইদনা ?"

পরেশনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নহাক পৈশাদা হান্না পীখোবা সে ? ঐ চেনগ্রগে।"

"নঙগী নমানা করিগুম্বা অমুক হংলক্লবদি—পরেশ কদায় চংলুরিবনো ? করি হায়না খুমগদগে ?"

পরেশনা খোইদোক্লা মবুদ্ধি লৈবগী মতৌগুম নোক্নুনা হায়রকই, "মদু ঐ ফজনা খুম্বা ঙমগনি। বাতাসা সারৈ ফিনুংদা লোংশিল্লগা হায়গনি, আজ্ঞা-বেস্মনা থাবনি—আদা ব'মোন-খোয়গী নরেনবাবুগী পাউ লৌবা চংলুরিনি। সে, পৈশা থুনা পীরোমি!"

বিজয়ানা নোথোক্লগা হায়রকই, "নঙসে কয়াদা পঙথ্রবা অঙাংনো পরেশ, ইমাগী মফমদু মীনম্বা ঙাংবা হৌনববা ? বাতাসা লৈবা চংলুবনি, হংলক্লবদি হায়গনবনি ; অদুবু তুকান্দারদ পাউদু কাউরক্কনুকো। নল্লবদি ফি ফংজরোই হায়বিরিবসিনি।"

"হোয়!" হায়রগা পরেশ পৈশা লৌরগা থুনা য়াংনা চংখ্রে ; বিজয়া নুংবংনবা মিংয়েংনা মাইকৈ অদোমদা য়েংদুনা তুম্মিন্না লেপতুনা লৈ। পাউ খঙনিংবনা খোইরাংবা অদু ওইফম থোকপা চাং অদুদগী খোইনা কা হেন্দবা নত্তে, মদুদি কনাগুম্বা মী অমা থারগা নুমিৎ কয়ানিগী মমাংদা লায়না খঙবা য়ারগনি, অমুক্তং নৈথায়দুনা য়েংলম্লবদি হুরান লান্না অসিগী ঙসি মহাক মশানা ঈকাইবনা শিরমগদবনি। অদুবু ঈকাইবদু মাগী রাখলগী

ঈচেলগা লোয়ননা খঙদ-উদবদা অমত্তা ওহনা তাম্নেগ্রে, অহুনা মহুবু তোঙান-তোঙাম্না য়েংননবগী মিংয়েং বরিঙম্বা মতম অমদা মাগী নৈজরমই হায়বা অত্ত ফাওবা ঙসি মাগী মপূক্লিংদা নিংশিংবা থোকখিত্রে।

চিঠি কয়া ইগদবা লে। মতম থাংননবগীদমক বিজয়া টেবিলময়াদা চংহুনা চে কলম পায়হুনা কম্লরে; অহুবু ষাইশিংহু অস্থুম মওং চাদ্রে হায়না মপূক্লিংদা খল্লক্রে, চিঠিগী চে কয়া শেগায়রগা মহাক বলম থম্বা তারে। পরেশ লাক্লি। মপূক্লিং মথুম-মরাং হৌবা অমুক নমথবা ঙম্লক্তহুনা বিজয়া ছাদ মথক্তা কাখৎলগা মহাক লাক্লদবা লম্বীদা ওন্দুনা লেপ্লরে। ফনা কুইনা নৈরগা উরে, মহাক পর-পবপ তুরেল তাবা লম্বীদা লাক্লি। বিজয়া মখোন নিক্লা নিংদোল চোংনা মখাদা কুম্বরক্লগা ইমুংদা চংবমক্তদা নুপামচাহু মাতাসা য়োম্বা সারৈহ ফিনুংদা লোংশিন্দুনা হুরানবগী মতৌঙম মখোঙ চাউকান কান্দুনা লাক্লে, অহুগা ময়োমহু উৎলহুমা হায়রকই, "পৈশা অনিগী নিফুনিপাল পুরক্লে আজ্ঞা-বেম্মা !"

বিজয়াদা কৌথি-কৌক্লম্লনা হায়রকই, "অহুগা হুকান্দারনা করি হায়রকপগে?"

পরেশনা হায়রকই, "পৈশা অমগী কুনমরি তৌই হায়বা কনাদস্থ হায়দোক্কনু হায়রকই। করি হায়রকই খঙবরা আজ্ঞা—"

বিজয়ানা শাউহুনা হায়রকই, "অহুগা বামোনখোয়গী নরেন-বাবুগী য়াহুদি—"

পরেশনা হায়রকই, "মহাক অহুদা লৈত্রে— কদায়দনো চৎখ্রে। গোবিন্দনা করি হায়রকই খঙবরা আজ্ঞা-বেম্মা, নিঙ্কু-নিপালদা—"

বিজয়ানা য়ায়া শাউনিংলক্তুনা খোঞ্জেল য়াক্রা হায়রকই, "পুখোকখ্রো চৎলো নঙগী বাতাসাসি ঐগী মাংদগী।" হায়রগা হন্দোক্তুনা খোঙনাওগী মচৈ পায়হুনা মপাল্লোমদা য়েংহুনা লেপ্লরে।

মহাক অত্তক থুনা চৎলুরগা অস্নুক থুনা হল্লক্লিবনি, মহাক্লা হৈজ-শিংজবদগী বাতাসাস্থু মশিং হেন্না ফংলক্লিবনি. অহু ফাঙবদস্থু মাগী আজ্ঞা-ইবেম্মবু পেলহনবা ঙমদ্রে খল্লুবদা পরেশ মপুক্লিং লুংশিবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্লা লাইরৈহু মখুঙা পায়হুনা মাইথোং লাংশিন্না হায়রকই, "সিদগী হেন্না পীরক্তে আজ্ঞা-বেম্মা!"

বিজয়ানা মসিগী পাউখুম পীদে, অহুবু সোমদা ওখোরক্তুবস্থু নুপামচাহুগী ফিভম খঙবা ঙমই। অহুনা ঙাইহাক লৈরগা চান-বিবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "চৎখ্রো পরেশ, মহু নঙ চাজরুরে।"

পরেশনা কীনা হংলকই, "লোইনমক?"

বিজয়ানা মমাক লৈথোরক্তনা হায়রকই, "লোইনমক। মহু ঐঙোন্দা দৎকার লৈতে।"

পরেশনা খঙলে, মসি শাউহুনা হায়রিবনি। ঙাইহাক তুম্মিন্না লেপ্তুনা লৈরগা মাগী ফিগী রারমহু নিংশিংলকপদগী অতৈ রা কয়াস্থু মপুক্লিংদা নিংশিংলক্লে। তপ্না তপ্না হায়রকই, "ভট্টা-চাৰ্যিমশাইদা হংলুচোরা আজ্ঞা-বেম্মা?"

"কনা ভট্টাচার্য্যিমশায়নো ? কনানা খঙগনি—"হায়রহনা বিজয়া মমাই লৈখোরকপগা রা ডাংবা চপ লেপত্রে, মখী অমমুক তারক্রে। মাঙ্গোল মথক্তা চপ চানা মাইয়োক্লমা খঙহৌদনা নরেনবু উরে—অদুগা থংনবা মিংবু প্তা মহাক্লা ইমুংদা মখোড থাংজিল্লরগা মথুং থাংগৎতুনা নমস্কার তৌরকই।

পরেশনা হায়বকই, "কদায়দা চংখিবগে নরেনবাবু—"

বিজয়া নমস্কার ওকপগী মতম ফংদ্রে, শাথীনা ঈকাইবনা মাইথোং ঈচপমুক ডাংনা তৌফম খঙদনা হায়বকই, "ফরে. চংগ্রো অমুক হংলুবগী দরকার লৈত্রে।"

পরেশনা খঙই, মসিস্থু অশাউবগী রানি। মপুক্লিং প্নংশিবা খোঙ্গেলনা হায়রকই. "কাণা ভট্টাচার্য্যিমশাইদি তেনাখোয়গী যুম-মক্তদা লৈ আজ্ঞা-বেম্মা। গোবিন্দা ঢুকান্দারনা হায়বদি—"

বিজয়ানা কংনোক নোক্লুনা হায়রকই, "লে'শিনবিরকউ, ফম্বিযু।"

পরেশতা য়েংহুনা হায়রকই, "নঙ হৌজিক্তি চংগ্রোনে পরেশ! হায়গদবা রা য়াম্না লৈরি, মহু অমুক—মহু নোংমা হেক খঙলুরগা লোইরে। হৌজিক চংগ্রো।"

পরেশ চংগ্রবদা নরেন্না হংলকই, "ইবেম্মবু নরেনবাবুগী পাউ খঙবিনিংবরা? মহাক কদায়দা লৈবগে অদু মংত্রা?"

য়াদবা ঙয়রবদি বিজয়া হিংগদবনি; অদুবু মীনম্বা ডাংবা মহু হৈমদে। মহাক্লা মওং অমদা ঈকাইবা ফাথরহুনা হায়রকই, "হোয় মহু নোংমা খঙলবা য়াই।"

নরেন্না হংলকই, "করিগীনো ? করি দরকার লৈবগে ?"

রাহংন্থ মাগী মনাকোংদা তন্‌ংনা করেম্নবগুম বিজয়ানা তাই। হায়রকই, "দরকার লৈত্রবদি কনানা কনাগীস্থ পাউ খঙনিংদবরা ?"

"কনানা করি তৌবগে মন্থদি থম্বিখো ; অন্থবু মহাক্তীদি ইবেম্মগা মরি 'পুম্বা তংনত্রে, অন্থদা অমুক করিগী মাবু থিবি-রিবনো ? শেন্দোল লোইনত্রিবরা ?"

বিজয়াগী মাইথোংদা খাংঙমদবগী মমি তারি ; অন্থবু মহাক পাউথুম পীদে। নরেন মশামকস্থ মাগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা পোকপন্থ মপূং ফানা লোংপা ঙমত্রে। অমুক হন্না হায়রকই, "করিগুম্বা লমন মখাক খরা লৈরম্নবস্থ ঐনা খঙজবদা শেন্দোলগা শরুবা যাবা অন্থগুম্বা মপোং-মরল মাগী করিমত্তা লৈত্রবনি। হৌজিক মাবু অমুক থিরুবা—"

"ঐনা শেন্দোলগীদমক মাবু থিরিবনি হায়বা অদোমদা কনানা হায়বগে ?"

"মন্থ নত্তনা অতৈ করি অমুক ওইগদগে, ঐদি খনবদা লাম্বা ফংদে। মানস্থ ইবেম্মবু শক খঙদে, ইবেম্মনস্থ মাবু শক খঙদে।"

"মহাক্না ঐবু খঙই, ঐনস্থ মাবু খঙই।"

নরেন নোক্লকই ; হায়রকই, "মহাক্না ইবেম্মবু খঙই, রাকম অসিদি অন্থবু, ইবেম্মনা মাবু খঙদে। খন্নসি, ঐহাক্না করিগুম্বা ঐগী মিং নরেন কৌই হায়রবদি ইবেম্মনা—"

বিজয়ানা মঙক নোয়ন্থনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ঐ থাজগনি অদুগা হায়গনি, অচুম্বা রাকমদু হায়না অদোম্না হায়দোক-পিরম্বনা চুমই ।"

ঈ্ কামদুনা থাউমৈ মুংথংলবদি ইমুংগী শক্লোন হোংবা অদুগুম বিজয়াগী পাউখুমদা মিংকুপ'মগী মনুংদা নরেনগী মাইথোং মকশিনম্রে। বিজয়ানা মদু য়েংদুনা অমুক হন্না হায়রকই, "শক লোংহুনা মশাগী মরমদা ঙাংনবা তাবা, অদুগা য়েন্নখা পাউদাবা অনিসিমক মাপৈ হায়না খনবিদবরা? ঐদি মাপৈ হায়না লৌজে। অদু ওইরবদি ঐখোয় ব্রাহ্মনি হায়দুনা তৌবিরিবরা?"

নরেনগী মৎশিল্লবা মাইথোংদু মুশিন মুশিনম্রে। ঙাইহাক রা ঙাংদনা লৈরগা হায়রকই, "ইবেম্মগা রারী শান্নখিবদা ইশাগী রারীসু য়াউখিদবদি নত্তে, অদুবু অকায়বা রাদি করিসু য়াউখিদে। অকোনবা নুমিংতুদা পরিচয় পীগে হায়না খল্লম্বনি, অদুবু পীবা ঙমখিদে, মসিদা ইবেম্মগী করি অমাংবা থোকপ্রবগে?"

রাহং অসি হৌগংলকপমক্তদা হংলম্বা থোক্লবদি সোমদগীসু পাউখুম পীবা শোয়দনা লুনা থোক্লমগদবনি, অদুবু রারী শানবা অমুক্তং হৌগ্রবনিনা মশাগী অপাম্বদগী মদু অফবা থাক কয়া মতোমতা চোংদুনা লাম্থোকচম্রে। হায়রকই, "মী অমগী মাংবদি কয়ামক্লমদা ওইবা য়াই। অদুগা বরিগুম্বা মদু ওইগ্রবদি ওইগ্র-বনি, অদোম্নদি হৌজিক মদুগী উপায় তৌবিবা ঙম্নরোই। মত তোক্লসি। অদোমগী মরমদা করিগুম্বা রা অমত্তং খঙনিংলুরবদি—"

"শাউগদবা? নত্তে!" হায়বম্লগা খুদক্তা ঈংনা তপ্না

নোক্লকপগা লোয়ননা মাগী মাইথোং লংথংলক্লে। নুমিং অমুক কুইবসি য়ারী-য়াতাই অদুক য়াম্না শাগ্রবদস্থ নুপা অসিগী বিজয়ানা ফংদবা পরিচয় অদু মিংকুপ অমত্তংগী মীনোক্তুনা মঙোন্দা তাক্লয়ে। মাগী মপুক্লিংদা থল্লকই, মাগী মনুং মপাল অনিমক তশেংনা তরু তরুই। লৈজবা 'পুস্না লৌবিগ্রিবা মহাক অদুগী মফমদস্থ মসিগী মরমদা করিস্থ খঙদবদি নত্তে, অমস্তুং মসিগীদমক ওইবা য়াই মহাক্না মাগী মাইথোংদা মিংয়েং থমদুনা হংবা অমুক ঙমদ্রিবসি, মরু লুকথদুনা হংলকই, "হৌজিক কদায়দা লৈবিরিবগে ?"

নরেন্না হায়রকই, "ঐগী য়াম্না লাপ্পরবা ইনে অমা হৌজিক লৈরি, মাগী য়ুমদা লৈ।"

"অদোমগী মরমদা, সামাজিক্কী ইরাং লৈ, মহু থুঙংদুগী মীনা খঙদবরা ?"

"করিগী খঙদনি।"

"অদুদি ?"

নরেন্না হাইকেং থল্লগা হায়রকই, "ঐনা লৈরিবা কা অদু তশেংনা য়ুম্মক্লি হায়বস্থ য়াদে, অদুগা ঐগী ফিভম খঙবনা 'নুম খনবদা নুমিং থরমিদংগী ওইনা মাগী মচানুপাশিংনা য়ানিংদবা উংতবা মাল্লি। অদুদি ওইরগা মতম কুইনা য়েংশিন্দুনা মখোয়গীদা লৈবা য়ারোই। মসি অচুম্বনি।" হায়রগা হংলকই, "অচুম্বা য়া হায়বিয়ুদনা, করিগী থিদোক-থিজিন তৌরিবনো ? পাবুংনা তৌলম্বা শেন্দোল থরা অমুক থেংনরে। অসি নংত্রা ?"

পাউথুম পীগদবগী ওইরমাল্লে বিজয়ানা মাগী মাইথোংদা

য়েংলকই, অদুবু পাক হেক হোয় মায় করিগুম্বা রা অমত্তা মহাক্না হায়দোকপা ঙমদ্রে।

নরেন্দ্রা হায়রকই. "মপানা তোল্লম্বা লমম কনানা শিংদোক-নিংলোইদগে, অদুবু তশেংনা হায়জরিবসিনি, য়োম্বোক্লগা শিংদোকপা য়াবা ঐগী ইমিংদা নংত্রগা মীগী মমিংদা করিগুম্বা পোং অমত্তা লৈত্রে। মাইক্রোস্কোপ অদুদংদি লৈরি—মচুস্নু য়েম্বোক্কুনা বর্ম্মাদা অমুক চৎননবা থরচ তানবা তারি। ইমেগী ফিভমস্নু ফত্তে—মফমদুদা চাবা থকপা ফাওবা—" হায়রগা মহাক পঙহৌদমা চপ লেপখ্রে।

রিজয়াগী মমিঙগী পী শিন্থরক্লে ; মহাক মমাই লৈখোবখ্রে। নরেন্না হায়রকই, অদুদি ওইরগা করিগুম্বা থৌজালবিরবদি পাবুংনা তোল্লম্নদু ঐগী মিংদা ইথোকচরমগে। মতুংদা শিংদোক্লবা থরায়-হবচাং য়াউনা হোংনজগনি। ইবেম্মনা রাসবিহারীবাবুদা খজিক্কুং চুৎপিগ্রবদি মহাক্না মচুগীদমক হৌজিক অমুক অরেম্বদা তকশিল্লক্লোই।"

পরেশনা লাক্লগা থোঙজিল মপান্দগী হায়রকই, "আজ্ঞা-বেম্মা ইমানা হায়রকই, মতম য়াম্না থেংখ্রে—আজ্ঞা-পুজারিদা চাক শিল্লো হায়রোরা ?"

মাংদা লৈরিবা ঘড়িদা য়েংলুবদা নরেন ঙক্কু না হৌগংলকই , ঊকাইদুনা হায়রকই, "ইস! থাল্লো তারে। ইবেম্মা য়াম্না রাররিগনি।"

বিজয়া মপী তৈথোকখ্রে ; হায়রকই, "করিগী দমক লেংবি-রক্লিবনো, মহুদি তাকপিব্রেনা ?"

নরেন্না থুনা থুম্নকই, "মহু তোক্লসি।" হায়রগা চংকদবগী তৌরকপদা বিজয়ানা হংলকই, "অদোমগী ইনেগী য়ুম 'সিদগী কয়া ম্বায়া লাপ্লগে ? হৌজিক মফমহুদা চংপিগদৌরিবা নত্রা ?"

নরেন্না হায়রকই, "হোয়। খরদি লাপ্লি কৈদৌনি—ক্রোশ অনিরোম্নি।"

বিজয়ানা ঙক্লা হংলকই, "নুংশা মরক অসিদা হৌজিক ক্রোশ অনি খোঙনা চংখিগদৌরিবা ? চংপতদা পুং অহুম তাগ্রগনি !"

"মহু ওইজগনু, ওইজসনু, নমস্কার।" হায়রগা নরেন্না খোঙ থাংদোকপমক্তদা থুনা য়াংনা বিজয়া খোঙ ময়াদা চংশিল্লক্লনা মায়োক্লনা লেপ্লরে ; হায়রকই, "ঐনা হায়জবা অমা ঙসি য়াবিগদবনি। অস্সুক থেংলবদা চাদনা চংপিখিবা শুপয়া য়ারোই।"

নরেন্না খোইদোক্লা ঙক্লা হায়রকই, "চাখিগদৌরিবা ? সিদা ?"

"করিগীনো, মহুদা অদোম জাত তারগদ্রা ?"

পাউথুম পীবদা অমুক হন্না পুকচেল তপ্লা মীনোক্লা মাগী মাইথোং মকা লাম্লক্লে ; হায়রকই, "তারোই, মহুগী অকীবা ঐগী সংসারদা লৈতে। মহুদা নত্তনা ঈশ্বরনা ঐবু ঙসি য়াম্না চানবিরি ; নত্রবদি অস্সুক থেংলবা অসিদা মফমহুদা চানবা করি ফংগদগে, মহু ঐ খঙই।"

"অহুদি ঙাইহাক্তা ফম্বিখো, ঐ লাকচরগে।" হায়রগা বিজয়া মঙোন্দা হন্না য়েংলমদনা কা অহু থাদোক্লনা চংখ্রে।

# তন্নামাথোই

চাবা লোইশিল্লকপদা নরেন্না ৱাথম অদুগুম তমুক হন্না কাংথোরকই, হায়রকই, "অসুক থেংলবা ফাওবা চাদ-থক্কনা ঐবু মীদা ফমহন্দুনা পীজ-পীথকপগী দরকার করিসু লৈতবনি। অতোপ্পা করিগুম্বা লৈবাক অমত্তদা অসিগুম্বা চংনবীসি লৈতে।"

বিজয়ানা মোমোন নোক্না পাউথুম পীরকই, "বাপুংনা তাকপিরমই, মশামক চাদ-থক্কনা লৈরগা নুপা ওইবশিংবু পীজ-পীথকপা ফংদবা; হেক্তা ফম্মিন্নদুনা চামিন্নবা অদুগুম্বা লৈবাক অদুগী মুপীশিংডু ৱাথ্না মরাইবক থীববনি। ঐসু মদুমক হায়জরিবনি।"

নরেন্না হায়রকই, "করিগী মদুম্না হায়বিরিবনো ? মীরৈবাক্কী ৱাদি থমথিসি, অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক্তা ইমুং বয়াদা চারুরে, মখোয়গী মরক্তসু অসিগুম্বা চংনবী থেংনৈ।"

বিজয়ানা হায়বকই, "বিলাতকী চংনবী তমজনিংবা মখোয়-দুগী ইমুংদদি চংনরম্বা য়াই, অদুবু পুন্নমক্কীদি নত্তে। মীরৈবাক্তা মতম শাংনা লৈবিক্লবনা লান্ননা লৌবিরিবনি। নপ্পবদি নুপা-শিংগী মাংদা থোরকই, দরকার ওইরবদি ৱা ছাংই হায়দুনসু ঐখোয় পুন্নমক মেম-সাহেবমক্তি নত্তে, মখোয়গী লোনচং-শাজংসু চত্তে।"

নরেন্না হায়রকই, "চত্রবসু চৎপনা চুমই। মখোয়গী অফবা অমদি লৌবা পামই।"

বিজয়ানা হায়রকই, "করম্বনা কৰিবা কম্মিনহুনা চামিহ্ন-ববুরা ?" হায়রগা নোকফেং তৌরগা হায়রকই, "অদোম্না করি খঙগনি, পীজবসিদা নুপীশিংনা কয়াগী মতিক পেঞ্জবগে ? ঐদি থোইদোক্লা ঐখোয়গী অহিকার অয়াম্না থাদোকপা য়াজে, অহুবু মসিমদি ঙম্লোই—মহু বৈদৌরবগে, যঙোম ইরেং-লেংদনা লৈরেনা ! নত্তে, নত্তে—ঙক হাইবিবনা য়ারোই। পূক থনবিত্রি হায়বা খঙজে. অহুনা হায়জরিবসিনি।"

নরেন্না নোক্তুনা হায়রকই, "ঐ ইশাগী পূক থক্লি থব্দে মহুস্থ ইবেশ্মনা হায়বিগদবা ! মসিদি য়াম্না ঙকপা য়ানি।" হায়রগা হৌগংলক্লে। য়াসি তাবদা বিজয়া মশামকস্থ নোকফেত্তি তৌরকই, অহুবু মাগী মাইথোংগী ভাব উবদা খঙবা ঙমই, শঙোম অহুথক্তং চাদবগীদমক শাউরি।

নুমিৎ লৈথরক্লবদা বিদায় লৌগদবগী চংলকপদা নরেন্না "খঙহৌদনা হায়রকই, হীরম অমদা ঐ ঙসি য়াম্না ঙকপ্রে। ঐবু মুংশা মরক্তা চংহনবিত্রে, পীজনা তোক্লে, খরা য়ামদনা চাই হায়বগী নুংঙাইবিত্রে—পূম্নমক অসি কমদৌনা ওইথোকপা য়াবগে ? তাবদা য়াবিক্লগনু—ঐনা উশিন্তবা নত্রগা করেম্নবগী রাখন্দা য়া অসি হায়জবা নত্তে—অহুবু ঐ মতমহুগী খল্লক্লিবনি, অসিগুম্বসি কমদৌরগা ওইথোক্কনি !"

বিজয়ানা করিগুম্বা উপায়না রাকম অসিদগী নাম্থোক্লবগী-দমক হাথু হাথু অপনবা পীহুনা হায়রকই, "য়ুম খুদিংমক্তা অম্সুম্না তৌনৈ, মহু থম্লসি, নুমিৎ কয়ানিগী মনুংদা বর্ম্মাদা অমুক চংকে খনবিরিবগে ?"

নরেন্দ্রা হায়রকই, "হংচিং। অদুবু ঐদি ইবেম্মগী মফমদগি তশেংনা মীতোপ্পি ; ঐগী এন্না-অনাদা তশেংবমক ইবেম্মগী অমাং-অতোং করিম্ম ঁৈতবনি। মা'দা নত্রবদি য়াম্না চাহিংগোইদ্রা নত্রগা পীজবদা তশোম্ম-তঙাম খুজিত্তুং থোকখিগদ্রা চিংনবদগী ইশামক চাদনা মাংদা ফমদুনা ঁৈখিখিবনি। ঐগী ইচে-ইচল ঁৈলতে, ইমাম্ম তঙাং ঙইরিঁৈঙদা শিত্রে মখোয় ঁৈরম্বা থোক্লবদি অস্থুম্না লাংতক্লগদ্রা লাংতক্লরোইদ্রা ঐ অয়েঙ্বা খঙদে ; অদুবু ইবেম্মনা লুনা তৌবিবা উবদা য়াম্না ঙকই। অদুম ওইনমক মসিনা মসিনা অমুক তশেংনা অচুম্বা হায়বদুদি বরিম্ম ঙইবা য়ারোই, মদু ঐস্ম খঙই, ইবেম্মস্ম খঙই, খোইদোরহুন মসিবু অচুম্বনি হায়রবদি ইবেম্মদা লক্কবা ওইনা থোকনি— অদুম ওইনমক মীনম্বনি হায়না খনবস্ম পামদে।"

বিজয়া থোঙনাও মপাক্লোমদা য়েংদুনা ঁৈল ; মাইকৈ অদোমদা অদুম মিংথ্রেং থমদুনা হায়রকই, "হৌন-খঙদবা কায়বা পোংশক অমা ঁৈল, মদু কদায়দস্ম অমুক্তা উবিখিদ্রিবরা ?"

"হৌন-খঙবা ! মদু ওইবা য়াই।" হায়রগা খঙহৌদনা মহাক্না মুংশা মগী অমা হেন্দোরকই। অদুগী মতুংদা মখুং খাংগংদুনা অমুক হন্না নমস্কার তৌরগা হায়রকই, "অমবু ঙইরবস্ম অমবু ওইরবস্ম পাবুংনা তোলম্বা পুম্নমক কোকপসিদা ঐ য়াম্না পেল্লে। ইবেম্মগী মন্দিরদ নোংমা নোংমগী চাউখংপা ওইসনু— ঙসিগী নুমিৎ অসি পুন্সি চুপ্পা থম্মোয়দা ঁৈলরগনি। ঐ চৎচরে।" হায়রগা মহাক্না কাদুদগী মপান থোরকপা মতম অদুদা মনুংদগী শেংক্কাঙবা খোজেলনা হায়রকই, "অমুক্তা ঙাইবিয়ো — "

য়েংহ্না লৈ ; অহ্নগী মতুংদা হুজিল্লক্লগা মমাংদা লৈরিবা চৌকিদা ফমথররে। করিগুম্বদা মহাক্না মপুক্লিংদা থল্লকই, মিংনা উরিবমখৈ পুম্নমক ইহাং হাংবগুম—করিগুম্ববস্তু করিগুম্বা মুমিত্তা মাগী দরকার লৈতবনি, মানা শিরমদায় ফাওবদা করিগুম্বা থবক অমত্তদস্তু চয়রোই। থোইদোক্লহুম মহ্নগীদমক মুংনাংবা নল্লগা অরাবা মপুক্লিংদা করিমত্তা লৈতে। অস্নুম্না তরং-মালঃ ওইনা মপান্দা লৈরিবা উপাল রাপাল্লোমদা য়েংহ্না মুহিগুম চপ তিংনা ফমহ্না মতৌ বরম্না মতম লেনখ্রিবনো হায়বা মহাক খল্লদে। করম্না সন্ধ্যা হৌখ্রিবনো, করম্না মতমদা মীনাইনা থাউমৈ থাল্লম্বগে মহাক শুপখণ্ড খণ্ডগৌদ্রে। মপীনা চোংলক্লবদা মহাক জ্ঞান তারক্লে। শং তৈথোক্লগা মথুংনা মাহ্না য়েংবদা করম্বা মতমদা পী মরিক মরিক তাখিহ্ননো নফি চোংলম্লে। ছি ছি—মীনাই-মীশল লাক্লম্লে—মখোয়না উখিরম্বা য়াই—মখোয়না করিনো থনখিরম্বা য়াই—ঈকাইবনা ওসি মহাক্না দরকার লৈরবস্তু কনাবুস্তু মনাক্তা কৌশিনবা ঙমদ্রে। অহিংদা ফমুংদা হিপ্পুনা, থোঙনাও হাংদোক্লগা মপানগী অমম্বদা অহ্নম য়েংহ্না লৈ, মশক নচু নাই-দবা অহাংবা অমম্বগী মতৌগুম মশাগী তুংগী ওইরক্কদবা পুম্বহ্ন মাগী মমিত্তা উরক্লে! অহ্নগী মতুংদা করম্বা মতমদা তুমথখিবগে মহাক নিংশিংদ্রে ; অহ্নব্ মিকপ থোরক্লবা মতম অহ্নদদি অম্মক্তী নিংথিরবা মঙাঙন। কা থল্লম্লে— অহানবমক্তদা নিংশিংলক্লে. মহাক্না পুন্সিদা মুমিং মরি-মঙানিদগী হেন্না রা ফাওবা ঙাংনদ্রিবা মহাক অহ্নব্। অহ্না মপুক্লিংদা ফাওরকই, মফম খল্লদবা মৈচাক

অমনা মাপী মমঙদা ফাওবা কাতু-কারল চংলরিবা অহুগা লোয়ননা নুপা অতুগা থানবা য়াদনা অমত্তা ওইনা তাঁরগ্রি।

মতম অণুম থেংজিল্লক্নি। অহুবু থবক-ইংখাংশিংগী মনুংদা কদায়দনো মাগী মমিং নামা মনাবোং নামা ঙসি নুমিং চুপ্পা য়ৈশিন্দুনা লৈখিবগুম তৌই, মসি মশাগা হেক থঙজরকপদা মহাক মশা মতোমদা য়াম্না ঈকাইজবগুম তৌই। অহুবু মসিদি মম্ন অহুবু উনিংবতনা মপুক্লিংগী লাংতক্লুহনি, অমুক্তং মহুবু উরবদি খোয়াংবা 'পুম্বা কোকনি, ঙসি নত্রগা হয়েং ওইবা য়াই—অম্ময়া তৌহনা ফাওবা মশা মতোমতা থঙহজ্জনবা বয়ারক হোংনৈ, অহুবু করিগুম্বা থবক অমহদা মপুক্লিং চংবা ঙমদে ; থোইদোক্লহুম মতম থেংজিল্লকপগা লোয়ননা মাগী থাংঙমদবহু নুংশাথীবদা ওল্লক্লে। পোইনুগী নুমিং য়ুংবগী নুমিং অসুম অসুম মাইকৈ অমদা লৈথক্রে, নুংশা মঙালগী শক্তম্না নুমিং তাখিগদৌরে হায়বগী পাউজেল পীরকপা উবদা বিজয়াগী মপুক প্রোক প্রোক চাক্লক্লে। হয়েং পুন্সিগী ওইনা মরৈবাক থাদোক্তুনা চংপ্রগদবা নুপা অহুনা ঙসি করিগুম্বা অসুক লাপ্পা লাকপা, মতম অহুথক্তং মাংহনবা ঙমদবা থোক্লবদি মহুদা ঙক্লিংঙাই করি লৈরিবগে? মাগীনি ফায়বা অহুদগী হেম্না লৈঙত্রবা পোংশক অহুবু করিগুম্বা অতোপ্পা কনাগুম্বনা মমল হেম্না লৌহনা য়োম্হোক্লগা চংখিররম্লবদি মহুদা কনানা দোষ তৌগদগে? মখোয় অনিনা অরোইবদা শানখিবা য়ারী পুম্নমক্তু মহাক্না হম্না হম্না ওংখায়রগা থোইদোক্লা নীংঙম-লক্তবশা লোয়না লোয়ননা মপুক্লিংদা থম্লকই, মাগী পুক্লিংদা

থল্লকই, মাগী পুং দা অমম্বু থল্লবস্থু, মহাক্না হীরম অসি থোইন পামশিনবা মচিন্দা থোংদোকখিদে। মসিবু পামদহুনা তৌরিবনি খন্দুনা মহাক অহুনা করিগুম্বা মমথংদা লৈথোকখিবা ওইরম্লবদি চাউথোকচরুবগী মতিক চানা দাক্ত ফংলবনি, হায়রগা থম্মোয়দগী কল্লা হল্লা গীনা চেঞ্জবকই. মতৌগী পাউখুম মাইকৈ কদাক্লগম্ভ থিবদা যংদে ; অতুবু পরেশ নত্রগা অতোপ্পা বনাবু করিগুম্বমা তৌহুনা মহাকী মনাম্ভা থাবা খাবব. থাক্রবগা মখোয়না পিবা ফংগদা, মহাক লাকউ যারক্কদা, অস্তুম্লা মওল মওল খন্দুনা মখা প্রোক পোক চান্না খড়ি যেংহুনা ইমুং-মপাল চংগং-কন্দা চংদুনা, ববিগুম্বা মওংদস্থু মতম লেনবা যারক্রে ; মতম অসিদা পরেশনা ইমুংদা পাউ পীরারে. “আজ্ঞা-বেম্মা মখাদা কমথবিবকউ—বাবু লাকএ।”

বিজয়াগী মাইথোং লংশিল্লক্রে, হায়রকই, “কনা বাবুনো ?”

পরেশনা হায়রকই. “উরাং লাকঅম্নহুনি—তেনানা য়াম্না চাউনা শাউনগী উপু অমা মখুৎা পায়রি আজ্ঞা-বেম্মা।”

“ফবে, বাবুদা ঐ থোবক্লগে হায়রুচো।”

মিনিট অনি-অহুম লৈবগা বিজয়ানা কা মন্নুংদা চংলক্লগা নমস্কার তৌরকই। ঙসি মহাক্না শেংলিবা ফিজোলদা, মাগী হ ইযেং চোজাইনবা অপ্রাওবা শম্লাংদা অসিগুম্বা থোইদোক হেন্দোকপা অমদি রাশি হাপ্পগুম্বা অমা য়াউরি. মহু কনাগী মিংথেংদগীস্থু নাপ্তোক্লিংঙাই ওইদে। ঙরাংগীগা ঙসিগা খেন্নারিবা অসি য়েংবদা মিংকুপ থরদি নরেন মচিন্দগী য়া ঙাংথোকপা

উমদে। মাগী অঙকপা মিংয়েংগী মতুং ইগ্না মিংচাম্লরুরগা বিজয়ান। মশাগী মিংয়েং মশাদা হন্থজগ্রবা মতমতুদা ঈকাই হঙ্গোইবনা মহাক তশেংনা উং লাউগ্রে। মাইক্রোস্কোপকী ব্যাগতু কৌজিক ফাওবা মখুওা পাংখ্রবি; মতু টেবিল মথক্তা থম্লগা মহাক্না তপ্না তপ্না হায়রকই, "নমস্কার। ঐহাক বিলাস্তা লৈরিবিদা লাইয়েবপা তম্লমই। ইবেম্মবু ঐনা কয়ারক হন্না উজরে 'অদুবু ঙসি ইবেম্মনা কা অসিদা চংলকপমক্তদা ঐগী মিং পাংখে। ঐনা শেংনা হায়বা ঙমগনি, লাইয়েকপা তৈবা নখোয়। ইবেম্মনু উবদা ঙনি বল্লদনি। নাঃ বয়াদা ফজরবা!"

বিজয়ানা মপুক্কিংদা খডই, মসি মজবগী খুয়া-থম্বালদা মক্রুনা মশাগী ওইজ-মনম চেন্দবা পাপ চংলবা মতিক-লংঙ মশানা খঙজদনা যোংদে রকপনি, 'অতুগা বা অসিঙ্গু মহাক অতুতগী মচিন্নগী থোকবখিবনি; অতুগু ঙতুম ওইনমগ মশাগী ভাংলবা মাইথোং মহাক্না কদায়দা লেংবদগে, হকচাং অসিবু মাগী থিজেং-লেতেংগা লেংয়নলা কমদোরগা উহন্দবা য়াগদগে, মতু থনবদা লাম্না যংরে, অতুবু নিংবুপ থরগী মতুংদা মহাক্না মপুক্কিং যাথরগা মমাই লোনখংতুনা চাংলেন্না খোজেলনা হায়রাই, "ঐহাকপু অস্নুম্না চমডুহনবসি অদোমগী মতিক চাবা ওইগদ্রা? মতুদা নঙনা পোং অমা লৈগে হায়তুনা অদোম্বু কৌজাখিবনি, লাই-য়েরবগীদমক্তদি কোদেনা।"

পাউগুম তাবদা নংনগী মাইথোং মকশিনগ্রে। মহাক্না ঈবাইবনা য়াং। লুংশুক-লুংজাননা অমম্বং তোফম থঙদনা

মহাক্কা বিজয়াবু মপুক্লিং চংনবা হায়রকই। বিলাক্তা শাগৈংবা
তম্নবা মতুংদা মাগী জ্ঞানগী লিচিং য়ম্না কুপ্পা মথরায পানবা
নত্রগা মথরায় পান্দবা জীবগী মরমদা থিজিন-হুমজিনবগী য়াই-
কেদা ওইখি। অতুনা মাহাকৈ অমদা মসিগা মহাক্কা অতুক্কী
মতিক শক খঙনরক্লিবমখৈ মহাক্কা খঙজিনগদবস্থ অতুক্কী মতিক
মপাল নাইদনা লৈখ্রি। পূম্নমক অতুমক মথরায়দগী হেল্লবা
দম্ব অতুগা লোইননা বিজযাদা পররুবগীদমক পুরকপনি। মহাক্কা
শক্লামহং, পুম্নমক অসি যাউত্রবদি শুপ্পগী মন্ত্র অতুগুং যংবনদি
বনাগী মযহৈদস্থ বরিস্থ এাপ্নরোই। তত্তানবদদি বিজয়াদা
বলিহরো হৈনা যাদে শুপ্পগী মতিংদা মথগুম্ফাত্তা উই।
নরেম্মা নংবাম যাউনা মতোম্দা বরি উবগে হায়না হংলক্লিবা
ওতুক্কীমখৈ মহাক মোরিক্লিংবা পোক্লবই। হেননবা মতুং নরেম্মা
থরায়-হনচা যাউনা খঙহন্নবা কেননরবই; মরৈ-নবাং পুম্নমক
মগু মতোংদা লৈং-খেংতুনা লায়না তুংমনগী পাইস্ব তাক্লকই।
অতুবু য়েংবিগদৌরিববু কনানো? মহাক্কা তাক্লি, মহাক্কী
খোংকেন্দা অতোপ্পা মী অমগী পুবক্লদা মথুম-মরাং কৌরি,
অকনবা নুংশা মপীদা মাগী চোইজাইনরবা শমলাং পাইদুনা
হবচাং 'পুম্ন শিন্না ভু চুংলি, খুংবা খুংকা থেংনবদা হকচাং
পঙথরি—বুপ্লবা মহিক্কী মশাদা কবি য়াওবগে হাংবা যেংলগা
মাগী অমাং-অংগোং কবি লৈগদগে? কনানা ম্যালেরিয়ানা
শক্লং উজাব শাহল্লিবনো, অতুগা কনানা যক্ষারনা ইমুং হুপ্পা
ভুক্কাল্লিবনো, মতু খঙজিনতুনা থদনা মতোম্দা বরি ওইজবা

কংগদগে ? থওজিল্লগন্থ মহাক্লা মথোয়্বু ডাকথোকপা ঙমলোই। মহাক্তি ডাক্তরন্থ নত্তে! মিনিট তরা-রোম মরৈ-মরাং, নৈথোক-নৈশিন তৌহ্না তাক্লবা ভুংদা নয়েন য়াম্না শাউরক্লনা চপ য়ুংনা কমহ্না লৈপ্রে ; হায়রকই, "তোকপিরো, মসি ইবেম্মনা হৈনগদবা থবক নত্তে। অণুক বুদ্ধি ককপদি ঐ পোকপদগী উজরক্তি।"

বিজয়ানা য়াম্না য়ানা নোক্লিংবা থাংহ্না হায়রকই, "ঐবু বুদ্ধি ফক্লিবা, নত্তে অদোম্না ত'কপা হৈবিদবনি।"

অকনবা থোল থাক্লবগীদমক মপুক্লিংদা হক্সোইহ্না নয়েন্না হায়রকই, "কমদৌনা অমূক তাকদগে হায়বিয়ু ? ইবেম্মগী বুদ্ধি তশেংনমক কল্লি-মত্তা ককহিনবা নত্তে, অহুবু ঐনা তশেংনা থাজ্জ, ইবেম্মা পুক্লিং চংবিজ্রে। ঐ ঙাংবদা শিগদৌরে, অহুগা ইবেম্মনা অরেম্বদা মহ্দা মিং থমহ্না লুকথহ্না নোকতমক নোকই।"

"কনানা ঐ নোকই হায়রিবা ?"

"ঐনা হায়রিবনি।"

"অদোমগী অরানবা য়াথল্লি।"

"ঐগী অরানবা য়াথল ? য়ন্ত্রসিদি লান্দেদনা, অহ্নি কল্লিগী উবা কংবিজ্রিবনো ?"

"অদোমগী য়ন্ত্রসি কত্তে অহনদি।"

নয়েন্না ঙক্লহ্না হায়রকই, "কত্তবা! ইবেম্মা থওবিজ্রা, অসিগুম্বা পারারকুল ওইবা মাইক্রোস্কোপ লমসিদা অরাবগী

লৈনন্দে। অস্থুক, মহেক শেংনা উবদি—" হায়রগা য়েংবদা মুংঙাইরবা শেম্নবগীদমক অমুক্তং মখিংমক্না য়েংলিংদবদগী যাম্না ল্যাংতক্লবগা লোয়ননা লুকথরকপদা বিজয়াগী কোক্না মাগী-কোক্না থেংগায়নকুম্লে।

"উ!" হায়তুনা বিজয়ানা মাক্তাক তাইদোক্লগা মখুংদা নোয়রকই। নরেন্না তৌফম খঙদনা করিনো অমা হায়দগী হোংনবক্পদা মহাক্না লোম্বুনা হায়রকই, "কোক থেংগায়-নরবদি করি তৌই খঙবিবরা? মচী হৌরকই।"

নরেনস্থু লোক্লকই। হায়রকই, "হৌবা তাবদি ইবেম্মগী বোক্তগী হৌরকপনা চুমগনি।"

"এঃ মুংঙাইজরেদ্দা! অদোমগী অমনবা অকায়বা যত্র অসিবু যতে হায়রুই হায়তুনা ঐগী কোকসি মচী হৌগদবা কোক ওইরবা!"

নরেন নোক্তি নোবই অদুবু মাগী মাইথোং কুংশুক-মুংজানম্লে। মঙক হাইতুনা হায়রকই, "ইবেম্মদা তশেংনা হায়-জরিবসিনি, অকায়বা নত্তে। ঐগী করিস্থ লৈত্রে হায়তুনা ঐনা টৌক তৌতুনা শেল লৌগদবগী হোংনবিবনি হায়না চিংনবিরি, অদুবু তুংদা খঙবিরক্কনি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "তুংদা খঙলক্লগা করি কায়গদগে হায়বিযু? মতমতুদদি অদোম্বু ঐনা কদায়দা থিবা ফংকদগে?"

নরেন্না হায়রকই, "অতুদি করিগী ইবেম্মনা লৌগনি হায়-বিরিবনো? করিগী অরেম্বদা ঐবু য়াহনবিব্রিবনো?"

বিজয়ানা খোঙ্জেল লুনা হায়রকই. "মতম অদুদা মসি অকায়বনি হায়বা তাকপিদ্রিবা করিগীনো ?"

নরেন ক্রং শাউরগুনা হায়রকই, "ঘরে, মদুনা ফরে। ঐ অমুক য়েংনবা পাম্মদে—মসি অকায়বা ওইজরসনু। ইরেম্মনা ঐগী অকায়বা ওসিদংদি থোকহল্লে মতুদি, ঐ হয়েং চংপা য়াররোই ; অদুবু মীপুম খুদিংমক ইবেম্মগুম মিং তাংবা নত্তে—কলকাতাদা ঐ য়াম্না লায়না য়োল্লুবা ছুমগনি, মহ খঙবিগদবনি। ফবা চংচরে।" হায়রগা যম্ভদু উপু মথুংদা হাংচিনগদবগী হোংনবকই।

বিজয়ানা চৌংলেম্না মঙদা হায়রকই, "হৌজিকমক কমদোনা চংপিগদৌরিবনো ? চায়রগা চংগিদবনি।"

"নত্তে, মদুগী দরকার লৈতে।"

"দরকার করিগী লৈতনি।"

নরেনা মমাই হাইগংদুনা হায়রকই "ইবেম্মনা থম্মোয়দা নোনপিরি। ঐবু করেম্মবিবিবরা।"

ওয়াং চাবিখো হায়ুবা মতমদুদা করেমখিবরা ? মদু য়ারোই, চাদনা চংপিখিবা য়াবোই। ওাইহাক্তা ফম্বিরম্মু, ঐ হৌজিকমক লাবচগে।" হায়রগা বিজয়া নোক্লিংবা শাংমা খাংনা কাদু শিন্না-শক্কী ইথক হৌহল্লহৎগা মপান্দা থোকখ্রে। মিনিট মঙারোমগী মতুংদা মহাক মখুংমক্তা চানবা হাঙ্গা পুখম অমস্তুং মীনাইনা চাগী মপোং-মচৈ পুদুনা চংলক্লে। টিপয়দু হাংনা উবদা হায়রকই, "মরবসিদা হাপচিনবিল্লবোইরে, য়াম্না কন্না শাউবিরিবা জাংনিনা।"

নরেন্দ্রা মিংহা কাযবা খোঙ্গেলনা পাউখুম পীরকই, "ইবেম্মনা লৌবিররোই, মসিদা করিগী শাউগদগে? অদুবু খন্দুনা য়েংবিযুদো. অন্দুক চাউবা ঙকুম্মা পোং অমা অন্দুক লাপ্লা পুখোক-পুশিন ভোত্নুনা চংখোক-চংশিন ভোবা কয়া য়াম্না য়াগদগে!"

পুথমচু টেবিল মথক্তা থম্লগা বিজয়ানা হায়রকই, "মচু ওইবা য়াই, ঐগীদমক্তা য়াবিবদি নত্তে, নশাগীদমক্তনি। ফরে, চাবিরো. ঐ চা শেমজরক্তে।"

চুথৌঁম চপ যুংবা কমচুনা লৈবা উবদা মশাক্তা অমুক হন্না হায়রকই, "ফরে, ঐমক্তা লৌত্রবন্নু পুত্নুনা চংপিগ্র'নু। চাবা হৌবিরো।"

নরেন্দ্রা মশাবু ঈকাইবা পীবনি খন্দুনা হায়রকই, "ইবেম্মদা খোজানবিম্নবদি ঐ হায়জদে।"

বিজয়ানা হায়রকই, "অদুবু নুমিৎ অতনদি হায়জখি, নুমিৎতুদা মামাগী ওইনা হায়জবা লাকপিখি।"

"মচু অতোপ্পগীদমক্তনি, ইশাগীদমক্তা নত্তে। মসি ঐ হৈনজদে।"

য়াকম অসি কয়া য়াম্না চুম্লগে হায়বা বিজয়ানা খঙদবা নত্তে। মরম অদুনা খঙ্গোয়দন্থ হাইকেং পাল্লি। হায়রকই, "ওইনিংবা ওইজসনু, মচু পুত্নুনা চংপিরোইদবনি— সিমাক্সুম খন্বিযয়-শনবনি। ফরে চাবিরো?"

নরেন্দ্রা চিংনরগা হংলকই, "মচুগী অর্থদি?"

কবিনো. মাগী মশক-মওং করম তৌবগে, মাগী ইতিহাস করিনো. অসিগুম্না অচেংপা রা অমম্বং অরায়বা লোন্দা ঙাংবা হাক করিগুম্দা তাংগ্রে হায়বা মপুক্রিংদা লাম্না ফংদে। মহাক্না হৌজিক্তা অকায়বনি হায়দুনা করেম্লখিবা যন্ত্র অদুমক্কী মতেংনা উবা ফংলিবা ওইথোক্তবা অমম্বং ঙাওচং-কৈচংনবা মানবা নুপা অসি ডাক্তর পাশ তৌই হায়বসি থাজবা ঙমদে। অদুবু শুপ্নগী মদুতা নত্তে, হিংলিবশিংগী মরমদা মাগী জ্ঞানগী কুপশিনবা, মাগী থাজবগী অচেংপা, মাগী নিংশিংদুনা থম্নবগী অকনবা শক্তিগী পরিচযদা মহাক ঙকপনা নুংবংনগ্রে। অদুম ওইনমক অচম্বা মীগী মতৌ শুম মাবু শাউহনবা কযাদা লায়রিবা। হৌজিক হৌজিক মহাক্না কয়া'মা তারে, কয়া'মা মাগী নংকোংদা চংখিদ্রে, শুপ্নগী মাইথোংদা য়েংদুনা তুম্মিম্না যমদুনা লৈ। মপুক্রিং লুপ্না মহাক মতোমতা চোইরোলগুম ঙাংলি, তারিবা মীদুদি মতমদুদা মাগী ওইবা মতৌ, মাগী চম্বগী রা মপুক্রিদা থল্লুবদা নুংশিবা, নোম্লুকপা অমম্বং ভক্তিদা লুপ্লুনা ফম্লি।

থঙহৌদনা তাক্না অমদা নরেন্না উরে, মহাক্না অরেম্বদা চোইঙাং ঙাংলিবনি। হায়রকই, "ইবেম্মা করিমত্তা তাবিদ্রে।"

বিজয়ানা ঙক্না হায়রকই, "করিগী তাদনি।"

"করি তাবগে হায়বিবু।"

"এঃ —নোংমদবু লোইনবা হেক্তা হৈবা য়াগদ্রা?"

নরেন্না নিংবা কায়না হায়রকই, "নত্তে, ইবেম্মা করিস্ত ওইররোই। ইবেম্মগুম পুক্রিং চংদবা মীশক ঐ পোকপদগী থেংনজরক্রি।"

বিজয়ানা খুজিল অমা কাওবা রাবোবা তৌদনা হায়রকই, "নোংমতদা হেক্তা হৌগদ্রা ? অদোম্না নোংমত্তদা হৈবিখিবরা ?"

নরেন্দ্রা হো হা নোক্ত্রনা হায়রকই, "ইবেম্মদি চহি চা-মা ফাওবদম্বু থইরবোই। অদুদা নত্তনা পুম্নমকসি তম্লিগদৌরিবর্ কনাননো ?"

বিজয়ানা মচিন খুমত্তনা নোক্তুনা হায়রকই, "অদোম্না। অদু নত্রবদি অকাযবা যম্নসিব্ব কনানা লৌবিগদগে ?"

নরেন্দ্রা মাইথোং লুক্কা হায়রকই, "ইবেম্মনা লৌবিবগী মস্ত কান্নবা লেতে, ঐ তম্লিবস্নু ঙমজরোই।"

বিজয়ানা হায়রকই, "অদু ওইববদি লাইয়েকপা তম্লিযু। মতুদি হেবোইদ্রনে ?"

নরেন্দ্রা হায়রকই, "মতুম্নু ওইরোই। মীওইবনা চ রু-থকপা ফ ওবা কাডনরিবা হৌবম অদুদা পুক্কিং লুপশিনবা ঙম্লিদ্রে, পুক্কিং চংগদ্রনে লাইয়েকপদা ? কবিম্নু ওইরোই।"

"অদু ওইববদি লাইয়েকপম্নু হৈবা ঙম্ররোইদবা ?

"হেরোই।"

বিজয়ানা মথরায় রাশিনবগা লোয়ননা হায়রকই, "করিমত্তা হৈত্রবদি কোক্তা মচা হৌরক্লগনি।"

মাগী মাইথোংগী ভাব উবদা অমস্তুং রা তাবদা নরেন্দ্রা অমুক হন্না হৌনা নোক্লকই। হায়রকই, "মদু ইবেম্মগী মতিক চাবা দঙিনি।"

বিজয়ানা মমাই লৈথোক্তুনা নোক্লিংবা লোৎতুনা হায়রকই,

"মতু ওইবা তারেদনা কমদৌনি। অদোম তম্মি-তাকপিবা হৈতে হায়রবদি হায়বিনিংদ্রগা। অতুবু মীনাইশিংনা বরিনো তৌরিবসি, মৈ পীরদ্রিবা বরিগীনো? ঙাইহাক্তা যম্বিরম্মু. ঐ মৈ থাম্লবউ হায়রুখিগে।" হায়রগা ফুক হোৎলগনা চংলগা। থোঙ হাং-দোকলুবদা ইখঙ-খঙহৌদনা তুত হে নবৎুম চপ কেপ্তুনা লৈরে। মাংমক্তুদা যময়ম বাদা চৌবি তনি বরুন্দা র সনিংবী মপ-মচা যম্লি। বিলাসকী মাইথোং কনাননা হাংক তেশিনবঙমই। বিজয়ানা মশাদু যাংজরগা চংশিন্নগা হৈরবই, 'লাবপা বয়া নুইরবগে শঙা-ইরু ঙো? ঐবু বে বিরাক্তুবা বগিনো?"

রাসবিহারীনা বনোন লোন্ডুনা হায়রবই, "পুংথায় অতেম যারে নুপীমচা; নহাক তসোমগী বন্দা রবী-বাতাংদা উতুনা লৈ হায়তুনা অমুক বৌরক্তুবনি। মা চৎদীশবী মচা নত্রা? বরি পাম্লিবনো মানা?"

থংনবা কদা তাখিদনব, বিজয়ানা হোৎহেন তঙ্গা হায়রবই, "মাইস্কোত্রোপ অমা য়োক্লগা মহাক বর্ম্মাদা চংবদৌনি। অতুনা হে নরম্লিবনি।

বিলাসনা ঙংতুনা হায়রবই. "মাইক্রোস্কোপ! লোক তোযম অতে যাদ্রববা মা!"

রাসবিহারীনা ইতপ-তপ্না থামজিনবগী মওংদা মচানুপাদা হায়রবই. "মতুম্না হায়রিবা বরিগীনো? মতুগী মরম ঐখোয় হৎদে—অমবস্মু ওইরম্না য়াই।" বিজয়াগী মাইথোংদা য়েংলতুনা লোৎথোং তৌবগা লোয়নবা মহুক হাইতুনা অমুক হায়রবই,

"খঙদবা অতুগী মরমদা মতামত ফোংদোকপা ঐ চুমই হায়না খন্দে। মাগী উদেশ্য ফঙবা ওইরমদবস্থ য়াম্রি— করি হায়বগে কুপীমচা?" হায়রগা ঙাইহাক্কং লেপ্লগা মতোমতা অমুক হায়জরকই, "অওইবনি অহু-অদা কবিস্থ হাযবা ঙমদে, মতুস্থ চুমই। মতু ওইনিংবা ওইজসনুদা, মতুদা ঐখোযগী কান্নবা করি লৈ? দূরবীণ ওইরবস্থ করি করিগুম্বা মতমদা অরাক-মুংলংপ্লদা য়েং-লাকপদা শিজিন্নরবস্থ হই। —তঙুদা লৈরিবতু কনানো, কালিপদলা? অসোমগী বাদা মৈ থানবা চংলিবরা? বাবুতুদা ফেক্তা হাযরম্মু. ঐখোয় লৈবা ঙম্নবোই— মহাক চংখিনা য়াবে।"

বিজয়ানা খিনা কিনা হায়রকই, "মংডান্দা ঐনা লৌগনি হায়খ্র।"

রাসবিহারীনা হাইফেং ঙক্না হাযরকই, "লৌগদৌরিবা? করিগনো? মতুনা করি কান্নগদগে?"

বিজয়া তুম্মিন্না লৈ।

রাসবিহারীনা হংলকই, "মানা মমল কযা পামলিবগে?"

"লুপা চা-নি।"

রাসবিহারীনা পীশুম শুক্লতুনা হায়রকই, "চা-নি? লুপা চা-নি পাম্লিবা— বিলাস, অতু ওইরবদি ঙক্লদ্রা—করি হায়বগে বিলাস, কলেজদা নখোয়গী এফ-এ ক্লাসতা কেমিষ্ট্রিদদি পূম্নমকসি য়াম্না শিজিন্নখ্রবনি—লুপা চা-নি মাইক্রোস্কোপ অমগী মমল? —কালীপদ, চংলো মঙোন্দা চংখ্রো হাযরুচো—অসিগুম্বা লাং মফম'সিদা থাক্লবা য়ারোই।"

অদুবু হায়রুড্রবস্থু মহাক মশামক্তা পুম্নমক তাজরে, মসিদা শম্না মফৈ অমা ফাওবা চিংনিংঙাই নৈতে। কালীপক চংথি-গদবগী তৌরকপা উবদা বিজয়ানা মঙোন্দা ঈংনা অদুম ওইনমক খোঞ্জেল লুহ্না হায়রকই, "মঙ মৈদমক থান্নমগা লাক্কদবনি, হায়গদবদু ঐ ইশামক্তা হায়গনি।"

বিলাসনা মচা ঐয়রগা মমৌ শিন্দাকপগী মওং মাগী মপাদা হায়রকই, "করি কাম্নে পাবুং, নহাক অরেম্বদা ঈকাইবা নংলেদো। মাগী হৌজিকস্থু যেংগদবা থরা রাংলমথিবা য়াই।"

রাসবিহারী রা ঙাংদে, অদুবু শাউবনা বিজয়াগী মমাই ইচপমুক ঙাংগ্রে। বিলাসনা মতু উদুনস্থু হায়রকই, "ঐখোয়স্থু মথল কযাগী মাইক্রোস্কোপ য়াম্না উরে. পাবুং, অদুবু হো হো নোক্কদবা মরমদি কৈদৌঙৈদস্থু কদায়দস্থু য়াউবা উদে।"

ঙবাং পীজথিবগী মরমস্থু মহাক থঙলে, ঙসি নৌনা নোকপস্থু মনাকোংমক্তা তাবে। বিজয়াগী ঙসিগী থোইদোক-হেন্দোবপা ফিজেং-নৈতেংস্থু মিংয়েংদগী নাস্থোক্তে। থনবনবগী হুনা অস্থুম্না শিগদবমথৈ চাকথংলক্লে মহুদি, মাগী অফ-ফত্ত জ্ঞান অমুক নৈথিদ্রে। বিজয়ানা মঙোন্দগী মপুংফানা মতুং ওস্থোক্লগা রাসবিহারীদা হায়রকই, "ঐগা ঙাংনগদবা করিগুম্বা থোইদোকপা রা নৈবরা থুডা-ইবুংঙো ?"

রাসবীহাবীনা লোম্না মচানুপাদা অথাবা মিংয়েং অমনা য়েংলগা ইতপ-তপ্না বিজয়াদা হায়রকই, "রা করিগী নৈতনি নুপীমচা! অদুবু মতুগীদমক হাথু-হাথুগদৌরিবা করিগীনো ?"

ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "অদুগা থন্দুনা য়েংলবনি, মঙোন্দা লৌগনি হায়দোকপ্রবনিনা ওইনিংবা ওইজবসন্নু মদু লৌবা তারেদনা কৈদৌনি। লুপা-চানি য়াম্মল্লি. নত্তে, হায়দোকখিবা রাগী মমলনা হেল্লি। অস্থুম্না তৌরসিদনা, মঙোন্দা হয়েং অমুক্তা লাক্তুনা শেল লৌরো হায়খোদনা নুপীমচা?"

বিজয়ানা রাহং অসিগী পাউখুম পীদনা হংলকই, "হয়েং ঙাংনবা য়ারোইদ্রা খুড়া-ইবুংঙো?"

রাসবিহারীনা হাইযেং ঙক্না হায়বকই, "করিগীনো নুপীমচা?"

বিজয়ানা মিংকুপমুক লেংদনা লৈদুনা নুংঙাইতবা পুন্না কন্না ফাংভিল্লগা হায়রবই. "মহাক থেংগনি— য়াম্না লাপ্না অমুক চংখিগদৌরিবনি। মাগা ঐগা থন্নগবদা থরা লৈ।"

মাগী চাউথোকপা মপাল থোক্লকপসিদা অহল অদু মপুক্লিংদা চমম্নদুনস্থ মপালদদি মদুগী মরিক অমঙা ফেংদোক্কে। লেথোক্লুনা য়েংলকই, মচানুপাগী খুর খুরবা মমিং অদু শাহিং চাবা শাগী মতৌংগুম ইরং ইরং লংলি অমস্থুং করিনো অমা মহাক্না হায়গদবগী ফোংনবদা লাক্লেংনবি। ফঙ-লৌশিং চাউবা রাসবিহারীনা যিভমদু থঙবা ঙমদুনা মঙোন্দা থানা য়েংদুনা থাযজিল্লগা হরাও মীনোক্না লোয়ননা হায়ববই, "ফরেমে নুপীমচা, ঐ হয়েং অযুক অমুক লাক্লগে। বিলাস মমশিল্লক্লে নুপামচা, চংলসি, ঐখোয় চংলে।" হায়বগা হৌগৎলুনা লেপথংখ্রে অমস্থুং মচানুপাগী পান্থোমদা পায়দুনা তপ্না অমুক্তং

খংচিং-চিংলগা মাগী তুংশিন্দুনা লৈরিবা লাকচম-ক্ষাচমদবা অশাউবনা নমখায়দুনা মপান্দা থোরক্লিবৈগী মমাংদা লোয়নদুনা মপান্দা থোকয়ে।

বিজয়া মতম অদু ফাওবা বিলাসলোমদা কয়া শুপয়েং য়েংথোকলুদে। অদুম ওইনমক মাগী মাইথোংগী ভাব খঙবা অমস্থং মাগী মিংয়েং মমিংমক্লা উবা ফ ত্রবস্থ মপুক্লিংদদি পুম্নমক খঙবা ঙমদদুনা ফনা কুইনা য়ুম্নিগী মতৌগুম লেপতুনা লৈ।

কালীপদনা কা অসিগী থাউমৈ থানবা চংলকপদা হায়রকই, "অসোমগী কা থাউমৈ থাঙরম্নে ইবেম্মা।"

"ফরে।" হায়রগা মপুক্লিং ফাথজরগা থানবা মিংকুপ্পা থোঙগী পর্দা হায়দোক্লুনা বিজয়া তপ্পা তপ্পা কাদুনা চংলক্লে। নরেন মরু লুকথদুনা করিনো খন্দুনা লৈরমই, হৌগংলক্লে। মানা ন্নুংশা মপী খিংনবা অরেম্বদা হোংনবদুবু বিজয়াগী মকমদা লোৎপা ঙমদ্রে। ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা নরেন্না ন্নুংঙাইতবগা লোয়ননা হায়রকই, "মসি ঐ পূত্রগে. অদুবু ঙসিগী মুমিং অসিগা ইবেম্মগী অরেম্বদা মাংহনগে। কনানা খঙনি কনাগী মশক য়েংদুনা য়াহৌবিখিবনো, ইবেম্মদা অকনবা ব্রাইহ কয়া ঐনস্থ তাহনগে. মখোয়নস্থ তাহল্লম্নে।"

বিজয়াগী থনুংদা মতম অদু ফাওবা মৈচাক হঙ্গি, মহাক্না মমাই নোনখৎতুনা য়েংলকপমক্তদা মাগী থম্মোয়গী মৈচাক মমিং অনিদা ফাওরক্লে ; নিঙবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "মহাক্তগী

মশক্কি উত্তুনা মিংকপ থোকপা ওইসনু। ৱাপুন্দা নাকোংমক্তা তাবিবে হায়রুনা হায়জিনবা নত্তে, তদোমগী মরমদা মখোয়না ঈকাই খুমনবা ঙাওনা ঙা খিবা পুম্নমক মশিন নওনা মশিন শাবা হাযবত্তুনি। হযেং মখোযদা ঐনা মত্তু তাকপিগনি।"

অতিথিবু ঈকাইবা পীবত্তুদা বিজয়না কয়া য়াম্না লুংঙাই-ত্রবগে হাযবা নরেন হঙই, অদুবু ঈংনা চম্না হায়রবই, "করি কান্নগদগে? অসিগুম্বা পোংবী মশক খঙদবনা মখোয়না চিংনজরিবনি, নত্রবদি ঐবু ঈকাইবা পীবগী মখোয়গী করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা লৈতে। ইবেম্মা নশামবস্থু অজ্ঞানবদা হীবম কয়াদা চিংনবিরম্লিবত্তনি, মাবু ঈকাইবা পীনবগীদমক্তরা? মখোয় ইবেম্মগী মবি-মতানি, যাইফনবা হল্লিবনি, ঐগীদমক্তা মখোয়বু থৌওইদব তেং বিগনু। অদুবু অহিং ওইশিল্লক্লে—ঐ চংচবগে।'

"হয়েং নত্রগা হ চিং অদুক্তা লাকপা ঙম্বিগদ্রা?"

"হযেং নত্রগা হংচিং? অদুবু মতম অমুক লৈররোই। হযেং ঐ চংলগনি; তশেংনা হযেংমক্তি বর্মাদা চংপা য়াররোই, কলকাতাদা নুমিং হরনি লৈবা তারে, অদুবু অমুক উন্ননবা—"

বিজয়াগী মমিং তনিমক পীনা থুম্বংলক্লে, মহাক ঙমদ্রে মমাই নোনথংপা, ঙমদ্রে ৱা ঙাংবা। নরেন্না মতোমতা হাইফেং নোকচরগা হায়রকই, "ইবেম্মা নশামক অদুক নোক্কল্লি, অদুবু অস্থুক চম্না রসিদা অদুক রারৌবিরিবা? ঐমক্তা থোইদোক্লত্তুম গমুক্তং শাউত্তুনা ইবেম্মদা বুদ্ধি ফকপা অসিনাচংবা

কয়া কয়া হায়খি ; অদুবু মহুদদি য়ারোবিদে. থোইদোক্লদুম চিন থুমদুনা নোকপা উবদা ঐ অমুকম্ম হেন্না শাউখি ; অদুবু ইবেম্মবু ঐ মতম চুপ্পাদা কাউররোই ইবেম্মা নোবহনবা য়াম্না হ।"

উনাদা তুংদুনা লৈবন্দা নোংগী ঈশিং লুমথরক্লুনা উনাদগী হৈথরকপা অদুগুম্না অকোনবা য়াহৈসিদা পী মরিক খরা বিজয়াগী মমিত্তগী তপ তপ লৈমায়থত্তা তাবক্লে। অদুবু খুং হাইগৎত্না তৈথোকলুরবদি অতোপ্পগী মিংয়েং চিংশিনগনি, চিংনবা অসিনা মহাক তুম্মিয়া মক্ক লুক্কা লেপতুনা লৈ।

নরেনা হায়রকই, "মসি লোবা উম্বিদ্রে হায়দুনা ইবেম্মা নুংঙাইবিদ্রে " হায়রগা খঙহোদনা রা ময়াইদা চপ লেপ্পগা সাধারণ জ্ঞান য়াউদবা বৈজ্ঞানিক অসিনা মিংনা বুক্সদা অঙকপা থৌদোক অমা তৌথোরক্লে। ইখঙ খঙহোদনা মখুং তিংথোক্তুনা বিজয়াগী খদাং পায়চনা থাংগৎলগা ঙকপগা লোয়ননা হংলবই. "মসি করিনো. ইবেম্মা কপ্পিরিবরা?"

নোংথাংমুক য়াংনা বিজয়ানা থোঙফম অনি তুংলোমদা হন্দোক্লগা মপী তৈথোকখ্রে। নরেন্না তৌফম খঙদ্রহনা অস্থম্ম-তমক হংলকই, "করি তৌরবগে?"

অসিগুম্না থৌদোক অসিদি মাগী য়াথলগী য়ংমদনি। মহাক কুপ্লবা মহীক্লচিংবা খঙই, মখোয়গী মমিং-মথা, হৌফম-শাংফম করিগুম্বা অমত্তা মহাক্না খঙদবা লৈতে, মখোয়গী থবক-থৌওং, রীতি-নীতিগী মবমদা করিগুম্বা মরিক অমত্তা

মহাক্না লানখিবা লৈতে; মখোয়গী আচার-ব্যবহারগী হিসাব পূম্নমক মাগী খুবামন্নুংদা লৈ—অদুবু মসি কবিনো! অপঙবনি হায়দুনা চৈরগা নোকপা অমম্নুং নোল্লুক্লুনা, তৌবিমল খঙবা উংতুনা, থম্মোয়-লিচিং খাঙমদদুনা থাগংপদা কপথোক্লকপা, অসিগুম্বা লৈশেমগী অঙকপা জীবগা লোয়ননা তাইবংদা জ্ঞান লৈবা মীগী অরাযবা কায়বাব কমদোনা তৌমিন্নগনি। মহাক ভাইহাক লেপতুনা লৈরগা তপ্না ৎপ্না উপ্তু মখুংদা পায়দুনা থাংগৎপমত্তদা বিজয়ানা ইফা-যাজিনবা খোক্লেলনা হায়রকই, "মদু ঐগীনি, থম্বিবয়ো।" হায়বগা কপ্লিংবা খাঙমহুত্তুনা থুনা যাংনা কাডুদগী থোকখ্রে।

মদু থম্লগা নরেনা তৌফম খঙদবগী মতৌ গুম মিনিট অনি-অণুম লেপ্তুন লরগা মপান্দা থোক্লকপদা উবে, কনাম্নু কদায়দম্নু লেতে। মিনিট খবগা অমুক তুম্মিন লৈহনা ভাইরগা মমৈথংদা মখুৎ হাংনা অমম্বা লম্বীগী মকুং ইন্না চংখ্রে।

বিজয়না হল্লকপদা উবে, উপু লৈ, মপ্ন লৈতে। মহাক শেল লৌথোকপা মাগী ক দা চংলুবনি, অদুগ্দ খম্নুংদা মমাই স্নুরু স্নুরু নদুনা কপ্লিংবা বোক্লমবা হোংনবদা কমদোনা অম্নক বুইনা হৌথিবনো হায়বা মহাক মদু খঙকোক্রে। যৌবা তাদুনা কালীপদ মপান্দা থোরকই। হংবদা মহাক্না হমুংগী থবক ইংখাং লোম্লিডৈদা বাবুদু চংখিবা খঙহৌদ্রে হায়না খুম্নকই। চৌকিদার কানাইশিংস্নু থবক অমা হৌবাডেদা বাবু চংখিবা খঙহৌদ্রে হায়রে।

# তরা'হুমদোই

রাসবিহারীগী অচৌবা মগুণনি— খুঙ্গংদা ব্রাহ্ম-মন্দিব লিংখৎননবগী অফবা নুমিৎ নকশিল্লক্লে। অতিথিশিং অমমম খুংলবা হৌবে। কলিকাতাদগীদা নত্তে. লম অতৈ আতৈদগীসু অতিথি অক্তম-মরি মাগী মাগী নুপীগা লোয়ননা খুংলার। অফবা নুমিৎ অদু হয়েংনি। ৬সি সন্ধ্যাদা রাসবিহারীনা মাগী ময়ুমদা চাক্কৌবা অমগী শিল-লাংলি।

সংসারদা ওইজবা মাংগন্দ্রা হায়বগী চিংনবনা কনা কনা'গুম্না লৈছনা-পুছনা লেবা মীনা কমদৌনা রাখল য়ায়। কুপশিনবগে অমসুং তুং ফ'ওবা উশিনবগে হাযবা মথাদা ইরিবা থৌদোক অসিদগী খণ্ডবা ঙমগনি।

বার্ত্তোপ ফংহুনা লাক্লিবা ময়াম অদুগী মযাইদা যমদুন, অহল ওইরবা রাসবিহারীনা মাগী ভৌরবা কোয়দা মখুংনা নাল্লদুনা মমিৎ উইক্রম তৌনা অঙাং ওইরিবৈদগী তীম্নরকপা মরুপ বনমালীবু পন্দুনা খোঞ্জেল লুম্না হাযরকই, "ভগবান্না মাবু মপুং-মতম চাদনা কৌশিনবিগ্রে, মাগী মঙ্গল-ইচ্ছাগী মাইয়োক্তা ঐগী রাকংনিংঙাই করিসু লৈতে; অদুবু মহাক্না কমদৌনা ঐবু থনক্লিবনো হাযনা ঐবু মপালগী উবতনদি মদু ময়ান্না ভাবনা শাবা ফাওবা ঙম্বিরোই। অদু ওইববসু ঐখোয় উম্মনবগী মতম নোংম-নোংমগী নবশিল্লক্লি, মদুগী ইঙ্গিত ঐ মিৎবুপ থুদিংগী ফংই, অদুম ওইনমক অমত্তা ঙাইরবা অমি

শুদ্রবা নিরাকার ব্রহ্মগী শ্রীচরণদা প্রার্থনা তৌজরি, মহাক্না মাগী মপাল নাইদবা থোজালনা নুমিৎ অদুবু অমুক হেন্না নকশিনবিহল্লকপা ওইসনু।" হায়রগা মহাক্না ফুরিং শুদাংনা মিংলু তৈথোকই। অদুগী তুংদা ঙাঁইহাক পরমাত্মাগী ধ্যানদা লুপ্লগী মওংদা তুম্মিন লৈ, অমুক হন্না থোইদোক্না খোঙেল মকালাম্না রা ঙাংলবই। মখোযনা অঙাং ওইরিবৈদা শান্ত-মিন্নখিবা, থরা চাউরল্লবদা লাইরিব তম্মিন্নখিবা—অদুগী তুংদা পাখং ফারল্লবদা সত্যধর্ম লৌবগী ঘ্রাবী তন্নগা হায়বকই, "অদুবু বনমালীগী থম্মোয়না শুঙ্গংগী ওং-নৈবা থাংবা ঙমখিদে—মহাক কলবতাদা চংখি; অদুবু ঐদি মীবা মীশা পুংমক খাংদুনা শুঙ্গংদা লৈগনি হায়না অকনবা থাক লৌবমকই। ওঃ—মতু কয়াদা তমথীগ্রবা মীওংনো! অচম ওইনমক ইপুক্রিংদা হায়জবমই, অচুম্বনা জয় ওইগনি। মাগী মতিক মঙুনতনা নোংমা মাইপাক্কনি। নুমিৎ অদু ঙসি থুংলরে - অহনা মফমসিদা মতম অমুক কুইববগী তুংদা মযামগী থুগা-উগুল তাহনবিবরে। বংমালী এখোয়গী ইরক্তা ঙসি লৈত্রে—নুমিৎ নিনি মাংজোননা মহাক চংখ্রে; অদুবু ঐনা মিৎ উইশিনবদদি উবা ফংই, মসিনি, মহাক্না নোংথঙগী হরাওনা মোমোন নোক্লি।" হায়রগা মহাক মমিৎ এইশিন্দুনা তুম্মিন লৈখ্রে।

লৈরিবা ময়াম পুম্নমক মপুরিং লাতরক্লরে—বিজয়াগী মমিৎ অনিদগী মপী তপ তপ তারক্লে। বাসবিহারীনা মমিৎ পাংথোক্লগা মখুৎ ওই তিংথোক্লগা হায়রবই, "মহাক অসি

মাগী অমম্তা ঙাইরবী মচানুপী বিজয়ানি। মপাগী শুণ পুম্নমক কংলবীনি—অদুবু মথোদাং খঙই। অচুম্বদা কীবা লৈতে! লেংদে। অদুগা অসিনা ঐগী ইচানুপা বিলাসবিহারীনি। লোখিবা ফিবেপ্তুগী হোংদে, থম্মোয় চেংলি। মখোয় মপান্দদি হৌজিক ফাওবা তোঙায়া উরবস্থু থম্মোয়দদি—হোয়, অফবা নুমিৎ অমগা অমুক নকশিল্লক্লে, নুমিৎ অদুদা ময়াম পুম্নমক্কী খুয়া-উফুল তাহনবিরদুনা মখোয়গী লৈপুনগী অনৌবা পুন্সি ধনা ওইরগনি।"

ময়েক শেংফাত্তবা য়াইফ-পাউজেল অমনা সভা অদু পুমনিন-নিনংগ্রে। মনাক্তা ফম্লিবী নুপী অদুনা বিজয়াগী মখুৎ পায়রগা তপ্লপা থংপায় পায়শিল্লকই। বাসবিহারীনা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "মাগী মচা অসিখক্তনি—নুমিৎ অদু মমিংমক্তা য়ায়া উজনিংলগনি; অদুবু অবানবা পুম্নমক ঐগীনি। ঙসি ময়ামগী মফমদা পুকচেল তিংনা ইরাল য়াঙরিবসিনি, মসিগীদমক্তা দায়ী ইথত্তগীনি। থয়াদা পকপা লাইজগুম্বা মীওই পুন্সিনি, মসি শুপ্নগী ঐখোয়না চিন্দদা ঙাংই, অদুবু থবক্কী মতমদদি খক নিংশিংলুবা লৈতে। মহাক অদুক থুনা চংখিগনি হাযবা ঐ খল্লুদে!"

অসি হায়রগা মহাক ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈ। মাগী নীংঙমদবনা চাক্লবা থম্মোয়গী খুল্লবা থাউমৈগী লংলবা মঙাল মাইথোংদা ফাওরক্লি। অমুক নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা তপ্পা চীংলেম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অদুবু হৌজিক্তি ঐ জ্ঞান

তারে। অদুনা ইশাগী হকচাংদা হন্না য়েংথজরবদা লাক্লিবা ফাইরেলদগী হেন্না অমুক থিন্নবা ঐগী থৌনা লৈত্রে। কনানা খঙগনি, তুংদা ঐস্লু উদনা চংখিবা য়াই।"

অমুক তৌকম খঙদবা চরাংনবা মখোল অমা থোবকই। রাসবিহারীনা নাক-য়েং য়েংলগা বিজয়াগী মরমদা হায়রকই, "বনমালিনা মাগী লৈজবা পুক্নমকা লোয়নবা মচান্নপীস্লু ঐগী খুত্তা শিন্নরমই, ঐহাকস্লু অদুম্না ধর্ম্মগী মাইকৈদা মিংয়েং থমদুনা ঐগী ইথৌ পাংথোকলমগনি। মখোয়স্লু অস্নুয়া ময়ামগী আশীর্ব্বাদতগী পুন্সি নুংশাংদুনা অচুম্ববু থাগোন্নদুনা মথৌ পাংথোকসনু। মখোয়গী মপাবুংবু তান্নোকখিবা মফম অদুদা লৈতানা লৈদুনা অচুম্বা ধর্ম্ম শন্দোকসনু, মসিতনি ঐনা নিজনিংবা।"

অহল ওইরবা আচার্য্য দযালচন্দ্র ধাড়া মহাশয়না মসিগী মথক্তা আশীর্ব্বাদ হৈথরকই।

রাসবিহারীনা মতমদুদা বিজয়াবু কৌদুনা হায়বকই, "নুপীমচা, নহাক্না নপাবুং লৈত্রে, নহাকী সতী সাধ্বধী ওইববী নমা-ইবেম্মস্লু য়াম্না মাংজোনবা। নেঙ্গাগ্রে, অদু নংলমদ্রবদি রফেম অসি ঐনা নঙোন্দা হংনরম্লোইদবনি; ঈকাইগনু নুপীমচা, হায়যু, ঙসি তীল্লখিবা ঐখোয়গী পূজা তৌনিংঙাই ওইববা অতিথিশিং অসিবু মফম অসিমক্তদা লাক্লিবা ফাইরেল থাদা অমুক্তগা পদধুলি তাহনবিরনবগীদমক নিংশিংজহৌসি।"

বিজয়া মপুক্লিং চরাংনবা, শাউনিংবা, চিংনবনা মাগী

চন্নম কুনগংলক্তুনা করিমত্তা হায়দোকপা ঙমদ্রে। মহাক মক্কু লুক্লপা নুংবংননা ফমত্থনা লৈ। রাসবিহারীনা ঙাইহাক্তুং ঙাইরগা লোনাকফং তৌদুনা হায়রকই, "পূন্সি নুংশাংবা ওইসম্ব নুপীমচা. নহাক্লা বরিস্থ হাংদ্রবস্থ য়াংরে—এখোইনা পূম্নমক ঙম্না খঙলে।"

অদুগী তুংদা লেপখংলগা মখুং অনি কোম্নদুনা হায়রকই, "লাক্লিবা ফাইরেল অসিদা অমুত্তগা ময়াম পূম্নমকী পদধূলি তাহনবিরনবা ভিক্ষা লিজরি।"

ময়াম্না হন্না হন্না মখোয়গী য়ানিংবা ফোংদোক্লকই। খাংবা অমুক ঙম্নত্তুদুনা নিঙহানা শে থাঙবা খোঙ্গেলনা হায়রকই, "পাবুং লৈখিদবা চফি অসিগী মনুংদা—" নুংশা স্বর কন্না খুনগংলকপনা মহাক রা ঙাংবা লোইশিনবা ফংভবা ঙমদ্রে।

রাসবিহারীনা নিংকুপ্পা থোদোক অদু ভাব তাহনা য়াম্না নীংঙমদবগা লোয়ননা খুদক্তা হায়রকই, "অচুম্বনি নুপীমচা, অচুম্বনি। মসি এদি মিংখু নিংশিংলুদ্রে, অদুবু নঙদি এগী ইংলুপীনিদনা, অদুনা হন্নু কুক্কু শুংলবা অঙাং ওল্লবা এগী অশানবা ফারিবনি।"

বিজয়ানা নংরোম্না থিজিনা মপী তৈথোকই। রাস-বিহারীনা মতম্ব উই। নুংশা মপী হোন্নগা পীনা থুম্মাংলবা খোঙ্গেলনা হায়রকই, "পূম্নমক মাগী ইচ্ছানি।" ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "মদু ওইরসনু, অদুবু মতম্ব থোইনা কুইশিল্লক্রে।"

ময়ামদা য়েংলগা মহাক্লা হায়রকই, "যরে, লাক্লিবা শজিবুদা

অকবা থবক্তসি লোইশিন্নগনি। ময়ামগী মকমদা ঐখোয়গী অশেংবা রা অসি থমজরবনি। ইবুংঙো বিলাসবিহারী, মতম থেংজিনখিগদৌরে—হয়েং অযুক্তগীদি থবক্কী অমুক লোইবা মাইরয়েই—ঐখোয়না চাননবা শিল্লিবন্থ — নংতে — নংতে, মীঙোন্দা অদুম থাদোকপা চুমদে- নঙ নশামক চংলো--চংসি ঐস্সু চংলগে অদু ওইরবদি ময়ামগী য়াথং ফংজরবদি ঐ অমুক্তা....” হায়না হায়না মহাক মচাগী মতুং ইন্দুনা মপুংদা চংখ্রে।

মতম চানা চাক্কৌবগী থবক পাংথোকখ্রে। য়ায়া ফজনা শিল-লাংই, কদায়দস্সু করিগুম্বা অমত্তদা অশোয়-অঙাম থোক্তে। অহিং নোংয়াই য়ৌরক্লে; য়ুম্বী অমগী মরুমদা বিজয়া মতোমডা লেপ্পুনা দোলাই ঙাইরি। মহাকপু খঙহৌদনা থেংনবদা রাস-বিহারী পূমমক-ঙকখ্রে। “সিদা নথন্দা লেপ্লিবা করিগীনো নুপীমচা? চংলকউ, চংলকউ—ইমুংদা যগ্নো—লাও!”

বিজয়ানা মঙক হায়দুনা হায়রকই, “য়ারে খুডা ইবু'ঙো, ঐ লেপ্পসিনা নুংঙাইজে।”

“অদুবু মুংশিং অঙাংবা য়ৈনিনে নুপীমচা?”

“নত্তে, য়ৈবোই।”

রাসবিহারীনা মতমত্তুদা মনাক্তা লেপ্লগা, “য়ুমগী লক্ষ্মী অসিনচিংবা হায়দুনা আশীর্ব্বাদ চবুল অমা কৈথরকই। বিজয়া নুংগী মুত্তিগুম চঙরুনা মুংশিবগী অভিনয় পূংমক অদু থাংলি।

খঙঙ্কৌদনা রাসবিহারীনা রা অমা মপুক্লিংদা খংনিং-নিংশিংলক্লে। হায়রকই, "নঙোন্দা রা অমা তমগদবা পৃমকাউ কাউথোকলুরে নুপীমচা। মাইক্রোস্কোপকী মমলদু মঙোন্দা মঙোন্দা ঐনা পীগ্রবনি।"

নুমিৎ নিপালনি তরানি হৌখ্রে, নরেন্না মদু থনম্লগা চংখিবদগী মহাক অমুক লাকখিদ্রে। নুমিৎ থরনি অসি বিজয়া মতৌ করম্না লেনখিবগে, মদু মহাক্কনা খঙলিগনি। মাগী মনেদুগী যুমগী অবাগ্রদি মহাক খঙহৌরে, অদুবু মদু কদায়দা করম্না থুঙ্গংদনো হায়বদি হংস্নু হংহৌদ্রে। অশোয়বা অসিনা মহাকপু মিংকুপ থুদিংদা তাশোম্না থিনবগুমই, অদুবু করিগুম্না উপায় অমত্তা থিবা ফংদে। হৌজিক রাসবিহারীগী রাদা ঙক্লুনা হায়বকই, "করম্না মতমদা পীবিখিবগে?"

রাসবিহারীনা হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "কনানা খঙবন্না মদুগী মথংগী নুমিত্তা ওইরম্না য়াই। তাই, নহাক্না মদু লৈগনি হায়দুনা থমহৌরে। হায়দোকগ্রবদি হায়দোকগ্রে। হায়দোক-গ্রবনিনা হৌকপু ওইরবস্নু, অদুগা ওইনিংবা ওইজরসন্নু, শেলস্নু পীথোকগ্রে—মসিগুম্নসিদি ঐ পুক্সিসিদা থেংনদুনদা লাক্লিবনি নুপীমচা। মাগী দরকার য়াম্না লৈজমাল্লে—শেল মথৎ ফাবগা চংখিগনি–চংলগা অমবু ওইরবস্নু করিগুম্না থবা তৌননবা হোংনক্লগনি হায়বা উই। মাস্নু অতোপ্পা নত্তে নুপীমচা, মাস্নু মরুপ অমগী মচানি। অদুগা নহাক্লা পীবা, ঐনা পীবস্নু

পীবা অতুনা থুদক্তা অতুমক পীগ্রবনি' মশা মশাগী থর্ম্ম হায়বতুনি—লুপা তরা হেনগে হেনজখিসনু, লৌজখিসনু।"

বিজয়াগী মরৈ লায়না পকপণুম ফাজিনখিতুনা খংপা থোকক্লে—করিগুম্বা মওংদস্থ রা ডাংবা উমরোই অস্থুম্না মপুক্লিংদা খল্লক্লে। ডাইহাক ফনা কম্না হোংনরগা হায়রকই, "মফম কদায়দা মডোন্দা শেল পীবিখ্রিবনো ?"

রাসবিহারীনা কম্রদোতুননো খঙদে, রাহংতবু পুমওন ওম্ননা লৌতুনা উক্লা হায়রকই, "নক্লে, নক্লে, অনিরক লৌগ্রবরা হায়মৃ ? অতুবু কদায় মতুম্না তৌগনি হাযবা মশক উবদদি থাজবা উমদেনা। অমুক কনাদবু দোষ তৌরুগনি। অস্থুম তৌতুনা মীনা চৌক তৌবিমন্দুনা কোয় ডৌররুবনি। চা-নি অমা হেম্না চংগ্রেদনা। মতুগী শেল অতু ঐ শিংজল্লক্লগে—মতম 'পুম্বদা অসিগুম্বা দণ্ডি অসি তোইনা নল্লকপনা লেংজুম লেংলাই থুংলবনি নুপীমচা, নুংডাইতবা অমুক নৈক্লে। ওইজ-রসনু—মতু ঐনা—"

বিজয়ানা করিগুম্বা মওংদস্থ অমুক খাংবা উমদ্রেতুনা খোঞ্জেল য়াক্লা হাযরকই, "অরেম্বদা চিংনরিবা করিগীনো খুডা-ইবুংঙো ? অনিরক হম্না শেল লৌগদবা মীশক নক্লে মহাক—চরা হেন্দুনা শিবা তারবস্থ মতু তৌরোই, অতুবু কদায়দা উম্নখিবগে ? কৈদৌঙৈ শেল পীবিখিবগে ?"

থোইদোক্লা মপুক্লিং নৈত্তাবতুতা রাসবিহারীনা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "হিংলেদনা। শেলতু য়ামদবা

নত্তে—চা-নিনি ! চংকদবগী কয়া লাংতকুবা !" খঙহৌদনা উবমত্তদা—"কনানো লেপ্লিবা ? বিলাস মত্রা ? দোলাই কমদোৱবগে, খুম্মুনে ? ঈংশিল্লক্লে ! ঐ ইশানবু য়েংশিন্দবা থবক অহুদি ওইৱরোইদবনি !" হায়বগা য়াম্না শাউনা মহাক অসোম থংবা নাকলগী য়ুম্বী অমবু বিলাসনি হায়না খন্দুনা খঙহৌদনা থুনা য়াঙনা মাইকৈ অদোমদা চংখ্রে।

## অরাঙ্গরি

অসিগুম্না নোংমা লৈবমই, মতম অহুদদি বিলাসকী মখুত্তা মশাগী থম্মোয-হকচাং কংথোকপদা বিজযাগী মফমদা খজিক্তুম্ন লুনা থোক্লমদে। অহুবু হুসিদি শুপ্পগী বিলাসতা নত্তে, অম্মুক চাউরবা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা লুপা কোটি কয়াগী মবক্তা অখন্নবা লুপা অমখক মঙনা অতোপ্পা কনাগুম্বনা মঙোম্দা শোকখ্রে খল্লুবতদা ফাওবা মশা 'পূম্না হঙ্গোইবা ঈকাইবা অমম্ম' অচৌবা পাপ কীবনা থনুং ফাওনা শ্বায় পাখংনা মিক্লুকই। পোংশক অসিমকপু মহাক্লা রাসবিহারীগী চাক্কোবা লোইরহুনা দোলাইদা কাখংপদগী মাইকৈ কয়া হঙিন-হঙিন হুমদুনা য়েংনা য়েংনা মযুমদা কল্লকই।

মাগী মবমদা মপাবুংগী মপুক্লিংগী খিৱেপ করি লৈবগে হা'য়বহু খঙহৌননবগী থোইদোক্লা খুদোং ফংহৌদ্রে ; অহুবু মপাবুং শিত্রবা তুংদা মাগী তুংগী পুন্সিগী করিগুম্না মওংদম্ন মহুদগী

ঙাম্মোম্রনা থোক্লকপা য়াই হায়বা থাজবা রাখল্ল ফাওবা করিগুম্না নুমিৎঙ্গু মাগী মপুম্বিংদা মক্ক হুনখিদে।

অদুম ওইনমক অপাম্বা খঙদবা, সংসারিক রাখল চেন্দবা নুপা অদু অহাংবগী চিদাম অমদগী খঙহৌদনা ধুমকেতুগী মতৌগুম ফুং যাওগংলবখি, অদুগা মিংলা বুম্নদা মাগী শাল্লবা মিংম্নেংগী অকনবা শাক্লনা পুমজোয় তোয়না চায়থায়হনা লেম-থাক যাওবা থনমদনা, ময়েক শেংনা য়াংলবা লন্দীগী মরি ফাওবা মুত্থংলম্লগা মশাদি কদোমদনো লৈথোকক্লে— খুদম ফাওবা থমনক্লে—মসি অচুম্বরা, নত্রগা মঙক্লেঙ্কবরা. মসিমক বিজয়ানা মাগী অাম্বা 'পুম্বু য়াকায়হন্দুনা ঙসি থল্লম্লিবনি। করিগুম্বা মঙ ওইরম্বদি মদুগী মীহৌবদু কমদৌরগা নুমিৎ কয়ামিদা কোম্বখিগদগে, অদুগা কংগুম্না অচুম্বা ওইরবদি মতুমক পুন্সিদা কমদৌরগা ওইথোক্কদগে?

য়ুম য়োম্রকপদা ফমুংদা হিপ্লরে. অদুবু নিদ্রানা মাগী শারবা কোকী মনাক ফাওবা নক্লখিদ্রে। ঙসি মাগী মপুক্লিংদা হম্না হম্না চিংনবা পোক্লিবদু অসিনি মতুদি, নুমিৎ থরনিগী মমাংদগী মাগী থম্মোয়না অহিং-নুংথিল নাইদনা ওংলিবা রাখল অদুদা অচুম্বা পোংশক থরা য়াওরিবরা নত্রগা মদু শুম্নগী থিক-নেম্বনা থা লাম্বরা? থাংজমদ্রবা চনৈমবা অসিগী কিশি কনানা থোক্লগা মজোম্দা পীবিরগদগে?

মাগী মমা নৈত্রে, মপাম্বু মোঙ্গাক্লে; মচিল-মৌপরা কনা মহৌশাদগী নৈজরক্তে—মাগীনি হায়বা রাসবিহারী নত্তনা

নোঙ্গাম্রবা মপাদুংবু হন্না হন্না কৌহুনা কপ্পা-কপ্পা হায়রকই, "পাবুং, নঙদি মখোয়বু মুন্না খঙলবনি, অদুগা করিগীনো ঐবু অসুম্না মখোয়গী মথয়াগী ইনশিনবিরম্লিবা!"

মতম অমদা মহাক মশামক্তা খিলাসপু খোয়দারমই অমসুং মহাক্তা অমত্তা ওইনহনা মপাগী অপাম্বগী মায়োক্তা ফাওবা নরেনগী মাং-তাক্লবা শিনখিবনি, খুঙ্জিল থোরাং অদুমক্তা ঙসি মাগী পামজবা পুম্বনু মাইথীবা পীদুনা মাইপাক্লি, খল্লুবদা মহাক থম্মোয় কায়গদৌরে। মহাক্তা হন্না হন্না শোক্লে. মচা পুংশিবনা মিং তাংদুনা কারগীনো মপানা মাং-তাক্লবগী মরু ওসি ফুক্তোকপিরমদ্রে! করিগী মহাক মশাগী মরৌ-শিংদা ভার পুম্নমক নন্শিনবিরম্লগা চংখ্রিবা? অদুগা অসুম্না চংদ্রগা করিগীনো মাগী নীতমগী লম্বী মাইকৈ খুদিংদগী থিজিনবিরক্লিবা? হাথনগী লাইহুম হাংদোক্লুনা মহাক্তা অসুম্না খল্লকই, মাগী অশাউবা ওইনবগী ফল তাররোইদবা রাকং অসি ঙসি নোঙ্গাম্রবা মপা অদুগী মনাকোং য়ৌরমগদ্রা? ঙসি মহু ঙাকথোক্লবা উপায় মাগী মখুত্তা শিংথৈক অমা ফাওবা অমা অমুক লৈত্রবরা?

মথংগী নুমিৎতা পরেশকী মমান। ছৌদোকপদগী মিংকৈপ গোক্লকপদদি নুমিৎ ফনা য়াম্না যারক্লে, মপানগী কাদা মাগী বাণ্ডোল খংবশিংনা চোঙা তাঙ্লক্লে—ব্রাংলিনা হায়ববু মহাক্তমক নঙায়রে। মরাল অসি কোক্লনবা মহাক্তা ঙৈবমখৈ থুনা য়াংনা হোংনগদ্রা—ঙসি নুমিৎ চুপ্পা উংসবকী লাংগদবা খল্লুবতদা

মহাক য়াম্না তম্বনা অমা পোক্লক্লে। নিংথম থাগী অয়ুকী নুমিৎকী মণ্ডাল-মশেক্লা বাগানগী হৈনৌ পাম্বীগী মতোল শিন্না য়ৌরক্লে, অমস্তুং হৈনৌ-মনাগী মরক্তী অহো-অহোবদা ফাও-দোক্তুনা নাকন্দা লৈরিবা লক্ষাংদা যগ্ণেমহা নুপামশিংনা শান্ন-শান্না মপ চোইতুনা চৎলিবা উই। খুঙ্গংদা লাকপদগী দৃশ্য অসি য়েংবদা মহাক করিগুম্বা নুমিত্তম্ হৈনিংদবা পোকখিজি। নুমিৎ করানি দরকার ওইবা থবক কয়া থাদোক্তুনা ফাওবা য়াম্না বুইনা কুইনা মখোয়দা য়েংতুনা কমতুনা লৈখোক্লিবনি; অদুবু ঙসিদি মহাক্না খনবদা থোবক্লে, অমুক কুইবসি মতুদা মাধুর্য্য চেন্নমই। থোইদোকতুম মসি য়াম্না কুইরবা চঙ্কিক ওইরবা পোৎ অমগুম মল্লোন্দা নমথিবা মনম ফাওরক্লি। দৃশ্য অসিদগী মাগী চোবথরবা মমিৎ অনি তপ্না তপ্না লৈথো-রকপদা উরে, কাম্লিপদ অমুক অয়ুক্তা সিড়িগী থাক অহুম অহুম চোংথৎতুনা কাথৎলক্লি। মিৎচান্নবমক্তদা মহাক ময়াইদা চপ লেপপ্রে, য়াম্না কীবা অমগী ইঙ্গিত উৎতুনা মখুৎ থাং-গৎতুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, থুনা থুনা! বাবুমচা অঙকপা ফংনা শাউহৌরে। ঙসিবু অমুক থেংনা য়াহৌবা হৌনবরা হায়রৌই।"

অদুবু মৈরিক্লা কনুত্রক মপেদা হেক তাবদা অকীবা ফংবা শক্লোন অমা ওইরকপগুম মাগী পাউ অদুম্বু বিজয়াগী থম্মোয়-হকচাংদা শাথীবা থোদো অমা ওইগ্রে। মাগী মখোঙদগী লরাই কাওবা মিংকুপ্তা তমথীনা যুমমৈ চাকপগুম

চাকথংলক্লবোই নিংলকই ; অদুবু খুদক্তা মগাক কৈরি করিগুম্বা হা অমত্তা হায়দোকপা ঙমদে, শুপ্লগী মঙাল লৈবা নুংঙৌ ( rock-crystal ) দা হুমিং য়ুংবগী পুংশানা মৈবদা অচাকপা মঙাল থক্তোরকপগুম মাগী চাক্লবা মমিত্তগী খাংঙমদবা মৈচাক্লা কাপথোরক্লি। বাম্লিপদনা মিং অদুদা য়েংলদুনা কীবনা চময়না করিনো অমা অমুক হপ্লা হায়গদবগী তৌরকই. বিজয়ানা মশাবু ফাথজরগা হায়রকই, "নঙ মখাদা কুমথক্লে। কালিপদ।" হায়দুনা মখারোমদা মখুং থিন্দুনা তাক্লকই।

য়ুম অসিদা বাবুমচা হায়রগা বিলাসবিহারীবু অদুগা বাবু-অচৌবা হাযরগনা মাগী মপা বাসবিহারীবু খঙলৈ, বিজয়া মদু খঙই ; অদুব মপা-মচা অনি অসিনা সিদা অম্বুকী মতিক চাউক্লে, মদুদি, মখোয়না শাউবগী চাংনা ঙসি মীনাই-মীশলগী মফমদা য়ুমগী মবেম্মদগী ফাওবা হেনগংনা থোকক্লে, পাউ তসি বিজয়ানা অহানবা ওইনা ফংলি। ঙসি মহাক্লা ময়েক লানা উরে, মরক অসিদা বিলাসনা মফম অসিগী অশেংবা মপু ওইক্লে অমস্থং মহাক্তি মাগী অয়োবপী, মাগী মপান্দা হিংজবী ওইবগুম্লি। থৌওং অসিনদি মাগী থম্মোয়গী মৈচাক্লা ঈশিং খিক্লে, মদু হায়বা লুই।

পুংখায় অমবোম লৈরগা মহাক্লা মখোঙ-মখুং হামদোরগা মফি হোংদুনা শেম-শারগা মখাদা কুমথরকপা মতমদুদা চা থক্লরমই। তৌল্লিবা অর্মাম্বনা হৌগংলগা ঈকাই-খুম্নবা উংলকই অমস্থং মাগী মমাই-মমিং পোমথংপা উবদা শেংফাওবা

খোঙ্গেল কয়াগী নুংঙাইতবা রাহংনা নিল্লকই; অদুবু খংদ্রেক খবা বিলাসবিহারীগী অয়াকপা খোনফমদা পুন্নমক লুপদ্রে। মহাক্না মাগী কপ টেবিল মথক্তা থম্লগা হায়রকই, "হৌজিক ফাওবা তুম্বা হৌরবস্থ য়াই। নহাকী শাজং অসিদা ঐ অম্নুন অম্নুম তুককচরকদৌরি, রাকম অসি খঙহন্দনা খাংবা ঐ অমুক ঙম্লক্রে।"

শাউনিংবা ফোংদোক্লমবা মাগী অথিকার লৈ—মসি রা অমদি ওইবা য়াই, অদুবু অস্তুক য়াম্না মপালগী মীয়ামগী মমাংদা মপুরোইবা ওইগদৌরিবগী মথোদা মথরায় য়াউবা হেক্তিনবা অসিগী লৈবাক মচা তাদবা মওংনা ময়াম্নু ঙকহল্লে অমম্নুং নুংঙাইহল্লে, অদুবু বিজয়ানা মঙোম্দা হন্না ফাওবা য়েংদে। করিস্থ তৌখিদবা মওংদা মহাক্না ময়াম পুন্নমক্তা নমস্কার তৌরম্লগা অহল ওইরবা দয়াল্বাবুনা ফম্লিবা মাইকৈ অদোমদা চংশিনদ্রে। অহল অদু য়াম্না নুংঙাইজদ্রে। বিজয়ানা মাগী মনাক্তা চংশিল্লগা খোঙ্গেল তপ্না হায়রকই, "চা ফানবদা করিগুম্বা অকায়বদি খোক্তেদনা? ঐ লানদ্রে—ঙসি অয়ুক ঙম্না হৌগংপা ঙমহৌদ্রে।"

অহল ওইরবা দয়ালনা মুংশি-খোম্থাংমা নুপীমচা হায়রনা কৌদুনা হায়রকই, "নত্তে, নুপীমচা, ঐখোয় কনাগীস্থু খুদোং-চাদবা করিমত্তা লৈতে, বিলাসবাবু অমদি রাসবিহারীবাবুনা কদায়দস্থ করিমত্তা অশোয়-অঙাম থোকহন্দে। অদুবু নহাকপুদি অতুক হাক্না হরাওনা উদে নুপীমচা, হকচাং ঙমদ-খোক্তবদি করিস্থ থোইদোকপা তৌদেদনা?"

মহাক অয়াম্বা মতমদা কলিকাতাদা লৈৱেঁ হায়রদুনা বিজয়ানা মহাকপু হায়দগী শকথঙদবনি। ঙসি কাহুদা চংবগা উবমক্তদা অহল অসিগী তপ্পা ঈংখ্র মুর্তিনা থোইদোক্লা ঈশাগী মীমি হায়হুনা মহাক্তী খম্মোয়গী মৈচাক তখ্যায় অমা ঊশিং ওনপ্রমাল্লে, অমস্তুং খঙহৌদনা মপুক্লিংদা খল্লকই, কমদৌ-হুনবো থোঞ্জেল অসিদা মাগী মপাবুংগী থোঞ্জেলগী মমি তাই। দলাল সোক্না অমদা ফল্লমই, নাকন্দা অহাংবা শরুক খরা লৈ। মহাক্তা মফমতুদা থিন্দুনা থংনবা মিংকুপ্তা হায়রকই, "লেপ্তুনা লৈরিবদি করিগীনো মুপীমচা, ফম্মু সিদা; হকচাং ঙমদ-লাক্তবদি তৌদেদনা?"

বিজয়া মনাক্তদি ফল্লে, অদুবু পাউখুম পীবদি ঙমদ্রে, মমাই লৈথোক্তুনা অতোপ্পা মাইকৈ অমদা য়েংদুনা লৈ। পী থিংনবা হোৎনবা মাগী মফমদা থোইদোক্লা লুনা থোক্লে। অহল অদুনা অমুক হন্না রাহং অদুমক হংলকই। মাগী পাউখুমদা হন্দক্তি বিজয়ানা মঙক হাইদুনা অস্থুম্নতদি হায়রকই, "তৌদে।"

পীরাংনা শুক্ষংলবা অশম্বা পাউখুম অসি অহল অদুনা উদবা তৌদে, মনাক্তা ঙাইহাক্তং তুম্মিন্না লৈদুনা থৌদোক্তু ভাবনা খঙননবা হোংনরগা মপুক্লিংদা নোকফেৎ তৌরকই। য়ুম অসিগী মপুগী মফম খরা মাংজোননা দখল তৌদুনা ফম্লিবা মহাক অদুনা করিগুম্বা মাগী চান্নবী য়ুমুরেন্সীদা রাঞ্জপ তৌবা রাহৈ শীজিন্নবদা রাখল থেনবশিংগী মফমদা মদুনা

ফনস্থ মুংঙাইজদনা থোকচসনু যৌবনগী ইতিহাস লোইশিনগ্রে হায়দুনা, জ্ঞান নৈবা অকল কনাগুম্বনা মপূক্লিংদা অস্মুয়া মোকফেং তৌগ্রবস্থ মঙোন্দা দোষ তৌক্লবা য়াদে।

মতমদুনা অহল অদুনা মনাক্তা ফম্লিবা নৌজরিবীনা ওইনজরিবা অদু ফরক্লবা মতম পীবা ওইনা মশামক্তা তপ্না তপ্না য়া ঙাংলকই। অদুক চহি নৌনা সত্য-ধর্ম্মদা মখোয়গী পুক্লিং চংবা অমস্থুং প্রেম লৈবগী মরমদা মশিং নাইদনা থাগৎলগা মমৈথংদা হায়রকই, "ভগবানগী আশীর্ব্বাদতগী নখোয়গী অথোইবা উদেশ্য নোংমা মোংমগী চাউখৎপা ওইসনু ; অদুবু নুপীমচা, নহাক্তা নখোয়গী খুঙ্গংদা লিংখৎলিবা মন্দির অদু মওং চানা থম্লবা হোংনবদা নখোয় কম্না নোম্বা তাই, ওইজবা য়াম্না থাদোকপা তাই। ঐ ইশামকস্থ খুঙ্গংদা লৈ ; ঐ মুন্না উরে, ধর্ম্ম অসি হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী খুনুংগী চংনবীনা হিংহন্দনবা হোংনবগুম তৌই। অদুমা মসিবু করিগুম্বা লেংদনা হিংহন্দুনা থম্বা ঙম্লবদি নুপীমচা, লৈবাক অসিদা তশেং-নমক থোকঙমদ্রবা অক্লবা কিশি অমা থোক্লবনি। মখোয়গী থৌরাং অসিদা ঐনা করি হায়না আশীর্ব্বাদ তৌগদগে, মসি ঐ খনবদা থোক্তে।"

বিজয়ানা অস্নুম্না হায়রসিরা খল্লকই, মন্দির লিংখৎপদা ঐগী করিগুম্বা হৈনিংবা অমফাওবা লৈত্রে, মসিগী কাম্নবা মরিক অমত্তা ঐ উবা ফংদে। অদুবু রাকম অসি খুপচাম্ননা থমদুনা খোঙেল পিক্লা অস্নুম্নতা হংলকই, "থোকঙমদ্রবা কিশি থোকপগী কা পনবিরিবসি করিগীনো ?"

দয়ালনা হায়বকই, "মতু অচুম্বনিনে নুপীমচা। এনা থম্মোয় শেংনা থাজ বাঙলাগী খুন্নুংগী মী কোটি কয়াবু কয়া যথুবা চংনবোন্দগী মতিক পীবা এথোয়্নাওসিতনা ঙমগনি, অদুবু মসিস্তু শুরুই মথম চাদবা অদুদদি দরকার লৈতে, মথমতুদা মশা হিংলোই। অদুবু চেংনবংবা অমদি চেক-শেনবনা কবিংঙা মওং অমদা হিংহংবা যাই, মতু অচৌবা আশা অমগী মথা পোংল্লোইদ্রা? এখায়গী বাঙলাগী ইমুংগী দোষ-গুণগী রা নহাক নশামকস্তু থোইনা খঙদবা নত্তে নুপীমচা! পৃথ্বমক্ত থম্মোয়দা নিংথিং। অমুত্তং কুপথনা খন্দুনা যেংউদো।"

নিংযম্না অমুক হংলুবা তৌদনা তুম্মিন্না খল্লকই। মৈরবাকী য়াইথ-বাথল মঙোন্দা মতিক চানা লৈ, আচাযাগী অবোইবা রা অংদা মদুমক য়াকাইবক্লে। মন্দির লিংখৎপগী মথিদা অচৌব, নিংচৎ অমগী মরুমদা লেবনা বিলাসনা মাগী থম্মোয়গী থোক্তদোক্লা চাপ্লনা মথমতুনা হন্না হন্না চৈনাখোল পীবিবনি। মচাক অদু ঙন-থোইনা খাঙই, অদুম ওইনমক চৈনাখোল হন্না পনবা উপায় লৈতে হায়দুনা মাগী থম্মোয়দা থোক্লদোব পৃথ্বগী ময়েখোঙ্গা যেংথিবগা মিৎ তাংবগুমদ্রবনি। অদুবু দয়ালনা মগী জীৱবা মুক্তি অমসুং মেংলবা খোঞ্জেলগী নিচিনা বিলাসনা হোৎনরিবা থোকদোকপা মাইকে অদুদা মিংয়েং থন্নবা মঙোন্দা খতুক্লরে, মতম অদুদা বিজয়া তংশং তংশংনমক মশাগী মবাল উজবা যবংঙ্গে। মাগী মপুক্লিংদা

নুংশা মরক্তা চপ্থোক্লনু। খরা ঙম্না চাক-ঈশিং চারগা ঙাইহাক্তং তুম্বা য়ারবদি তুম্নবা হোংনৌ। সিজন চেঞ্জগী মতম অসি অফবা মতম নত্তে— নাদ-য়েক্তনবা চেকশিনগদবনি!" অসি হায়রগা মাইথোংদা নুংনাংবগী মমি তারকই, মহাক্না চংখিবা শাঙং অদুগীদমক অমুক্তা ঙাকপিয়ু হায়জবা ফাওবা পাম্বা মাল্লি। অদুবু পোংশক অসি মহাক্কী স্বভাবতা শুপম্নাও য়াওদে, অদুনা অমুক করিমক্তা হায়রমদনা খোঙথাং য়াংনা থাংদুনা ভদ্রলোকশিংগী মতুং ইন্দুনা মপান্দা থোকখ্রে।

লাপ্না উরিবা অদুক্কীমথৈ বিজয়ানা মাবু য়েংদুনা লৈহৌই। অদুগী মতুংদা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা তপ্না তপ্না মাগী মথক্কী কাদা কাখংখি, ফনা কুইনা মফম খঙদবা চৈনাখোলনা তিঙ্খংগী মতৌগুম মাগী থম্মোয়দা চক্ চক্ অতং-অথম নাইদনা থিল্লক্লি হায়না ঙসি খঙহৌদনা নিংলক্লে, মদু থিবদদি ফংদে।

সন্ধ্যা মতুংদা ব্রাহ্ম-মন্দির লিংখংপগী থৌরম রীতি চুম্না পাংথোকখ্রে। মন্নুংগী থোইদোকপা মফম অমদা নিংথিজরবা চেয়ার অনি খমত্রাংননা থাদুনা থম্লি। মদুগী অমদা থোই-দোক্লা নিল-খোংবগা লোয়ননা বিজয়াবু ফম্মল্লে, মতম অদুদা নাকন্দা লৈরিবা অতোপ্পা চেয়ার অদু কনানা ফম্লগদৌরিবনো হায়বা কনানসু খঙবদা কুইনা চংদে। মিংকুপকীদমক বিজয়া থম্মোয় তনিক্লকই হায়বা য়াই, অদুগা ঙাইহাক্তং লৈরগা বিলাস চংলক্লগা মাগীদমক থারিবা চেয়ার অদুদা ফম্লরে, মতমদুদা মাগী ঈথক নেমথখিবগীসু থোইনা মতম চংদ্রে।

## তরামণ্ডা

মনানা হৈমাং শাবগুম. মসুং হাপ্পা পোংকী মতোংগুম ব্রাহ্ম-মন্দির অসিগীস্তু ভুংদা নিল-খোংলঙ্গা লেপখিবগা মীগী মিংয়েং থোশানরক্তহুনা অতোপ্পদা হন্দোংবু খিগদ্রা, চিংনবা অসিনা বিলাসবিহারীনা উৎসব অদু লোইশিনবা করিগুম্বা মওংদস্তু পামদে, অদুবু বার্স্তোণ ফংহুন লাক্লিবা মথোয় অদুগী ময়ুম ইংখোল নৈ, থবক-ইংথাং নৈ. অতোপ্পগী খম্নচতা নুংঙাইনা ভংওথোক্তুনা লৈবনদি য়ারোই, মরম অদুনা মথোয় নোংমদি চংখিবা তাবনি। নুমিৎ অদুদা অহল ওইরবা রাসবিহারীনা অতেনবা বক্তৃতা অমা পীবা লোইশিল্লকপদা হায়রকই, "মাগী মপাল নাইদবা থোজাংলনা ঐখোয়বু পুন্সি-লাংপগী শুক্ল-মঙ্গবা মরক্তগী মঙালদা পুথোকপিরক্লিবা অনি শুগ্রবা অমত্তা ওইরবা নিরাকার পরব্রহ্ম মহাক অদুগী খুয়া-থম্বাকদা মন্দির অসিবু কচ্চরিবা মথোয় অদু য়াইফবা ওইসনু। ঐনা থম্মোয় শেংনা প্রার্থনা তৌজরি, ইকুই-কুইদনা থোং-নৌজরিবা পুন্সি অমি পুন্সি-লৈপুন ওইগদৌরি—শেংলবা পুংফম অদুবু উহন্নবগীদমক ভগবান্না ঐখোয়বু হিংহনবা ওইসনু।" অসি হায়রগা মথোক কারক্লিবা মথোয় অনিদা য়েংলনা হায়রকই, "নুপীমচা বিজয়া, বিলাস, নখোয় অনি ময়ামদা খুৎম্মু; ময়ামস্তু ঐগী ইচাশিংসিদা আশীর্বাদ তৌবিরম্মু।"

বিজয়া অমসুং বিলাসনা খম্‌ত্রাংননা মকোক লৈবাক শোক্লা

অহল ওইরবা ব্রহ্মশিংগী মফমদা খুরুমই, মখোয়নসু শেংফাংবা খোঞ্জেলনা আশীর্ব্বাদ তৌরকই। অদুগী তু দা সভা লোইশিনখ্রে।

সন্ধ্যা মতুংদা বিজয়া মযুমদা থুংলরে, মতম অদুদা মাগী থম্মোয়-নুংদা করিগুম্বা অশাউবা নত্রগা লাংতকুবা অমগা পক্তে। ধর্ম্মগী নুংঙাইবা অমসুং পুক্নিং থৌগৎপনা থম্মোয় থনগৎলক্লে, অদুনা মশা মতোমতদা তঙনা হায়জরকই, মপালগী নুংঙাইবতনা অশেংবা নুংঙাইবা —থোইদোকুদুম ধর্ম্মগী-দমক, অতোপ্পগীদমক মপালগী ওইবা নুংঙাইব, অদু থাদোকপনা খ্বাইদগী অথোইবনি।

বিলাসকা মহাক্কা মতবরিগুম্বা অমত্তা যাওবা চানুদ্রবসু ধর্ম্মগী মরমদদি মখোয় করিগুম্বা ওমিতুসু থেংবা শেলরেই, রাফম অসি মহাক্না নম-হাদুনা মশাদা থংতক্লে। ফমুদা তিপ্পগসু মহাক্না হন্না হন্না মসিমক হায়জরকই—মাসনা ফরবনি, মহাক্কী মতৌগুম্বা থম্মোয চেংপা, সধর্ম্ম দা লপ্পা মথো থঙবা নুপা অমগা পুন্সি খোংনুনই ওহমিন্নদোরিবনি। ভগবান্না মশাগী থবক বয়া মহাকপু পা থোকহনবিদোবিবনি হায়দুনা অম্মুন্না মাগী থম্মোয়গী থিবেপ হেং হনথ্রিবনি।

মথংগী নুমিত্তা বিলাসনা ময়াম পুন্নমক্কা মখুৎ অনি লোন্নদুনা হায়জরকই মদুদি, ময়ামা করিগুম্বা থা খুদিংগী অমুক্ত দা ওইববসু লাকপিদুনা মন্দিরগী চৈকাই-খুম্নবা ঙাকপিরবদি মখোয পুন্সি অসিমগী লমন তোল্লগনি। হায়জবা অসি অয়াম্বনা য়ানরবা তুংদা মযুম মযুমদা হন্নখ্রে।

রাসবিহারীনা লাক্লগা হায়রকই, "নুপীমচা বিজয়া, নহাক্কী মন্দির তুং কোইহনগে হায়রবদি দয়ালবাবু সিদা লৈহন্নবা হেংলে।"

বিজয়ানা উক্লা অমসুং হৱাওনা হায়রকই, "মতুং ওইনা খোকপা য়াগদ্রনে খুডা-ইবুংঙো ?"

রাসবিহারীনা হায়রকই, "ওইথোক্লবোইদবা লৈবদি কেদৌনা হায়রুগনগে নুপীমচা ? মাবু অঙাং ওইরিঙৈদগী খঙলক্লবনি—মঙোং অমগী ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী মকপি। ফিজম যাম্রবসু দয়াল মচাবা মীনি নহাক্কী জমিদারীদা কনিলে থবক অমা ফংবগা মাবু হেক্লা থম্মা য়াগনি। মান্নবগী য়ুমদুসু কাগী অরাংপা লৈতে, মনিং তোনা কা অহুম-মরি লৈদুনা মহাক ইমুং হুপ্লা লেজনা য়াগনি।"

অহল ওইরবা ভদ্রলোক অদুদা নিংডযানা তংশেনা শ্রদ্ধা পোকহল্লবনি। মগী লাইরবা চুম্মাংতবদা শ্রদ্ধা অদুদা মীয়ুংশি য়াউরদনি। মহাক্লা খুদক্তা রাসবিহারীনা হায়রিবগী হৱাও হৱাও য়ারহুনা হায়রকই, 'মহাকপু সিদসুম থম্মিরে। ঐ তংশেনা য়াম্না হবাওজগনি খুডা-ইবুংঙো।"

মতুমক ওইরে। দয়াল লাঙুনা চংজক্‌ম লৌররে।

নুমিৎ হৌখ্রি। পোইনু লেংতখিদুনা রাকচাংগী থায়াই চনশিল্লক্লে। জমিদারী অমসুং মন্দিরগী থবক অশোয় অঙাম য়াউদনা চংথরি—কদায়দসু নরিগুম্বা য়েংনবা নত্রগা শান্তি কায়বা লৈ হায়বা বনাগী রাখলদসু পোক্তে।

নরেনগী করিগুম্না মরা-মপাউ অমত্তা তাখিদ্রে। তাকমন্নু থোক্কে। গুপ্নগী নুমিৎ থরনিগীদমক মহাক মথুঙ্গংদা লাকুম্বনি, নুমিৎ থরনিদং লৈরম্লগা মহাক চংগ্রে। অদুদি ওইরগা নুংঙাই-তবা অমা বিজয়াগী থম্মোয়দা হেক হেক ফাওরবই, মাই-ক্রোস্কোপ অদু মহাক্না হেক উবমত্তদা। মদু করিম্নু নত্তে— গুপ্নগী করিগুম্না মাগী থোইদোক্না অরাবা মতমদুদা থরা হেঞ্জিন্নবু ওইরবম্নু পোৎ অদুগী মমল পীখিবা য়াবনি থম্লুবদনি। অদুগা রা অমগা নিংশিংলরবদি মহাক চেন্নবা ওদুক নুংঙাই-জরক্কে। নুমিৎ নিনিদংগী পবিচয়দা বমদোক্লনো থঙদে, নুপা অদুবু অদুক হাক্না নুংশিবা পোকখিবা, মদু লাইবক্কী অরোনবা থৌশিল্লা থঙদে। যংলক্রবদি তৌশিন্নবা মীহোৎবা মীনম্বা অমদা তীনখিগদবনি— অদুবু পূন্সি চুপ্পা ঈকাইবা মাই থম্ফম মচেৎ অমত্তা কৈরম্লোইদবনি। অদুনা নুমিৎ নিনিগী নুংশিবা মীশক অদুবু নিংশিংলকপদা খুদক্তা থম্মোয়-হকচাং য়াউনা হোৎনদুনা মহাক্না লাপ্পা ইস্নোবহিগদবনি। অস্নুম অস্নুম রাকচীং থাস্নু লোইশিনখ্রে।

ফাইরেন হৌগৎলকপমত্তদা থোইদোক্না থংশা-শারত্তুনা মাইকৈ মরিমত্তা নংকরবপা উরে। দয়াল নারব্লিবা নুমিৎ নিনি গুরে। ওসি অমুক্তা হংবা চৎনবগীদমক বিজয়া মফি হোৎনদুনা শেম-শাখা লোইরদুনা মথাদা কুমথরক্কে। হন্নুবা চৌকিদার কহ্নাইসিং চৈ লৌবা মাগী কাদা চৎখি, অদুগা চৈরক অসিদা মপামগী কাদা ফমদুনা বিজয়া চা কপ অমা থক্লি।

"নমস্কার !"

বিজয়না ওকচাগনা মমাই লৈথোক্লুনা য়েংলকই, নরেন ইমুংদা চংলক্লি।

মহাক্না পাযরিবা কপ পায়রনা অহুন লৈ, ওঙ্কংগী মতৌঙুম খা-লাং ওইংদনা মুম্না য়েংহনা নংখা। নমস্কার ওকপসু তৌদে, যম্মুসু হায়দে।

চেয়ার অমগী মতুংদা নরেন্না মাগী লিচৈ য়ানশিন্দুনা থম্নে, অদুগা চেয়ার অমা টি শিল্লগা ফমথক্লে ; হায়বকই, "থবক অসি এদি হৌজিক ফাওবা লোইশিঞ্জি— চা কপ অমত্তগা পুথোরকউ হায়বিখোদনা !"

"ফজি।" হায়রগা বিজয়না মগুম পাযবিবা কপতু থাল্লগা থোকখ্রে, অদুবু কালিপদনা ফাংবল্লগা পুন্দা অহুম হল্লকপা ওইদ্রে, মথক্তা কাথংনবা সিংডিগী বাকেট পাযহনা তুম্মিন্না লেপ্পুনা লেরবে। মাগী থম্মোয় খুদা থবনবা লোইনা-খুংশিংতা হোবকপা সন্দুগী ঈশ্বরা মতৌঙুম মখুম-মরাং হোনখ্রে। কবন্না মবমদগী মীওইবগী থম্মোয় অসুনা থকভাইনরম্লিবনো, মসি মতাক থঙ্গদে ; অহুম ওইনামক থবন অসিদি তশেংনা থঙলে, ঈথক অসি নেমহ্রিবমখ কনাপসু চম্না রাম্না শাংবা যানরোই। মিনিট মঙা-তরুক মফমদুদা তুম্মিন্না লেপ্পুনা লববদা উরে, কালিপদ চা থুংহনা চংলি, মতমদুদা মহাকসু মাগী মতু উন্দুনা ফাওগী মনুংদা চংলক্লে।

কালিপদ চংখ্রবদা নরেন্না বিজয়গী মকোংথাদা য়েংহনা

হায়রকই, "ইবেম্মনা থম্মোয়দা য়াম্না ৱারৌবিরি। কদায়দনো চংকদবগী তৌবিরম্লি, ঐ লাক্লুনা অপনবা পীরে, অহুবু মিনিট মঙা-তরুক্তগী হেন্না ইবেম্মবু ফাজিন্দুনা থমজরোই।"

বিজয়না হায়রকই, "ফরে, চা হান্না থকপিখো।" হায়তুনা শংদোইদনা মনিংগী থোংনাওলোমদা য়েংথোকলুবমক্তদা ঙক্লুনা হংলকই, "থোংঙনাও অসি কনানা হাংদোক্লম্লিবনো?"

নবেনা হায়রকই, "কনানসু নত্তে, ঐননি।"

"কমদৌনা হাংবিবগে?"

"মযাম্না হা নবা অহুগুম্না— চিংথোক্লুনা। কবিগুম্না অরা'না য়াউদ্রবা।"

বিজয়না মঙক হাইদুনা হায়রকই, "অদুগী নত্তে।" অহুগা মিংথাপা শবা মহাক্কী শাংলবা ইচপ-চম্না খুংশাশিংদু মুম্না য়েংলগা হায়রকই, "অদোমগী খুংশাশিংজুবু য়োংকিবা? থোংঙনাও অসি থিংজিল্লবদি মনিংলোমদগী শাফু কন্না ইল্লক্লনদি চিংথোঙনা হাংদোকপা ঙম্না অহুগুম্না মী উদ্রে।"

ৱা অাবদা নবেনা হৌনা হো হো নোক্লকপনা কাংউ ইনিং-নিনদ্রে। মসি মীগী নেংক অহুমক্লি। নিংশিংলকপদা বিজয়া মশা 'প্পা ত চুংলক্লে। নোকপা লোইরগা নবেম্না ইচম-চম্না হায়রকই, "অচুম্বনি, ঐগী খুংশাশিংসি য়াম্না কল্লি। ঐনা কন্না চেক্সেং শাযশিল্লবদি মী অমগীবু ওইববসু অমগীবু ওইরবসু মথুং তেক্তনিংঙাই লৈতে।"

বিজয়না নোক্লিনা খাংগুনা চৌংলেম্না হায়রকই, "কোক্লুনা হেন্না কল্লমগনি। দক থেংজিল্লবদি—"

লুপা অসিগী মীনোক অয়ুকী মঙালগুম নিংথিজে, অমুকী মতিক কল্লক্লিংঙাই মশক ওই মহুদি, করিগুম্বা মওংদস্মু মহুগী কল্লকপহ্ খুদুম চনশিনবা ঙম্লোই।

নরেন্না পকেটতগী লুপা চা-নিগী নোট লৌথোক্লুনা টেবিল মথক্তা থম্লগা হায়রকই, "পোৎচুগীনমক্তা লাক্লিবনি। ঐবু জুরারীনি হুরানবনি, অতৈ কয়াস্মু হায়হনা চ-থাংহন্নবা লুপা খরা অসিগী-দমক ঐগা নাক্তা থাবিরকাখি। হৈবেম্মগী শেল লৌশিন্নবিরো—এগা পোং পাবিরো।"

বিজয়া নিংকুপ্পুক মমাই ঙাংলক্লে; অদুবু খুদক্তা মশাবু ফাথজরগা হায়রকই, "অতৈ অমুক করিকরি হায়হনা থারকপগে. হায়বিয়ুদনা।"

নরেন্না হায়রকই, "অদুক য়ামদি ঐ নিংশিংদ্রে। পোংচু পুথোরকউ হায়বিরম্রো, ঐ পুং মাপাল-মথায়গী গাড়ীদা কলকাতাদা হনশিগদোরিবনি। লুংঙাইবা রানি ঐ কলকাতামক্তদা। অফবা থবক অমা ফংলে--অদুক লাপ্পা চঙবা য়ারে।"

বিজয়াগী মাইথোং মকা লাম্লক্লে. হায়রকই, "অদোমগী লাইবক ফবনি।"

নরেন্না হায়রকই, "হোয়. পহুদু ঐগী মতম অমুক লৈশিল্লক্রে. পুং মাপাল ঙারে—।"

মিংকুপ্তা বিজয়াগী মাইথোং মকশিনখ্রে। অদুগা নরেন্না মহু য়েংলুবা ভৌদে, হায়রকই, "ঐ কৌজিকমক চৎথ্রগদবনি—পোংচু পুথোরকউ হায়বিরম্রো।"

বিজয়না মাগী মাইথোংদা য়েংলদুনা থায়রকই, "অদোমগী অদুম্না হায়নখিবা লৈত্রা, চানবিদুনা শেল পুরক্লে হায়দুনস্মু খুদক্কা হেক্কা পিথোক্লগদ্রা ?"

নবেন্না ঊকাইরদুনা হায়রকই, "নৈ, অদুম্না হায়নখিবদি লৈতে অচুম্বনি ; অদুবু ইবেম্মগীদি মতুগী শিজিন্ননিংঙাই থবক লৈত্তে।"

"ঙসি শিজিন্ননিংঙাই লৈতে হায়দুনা করিগুম্বা নুমিংতম্মু দরকার ওইবোই, মসি অদোমদা কনানা হায়বগে ?"

নবেন্না মতুক হ ইবদুনা খোংগুল লম্না হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসিনি, পোং অদু ইবেম্মগী শিজিন্ননিংঙাই করিস্মু লৈতে। অদুগা ঐগীদি—"

বিজয়ানা খুন্নকই, "অদুগ্ন যোল্লমদায মতমদদি মতু ঐগী য়াম্না দরকার ওইগনি হায়বিরমই ! ঐগু োক তৌরম্লে হায়রন, মী থাক্রুই হায়বগী অদোম্না মুক শাউনিননি ! মতম অহানা রা অমা অদুগা হৌজিক্কা রা অমা !'

নরেন ঊকাইবনা তশেংনা মমাংই মকশিনখে। ঙাইহাক ভুশিন লেবগা হায়রকই, "যেংবিয়ু, মতমদুদা থল্লমই, অসিগুম্ব পোংতি ইবেম্মদা কান্নরবগনি, অস্তম্না ভুন্দোক্লুনা থম্বিরেই। ফংব, ইমেম্মদি পোং বদ্ধান লোংনা শেল পুথোকপিবিবনি, মসিস্মু মদুম্না খনবিয়ু কেদৌবগে ! ঐ শেল অসিগী শেন্দোয় কাপচগে।"

বিজয়ানা হায়রকই, "শেন্দোয় কয়া পীবিগদগে ?"

নরেন্না হায়রকই, "মহুগী মতিক চাবা শেন্দোয়, ঐ মহু হাপচগনি।"

বিজয়ানা মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "ঐ য়ানিংদে। কলকাতাদা হংহুনা য়েংলুরে, মহ্ য়াম্না লায়না লুপা চা-মরিদি শিংকনি।"

নরেন্না হৌপংলগা হায়রকই, "করে, মহুন্না তৌবিরো— ঐগী দরকার লৈত্রে। লুপা চা-নিবা লুপা চা-মরি পাম্লি, মহুদা ঐ করিস্থু হায়নিংঙাই লৈতে।

বিজয়ানা মকু লুকথহুনা নোক্লিংবা য়াম্না রানা খাংলগা মমাই নোনথংলকই, মতম অহুদা লুপা অসিতদা নঙনা অতোপ্পা কনাগী মফমদস্থু মাগী মপুক্লিংগী ফিভমহু লোংপা ঙমলোই নিংই। অহুবু মাইকৈ অদোমদা নরেনগী মিংয়েং চংলুদে? মহাক্না য়ক লাউনা হায়রকই, "ইবেম্মদি শাইলোক অমনি, মহু খঙলয়বদি ঐ লাকচরম্লোইদবনি।"

বিজয়ানা অকবা মীগী মতোঙ্গম হায়রকই, "শেন্দোলগীদমক্তা অদোমগী লৈজবা পুম্নমক পুল্লপ মংহুনা লৌশিনবা মতম অহুদদি থনবিন্দ্রা?"

নরেন্না হায়রকই, "খন্দে। করিগীনো হায়বদু মহুদা ইবেম্মগী খুং চংদে। মহুগী থবক অহুদি ইবেম্মগী পাবুংগা ঐখোয়গী পাবুংগা মখোয় অনিনা তৌনরম্বনি। ঐখোয় কনাস্থু মহুগীদমক মরাল লৈতে। করে, ঐ চংচরগে।"

বিজয়ানা হায়রকই, "চাদনা চংপিরগদ্রা?"

নরেন্না কষ্‌থা-কক্‌ন্নমা হায়রকই, "নত্তে, চানখগীদমক লাকপা নত্তে।"

বিজয়ানা ইতপ-তপ্না হংলকই, "করে, অদোমদি ডাক্তরনি—মিচ্চল য়েংবা ঙম্বিগদ্রা?"

হন্দক্তি মাগী চিনবান মতায়দা তাৰিবা নোকপগী মমি ফাপ্রে। নরেন্না শাউবনা চাক্লক্লুনা হায়রকই. "ঐবু ইবেম্মগী ববেন্নবা মীশক্লা? শেল ইবেম্মগী মপৈ মপৈ লৈরম্বা য়াই, অদুবু মহুম্না তৌবা ঙমগদবদি কনাগীস্নু মতিক লৈতে হায়বা খঙজিনবিগদবনি—ইবেম্মা খবা চেকশিন্না ৱা ঙাংবিগদবনি।" হায়রগা মহাক চৈহু পায়খৎলক্লে।

বিজয়ানা হায়রকই, "নত্রবদি পাঙ্গল কল্লি অদুগা খুঙা চৈ পায়রি অসিরা?"

নরেন্না চৈ লংথোকখ্রগা নিংবা কায়বগী মওংদা চেখাবদা ফমথরগা হাযরকই, "ইস! ইবেম্মদি চিন্দা থে কপা অমা হেঙ্গা হায়বিবা। ইবেম্মগা ঙাংনবা ঙম্নপোৎ নত্তে!"

"অদুবু কাউবিরোইদবনি!" হায়রগা মহাক অমুক মশাবু ফাথজবা ঙম্ৰক্লুহুনা নোক্লিংবা থাংনা থাংনা থুনা যাংনা থোকখ্রে।

মতোমদা কা মন্নুংদা নরেন্না তৌফম খঙদবগী মতৌঙুম ফনা কুইনা ফমহনা লৈরবা তুংদা মাগী চৈহু পায়খৎতুনা হোৌগংলকপমক্তদা বিজয়া কা মন্নুংদা চংলক্লে, হায়রকই, "অদোমগীদমক ঐ থেংনোকখ্রে, অদুনা অদোমস্নু চংপিবা য়াররোই। মিচ্চল য়েংবা হৈবিরমগনি—ঐগা লোযননা চংনুসি।"

নরেন্না চৎপগী ব্রাহ্ থাজদে। অহুম ওইনমক হংলকই, "কদায়দা চংকদৌরিবনো মিঙল ঙ্গেংবা ?"

মাগী মাইথোংদা মিংস্নেং থমহুনা হন্দক্তি বিজয়ানা চীং-লেন্না হায়রকই, "লমসিদা অফবা ডাক্তর লৈতে। ঐখোয়গী আচার্য্য ওইনা নৌন, লাক্লিবা মহাক অহুবু ঐনা থোইদোক্না শ্রদ্ধা লৈ — ঙসি নুমিৎ নিনি শুবে মহাক কন্না নারক্লিবা, চংংসি, অমুক্তা য়েংলুসি।"

"ফনি চংলসি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "ঙাইহাঙ্গা ঙাইবিথো। পবেশ হায়বা নুপামচাহু থঙবিরমগনি—নহাক্দগী মাস্তু নারক্লি। মাগী মমাদা পুরকউ হায়খ্রবনি।" হায়বিঙৈমক্তদা পরেশকী মমানা মচা-নুপাবু ফেবয়না পমহুনা থোঙজিল মযাদা লেপ্লরে। নরেন্না অঙাং অহুদা মিংযেং অমুক্তং থগ্নগা হায়য়রকই, "নহাকী নচানুপা হু পুজখিবা যাবে; হিংাক ঐনা থাবক্লগনি।"

মমা হাইকেং নুংনা না মচানুপাবু পুহুনা চংগ্রে। মতমহুদা নরেন্না বিজয়াগী চঙক্লববা মাইথোংদা যেংলহুনা হায়য়রকই, "মাইবৈ সোমদা য়ান্না লাই থোক্লবক্লে, অহুগা নুপামচা অসিগী মমাইদম্ভু লাইথোকপগী খুদম মযেক শেনা উরে— খরা চেকশিন্ন থম্বিনবা হায়বিযু।"

বিজয়া মমাই মকশিনগ্রে— "লাইথোবপা! লাইথোক্ক-দৌরিবা করিগীনো ?"

নরেন্না হায়রকই, "করিগীনো, মতু রা য়ামগ্রে অতুবু থোক্লে। ঙসিদি ফজনা খঙবা ঙমদবা য়াই, অতুবু হয়েং মঙোন্দা হন্না য়েংলুবতদা খঙবা ঙম্বিগনি। ঐনা খনবদা ইবেম্ম-খোম্নগী আচার্য্য বাবুতুস্মু অমুক য়েংলুবগী কান্নবা লৈরোই খল্লি—মাগী লায়নাতুস্মু থোইদোক্লা হয়েংকদি নিথিনা খঙবা ঙম্নগনি নিংই।"

কীবনা বিজয়া মশা 'পুন্না নিক্লক্লে। পঙথরবা খরাম য়াউত্রবগুম মহাক্লা চেয়ারদা লেকথনা ফমথরগা শেংফাংতবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ঐস্মু শোয়দনা লাই থোক্লগনি নরেনবাবু। ঙরাং অহিং হকচাং য়াম্না নুংঙাইতে, ঐস্মু হকচাং চিকই-নাই।"

নরেন নোক্লকই, হায়রকই, "চিকপা শাথীবা নংতে, শাথী-রিবদি ইবেম্মগী অকীবনি। ফরেনে, হকচাং খ'রা ঙমদববু কৈদোই হায়বগে? স্বাইদা লাইথোক্লরক্লে হায়তুনা খুঙ্গং শিন্না লাই থোক্কনি, মতুদি অর্থ য়াউদবনি।"

বিজয়াগী মমিৎ অনিদা ঈরা চেল্লক্লে, হায়রকই, "থোক্লবদি ঐবু কনানা য়েংবি-থিবিগদগে, ঐগী বনা লৈরিবগে।"

নরেন্না অমুক নোক্লুনা হায়রকই, "য়েংবিনবা মী য়াম্না লৈগনি, মতুগীদমক খনবিক্লগনু— অতুবু করিস্মু তৌরোই ইবেম্মদি!"

বিজয়ানা নিংবা কায়বগী মওংদা মঙক হাইতুনা হায়রকই, "করিস্মু তৌত্রবদি ফৈ, অতুবু ঙরাং অহিং ঐ তশেংনা ঙমদে। অদু ওইরবস্মু অয়ুক্লা নমতুনা হোৌগৎলগা দয়ালবাবু য়েংবা

হুম্লমই, অহুগা লাপ্পুক্লা চৌকিদা রাসবিহারী. বিলাসবিহারী মপা-মচা নুংশুক-নুংজাননা ফমহুনা লৈরমই। মবানি কনাগী থম্মোয়দসু ডাক্তর লাকপদা হৱাও-নুংঙাইবা পোকপা উদে. মহু হায়দ্রবসু য়ারে।

বিলাসবিহারীনা মাগী শকফম ইহোং-হোংদনা চম্না হংলকই, "অদোম্না নহাল লাই থোকনি হায়হুনা কাইনবিরম্লমাল্লেনে ?"

রা অহু অসুক শাগীনা মীনম্বনি মহুদি, খুদক্তু করিঙম্না পাউথুম অমত্তা পীবা ঙমদ্রে।

অহুবু রাহং তাবদা বিজয়ানা ঙাংলবা মমিং পাংথোক্লুনা য়েংলকই। অহানবদদি মহাক লাকশিনবা ঙমদ্রমাল্লে; অহুগী তুংদা মখুং অনি তিংথোক্লুনা হায়রকই, "চংশিনবিরকউ।"

মনাক্লা ফিদা অমত্তা লৈতবনা নরেন মাগী ফমুং মচি অমদা চংশিন্দুনা ফমথেরে। মিংনা কুপ্পদা বিজয়ানা মাগী মখুং অমা চেক্লেং পায়শিন্দুনা হায়রকই; "ঙরাং লাকপিরম্লবদি ঙসি ঐ অসুক কম্না নারংগ্রোইদবনি— ঐ নুমিং চুপ্পা লম্বীরোমদা য়েংহুনা লৈজৈ।"

নরেন ডাক্তর—মহাক্লা খঙবদা কুইনা থোক্লে মহুদি অকনবা লায়চংনা ময়াই কল্লবা য়ুগী নেশাগী মতৌগুম ওংঙকপা রা কয়া মাঁওইবগী থম্মোয়দগী চিংথোক্লুনা পুথোরকই; অহুবু কল্লিজৈ মতমদদি মহু চিন্দা পনবা ঙমদবা, থম্মোয়দা খনবা ঙমদবা য়াই; অহুবু থোইনা লাপ্পুনা ফল্লিবা মরাইবক থীরবা মপা মচাগী মকোক্লী শম ফাওবা শাউদনা চপ চপ য়ুংলক্লে। নরেন্না

কালিপদ থুনা য়াংনা চৎথ্রবদা মহাক মচারোমদা ওনশিল্লক্লে, মহাক্না তপ্না নিংবা বায়বা খোঙ্গোক্না হায়রবই, "অনাবগী কানি— মতুম্মা হেন্না ওইগনু বিলাস। Temper lose ওইবা কনাগুম্বা ভদ্রলোকী মফমদা লেমজনিংঙাই ওইদে।

মচানুপানা খিংনা হায়রকই, "মীওইবনা মসিদা Temper lose ওইদ্রবদি করি ওইগদগে তাসি? মপু মশাক খঙদবা মীনাই, অসিগুম্বা লৈবাকমচা তাদবা মীশক ইমুংদা চংহল্লক্লুনা ভদ্র-মনিলাগী ঈকাই-খুম্নবা বমদোম্না ঙাক্কনি হায়বা ফাওবা খঙদে।"

খঙহৌদনা খুদি কল্লা থিজিনবদা নেশা চেনখিবা অতুগুম বিজয়াগীস্থ অনা-মৈচাক পুম্নাং-মা খ্রে। মচাক তুম্মিন্না নরেনগী মখুৎ থাদোক্লগা ফল্লা লোমদা মমাই ওনশিন্দুনা হিপখ্রে।

কালিপদনা য়াম্না থুনা চেয়াব অমা পুরক্লুনা থনল্লগা চংখিবগা নরেন ফমুংদগী হোগংলুনা থোরক্লগা মতুদা ফম্লরে। রাসবিহারীনা বিজয়াগী ভাব য়েংবদা লানবা লৈতে। মহাক্না হরাও-মোমোন তৌনা মচানুপাদা পান্দুনা হায়রবই, "ঐ পুয়মক খঙই বিলাস। রাফমসিদা নহাক শাউনম থোক্লবদি নংতে, মতুম্স ঐ য়াই, অতুবু মসিম্স খন্নবা চুম্বনি. মী খুদিংমক করিগুম্বা রীতি-নীতি, থৌগল্লোন-ব্যবহার শুনা খঙনরবদবু রাকনিঙাই বরি লেগনি। মতুগীদমক শাউকবা তৌদনা ওল্লঈংনা মীওইবগী অরান-অশুই চুমথোকপিগদবনি।"

অয়ান-অচুই অসি কনাগীনো, মতু খঙবদা কনাম্বু কুইনা চংল্লে। বিলাসনা হায়রকই, "নংতে বাবা, impertinace খাংবা খঙদে। মতুদা নংতনা ঐগী যুমসিগী মীনাইশিংসি মীরোল হুক্রবা অতুক লমকেং-লন্নাই। হয়েংমক ঐনা অপঙ-ঙাওশিংসি লোইনবা তাস্তোক্লবতদা খঙগদবনি।"

রাসবিহারীনা অমুক নোকফেং তৌনা মুংশিনা চৈবগী মওংদা হন্দক্তি মাগী ম্না যক্লাংদা তাইল্লিবা ওইবনাল্লে হায়রবই, "মপুন্নিং মুংঙাইরমদবা থোক্লবদি করি হায়রক্কদগে, মতুগী অরেপ্পা হায়বা ঙমদে। অতুগা ইচাতদা দোষ পীরগদ্রা, ঐদি অহল ওইববা মীনি, ঐ যাওবা মশা ঙমদে তাবতদা পুন্নিংসে কয়াদা লাংতক্লল্রবা! যুমসিদা মী অমম্বু লই থোন্নিদো—অদুগী মথক্তা মানগা কীহল্লয়ে।"

অম্বুক কুইবসি নরেন ম্না মচং অমত্তা ঙাংদে; হন্দক্তি মহাক্লা ওক্তুনা খুম্লকই, "নংতে, করিগুম্বা মওংদা কীহল্লম্বা লৈতে।"

বিলাসনা মখোঙ থিন্দুনা ঙংচুনা হায়রবই, "তশেংনমক কীহল্লমবনি। সাক্ষী কালিপদ লৈ।"

নরেন্না হায়রকই, "কলিপদনা লাম্না তারমগনি।"

মতুগী পাউখুমদা বিলাসনা অমুক করিনো থৌদো অমা তৌগদবগী তৌরকপদা মাগী মপানা খামজিন্দুনা হায়রকই, "এঃ এঃ, কবি তৌগদৌরিবনো বিলাস! মহাক্লা কীহল্লমদে হায়দুনা চেল্লবা অসিদা কালিপদবু থাডবা য়ারিবরা? শোয়দনমক মাগী ম্নাসি চুম্লমগনি।"

অদুম ওইনমক বিলাসনা করিনো। হায়গদবগী হোংনরকপদা অহল অদুমা খানা য়েংদুনা খান্নগা হায়রকই, "খজিক্তং ঙমদবা অসিদা অদুক অজ্ঞান মাংবা হোনদে বিলাস, তপথৌ! মঙ্গলগী মশক ওইরবা জগদীশ্বরনা এথোইবু চাংয়েংনবগী দমক্ত। অরাবা মংহল্লিবনি, খুদোংথীবদা তারগা রাকম অসি নখোয়না করিগী ক্ষাউথোক্লিবনো— ঐদি খনবদা থোক্তে।"

ঙাইহাক্তং লৈরগা অমুক হায়রকই, "অদুগা শোয়দুনা নাবগী রা হায়রসা লৈরবস্তু মদুমা কৈদৌই হায়বগে? পাশ কয়া তৌরবা ফর-ফরবা মতিক চাবা ডাক্তরশিং ফাওবা অশোয়বা য়াউনরিবনি, মাদি অঙাংনি।" হায়রগা নরেনলোমদা মমাই ওনশিন্দুনা হায়রকই, "ওইজসনু— নাবা অদু ওইরবদি থোইনা অকনবা নংতে হায়না ইবুংঙোমা হায়খিবা নত্রা? চিংন-নিংঙাই করিগুম্বা মরম অমত্রা লৈতে, মসি ইবুংঙোগী মতনিদনা?"

নরেন্না য়োরংপদগী ঈকাইবা কয়া তুম্বিন্নঃ খাংলক্লিবনি, অদুবু হন্দক্তি মবৌ থাংবা পাউখুম অমত্তা পীদনা লৈথোকপা ঙমদ্রে। হায়রকই, "ঐগী মতামতনা করিবু কানগদগে হায়বিয়ু? ঐবুদি থাজবিদ্রবনি। মদুগী মচুংতা ঐঙোন্দগী যাম্না হেন্না পাংশ তৌবা মতিক চাবা ডাক্তরবু য়েংহনবিরগা মাগী মতামত লৌবিয়ু।"

রা অসি থম্মোয় যুবা ফনা ওইদুমক্সু পাউখুম অসি পীবা মাগী অধিকার লৈ, অদুবু বিলাস খংচোং-চোংদুনা হোগংলক্তে। মমাই ওনশিন্দুনা ঙংলকই— "নহাক কনাগা রা ঙাংনরিবনো,

মতু থঙনা ৱা ঙাংঙু হায়রিবসিনি। কা অসিদা নংলমদতুনা অতোপ্পা মফম অমদা ওইরগা থোরবদি নহাক্কী ববেহবা ৱাঙাং—"

নুপা অসিনা মরম চাবা চাদবা অহানবদগী খংনবা হোৎনা অচৌবা ৱাথোক ওইহন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরকপা উবদা নরেন ঙকপনা নুংবংনখ্রে; অতুবু করিগীনো করিগীদমক্তনো— কদায়দা, মাগী বাবহ'রনা লানথিবা য়াউহ্রবগে, মহাৱ। থনবদাকরিমত্তা লাম্বা ফংদে। অশেংবা মরমদি অসিমি মতুদি, কদরায়দা নুপাসিগী থম্মোয় চাক্লিবনে। হায়বা নরেন্না হৌজিক যাওবা থচ্চবা ঙমদ্রে। হিজয়ানা লমসিদা হেক লাকপদগী খুঙ্গংগী মীৱা ঙাংবদা হৈনরবা কাংবুনা বিলাসকা মহাক্কগী তুংদা ওইরক্কদবা মরমদা খন্ননৈনতুনা মতম লেপ্পবকপা মতম অতুদ খুল্লাম্না লৈবা নহা ওইবিবা বৈজ্ঞানিকী অনি লোংত্রবা মপুক্লিং তৌ-কা গী মরমদা থিজিন-হুমজিনবদা লুপশিন্দুনা লৈ; খুঙ্গাশিংনা ঙাংন-শক্লবিবহ মহাক্কী মনাকো' য়ৌশিদে। মতুগী মতুংদা ব্রাহ্ম-মন্দির লিংখৎপা নুমিৎতা ৱা লোইনদুনা শন্দোকখিবা বযম অতু য়ৌদবা মযম কদায়দসু অমুক লৈখিদ্রে, মতম অতুদদি মহাক কলিবতাদা চংদ্রে। ঙসি মপা মচাগী ৱাংঙাদা মবক মরক্তা মফম থঙদনা ময়েক শেংদবা মৈচাক অমা মঙোন্দা ফাওরক্তবা নংতে, অতুবু ৱ খলগী মতেংনা মহৃনু ময়েক শেংনা উননবা মতম নত্রগা বান্নবা কবিমঙা মাগী লৈতে। মতম হসিমক্তদা বিজয়া মাইকৈ সেংমদা মমাই লৈথোরক্লে। নবেনগী মাইথোংদা মৈশা কংলবা নৈহংপিরবা মমিং থমদুনা ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই,

"ঐনা ফিংলিবমথৈ নহাক্কী নফমদা লমন তোল্লগদবনি। অদুবু মখোয়না অতোপ্পা ডাক্তর লায়েংহনবদা লেপ্পপ্রবনিনা হৌজিক অমুক অরেম্বদা ঈকাইবা নংবিক্লবগী কান্নদে। অদুবু হনবিখিবদা লঙ্গীদা দয়ালবাবুবু অমুক্তদি য়েংবিবমউ, হায়জরিবা অসিদদি য়াবিয়ু।" হায়বগা পাউথুম ওাইবা তৌদনা অমুক হন্না মমাই লৈথোক্কুনা ফিপখ্রে।

রাসবিহারীনা য়ায়া মাংজোনমা অচুম্বা থৌদোক অদু খঙ্গ্রবনি; মহাক্না খুদক্তা হায়রকই, "অচুম্বনি, নহাক্না কৌহল্লুবা মীবু ঈকাইবা পীগদবা কনাগী মতিক লৈগনি!"

অদুগী মতুংদা মচানুপাবু থেমজিনবা রাইহৈ কয়াগী মমুংদা রাকম অসি ফোংদোক্লবা হোংনরকই মদুদি, নাবগী মুংওাইতবা রাখল খল্লুবদা লাংতক্লবনা বিলাসকী অফ-ফত্তা রাখল মাংপ্রবনি, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা অমত্তা ওাইরবা অনিশুদ্রবা নিরাকাব পরব্রহ্মগী মরমদা আধ্যাত্মিক অমম্বং খঙ্গঙমদ্রবা তঙ্গী মচং ওইবা কথা পল্লকই।

নরেন রা অমত্তা ওাংদে। মপা-মচাগী মফমদগী ব্রহ্মগী রা অমম্বং ঈকাইবা নংবগী পোংলুম নম্বো পোদুনা নরেন হৌগংলক্লে, অদুগা চৈগা ব্যাগ মচা অদুগা পায়দুনা তুম্মিন্না অদুম মপান্দা থোকখ্রে। রাসবিহারীনা মতুংলোমদগী কৌদুনা হায়রকই, "নরেনবাবু, ইবুংঙোগা অরুবা রা অমা ওাংনগদবা লৈ।" হায়দুনা থুনা হৌগংলগা মচানুপাবু অয়েংপা লৈহন্দনা মতোমদা বিজয়াগী কাদা থনমদুনা হাথু হাথু নরেনগী মতুং ইন্দুনা মখাদা কুমথখ্রে।

নরেন্না মাইথোং লুক্লপ্না তুম্মিন্না লৈ। রাসবিহারীনা থম্মোয়দা হৌরক্লিবা ধর্ম্মগী ঊথক নেমথহল্লবা তুংদা হায়রকই, “অহুবু মহুগী তুংদা তুম্মিন্না অমুক লৈথোকপা ঙম্লমদে। থল্লমই, মহু করি ৱানো। মহাক্না য়াম্না নুংঙাইতনা মশামক্কী য়াম্না দরকার ওইবা পোৎ য়োম্থোক্লম্লে। মহুগী মমল পীবস্থু থিম্বা য়াদ্রে। ইপূক্লিংদা হায়জরকই, ঐখোয়গী নুপীমচা বিজয়ানা পীনিংবা মতমদা পীজরকসনু, ইশামক চৎতুনা পীথোকলুরগে। মরাইবক থীরবা মহাক অহু শেল অসি ফংবগা মীরৈবাক্কা চৎকদৌরিবনি, অহুনা নোংমা ফাওবা থিম্বা চুমদে। অহুগী মথক্তা মহাক ঐখোয়গী জগদীশকী মচানি।

নরেন্না মতম অহুগী অয়াকপা রা নিংশিংলুবদা নুংঙাইতবা মৈচাক্কা লোয়ননা হংলকই, “মহাক্না মমল পীনিংখিদবরা ?”

অহল অহুনা চীংলেম্না হায়রকই, “রাফম অহু ঐদি অস্থুম্না থম্দে নরেন! অহুবু মহুদা করি থঙই—কান্নদে তোক্লসি।” হায়রগা মহাক তুম্মিন লৈখ্রে।

লুপা চা-মরি শিংকনি হায়না য়েংনকই হায়বগী রাফম অহু নরেন্না খংনিং নিংশিংলক্লে, অহুবু নুংঙাইতবা রাখল অমনা হীরম অসিদা অমুক করিগুম্বা রা অমত্তা মহাক্না হায়দ্রে।

রাসবিহারীনা হুন্দক্তি থবক্কী রা পল্লক্লে। মহাক মীশক থঙগল্লি। নরেনগা ঙসি রারী-রাতাই শানবা অমদি মাগী ব্যবহারদা মহাক্না য়াম্না চিংনরক্লে মহুদি, হৌজিক ফাওবা মহাক অশেংবা রাফমহু থঙদ্রি, অহুগা অসিগুম্বা খনবা অমত্তদা থন্দুনা

লৈগনবা তুবরিংবা মীওইশিংদি খুদোংচীনা মমিংতা চক্ক থিন্দ্রিংমথৈদি পাক খঙগদ্দে। হায়রকই, "বিলাসকী শাজংতা ছসি ঐ কয়া মুংঙাইতে, ঈকাই। মাইক্রোস্কোপ অতুগী রামক খন্নসি। বিজয়না অমুক্তং কপ্লিগুম্বা মাগী মত লৌবগা লৈরম্বা ওইরবদি য়া অমম্বা থোক্লোইদবনি' নহাকস্থু খল্লুদো. মসিনু মাগী মথৌদাং নংতবরা ?

বিজয়াগী থৌদাংচু খঙবা ভমদ্রুহনা নরেন খওনিংবা মিংয়েংনা য়েংহনা লৈ। রাসবিহারীনা হায়রকই, "মহাক মশা ঙমদবগী পাপ্ত ংাবদা বিলাসকয়দা লাংকুবগে হায়বসি ঐ খঙদবা নংতে। মতু মশানা তাবনি— অথ-যাে ংম্বা দায়িত্বপূৰ্ণ্য। মহাক মতোমতদা নল্লিবনি। ল যেংবা অতুগা লংয়েংনবা মীশক লেপ্পদি মাগী মথৌনি! মানা যাদনদি বরিস্তু তৌবা যাবোই। বিজয়া মশামক ক্লাইনথংদা মতু খঙজরে, ভতুগু মুমিং নিনিগী মমাংদা খঙনম্বা থোক্লবদি অসিগুম্বা যজদবা বাথোক ওইরোইদবনি। থোইদোক্রা অঙাং মন্ত্রে— হনবদি চৎনি।"

পনিগী চুংগদৌরিবনো হায়বা মতম অতু ফাওবা খঙবা ভমদ্রুহনা নরেন্না ভবল অদুনা হায়রিবহুদা য়া যানবা ভমক্লে, অহুনু মাগী থান্মায়দা চিংনবনা ওংহাংবা তৌরক্লে। অতুম ওইনমক খঙনা ভপ্লে হায়বগী য়া অমও মচিন্দা ফোংদোরক্কে। মহাক শুপ্পগী চিংনবা মিংয়েংনা ভবল অতুগী মাইথোংদা তুম্মিন্না য়েংহুনা লৈ।

রাসবিহারীনা হায়রকই, "নহাক অতুম ওইংমক্লে নুপামচা, বিলাসকী মপুক্লিংগী যিভম খঙলনদি নপুক্লিংদা অমবপা বরিস্থু

থম্বা ভুয়াই থল্লি। ঐনা হায়জগদবা অমা লৈ, মখোয় লুহোংগদবসি শজিবু থাদনি, কলকাতাদবু লৈরবস্থু শোয়দনা লাক্কদবনি, হান্না রামাং য়ানহৌরিবসিনি।"

নরেন রা ভাংথোকপা ঢমদে, মতক নোমহুনা থঢহল্লকই, "ফনি।"

রাসবিহারীনা মতমহুদা মথুক্লিং মবা লায়্যা রা বয়া ভাংলকই, লুহোংবা অসি মঙ্গলগী মশক ওইরবা হৈবুংডো মাগী থৌশিলনি অমস্থুং বব-কন্যানা পোকপদগী লেপ্পরবনি, অদুগা মসিগী মরমদা বিজয়াগী নোঙ্গাগ্রবা মপাগা মঙাক্পা বরি করি হায়নখিবগে হায়বনচিংবা অদিনা হাবী চিন চিনা থঙহৌদনা হায়রকই, "য়াম্মা ফরে, কলকাতাদা অদুম লৈরগনবা নত্রা? থরা খুদোংচাবা-থোংপগী আশা—"

নরেন্না হায়রকই, "অহোয়। বিলাতকী হিদাক য়োনবা দুকান অমগী ইচম-চম্বা থবক অমা ফংজরে।"

রাসবিহারীনা হবাওনা হায়রকই, "ফরে ফরে। হিদাক য়োনবগী দুকান ওইনবাদ শেল ধরদি ফংগদবানি। থাংহনা লৈবা ভক্লবনি তুংদা ফিভম তানা ওননি।"

নরেনা ইঙ্গিত অদু থঢজবা ভুমদে। হায়রকই, "অহোয়—"

তাবদা রাসবিহারী লাংতক্লবা অমুক ফাওবা ভক্লক্লে। হায়ফেং অরে-অরা তৌরগা হংলকই, "অদু ওইরবদি থাগী মওং কমদোনা পীবগে।"

নরেন্না হায়রকই, "তুংদা রা লেপ্পা পীনবা য়াই। হৌজিক্তি লুপা চা-মরিথক্তা পী।"

নোঙ্লুকচবা মীশক অহুবু লায়েংবিনবা হায়রৈ হায়রুদুনা মহাক্না মশক থাওবা বৈদৌঙৈদসু উখিত্রিবা মহাক অহুবু লায়েং-লুনবগীদমক নুংশা মরক অসিদা লৌবুক ময়াইদা চংলি। অদুম্না হায়জনবগী অধিকার মরিক ওমত্তা লৈতে, চুমসু চুমদবনি মহু থল্লুবদা মাগী মশা 'পুস্না ওমচাক্লক্লে, অদুগা মহু ডাকপা চংপসু মশাগী ইচম মাংনিংচাই মশক্কি হায়নসু মহাক্না হন্না হন্না মতোমদা হায়হল্লবং, অদুম ওইনমক মমাই ওস্তোক্লুনা চংপসু ঙম্মদে। খাংহুথা অমমম থাংদুনা দিঘডাগী মাইবৈদা চংশিন্নক্রি; অমসুং মতম থোইনা বইদনা থোইদোক্লা মযাই বল্লবা হায়হল্লবদু ঙাক্লুনবা মশগী মহুংগী থোঙভিলদা থুংলরে।

## তবাতরেং

চাক্তং ওইদা লৈবা মশগী মমিংগা লোয়নবা মংঙি বিলাতি ডাক্তরি উপাধি ইত্তুনা ইমুদা থাজিনরে। মহু পাংবদ দয়াল থোইদোক্লা কীর্তি বাইরকখরে। অদুবু চাউবা ডাক্তর অমম ম থাডনা থোকনা মহাকপু যেবা লাবদিরি, অদুগা মসি মহাক মশাগী যজদবা চাউথোকচবা ওমদি মরালৈম থহুরে অমসু মহাক অহুবু তাক্লোল্লগা মশামক যুমসিদা লৈরি; ঈকাইব অসিনা করম তৌনা যাই উংবদগে থনবদা থোক্রু। ডাইহাক লৈরগা কুচু ঙৌবা, মবেপ রাংবা মশা পাবা পাখং অমা মাগী

ঙাদা চংলক্লবা মতম অতুদা অঙকপা মিংযেংনা চঙক্লনা য়েংহুনা লৈ। মপুক্লিংদা থল্লকই, লায়ওং ওইনিংবা ওইজসন্ন অমস্তুং ফনস্তু কনবা ওইসনু, অমুক কৌনিংঙাই লৈাত্র—হন্দক্নী খোঙচং অসিদগীদি মহাক হিংলে। মক ওইমা য়ায়া চঙ্গা লায়মানি, চিংনিংঙাই মন্নম কন্নিমত্তা লৈতে, পুক্লিং থৌগংপা ফংহুনা মহাক হৌগংত্তুনা ফম্লে, ডাক্তর সাহেবপু ট্রেন তোংহনখিননবা ষ্টেশন ফাওবা থিন্দোকলুসিন্না হায়না ফাওবা থল্লক্লে। নিজযা মশামক যমশেন্ননা নাতুনস্তু মহাকপু ফংউবা লৈতে; মহাক্লা হাযজতুনা থাবক্লিবনি তাবদা তোবিমলগী নুংঙাইবনা দয়ালগী মমিত্তা মপী ঈরা চেল্লক্লে। উনা উনা নহা ওইবিবা ডাক্তর অমস্তুং অহল ওইব্নবা আচায্য দ্রো দ্রো তোন্নক্লে। নম্নেনগী থম্মোয়ন্নুংদা ঙসি নুংঙাইতবা কযা পৈশিন্দুনা লৈরি। অহুর অহল অমিগী পেনবা, থম্মোয় শেংবা অমস্তুং লোগুপ-লৌকোক লৈত্তবনা শোকপদা মাগী নুংঙাইত্তবহু তথাই মযেং তাম্রে। ব্রারী শানবদগী মহাক্লা থঙলে, অহল অসি ধম্মগীমবিদ, লাইরিক থেংনা য়ায়দি হৈতে, অহুবু ধম্ম হাযবা পোংশক অসিনু অহল অসিনা মথব্রায যাঙনা নুংশিজ্জে অমস্তুং তাং য়াউদনা নুংশিনা অহুনা ধর্ম্মগী অচুম্বা মাইকৈবামদা মাগী মিংয়েং ব্রাংনা তক তকহল্লি। ববিণ্ডম্বা ধর্ম্ম অমণ্ডগী মায়যোক্তুস্তু মহাক্লা ব্রাকংপা লৈতে অমস্তুং অচুম্বা চংপ মী ওইরববদি ধম্ম পুমমক্লা মঙোন্দা অচুম্বা পোংত্তু পীব্রবা যাই, মসি মাগী পৌনম য়াউদবা থাজবনি। অস্নন্না কাংলুপ থায়দবা ব্রাফম অসি বিলাসবিহারীগী মনাকো

য়োৱবদি মাগী আচার্য্যগী খুভম অসি মাংখিগদ্রা য়াম্না চিংননিংঙাই ওই, অদুবু অহল অসিগী তপ্পা, চপ্পা অমসুং য়েংখিবা মরিক অমত্তা পক্রবা রা তাবদা মরেন চঙক্লম্রে। রাসবিহারী অমসুং বিলাস-বিহারীগী মতিক-মগুণ কয়াম্মু নহাক্না শিংথারকই। মহাক্না কনাগুম্বা অমগী রা হেক পল্লকপদা মহাক অদুগুম্বা সাধু ওইবা মীশক তাইবংপান্দা অনি শুদে হায়। অহল অসিগী মীশক খঙবা অঙকপা মওং অসি উবদা নরেন্না মপুক্লিংদা নোক্লকই। কাইন-থংদা বিলাকপু থাগৎশদা মহাক্না লাক্লিবা শজিবু থাদ লুহোংবগী রা পন্দুনা থোইদোক্লা থম্মোয় পেনবগা লোয়ননা খঙহল্লকই মহুদি, থৌদোক অদুদা মহাকমক্না আচার্য্যগী দাযিত্ব লৌগ-দৌরিবনি, মসিমক বিজয়াগী অপাম্বনি ; অদুগা লুহোংবা অসিমক্না ব্রাহ্ম-সমাজগী লুহোংবগী অচুম্বা আদর্শ ওইবা মতিক চাগনি, অসিগুম্বা মওংদা পামজবা মত ফোংদোকপদস্থ মহাক নীংহৎলবা লৈতে।

অদুবু মহাক অদু মরাইবক ফবা অমসুং শুংঙাইবনা হেনমনখিহুনা মশাবু অস্থুক্কী মতিক চাউথোকহল্লমদ্রব দ থোই-দোক্লা য়াম্না লায়না উবমগদবনি, মাগী অপোনবগী অলোচনা তৌবসিদা তারিবা মহাক অদুগী মকশিল্লবা মাইথোংদা অ,ক হেন্না হামুক তৈশিনবা ওইনা থোক্লে হায়বা।

চাখি-থকখিনবগীদমক মহাক্না নবেন্দা য়াম্না কন্না তকশিল-লবদস্থু য়াহনবা ঙমদ্রে। পুং অম-মথায়রোমগী মতুংদা নরেন থোইদোক্লা নোল্লুকপা মওংদা মহাকপু নমস্কার তৌরম্লগা মপান্দা

থোরক্লে, মতম অসিদা কদায়দা মৈশা লাংলিবনো, করিগীনো থম্মোয় 'পুম্বা ককঙাওনরিবা, সংসার অপূম্বা অম্মুম্না মনম চেন্দবা মহাও য়াউদবা ওইখ্রিবা, মহুগী মরম খঙবদা লায়না থোক্লে। তুরেল লাম্থোকপগা ওইরোমদা য়াম্না লাপ্না জমিদারগী বিল্ডিং মতোল উরুবদা অমুক হন্না মমিং ঙাংশং ঙাংলক্লে। মহাক মমাই লৈথোক্লুনা লক্ষ্মাংগী লম্বী মতুং ইন্না মেসন তম্না থুনা য়াংনা চংলি। ঙসি অম্মুম্না অম্মুক কনবা চৈনা ফংলমদ্রবনি মহাক্না অম্মুক থুনা মশাগী মপুক্লিং খঙজবা ঙম্লোই। অম্মুক পুইবসি মহাক্না খঙজরক্লি, পুন্সি অসিদা মাগী থম্মোয়না বিজ্ঞান অসিমথক্রুবু নুংশিজৈ হায়না। মফম অহু করিগুম্বা মতমদসু করিগুম্বা পোংশক অমগুনা ফংলোই, মহাক্না অম্মুম্না চিংনবা লেতনা থাজরমই হায়হুনা। জগৎতা পাম্নিংঙাই ওইবা পোংশক পূম্নমক মাগী মফমদা তশেংনা অরেম্বা করিসু লৈতবা ওইনা থোক্লমই। অহুবু ঙসিগী চৈথেংনা ফারে, মাগী থম্মোয় মশামক খঙদ-উদনা অতোপ্পা পোংশক অমতু অম্মুম্না মপা লৈতনা নুংশিরুরে, মতমসিদা মৈচাক অমদি নুংঙাইতবহুদা ঙংপদা নম্রে. মশাগী মফমদা মশা য়াম্না তোম্নজখ্রে। ঙসি করিগুম্বা বাফম অমগুগীসু মশাগী অতাবী অর্থ খঙজবদা অপনবা লেংখ্রে। বিজয়াগী লোনচং-শাজং পুম্বদা, ব রী-রাতাই পূম্নমক্তা ফুমহুনা লৈরিবা নোক্লনিংঙাই ওইবহু পুথোক্লুনা নোকমিন্নরম্বা য়াই কনানা খঙগনি, খল্লুবদা মহাক ঈকাইবনা মশা 'পুম্বা হয়া হন্না মহু চুংলক্লে। নোংমা মাগী লৈজবা পূম্নমক লৌশিন্দুনা লম্বীদা থাম্থোকপদসু নীংহন্নবা

মরিক অমত্তু পকথিদবা মহাক অতুমক্কী মক্ষমদা লৈত্ত-লাইর' উংতুনা মাগীনি হায়বা মতুতা ভাইজন্নবা পোংশক অতু ফাওবা য়োম্পোকপা চংপগী ফন্নবা রাখল পোকখ্রিবতু মাগী করম্না পাপত্তগীনো ? মশাবু লিশিংলক হন্না নিন্দা তৌদুনা হায়জরকই, মসি ঐগী চপ চাবনি। ঊকাই থওদবী তমগীরবী মুপী অমগী অচম্না রাদা মশাংগী থবক-ইথাং পুন্নমক হন্দোক্লমদুনা অম্মুক লাম্না চেল্লকপা ভুম্লি, অতুমা মসি মাংগী মতিক চাবা চৈরাক্লি। ফনতুম ফরবনি, বিলাসনা মহাকপু ঊকাইবা পীতুনা ইমুংদগী তাম্পোরকখিবা।

ষ্টেশন্দা থুংলন্নবদা উবে, অম্মুক রারিবসিগী ক্ষৌরকক্ষম ওইরিবা মাইক্রোস্কোপ অতু পুতুনা কালিপদ লেপ্পুনা লেরমই। মহাক্না মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "ডাক্তরবাবু, অংঙ্গা-ইবেম্মনা মসি পীক হায়দুনা থারক্লিবনি।

নরেন্না খোঞ্জেল যাক্না হায়রকই, "করিগীনো ?"

করিগীনো, মতু কালিপদনা থওদে, অতুবু পোং অতু ডাক্তর-বাবুগীনি, অদুগা মতুগী মরমদগী ফজদবা রাথোক কয়া থোকখ্রে হায়বা ফেংডনা অমদি সোন্না কালিপদনা থওদবা করিম্ম লৈতে। মহাক্না মবুদ্ধি শিজিন্নদুনা মোমোন নোক্না হায়রকই, "ডাক্তর-বাবুদা অমুক পীথোকক্লবনিদনা !"

নরেন্না মপুক্লিংদা যায়া শাউনিংলক্লুনা হায়রকই, "নত্রে-পামজদ্রে। মমল পীনবা শেল লৈজদে।"

কালিপদনা থওই, মসি রারোবগী রানি। মহাক মতম

ফুইমা মীনাই ওইহনা লৈরক্লবনি, শেল-থুমগী মরিদা খিজয়াগী মপুক্কিংগী মওং অমম্সুং শাজংকী খুদম কয়া কয়া মহাক্কা মমিংমক্কা উরক্লবনি। মহাক্কা মশাগী জ্ঞান অহুগী মতুং ইন্দুনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "ইঃ—মমল য়ামগ্রপোংমিনে! আজ্ঞা-ইবেম্মগী মকমদা লুপা চা-মরিবু কয়া য়াম্বা শেল ওইগদগে। মসি পুবিগ্রো! শেল লৈবা মতমদা হনবিরকউ।"

শেলগী মরমদা মঙোন্দা খিজয়াগী ভচেংপা থাকহনা নরেনগী অশাউবহ্ ওরমখৈদি হন্দ্রক্লবস্তু মাগী অয়াকপা খোঙেল অহুদি খ'দোকপা ঙমদ্রে। অদুনা মহাক্কা চা-নিগী মহুক্তা চা-মরি পীবা হুয়োইদবগী হা পম্দুনা হায়রকই, "ঙক্তে নত্তে, নত্ত অমুক পুহুনা চংগ্রো। কালিপদ, ঐগী দরকার লৈত্রে। লুপা চা-নিগী মহুক্তা চা-মরি পীবা ঐ ঙমোই।" মতম অদুদা কালিপদনা হায়জবগী খোম্থোক্তা হায়রকই, "নত্তে ডাক্তরবাবু, মহ য়াম্মোই— মসি পুবিখিগদবনি— ঐ গাড়ীদা থাংদংচরমগে।"

পোং অসিগী মরমদা মহাক মশাগী থোইদোক হেদোক্কা খঙজবা থরা লৈ। বিলাসপু মহাক্কা মমিং অনি হনা য়েংবা ঙমজদে, অদুনা বিলাসনা থিনা ভাংবিবহৃদা মুংভাইতহনা নরেন্দা মংগী নোঙ্কুকপা মওং অমা পোকখি। মহৃদমক্তনদি চৌকিদার থাহনা পীথোবহল্লবা বিভয়ানা য়াথং পীরবস্তু কালিপদ মশামক্কা অস্তুক শাংবা লম্বী অসিদা অরুম্বা উপুসি থাংহনা পুরক্লিবসি। নরেন্দা চংশিল্লগা খোঙেল নেম্না হায়রকই, "মসি পুবিগ্রো ডাক্তরবাবু। আজ্ঞ-ইবেম্মা নাবা করক্লগা মমলহ কোকপিরবস্তু য়াই।"

ইঙ্গিত অসি তাবদা নরেন মৈ হৌনা শাউরক্লে, ওইরম্মা য়াই ! মহাক্না কৌই, অহুগা মাগী বিনাসনা ঈকাইবা পীরকপা—মসি মামক্তী থৌজালগী খুদোল মচেং থরা ওইরমগনি।

অহুবু প্লেটফোর্মদা অতোপ্পা মী অতেম্ম্ নৈ হায়রুনা কালিপদকী খুদোংগীবা অমা নাম্থোকখ্রে। নরেন্না করিগুম্বা মওং অমদা মশাবু ফাথজরগা মপাল্লোমদা মখুং থিন্দুনা অস্থুমুত্তমক হায়রকই, "চংখ্রো, ঐগী মাংদগী হন্দোকখ্রো।" হায়রগা মমাই লৈথোক্লুনা অতোপ্পা মাইকৈ অমদা চংখ্রে। কার্পদ তৌকম খঙদনা নুংবংনবগী মত্তৌগুম চপ য়ুংনা লেপ্লুনা লৈ। থৌদোক্তু করি ওইখ্রবগে মহাক খঙবা ঙমদে। মিনিট তরারোমগী মতুংদা গাড়ী থুংলরে। নরেন্না কাখংত্তুনা ফমগ্রবদা কালিপদনা তপ্না তপ্না ফার্ষ্ট ক্লাসকী কাহুগী থোঙনাও ময়াদা চংলক্লগা কৌরকই, "ডাক্তরবাবু !

নরেন অতোপ্পা মাইকৈদা য়েংনা লৈ, মমাই লৈশিল্লকপমক্তদা কালিপদগী মকশিল্লবা মাইথোংদা মিংয়েং তাক্লরে। মীনাই অহুদা অরেম্বদা অয়াকপা রাইহে শিজন্নখিবগী মহাক মপুক্লিংদা হাইফেং নুংঙাইতবা অমা ফাওরক্লে ; অহুনা নোকফেং তৌদুনা চানবিবগী খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অমুক করিনোনে ?"

কালিপদনা চেজেং অমগা পেন্সিল অমগা লৌথোরক্লগা হায়রকই, "বাবুগী ঠিকানাহুদং করিগুম্বা —"

"ঐগী ঠিকানা লৌদগা কৈদৌরিবনো ?"

"ঐবুদি করিস্থ তৌজরোই—আজ্ঞা-ইবেম্মনা তাকপিরকই—"

আজ্ঞা-ইবেম্মা পল্লকপদা নরেনগী মপুক্লিংগী ইহল হোংখ্রে। থঙহৌদনা মহাক্না শাথীনা কীহনবা উংতুনা হায়রকই, "ইমাংদগী হন্দোকখ্রো হায়রিবসিনি— অতোনবা, পাংদবা, চিঙ্খিবা!"

কালিপদ চঙক্লত্তুনা খোঙফম অনি হন্দোকখ্রে অমম্তুং থংনবা মিংবু্ঙ্গা হুইশেল খোংবগা লোয়ননা গাড়ী থাখ্রে।

মহাক্না হল্লক্তুনা মথক্কী কাদা চংলম্পা মতম অতুদা বিজয়া চেয়ারদা মকোক ঙাথক্তুনা ফমদুনা লৈরমই। মী লাকপগী শঙম ফংদুনা য়েংথোরকপমক্তদা কালিপদনা হায়রকই, "হলহল্লক্লে. লৌখিদ্রু।"

বিজয়াগী মিংয়েংদা মুংঙাইতবা নত্রগা অঙকপা করিমগুম ফোংদোক্কে। কালিপদনা মথুংতা পায়রিবা চে অমম্তুং পেন্সিল পয়া থয়া হায়বকই, "অঙকপনি, করি খুংশাউনো! চিকানা চংশুবতদা চাগবগুম তৌবকই!" মসিগী পাউথুমদম্তু বিজয়া রা ঙাংদে।

লম্বী লমশাং চংলা কালিপদনা মংতামদা করি হায়না খুমঙ্গদগে হায়না থয়া থয়া লাকপনি. মবেম্মগী থংনিংবা পাউথুম ওইনা মহাক্না করকরি হায়গদগে? অদুবু মাইকৈ ওদোমদা করিমগুম হেনিংবা ফোংদোক্কঙবদুদা মহাক্না মমাই নোনথংতুনা যেংলকই. বিজয়াগী মিংয়েং অদুম ইঙাও-তাওই, অদুম তরুং-মালংদা লৈ। থঙহৌদনা মপুক্লিংদা হল্লক্লে, পুম্নমক থঙ-উনমক বিজয়ানা অরেম্বদা থবক অসিদা মহাকপু শিজিন্নরিবনি। অদুনা মহাক পেন্দবগী মওংদা ঙাইহাক তুম্মিন্না লেপ্তুনা লৈরগা মমৈথংদা তপ্না তপ্না মপাল থোকখ্রে।

## তরাকপাল

নুমিৎ মঙা-তরুক্নিগী মনুংমক্তুদা থিজয়া নাবা ফবে হায়বা য়াই, অদুবু মশা ফগৎপদদি থিদ্রে। থিলাসনা অফবা ডাক্তরগী মতেংনা হিদাক অমসুং লায়েং-পথাপ শিনবদা অশোয়-অঙাম থোকহল্লে ; অদুবু মপাঙ্গল শোক্লবা নোংমা নোংমগী হেল্লক্লি। ফাইরেল লোইশিল্লক্লে, মরক্তা লৈরিবা হায়ববু লমদাদমক মঙাইরে, শঙ্কীবুগী অহানবা চয়োলদা মচানুপা লুহোংবিগনি, মসিমক রাসবিহারীগী য়াশক্লি। অদুবু মচানুপাদি নোংমা নোংমগী ডাইঙয়ক্লি অমসুং থাংঙয়ক্লি, কল্যাদি অদুগুম্বা ময়াং কংশিল্লকপা অমসুং শোকচিল্লকপা উবদা রাসবিহারীনা নুমিৎ খুদিংগী অমুক অমুক লাকুনা ফিজম য়েংশিল্লে! অদুম ওইনমক হোংনবগীদি করিগুম্বা মাইকৈ অমগুদা অশোয়বা লৈতে—অদুদি মসি করিনো! মাইক্রোস্কোপকী মরিদা থোকখিবা থৌদোক অদু কমদৌগনো খঙদে অচুম্বদগী থরা তায়োমনা মপা মচাগী মনাকোং য়ৌখি। তাবদা মচানুপানা ফিংগংলক্লিবা অদুকী মত্তিক মপানা মহাকপু ঈংখহন্নবা হোংলৈ। অদুগী মতুংদা মচানুপাবু মহাক্না খোই-দোক্লা চেবশিনহনখি মদুদি, অসিগুম্বা থৌদোক-থাথোক মচা-মচুদা থিডিম-হুমডিল্লুবদি গুপ্নগী কান্নদবদা মত্তে, নাক্লিবী মঙোম্দা নৈক্লরবদি মহৈ ওম্বনা ফংবা ওইথোক্লোইদবা নত্তে। থিলাসনা পৃথিবীদা লৈরিবা মী পুম্নমকপু ফনা মীথায়দহনস্ত্র মপাগী অথোইবা বুদ্ধিবুদি মপুক্লিংদা থাগংলি; মরমদি অসিগুম্বা

থৌদোক্তা মপানা অথোইবা বুদ্ধিগী অকুপ্পা মিংয়েং খল্লিবহুগী মথিদা চিংনক্লুবদি মওং অমদা ওইথোক্তবনি। মরম অসিনা মহুগীদমক থম্মোয়দা ফনা হুগী ঊথক হৌরক্লুনম্ম কোংনা লান্থাক্লনবগী থৌনা লৈতে। অহুবু অয়ুক থাংবদি ঙমদ্রে। নোংমা থঙহৌদনা করিস্ম লৈতবা মরমগীদমক মহাক্পা কালিপদবু থাদ্রে অমস্নুং অহানবদা থরা কীহন-থোংহল্লগ' ম'মংদা থাগী তলব পীথোকখিনববা গোমস্তাদা যাথং পীহনা মাবু দিস্‌মিস্‌ তৌরে।

ডাক্তরনা বিজয়াবু অয়ুক্পা অমস্নুং নুমিদাংয়াইরম থরা কোই-থোক্লববা শিল্লমই। নুমিংতুগী অয়ুক্পা মহাক তুরেলহুগী তোর্বান্দা থরা কোইক্লরগা হল্লক্লুনা ময়ুম য়োবমক্তদা কালিপদনা পীরাংনা থুম্মংলবা থোঞ্জেলনা হায়রকই, “আজ্ঞা-ইবেম্মা, বাবুমচানা ঐদু তাস্থোকপিরে।”

বিজয়ানা ঙক্লুনা হংলকই, “করিগীনো?”

কালিপদনা কপ্লহুনা হায়রকই, “ঐথোয়গী ব,বুদি স্বর্গ কাস্ত্রে; অহুবু মহাক্কী মফমদগীদি কৈদৌঙৈদম্ম মীচৈ-মীরাক ফংথিস্ত্রি আজ্ঞা-ইবেম্মা; অহুবু ঙসিদি—” হায়রগা মহাক্পা মপী তোইনা তোইনা তৈথোরকই; অহুগী মতুংদা কপ্পা লোইরগা হায়রকপা: অহুগী শগ্রপ্পদি অসিনি মহুদি, মহাক্কী করিগুম্বা মরাল অমত্তা লৈতহুনম্ম বাবুমচানা মহাকপু মমিং অনিগুমা থক য়েংবা ঙমদে। ডাক্তর বাবুগী মফমদা উপুহু পীবা চংলুবগী মরম করিগীদমক্তা ঐ ইশানা মঙোন্দা থঙহন্দ্রিবনো, করিগীদমক ঐনা মাবু ইমুংদা কৌশিন্দুনা পুশিল্লকখিবনো— অসিনচিংবা অসিমচিংবা!

বিজয়া চৌকিদা ঙাথহনা ক্ষমহনা লৈ— ফনা কুইনা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে। মতুংদা হংলকই, "মহাক কদায়দা লৈবগে ?"

কালিপদনা হায়রকই, "ওফিস-কাদা ক্ষমহনা চে য়েংলি।"

বিজয়ানা ফনা বুইনা খঙ্গন্দুনা লৈংগা হায়রকই, "যরে, দরকার লৈত্রে— ফৌজিক নঙ থবক তৌরুরো চংলো।" হায়রগা মহাক চংখ্রে। পুং থরগী মতুংদা খোঙনাওদগী ঊরে, বিলাস ওফিস কাদগী থোকথিহনা মযুমদা চংখ্রে। ঙসিদি করিগীদমক্তা মহুগী অশেংবা মরম শেংদোকপা অমুক চংলক্লিবনো হায়বা মহাক খঙলে।

দয়াল নাবা ফরহনা নিয়ম নাইনা অমুক থবক্তা লাক্লে। সন্ধ্যা মমাংদা মযুমদা হল্লমদায়দা মরক মরক্তা বিজয়া মাগা চংথোকমিন্নৈ, অদুগা ব'রী শানা লম্নী ফনা ফনা শা না চংলুবগা অমুক হল্লকই।

দয়ালগী থম্মোয় ঈকাই-খুম্নবগা লোয়মনা নরেনগী তৌবিমলনা পূমথন থনখ্রে। অনা-অয়েকী রা হৌদোক্লরক্লবদি অহল অসিনা নহা ওইরিবা ডাক্তর অহনু থাগৎপদা পেনবা নাইদে। বিজয়া ভুম্মিন্না তাহনা লৈ, অহনু করিগুম্বা মওং অমদা থোওইদবগুম তৌবহদা দয়ালনা মরৈ খংতুনা হায়দোকপা ঙম্নমদে মহুদ্রি, মহাক্না তশেংনা পামজে মহাকপু কৌরগা বিজয়াগী অনাবা য়েংহনবা। মন্নুংগী মরম মতমহু ফাওবা মহাক শুপখঙ খঙদবনা বিজয়ানা ভুম্মিন্না লৈখোকপা অহনু মহাক্না মপুক্লিংদা মশাঙমদহনা

তৌরিবনি থব্দুনা ইরিক্ত লিশিং লিশিং তৌহুনা খঙহনবা পামই, ওইজসনু মহাক নহা ; অদুবু মমিং চৎপা হৈরবা ডাক্তরশিং অদুনা লাইয়েং পথাপ লান্না মহাকপু লায়েংদুনা শেল অমম্বং মতম মাংহল্লি, মখোয়দগী হেন্না মহাক্না হৈ, মসি ঐনা রাশকুনা হায়বা ঙমগনি।

অদুবু অয়োনবা মরম অদু খঙবদা মহাক থোইনা অমুক মতম চংজে। নুমিং মঙা-তরুক্লিগী মতুংদা লোংমা মহাক্না বিজয়াগী কাদা চংলক্লগা হায়রকই, "কালিপদবু ঐ অমুক য়ুমদা থম্বা ঙম্রবোই নুপীমচা।"

বিজয়াস্তু মদুগ্না চিংনরম্লিবনি ; অদুম ওইনমক মহাক্না হংলকই, "করিগীনো ?"

দয়ালনা হায়রকই, "নহাক্না য়ুমদা থম্বা ঙমদ্রবা মহাকপু ঐনা কমদোনা থমগদৌরিবনো হায়বিয়ু তাসি নুপীমচা ?"

বিজয়ানা মপুক্লিংদা য়াগ্না শাউনিংলক্লদুনা হায়রকই, "অদুবু মদুস্থু ঐগী য়ুমনিদনা।"

দয়ালনা ঈকাইবা পোক্লদুনা হায়রকই, "মদুবুদি চুমই। ঐখোয় পুম্নমকপুদি নহাক্না য়োকপিরিবনি নুপীমচা ; অদুবু --"

বিজয়ানা হায়রকই, "মহাক্না থম্বা য়াদে হায়দুনা থিংবন্না ?"

দয়াল তুম্মিন্না লৈ। বিজয়ানা খঙবা ঙম্রদুনা হায়রকই, "অদুদি ঐগী নাক্তা কালিপদ থাবিরকউ। মহাক ঐগী মীনাইনি, মাবু ঐ তাঙ্খোকখিবা ঙম্লোই।"

দয়ালনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা চিংনখগা লোয়ননা

হায়রকই, "থবক্তু অকবা ওইরোই নুপীমচা। মাবু থৌওইদবস্তু মহাক্তী থৌদাং নত্তে।"

বিজয়না খল্লগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ?"

দয়ালনা হায়রকই, "মহাক্না করিস্তু তৌরুনিংঙাই লৈতে। কালিপদ মশাক্না ময়ুমদা চংনিংলে। ঐনা হায়নিংবদি মতম খরা মহাক চংলুসস্তু।"

বিজয়না ফনা কুইনা তুম্মিন লৈরগা মুংশা মপী অমা শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "মতু ওইরবদি অতু ওইরসস্তু, অদুবু চংব্রিঙৈদা সিদা মাবু অমুক্তা থাবিরকউ।"

মুংশা মপী তাবদা ঙক্তুনা অহল অতু মমাই নোমথংলকপদা নৌজরিবী অসিগী মাইথোংদা তুকচ্চবগী মমি তাবা উবদা চঙক্লে। মুমিং অদুদা হীরম অসিদা করিগুম্বা রা অমা কাওবা ঙাংলুনবগী থৌনা অমুক লৈখিব্রে।

মসিগী তুংদা মুমিং মরি-মঙানি দয়ালবু অমুক উবা ফংখিব্রে। বিজয়না ওফিস-কাদগী পাউ লৌবদগী খঙলে, মহাক থবক্তস্তু লাক্তে। তাবদা মথরায় মুংঙাইতনা খল্লকই. মী থাদুনা পাউ লৌহল্লুবনা চুমগত্রা, অসিগুম্বা মতম অসিদা থোঙজিল ময়াদা মহাকমক্তা লোক খুবগী মখোল তারদুনা হরাওনা হৌগৎতুনা লেপ্লে, অদুগা ঐকাই খুমবা উংতুনা মহাকগ্ ইমুংদা কৌশিন্দুনা কল্লে।

দয়ালগী মুপী চিফেং চিফেং নাদুনা লৈ। খঙহৌদনা মহাক নাবা কমশিল্পকপদগী মুমিং কয়ানি অসি মহাক মপাল

থোকপা ঙমদবনি। মহাক্না থোং-থাকপা তাই। অদুম ওইনমক মাগী অয়াবা শকক্‌ম চেন্দবা মাইথোং উবদা বিজয়ানা খঙলে, থোইদোক্না চিংনরুনিংঙাই বরিস্থ লৈত্রে। অদুম ওইনমক হংলকই, "ক্নৌজিক মহাকপু কমদৌরবগে ?"

দয়ালনা হায়রকই, "ঙসিদি যহৌরে। নরেন বাবুদা চিঠি ইবদগী ঙরাং নুংথিল লাক্কুনা হিদাক পীরমই। অঙকপা ল'য়েংনি নুপীমচা, পুং কুনমরিগী মনুংমক্তদা অনাবা শরুক মরি থোকপগী অদুমদি ফগংলরে।"

বিজয়ানা নোককেং তৌদুনা হায়রকই, "করোইদ্রনে ? ময়াম্না মাবু চয়া থাজবিবরনে ?"

দয়ালনা হায়রকই, "মহুবুদি অচুম্বনি, অদুবু থাজববু পাক হেক্না য়াবরনে নুপীমচা ? ঐখোয়না চাংযেংলবনি। ইমুংদা মখোঙবু ক'নশিল্লব্রবদি পুন্নমক যরগনি খল্লি।"

"মদু ওইরমগনি," হায়রগা বিজয়াদা নোকফেং অমুক তৌরকই। হন্দক্তি দয়ালনস্থ নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "মাদবু লায়েংলম্লগা চংথিদে নুপীমচা, ঙতোপ্না মী অমগীস্থ শিনবিরমই।" হায়রগা টেবিল মথক্তা চেজেং অমা ফাক্তোক্তুনা ফমই।

প্রেসক্রিপসন অমনি। মথক্তা বিজয়াগী মিং ইরি। ইরিবা অদুদা মিংয়েং তাক্লবমক্তদা ময়েক শয়া অদুনা নুংঙাইবগী তেন ওইদুনা বিজয়াগী থম্মোয়দা যুংলরে। মিংকুপকী দমক মাগী মাইথোং শিন্না তঙাং-তঙাংলম্লবা পূমকা কাহংখ্রে। অহল অদু মশানা তৌরিবা থবক অদুগী হরাওজবদা অস্থকী মতিক লুপত্রে মথুদি,

মাইকৈ অদোমদা হন্না ,কাওবা য়েংলুদে। হায়বকই, "নহাক্না অমুক থৌওইদবা য়'রোই নুপীমচা ? হিদাক্কু চাংয়েংহুনা য়েংবা তাই, মহু হায়খৌরিবসিনি।"

বিজয়ানা মশাবু ফাথজরগা হায়রকই, "অহুবু মসিদি মঙদা মংগ্রা তানবনি।"

দয়ালনা চাউখোক্না হায়রকই, "এঃ ' মহুবা ! মাবু নখোয়গী ডাক্তরশিং অহংগুম্বরা নুপীমচা, ফি পীরবদি প্রেসক্রিপসন হেক্তা ইগদবা ? ম'দি বিলাম্না থাক ৱা'না পাশ তৌবা ডাক্তরনি। মমিংনা উদনদি মহাক্না করিস্সু তৌবগী ৱা লৈতে। মসিগী দায়িত্বু তরায় তরায়বরনে নুপীমচা ?"

তশেংনা ঙক্না বিজয়া৲া য়েংলহুনা হায়রকই, "মমিংনা কমদৌনা উরিবনো ? কনানা হায়বগে মহাক্না ঐবু উখি হায়না ? আচার্য্যগী ৱা তারগা হেক্তা হিদাক ইবকপনি।"

দয়ালনা হন্না হন্না মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, মহু কৈদৌঙৈদস্সু ওইরোই। ঙবাং নহাক্না বাগানগী বেলিঙ পায়হুনা লেপ্লিঙৈদা নমাংগী লম্বীদা মহাক মখোঙনা চংলি। মহাক্না নিংথিনা উখি—রাখল তাউনা লৈবনা উবিকদবা ওইরম্বা য়াই।"

বিজয়ানা খঙহৌদনা চঙক্লনা হায়রকই, "মাবু সাহেবকী ফিজেৎ শেংপরা ? মকোক্তা টুপি উপ্পরা ?"

দয়ালনা লাংতক্লবগী অকনবা শাফুনা হাঃ হাঃ নোক্লগা হায়রকই, "কনানা হায়গদগে অশেংবা সহেব নত্তে ? কনানা হায়গদগে ঐখোয়গী স্বজাতি বাঙ্গালীনি ? ঐ ইশামকস্সু খঙ-হৌদনা চঙক্লক্লরবনি নুপীমচা !"

মাংদা চংখি, মিংয়েং মাংমক্তদা চংখি, মহাকপু য়েংনা য়েংনা চংখি—অদুবু মহাক্না অমুক্তংদগী হেন্না য়েংলুদে। পুলিসকী কনাগুম্বা ইংরাজ কর্ম্মচারী অমনি খন্দুনা থোইদোক্নহুম থৌওই-রুদনা মিংয়েং হোংখিবনি। মাগী থম্মোয় নুংদা নোং-মুংশিং অমা হৌরক্লে, অহল অদু মদু য়েংশিল্লুবা তৌদে। মহাক্না মপুক্লিং মতুং ইনা হায়খ্রে—'মরক্তা লমদা থাদা মডাইরে। শজীবু অহানবা নক্রগনা থিন্থরবদা অনিগুবা চয়োলদা লুহোংলগনি। হায়রমই, নুপীমচা মশা ইকন-কনখত্রে ডাক্তরবাবু, হিদাক অমত্তা পীবিয়ু, মহুনা—"পুক্লিংগী রা মপুং ফাদনা মচিন্দা অদুম পন্দুনা লৈরে।

অম্মুয়া ইখঙ খঙহৌদনা রা ডাংবা চপ লেপখিবা উবদা বিজয়ানা মমাই থাংগৎতুনা মাগী মিংয়েং মতুং ইন্না য়েংলকই, বিলাস কা মন্নুংদা চংলক্লি। করিনো রা অমা ডাংনরম্বদগী মহাক লাকপদা চপ লেপখ্রে—চংলকপমক্তদা অম্মুয়া খন্দুনা বিলাসকী মমাই-মমিং শাউবনা কাহৎখ্রে, অদুবু মশাবু য়ারিবমখৈ ফাথরগা মহাক মথোয়গী মনাক্তা চংশিল্লগা চৌকি অমা চিংশিল্লগা ফমখ্রে। মমাংমক্তদা প্রেসক্রিপসন্দু তাহুনা লৈ, উবগা মখুংনা মহু টেবল মথক্তগী লৌখংলগা অদুম-মরিরক পাবগা হান্নগী মফমদা থম্লগা হায়রকই, "নরেন ডাক্তরগী প্রেসক্রিপসন্নি খঙলে। কমদোনা 'সি য়োরক্লিবনো—ডাক্তরনরা?"

কনানম্মু হায়রিবা অসিগী পাউথুম পীদে। বিজয়াগী লাংশিল্লবা মাইথোং লৈথোক্তুনা থোংনাওরোম্না য়েংহুনা লৈ।

বিলাসনা হিংসাগী মীমোক্না মোমোন নোক্নুনা হায়রকই, "ডাক্তরদি ডাক্তর নরেন্দ্রদনা। অদুবু খঙলে, মখোয়গী হিদাক মীনা থক্লদে, লিক্লিগী হিদাক লিক্লিদা অদুম পুমই, অদুগা তুংদা ছন্দোক্লবা নত্রা? অদু নত্রবদবু কলিগী মাইবা মকোক অসিগী চেসি বমদোমা থারক্লিবনো তাসি? ডাক্তর লাকপা নত্রা?"

রাহুং অসিগীস্তু কনামস্তু পাউথুম পীদে।

মহাক্না মতম অদুদা দয়ালদোমদা য়েংলদুনা হায়রকই, "আচার্য্যদি অস্নুক কুইবসি লেকচর য়ায়া তৌবিরম্লি— সিঁভিদগী তারক্লবনি—মসিগী মরমদা অদোম খরা খঙবিবরা?"

জমিদারী ওফিসতা বিলাসবিহারীগী মথাদা থবক তৌরকপদগী হৌনা দযালনা মপুক্লিংদা মহাকপু কৈগী মতৌগুম কীরক্লিবনি। কালিপদগী মচিন্দগী তাদবা করিস্নু নৈত্রবনি! মরম অসিনা প্রেসত্রিপসন অদু মখুৎতা যংবদগী হৌনা মাগী থম্মোয রাঁনাগুম তনিক-তনিক্লরবনি। হৌজিক রাহুং তাবদা অস্নুকী মতিক শাথীনা মরৈ কাজিনগ্রে মদুদি, রা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে।

বিলাসনা মিংকুপমুক্তং তুম্মিন্না নৈরগা ধমকা তৌদুনা হায়রকই, "তশেংমা হৌদোং লম্বোইবা শাবরা? খরা খঙবরা হংলিবসিনি?

থবক তোক্নদ্রা কীবনা মীপাইরবা লাইরবদু কয়াগী মতিক তোম্থহনবগে হায়বদু উবদা নুংঙাইতবা পোক্লিংঙাইনি। দয়ালনা চঙক্লনা হৌগংলগা শেংফাংতবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "মাসি স্বাজ্ঞা, ঐনা পুজরকপনি।"

"ওঃ মহ্ ওইরমগনিনে ! কদায়দগী ফংলুই হায়য়ু ?"

দয়ালনা শাজিন-শাজিন্দুনা করিগুম্বা মওং অমদা থোদোক্লু তম্লে।

বিলাসনা চপ য়ু'না ক্ষমহুনা লৈরগা হায়রকই, "হৌখিবা চহিগী হিসাব লোইশিল্লু হায়খিবদায়, মহুবু লোইশিনবিরব্রা ?"

দয়ালনা মাইথোং মক্লা হায়রকই, "আজ্ঞা, মুমিং নিনিগী মঙ্গুংদা লোইশিঞ্জরমগনি।"

লোইশিন্ত্রিবদি করিগীনো ?"

"য়ুমদা থুদোংথীবা অচৌবা অমা থোক্লে, থোংব-খোংপা তাবনা লাকপা ঙমজহৌদ্রে।"

মহুগী পাউথুমদা বিলাসনা করেম্নবগী মওংদা অয়াকপা খোঞ্জেলনা দয়ালগী মতৌ তমহুনা মখুং হাই-হুমহুনা হায়রকই, "লাকপা ঙমজহৌদ্রে ! অহ্ ওইরবদি করি, ঐবু নিংথৌ ওইনা খল্লেনে !" হায়রগা খোঞ্জেল লুম্না হায়রকই, "ঐদি মতম অহুমক্তদা বাবাদা হায়জগ্রবনি, অসিগুম্বা হনু-হন্থিনা ঐগী থবক চংনবা য়ারোই।"

মতম অসিদা বিজয়ানা মমাই লৈশিন্দুনা য়েংলকই। মাগী মাইথোং ঈংই, চীংলেম্মী ; অহুবু মমিং অনিদগী মৈরিক কাপথো-রক্লি। থোইদোক্লা খোঞ্জেল লুম্না হায়রকই, "দয়ালবাবুবু লমদম অসিদা কনানা পুরকপনো খঙবিবরা ? অদোমগী বাবানা নত্তে—ঐননি।"

বিলাস তৌকম খঙদ্রে। মাগী অসিগুম্বা খোঞ্জেল মহাক্লা

কৈদৌঙৈদস্তু অমুক্তা তাখিদ্রি, অস্তুম্না য়েংবা মিংয়েংস্তু কৈদৌঙৈদস্তু অমুক্তা উখিদ্রি। অদুবু নোংনগদবা মীশক নত্তে মহাক। অদুনা মিংকুপমুক্তং তুম্মিন লৈরগা পাউখুম পীরকই, "পুরক্লিংবনা পুক্তরকসনু, এনা খঙলুবগী দরকার লৈতে। এ থবক পামই, থবক্তা এগা মরি লৈনৈ।"

বিজয়না হায়রকই, "যুমদা খুদোংথীবা থোক্লগা মহাক কমদৌনা থবক্তা লাক্কদগে?"

বিলাসনা ঙক কনবর্গ মওংদা হায়রকই, "অস্তুম্না খুদোংথীবদি মীপুম খুদিংমক্তা থোক্লরিবনি, অদুবু মহু তাক্লরবদি য়াররোই! এনা দরকাব লৈবা থবক লোইশিন্নবা হুকুম পীখিবনি, করিগী লোইশিন্দ্রিবনো, মহুগী মরম পামই। খুদোংথীবগী পাউ খঙবা পামদে।"

বিজয়াগী মচিনবান নিক্লক্লে। হায়রকই, "মী খুদিংমক মীনগ্না ঙাংবা ঙাক্তা নত্তে—মী খুদিংমক খুদোংথীবা থোক্লে হায়শিন্নবা ঙাক নত্তে; মরু ওইনা মন্দিরগী আচাযানা অদুম্না তৌরোই। মসি তৌক্লসি, অদুবু অদোমদা এনা হংজনিংবদি, দরকার লৈবা থবক লোইশিন্দবা য়াদে খঙবিরে, মতমদুদা নশানা লোইশিন্দুনা থমদ্রিবদি করিগীনো? অদোমগী খুদোংচাদবা করি থোক্লবগে তাসি?"

বিলাসনা ঙক্লা বুদ্ধি চময়না হায়রকই, "এ ইশানা খাঙা শুগদবা! এ থবক শুদ্রিবা করিগীনো, মসিরা?"

বিজয়না হায়রকই, "হোয় মহুনি। থা থাগী লুপা চানি

তলব লৌবিরি। শেল অদু ঐনা শুম হেক্তা অদোমদা পীবা নত্তে, থবক তৌননবগীদমক পীরনি।"

"ঐ মীনাইরা? ঐ নঙগী তলব চাবা কর্মচারীরা?"

খাংঙমদবা অশাউবনা বিজয়াগী অক-ফত্তা জ্ঞান পুম্মাং মাংত্রে, মহাক্না খোঞ্জেল য়াম্না লুম্না হায়রকই, "থবক তৌননবগীদমক থাগী তলব ফংলিবা মহাক অহুবু মহু নত্তনা করি হায়নবগে? অদোমগী উৎপাত কয়া ঐ মনা-মনিল নাইদনা খাংলক্লিবনি, অহুকী মতিক খাংলিবমখৈ তমথীবা উৎপাত হেনগৎলক্লি। চৎপিত্রো, ঙন্নগা থবক তৌবিবু নপ্পগা অদোম্বু ঐনা দিসমিস তৌরবনি, ঐগী ওফিসত। চংলক্লবা কোৎনবিবোইদবনি।"

বিলাসনা চোংথৎতুনা হৌগৎলগা মখুং-মশা নিক্না লাউরকই, "নঙ অস্তুক ইচংথৌবা!"

বিজয়ানা হায়রকই, "ইচংথৌবা শাবিবদি ঐ নত্তে, অদোম্নি! ঐগী ইস্টেটমক্তদা থবক তৌবিবগা ঐঙোন্দমক ওং-নৈগদবা ঐঙোন্দা নঙ হায়নবা অধিকার কনানা অদোমদা পীবগে? ঐগী মীনাইবু ঐমক্কী ইমাংমক্তদা তাস্তোকপা অগুগা ঐগী অতিথিবু ঐগী ইমাংমক্তদা ইকাইবা পীবা অসিগুম্বা থৌনাসি কদায়দগী ফংলিবনো?"

বিলাসনা শাউবনা অঙাওবগী পাংথক ওইথিহুনা কা অচৌ চেংথায়বমখৈ লাউহুনা হায়রকই, "অতিথিগী মপাগী পা। নৈজবনা থুমিংহুদা মাগী মশাদা খুং থাখিদবনি—মাগী মখুং থুদেবপিখিদবনি। অতোনবা, ওক্তব', মীরৈহং, থৌরৈতম্বা, চিস্থিবা! করিগুম্বা মতমদা অমুক মপু থেংনবা থোক্লবদি—"

লাউ-খোংবন্থু তাবদা পাখংনন্থুনা গোপাল কাহ্নাই সিংহনু কৌন্থুনা পুরকই ; খোঙজিল ময়াদা মখোয়বু উবদা বিজয়ানা ঈকাইরন্থুনা খোঞ্জেল হঞ্জিল্লে অমস্তুং খোঞেল চম্না হায়রকই, "অদোমদি খঙবিত্রি অন্থুবু ঐদি খঙই, মাগী মশাদা খুং খারুনবা হেঞ্জিনবা রাখল পোকখিদবন্থু অদোমগী লাইবক য়াম্না ফরিবনি। মহাক্তি লাইরিক য়াম্না হৈবা ডাক্তর অচৌবনি। নুমিৎতুদা খুং থারুবা খোক্লবস্থু নান্থুনা লৈরিবী নুপী অমগী কা মনুংদা খংন-চৈনবা খোক্তনবা মহাক তুম্মিন্না খাংখিবা য়াই ; অন্থুবু ঐগী পাউতাক অসি কাউন্থুনবু ওইরবস্থু থৌওইদবা তৌবিরোই-দবনি, মতুংদা মাগী মশাদা অদোম্না খুং থাবা পাম্বিরবদি তুংলোমদগী চংবিগদবনি, অন্থু নত্রগনা অদোমগুম্বা মী মঙা-তরুক অমগা লোয়নবিরগা মাগা মায়োক্লবিগদবনি ; অন্থুবু কা-হেন্না লাউ-খোংবিগ্রে, তোক্লসি। মথাদগী মীনাই-মীশল ফাওবা কীরন্থুনা মথক্তা কানবক্লে। চৎপিগ্রো, মথাদা কুমথবিখো।" হায়রম্লগা পাউখুম ছাইরুবা তৌদনা থংনবা কাদা চংগ্রে।

## তরামাপল

মচাগী মচিন্দগী খোদোক্ত তাবদা শাউবনা, নুংনাংবনা আশা কায়বগী খোইদোক্লা চমম্নবনা রাসবিহারীগী ব্রহ্ম-জ্ঞান অমস্তুং তাংকী শক্লোন অসিনচিংবা পুম্নমক অন্থুগী মাইথুম মিংকুপ অমদা মাম্হোক্তুনা তাগ্রে। মহাক্লা খোঞ্জেল কন্না হায়রকই, "হিন্দুশিংনা

এখোম্বু অতোনবা মচানি হায়রি, মহুদি মীনম্বা রা নত্তে। ব্রাহ্মণ ওইসন্নু অতুগা অমস্তু ওইসনু—কৈবর্ত্তনিদনা? ব্রাহ্মণ কায়স্থগী মচা ওইরবদি ভদ্রতা মশক খঙলমগদবনি, মশাগী অঙ্ক-ফত্তুসু খঙলমগদবনি, অচুম-অরান খঙনবা ঙম্বা লৈরমগদবনি! চংগ্রো হৌজিকমক, লৌরুক লৌবুক্তা মখপোং খোয়রুনা জাতিগী নথৌ তৌহুনা লৈরুবো! ফম্নদা লেপ্পদা নঙবু উচেক মচা তম্বিবগুম তম্বিবনি, নিংথিনা থবক্তু অমুক্তা পাংথোকখিসনু, অতুগা তৌনিংবদা তৌ; নঙ তপথবা শুপকৈ হৈতে, নঙনা অরেম্বদা নকম্বিনা নবল ফোইদংনবা হোংনজবি! মহাক মমিং চংলবা হরি রায়গী মগুরুপীনি, মাবু কীবনা কৈগা ঈরোইগা হীদেন অমত্তদা ঈশিং থকমিন্নরিবনি। নঙনা মাবু য়াচল লাক্কদবগী হোংনজবা শারি—অপঙবা লমহেনবা। ইজ্জং মাংহল্লে, অস্তুক চাউবা জমিদাবগী আশা অরেম্বদা তাহল্লে, থা থাগী তলব লুপা চানি চানিদং ফংলম্বা অহুস্তু মাংজরে—হৌজিক্তি লৌউবগী মচানিনা লৌ উহুনা হিংলুরো! অস্তুক এগী নাক্তা লাক্লুনা নমিৎ-ননা ঙাংনা মাগী মায়োক্তা য়াকংলরিব্রা? চংগ্রো চংলো, ইমাংদা লৈরনু—নশক্তু অমুক উনিংদ্রে!"

খোদোক্তু খোক্লমত্রগদি খোইনা ফরমগদবনি, মহু বিলাস মশামকস্তু খঙজরে। অহুনা মপা ইবুংঙোগী তুজুংনিংঙাই ফংলবা শক্তম উবদা মাগী চাউখোকচবা উৎপদা ময়াই কারম্বহু লেপ্পা পুংশা মঙালদা তুম্বগুম তুমগ্রে। অহুমকপু করিনো থবা হায়হুনা মশাগী মরালশিংহু বঞ্জনবা হোৎনরুবঙকদা শাউরবা মপাবুং হুনা য়াংনা মশাগী কাদা চংগ্রে। অহুবু শাউহুনা মচানুপাদা

অমবু হায়রবস্থু থবকী মতমদদি রাসবিহারীনা কনা শাউহুনস্থু করিগুম্বদস্থু ছং-হা তৌহুনা থবক অদু অরেম্বদা থক মাংহন্দে, হৈনিংদহুনস্থু করিগুম্বদস্থু মাগী অনিংববু অরেম্বা থক ওইহন্দে। অহুনা নুমিং অহু'মা মহাক্না মশাগী মপুক্কিং ফাথজনবা অদুগা বিজয়াগী মপুক্কিং ঈংথহনবা মতম পীরগা মথংগী নুমিত্তা মাগী মশাগী লৈজবা অঙীংবা অমস্থুং লেংদবা চীংলেম্বগা লোয়ননা বিজয়াগী ফম্ফম কাদা শক উংলরে, অহুগা চৌকি অমা চিংশিন্দুনা ফম্নরে।

বিজয়াগী অশাউবনা ঙাওচংনরম্বহু অস্থুম অস্থুম মাংগ্রে, মহাক্না মপুক্কিং ফাজিনবা ঙমদহুনা অকনবা রা শিজিন্নখিবা অমস্থুং ঈকাইবা মপাল থোকপা উংখিবহু নিংশিংলুবদা ঈকাইবনা শিগদোরে। যুমগী মীনাই-মীশল পুম্নমক অমস্থুং কর্ম্মচারীশিংগী মমাংদা থোঞ্জেল রাংনা মহাক্না করিনো মওং অমগী নাটকী অভিনয় অমা উংখি, হৌজিক ফাওবগী মনুংদা মহু মওং কয়াদা শন্দোক্লম্বা য়াই অমস্থুং লৈশি-লৈথোল হাপ্পুনা থুঙ্গংগী যুমথোঙ যুমথোঙগী নুপা কাংলুপ্তস্থু য়োৗরগনি, অহুগা পুখ্রিদা হীদেন্দা নুপীশিংগী রারেম ঙাংনমিংঙাই মচাক ওইংম্লগনি। মসিগী ফজনিংঙাই ইওই ওইদ্রবা রাখল থল্লুবদগী মহাক ইমুংদগী মপাল ফাওবা থোকপা অমুক ঙমজখিদ্রে। ঈকাইবা শক্লক চামা অমুকস্থু হেনগংগ্রে অস্থুম্না থল্লুবদগী মহুদি, ঙসি মহাক্না মীনাইনি হায়না ফোংনা থৌওইদবা উংপদা চিংনবা পোকখিদে, অহুবু নুমিং নিনিদংগী মতুংদা মপুরোইবনি হায়হুনা মহাক

অদুমক্তী ঙকশমদা নৈ হুক্রনবগী ৱাফম শঙ্গোকপদা কদায়দসু য়ৌদবা নৈরৱোই।

অদুনা ৱাসবিহাৱীনা তপ্না তপ্না ইমুংদা চংলক্লগা তুম্থিন্না মাইথোং মকা লাম্না ফম্ৰবা মতম অদুদা বিজয়া মমাই থাংগংতুনা মাগী মাইথোংদা য়েংবা ফাওবা ঙমদ্রে। অদুবু মহুগীদমক্তা মহাক্না মিংকুপ খুদিংমক্তী ঙাইৱক্লিবনি, মহুদা য়েংনবগী ঈথক হৌৱক্কনি অমসুং ফজদবা ৱাফম খন্নৱক্কনি, মহুগী চাউৱাকপা শক্তম অমা শাগংতুনা থগ্ৰক্লিবনি, অদুনা মহাক মওং অমদা চপ য়ুংনা ফমহনা নৈরি। অদুবু অহল অদুনা মহুগা তশেংনা তাযোন্নবা খোন্থাং শিজিন্নৱকপনা বিজয়াবু পূমঙক ঙকহনদ্রে। মহাক্না ঙাইহাক তুম্থিন নৈৱগা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়ৱকই, "নুপীমচা বিজয়া, হেক তাবদগী ঐ য়াম্না নুংঙাইৱবনি, মহু খঙহনবা ঙরাংমক চেল্লক্লমগদবনি— করিগুম্বা ৱড-প্রেসবগী লায়না হৌৱক্তুনা ঐ ফমুংদা হিল্লমদবা থোক্লবদি। পুন্সি-নুংশাংউকো নুপীমচা, ঐনা আশা তৌবিবসু ঃহুমক্লি।" হায়ৱগা থোইদোক্না অৱাংবা ৱাথলগী নুংশা মপী অমা অমুক হোন্দোক্লগা হায়ৱকই, "শক্তি পুন্নমক্তা তুংনফম ওইবিবা, মঙ্গলগী মশক ওইৱিবা ইবুংঙো মাগী মফমদা অস্থুয়তা নিংঙৱিবনি. অৱা-নুঙাইদা, অফ-ফত্তদা ঐহাক ধর্ম্ম, অচুম্বা ঙাকচবা ঙন্নবা অতুগা মঙোম্দা লেংদবা 'শ্রদ্ধা নৈজননবা পাঙ্গল পীনবিসন্থু।" অসি হায়ৱগা মহাক্না মথুং লোন্নহনা মনাইবক শোক্না শক্তি খিবিক্তী তুংনফম ওইৱবা ইবুংঙো মাবু থাগোন্নহুনা মমিং উইশিন্দুনা খুৰুমজৱকই।

অদুগী তুংদা মমিং পাংথোক্লগা খঙহৌদনা ফিক্নে হায়রকই, “অদুবু রাবম অসিদি ঐ ৰরিঙুম্বা মংংদা থনবদা লাম্বা ফংত্রেনে হিজম্বা, বিলাস ঐঙুম্বা অচম্বা তুরৱ্রিংবা মীগী মচা ওইরগা ল.ন থুমগী মরমদা য়াম্না কুপশিনবা মীশক অমা কমদৌনা ওইরক্লিবনো? মপা ঐ কাংবা সংসারগী থবক-ইশ্নাংগী তমোং-অতোংগী জ্ঞান কৈত্রিবনি, মানা চহি মতাং অসিদবু অম্নুম্না থবক্তা লুপ্না মীশক কমদৌনা ওইখ্রিবনো? ইথুংঙো মাগী ফিলা অমি অঙকপমি, সংসারগী অথুপ্পা করি ঈচেলনো, করিমত্মা খঙবা ঙমদে নুপীমচা।” হায়রগা অমুক মমিং উইশিন্দুনা মঙক নোল্লকই।

বিজয়া তুম্মিন্না অহুম ফমহুনা লৈ। রাসবিহারীনা ঙাইহাক অমুক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, “অদুবু করিঙুম্বা পোং অমতুদসু হেনমনবা হায়বসি অফবা নত্তে। খঙই, বিলাসকী মফমদদি থবক্না থরায়নি। মতাংসিদদি মহাক মমিং তাংলবনি। থৌদাংদা থৌওইদবদি মাগী থম্মোয়দা টাশোন্না থিনবঙুম থোকই। অদুবু মহুনি হায়হুনসু অতোপ্পগী ঈকাই-খুম্নবা ঙাল্লরোইদ্রা? দয়ালগুম্বা মীশকী মরাল ঙাকপিবা চুম্লোইদ্রা? অরানবদা অচৌ-মচা, লাইর-ঈনাবখুনবা থায়দে হায়বা খঙই; অদুবু মহুনি হায়হুনসু মহুবু ময়েক অমত্তা লান্নদনা চপ চানা ইল্লগদ্রা? পূরমক খঙই! থবক তৌদবসু দোংনি, পাউ পীদনা থবক লাক্তবসু চুমদে, ওফিসকী ডিসিপ্লিন থুগায়বসু ওফিস-মাস্টারগী মফমদা অচৌবা মরাল অমমি। অদুবু

দয়ালবুস্থু করি— নত্তে নুপীমচা. ঐখোয়দি হনুব্রবনি ; ঐখোয়দি লিংজেল অদুস্থু লৈরে. শক্তি অদুস্থু—সাহেবশিংনা বিলাসপ্ণু মথৌ খঙবগীদমক ফনা খাগংচসনু. মাবু ফনা লুনস্থু নিংজসনু—ঐখোয়দি অদুম ওইনমক করিগুম্না মওংদস্থু মসিবু অফবনি হায়বা ঙল্লোই। ইচামক্তি হায়দুনস্থু চিন অসিদগী মীমস্থা র'দি থোরক্লোই নুপীমচা! ঐদি হায়রিবনি, থবক নুমিৎ নিনিগী মতুংদা পাংথোক্লবস্থু পাং-থোক্লসনু ; লুপা তরা মাংলবস্থু মাংজখিসনু ; অদুবু মদুনি হায়দুনবু মীওইবগী অশোয়-অঙাম, অশোনববু ঙাকপিররোইদ্রা? নহাক্কী জমিদাবীগী অক-ফঙদা বিলাসকী মপুক্লিং চপ য়ুংখ্রে, মদু মাগী য়াঙাংদগী খঙবা ঙমই! অদুবু ঐবু লায়দি লৌগনু নুপীমচা। ঐ ইশামক সংসার বিরাগী ওইরবস্থু সম্পত্তি-নুংপত্তি মাংদনবা হোংনবা য়ুস্থানবগী ধর্ম্মনি হায়বা য়ানিংই। মদু চাওখৎহনবা থোইদোক্লা অথোইবা ধর্ম্মনি, মবংদি মদু নত্তনা তাইবংগী য়াই-ফনবা হোংনবা য়াদে। অদুগা বিলাসকী মখুত্তা শিন্নবদা নখোয় অনিগী জমিদারী অনি. মবি অদুদা নঙনা শরুক তরা ওইরে হায়বদা ঐ শুপঙক ঙক্লোই – অদুবু মদুনি হায়দুনস্থু লন চাওখৎপদা কদায়দনো খজিক্কৎ অপনবা উরকপদা অখাংকনবা হেক্তা মাংহন-গদবা নত্তে, মদুস্থু ফঙবনি। অদুনা ঐনা অনি শুদ্রবা নিরাকারগী শ্রীপাদপদ্মদা হন্না হন্না নিজরিবনি নুপীমচা, মাগী ময়াই কারবা ঙক কনবগীদমক মঙোম্দা নহাক্লা পীস্ত্রিবা দণ্ডি অদুদগী মহাক তুংদা জ্ঞান তাজনবা। থবক। থবক! সংসারদা শুপ্নগী থবক নত্তনা কবিস্থু লৈহবা! থবক্কী খুয়াখাদা দয়া-মায়া ফাওবা কংথোক্লগদবা! ফনদুম ফরে নুপীমচা, ঙসি মহাক নহাক্কী নযমদগী মদুগী অথোইবা পারা ফংজনবা খুদোং ফংলবনি।"

বিজয়া রা অমত্তা ভাংদে। বাসবিহারী ফনা কুইনা তুম্মিন্না লৈরুরগা মমাই নোনখৎলকই। নেংকফেং তৌনা খোজেল মেংনা হায়রকই, "ঐগী ইচা অনিগী মপুংদা অমনা মথৌ মুন্না খঙই অহুগা অমগী থম্মোয়না মীনুংশিগী ঈকুং হৌফম ওইবি। অমনা থবক্তা অঙাওবগুম্নি, অহুগা অমনা অহুয়া দয়-মায়াদা ভাওরি। ঐ ভরাংদগী অস্নুন্নদা খল্লক্লিবনি. ভগবান, মখোয় অনি অসিবু লৈপুন ওইহনবিহুনা লমজিংবিযু, মতম অহুদা অরাবগী তাইবংসি স্বর্গ অমা ওইররনি! ঐগী অতোপ্পা প্রার্থনা অমনা নুপীমচা, ওই-থোক্তবা থৌওংহু ইমিংসিনা উজবা ফংনবা ঐহাকপু নো মওগী ওইরবস্থ হিংহনবিননবা।" হায়রগা হন্দক্তি মহাক্তা টেবিল শোক্লা মকোক নোন্দুনা খুরুমই। মচুক নোনখংলক্লগা হায়রকই, "অহুম ওইনমক অঙকপনি, ধর্ম্মগী মাইবৈদা মগী নিচিং অচপ্পা নত্তে। মন্দির লিংখৎপদা মথরায় খুবাক্তা হাপ্পুনা মহাক্তা হোংনখিদবা নত্তে। মাবু খঙদবা মীনা খল্লমগনি, বিলাসবতীদি ব্রাহ্ম-ধর্ম্ম নওনা খঙলে সংসারদা অতেপ্পা পান্দম অমত্তুক লৈরম্রোই। মসিগীদমক্তা মহাক হিংলিবনি—মসি নওনা মহাক করিস্থু খঙলিরোই! অহুবু কয়াদা লানথ্রবনো য়েংউ নুপীমচা। ইশাগী রাদা অস্নুম শুমহৎ-খিহুনা নঙোন্দবু খঙহন্নবা হোংনরুবা শাবি. ঐঙোন্দগী তানা মাবু নহাক্তা খঙবগুম! ঐঙোন্দগী হেন্না নহক্তা মাগী য়াইফবা পাম-দবা নত্তে।" হায়বগা নোকফেং তৌনা হায়বকই, "ঐনা অস্নুক নুংঙাইরিবসি শুপ্নগী মহুগীদমক্তা নত্তে নুপীমচা। ঐদি নঙগী থম্মোয়-নুং হোংব্রোং হেংনা তরু তরু উই। নশানা নশাগী

য়াইফনবা শেমজরিবা অহু ময়েক লানা উই। অহুগা মসিস্থ হায়নিংই, নহাক মঙনা থবক অসি কনানা তৌবা ঙমগদগে ? নহাক্না মাগী ধর্ম্ম-লন-কাম-মুক্তি পূন্নমক্তা লোয়নবী ওইরগদৌরিবনি। নহাক্কী নখুৎমক্তদা মাগী য়াইফবা 'পূম্বা লৈরবনি। মাগী শক্তি, নহাক্কী বুদ্ধি। মানা পোৎলুম পুগনি, নহাক্না লম্বী তাক্কনি। অহু ওইরবদি নখোয় অনিগী পূন্সি মহৈ যাল্লেদনা নুপীমচা! মতুগীদমক্তদি ঙসি এহাক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রবনি। ঙসি মিঙা শংশংনা উবে, বিলাসকী অমুক রাকুনিঙাই লৈত্রে, মাগী তুংগীদমক্তা ঐনা মিংকুপ অমত্তা ফাওবা চিংনকনিঙাই লৈববোইই। অহুবু হনিংই — অস্থুক রথল চেনবা, অস্থুক জ্ঞান লৈবা, তুংগী পূন্সি মহৈ যানহন্নবা শিনবদা অস্থুক রাংবা লৌশিংসিবু অস্থুক্তা চাওবা কোক অহুগী মন্নুংদা অস্থুক কুইবসি কদাযদা লোৎতুনা থমনুবগে নুপীমচা ? ঙসি ঐ তশে নমক চঙক্লরবনি।"

বিজযা মশা 'পূম্বা তনিক্লক্লে, অহুবু মহাক রা ঙাংদনা ফমতুন লৈ। রাসবিহারীনা ঘড়িদা যেংলগা ঙক্লা হৌগৎলগা হায়রকই, "ইস, পুং তবা তাবেদনা। দযালগী নুপীগী অনাবা হংবা অমুক্তা য়ৌকবা তারি।"

বিজয়ানা তপ্না তন্না হায়বকই, "হৌজিক মহাক কমদৌরিবগে ?"

"ফবনি।" হায়রগা মহাক্না থোঙলোমদা থোঙফম অমা-অনি থাংলগা চপ লেপ্তুনা হায়রকই, "অহুবু অশোংদা রাদি হৌজিক ফাওবা হাযবা ঙমদ্রি।" হায়রগা হক্তিল্লতুনা হান্নগী মযম অহুদা

ফম্লগা খোঞ্জেল তপ্লা হায়রকই, "নহাক্কী হনুবা মশুরা ঐনা হায়জবা অমত্তু'দি য়াবিবা তাবে বিত্তয়া। হায়য়ু য়াগদ্রা?" বিজয়া মপুক্লিংদা অকীবা পোক্লক্লে। মাগী মাইথোংগী ফিভম য়েংলগা রাসবিহারীনা হায়রকই, "মতু য়ারোই, ঐগী রাকং অসি য়াবিগদবনি। হায়য়ু য়াবিগদ্রা?"

বিজয়ানা শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "তাকপিয়ু।"

রাসবিহ'রীনা হায়রকই, "নহাক শুপ্লগী তুম্না-চাবা থাদোকপদা নত্তে—নীঙমজদ্রে হায়বা খঙলে; অতুবু নুপীমচা নহাক তাঞ্জা অসিদদি থস্মোয় খবা কনহনবা তাই। ঙরাংদি ওইনতুনা মা লাক্লে, অতুবু ঙসিদি অমুক নৈঙম্লরোই—শোয়দনা য়ৌরক্লগনি। অতুবু ঙাকপিয়ু হায়জরকপমত্তদা হেক্তা ঙাকপিখিব', মতু য়ারোই — মসিনি ঐনা হায়জগদবা হায়ববু। মরালগী চৈরাক মঙোন্দা পীখিবা অতু থোইদোক্লা নোংমতগা ফংজখিসনু।"

অসি হায়রগা বিজয়াগী মাইথোংদা তারিবা চঙক্লবগী মমি য়েংলগা নোকফেং তৌরকই। নুংশিবিবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "নশামক কয়া রাবগে, মতু ঐ করিগী উরোইদগে নুপীমচা? থোইদোক্লতুম মঙোন্দগী হেন্না নহাক্লা নুংঙাইজদ্রিবনি, মতু ঐ খঙই, অতুবু মরালগী দণ্ডি মপুংফানা ফংদ্রিবমখৈ প্রায়শ্চিত্ত ওইদে। খাংঙমদ্রবা অরাবতু নোংমতংগা খাংদ্রবদি মহাক মুক্তি ওইররোই। থস্মোয় কনশিনহনবা ঙম্লোইদবা লৈরবদি মহাক্লা উন্নরুগনু; ঙসি মহাক নিংবা কায়না হঞ্জখিসনু। মৈচাকু অসিতগা মঙোন্দা ফংহল্লু—মসিতনি ঐনা হায়জগদবা বিজয়া।"

রাসবিহারী চংগ্রবদা বিজয়া মকম খঙদবা চঙক্লবনা পুনশিনখিবগুম চপ য়ু'না লৈরি। অসিগুম্বা ব্যবহার অসি মঙোক্সগী ফঙনি হায়বা অসি আশা গুপ্তৌ তৌরমদে। থোই-দোক্লহুম তশেংনা ওন্ন-তৈননা খন্দুনা রাসবিহারী চংলকপমক্তদা মহাক্তা মশাবু ফাজিজ্ঞনবা মপুক্লিংদা কন্না হোংনজরকই। বিলাস মদোম চৈনাখোল ফংহুনা চংখি. অহুবু চৈনাখোল হল্লবা মতমদদি মহাক মতোমদা লাক্লোই অমস্তুং মক্তমহুদা রাসবিহারীগা লোয়নরক্লগা চাউনা চমথোক্লবগী মতম অমা লাকখি, মাগী শৌকম খঙলোইদবা ওম্বোকপা শক্তম অমা কল্লনাগা শাগংলুবদগী মপুক্লিংদা মিকুপ অমগা শান্তি ফংন্রবনি।

হৌজিক অহল অহুনা তপ্না তপ্না চংগ্রবদা মাগী থম্মোয়দা নল্লবা নুংজাও অহু নাম্বখ্রে—মহাক্লা মতম অমদা নুপা অসিবু থম্মোয় শেংনা শ্রদ্ধা লৈরমই, হাকম অহুম্বু নিংশিংলক্লে, অহুগা করিগীদমক্তা অহুক শ্রদ্ধা লৈব্লবহু তপ্না তপ্না মাংখগ্রিবনো, মহুগী কুপ্লবা মরিকশিংহু উরকপগা লোয়ননা ওসি মঙোম্বা অরা-চৈথেং পীরে। অস্তুমস্তু থম্মোয়দা চিংনবা অমা কাওরক্লে, মহাক্লা অহল অসিগী মক্লবা অরেপ্পা মপুক্লিংবু খঙলুদবনা মাগী মরমদা পুক্লিংদা লাম্না লৌক্লবা ওইরম্বা য়াই, অহুগা মাগী নোঙ্গাগ্রবা মপাবুংগী আহ্বান। মাগী মপুং ফাজদ্রিবা থম্মোয়বু লান্ননা লৌহুনা মরাল অহুগীদমক রারৌরম্বা য়াই। মহাক্লা মতোমদা মপুক্লিংদা হন্না হন্না হায়জরকই, কদায়, মহাক্তি তশেংনা মরাল লৈরে হেক খঙবদা মচান্নুপাবু ফাওবা ডাকপিদে। থোইদোক্লহুম এ্রনা মাবু তরাই

তরাইনা ভাকপিহনা মাগী দপ্তি ময়েং তাহনখিদনবগীদমক মহাক্না হগ্না হন্না হায়জরম্লি।

অদুগা রাকম অমনা— অহল অদুগী হায়জ-নোঙবা খন্ন-মৈনবা পুন্নমক্তুগী মরক্তা রান্না থুপচাগনা ৈলরিবা ইঙ্গিত অদু খাইদগী ময়েক শেংলক্লে মহুদি, বিলাসকী মপাল নাইদবা মুংশিবা অমস্তুং মহুমক্তী ওইকম খোক্লবা ফল— শাথীনা খনবনবা।

হীরম অসি বিজয়া মশামক খঙদবা নত্তে, মহুবু মপালদগী থাকাইরুকপমা হৈথক হোরক্লনা থম্মোয়দা হৈথিল পীরে। অম্মুক কুইখসি মহাক্তী থম্মোয়গী কাচিন অমদা অদুম তাহনা ৈলজরম্মহু মপালগী চৈথেংদা পোমশাংনরক্লনা থম্মোয় থন্না শন্দোরক্লে। অদুনা রাসবিহারী চংগ্রবদা ফনা কুইনা ৈলরবা ফাওবা মহাক্লা রারী শারম্নগী খোংজল নাকোং অনিদা ভংহনা ৈলবনা বিজয়া তুম্মিন্না থোঙনাও মপান্দা অদুম য়েংহনা নুংবংননা ৈল। খম্মবনবা হায়বা পোংশক অসি সংসারদা মতম ৈলবশিবিক্তা নিন্দা তৌনরিবা অচুম্মমক্লি, অদুম ওইনমক নিন্দা তৌনিংঙাই ওইরবা পোংশক অদুনা ভসিদি বিজয়াগী মিস্তা বিলাসকী নিন্দা তৌনিংঙাই ওইবা কয়া কয়াগী মমি শামল্লে; অদুগা যেক্লবগুম খল্লম্না মথোয় মপামচা অনি অদুগী তমথীবা থৌদৌ কয়া অদুনা ভরাংগী মিংকুপ খুদিং পঙথকল্লম্মনি অমস্তুং থরাব পান্দবগুম ওইহল্লম্লবনি, অদুবু ভসিদি মথোয় অদুমকপু মশাগী মীনি হায়না খঞ্জবা ফংবদ নুংঙাইজবা পোক্লি।

কালিপদনা চংলক্লগা হায়রকই, "আজ্ঞাবেম্মা, অদু ওইরবদি হৌজিক ঐ লাক্লরোই হায়হনা চিঠি অমগা ইগ্রগে?"

বিজয়ানা তৌফম খঙদনা হায়রকই, "ফরে—"

কালিপদ চংখিগদবগী তৌরকপদা বিজয়ানা মহাকপু কৌরগা ঈকাইনা খঞ্জানবা হায়রকই, "অহু মত্তনা ঐ করি হায়গনি ক'লিপদ, চিঠি ইগ্রবনিনা মতম খল্লদি য়ুমদা লৈরক্রো। য়াফম অসি তোক্লসি, নঙস্থ অমুক্তং য়ুম য়ৌক্লরো— মতম কুইরবনি চংলুদবা করি হায়বগে ?"

কালিপদ মপুক্লিং চঙক্লে, অহৃবু য়ানিংলহ্না হায়রকই, "ফনি, ঐ গতম খবা চংচক্লরগে আজ্ঞাবেম্মা।

অসি হায়রগ্নগা মহাক চংগ্রবদা মশাগী অশোনবা অসিদা মওং অমদা য়াম্না ঈকাইজবা অমা ফাওরকই ; অহুবু মহুনি হায়হুনস্থ মাবু অমুক কৌবগা খাঙ্গস্থ ঙমদে। মশানা মশাবু ঈক'ইজরক্লে।

## বুম

চেকপলগী মতায় অমদা কা খরদা বিজয়াগী জমিদারীগী খবক শুনৈ, মহুগী মমাংমক্তদা মনা পুংলবা লিচু পাম্বী পরেং অমা হৌবনা লৈনবিবা য়ুমগী মথক্কী মাঙ্গোলদগী কাশিংহুগী অয়াম্বা শরুক উবা ফংদে। অহুদা নত্তনা নোংপোক থংবা চেকপলদা ফাংলিবা অপিকপা থোঙ অহুদা চংথোক-চংশিন তৌগ্রবদি কর্ম্মচারী কনানা কন্নগা মত্তমদা লাকপগে চংখিবগে হায়বা করিমত্তা খঙনিংঙাই পাম্লে লৈত্তে।

মহুদগী হৌনা দয়াল ইমুংদা চংলকখিদ্রে। থবক তৌবা ওফিস থাৱবপৱা কারস্তবরা পাউ অহুস্থ চিংনহমা মরম ওইহুনা বিজয়ানা লৌদ্রে, অহুগা রাসবিহারীস্থ মাইকৈ অদোমদা মমাই ওল্লকখিদ্রে, মহু বনাদস্থ করিগুম্না অমত্তা হংলুবা তৌদনা মশাগী অতাবীগী মতৌগুম লৌখ্রে। মহুগী মমুংদা নোংমতংদি অয়ুক্তা মিনিট তরাগীদমক রাসবিহারী বাবু উম্নবা লাকই ; অহুবু ইচম চম্না রা অমা অনি, অনা-অয়েকী রারী শারম্না নহনা অতোপ্পগী রা অমত্তা পন্দে।

মীওইবগী থম্মোয়গী রাদি ঈশ্বরতনা থগুলিবনি, অহুবু চিনবান থোগুগী অপেনবা অমস্থং অমত্তা ওইবগী মওংদা মহাক্তা মচাগী উকিল শাখি, বরিগুম্না অরোনবা মরম অমনা শবগুং অহু হোংহনথ্রে হায়বা থগুলহুনা বিজয়াগী থম্মোয়দা মুংঙাইতবা পোকলকই। শয়া হায়রবদা পুৱমক্তু পূল্লপ তৌল্লহুনা মুংঙাইতবা, লৈতাদবা অমগী মরক্তা মহাক মতম লেপ্লি। অস্থুমা মুমিং কয়ানি অমুকস্থ হৌখ্রে।

ঙসি মুংখিল মুমিদাংরাইদা বিজয়া য়ুময়াদা চেল্লিবা তুরেল মপান্দা অসিরায় ফাওবা কোইথোকলুগদবগী থোৱকই, অহল ওইরবা মায়েব মহাশয় খাতা মপুল অমা শেগাদা য়েপ্লহুনা মমাংদা লেপ্লরে, অহুগা নোল্লুকপগা লোয়ননা নমস্কার তৌরগা হংলকই, "ইবেম্মা, কদায়দনো লেংবিগদৌৱিবরা ? কহাই সিংদি কদায় ?"

বিজয়ানা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "অসিরায় তোর্ব্বান ফাওবদং চংথোকলুগে। ঙাক-শেনবগী দরকার লৈতে। এবু অদোমগী করি দরকার লৈবগে ?"

মায়েবনা হায়রকই, "খিঙনি ইবেম্মা। নত্রগনা হায়েংস্ত য়াগনি।" অসি হায়রগা মহাক হনখিগে তৌবমক্তদা বিজয়ানা নোক্লহনা অমুক হায়রকই, "দরকার করিগুম্না খরদা ওইরবদি হৌজিক হেক্তা হায়বিরোদনা। খাতা-নুংদা অহুক য়াম্না পুহনা কদায়দা চংপিরিবনো ?"

না'য়েবনা পুম্নমক্ত উংলহনা হায়রকই, "ইবেম্মাগী নাক্তা লাকচরিবনি। হৌখিবা চহিগী হিসাব লোইশিঞ্জরে — চানববা য়েংবিরগা সহি তৌবিয়ু। অহুদা নওনা বাবুমচানা হুকুম পী, চংথোক-চংশিনগী হিসাব খুদিংমক নুংতিগী ইবেম্মগী সহি লৌগদবনি।"

বিজয়া য়াম্না চঙক্লনা লাক্লনা মপালগী কাদা ফম্লরে। নায়েবনা মাগী মতুং ইম্নরক্লনা খাতাশিংহ টেবিল মথক্তা থম্নগা ফাক্তোক্কদবগী হোংনরকপমক্তদা বিজয়ানা খামহনা হায়রকই, "হুকুম অসি বাবুমচানা কৈদৌঙৈ পীবগে ?"

"ঙসি, অযুক।"

"ঙসি অযুক মহাক লাক্লম্নরা ?"

"মহাক্তি নুংতিগী লাকহ।"

"হৌজিক ওফিসতা লৈহৌবরা ?"

নায়েবনা মওক হাইরহনা হায়রকই, "ঐহু 'সিদা থারম্নগা মহাক হৌজিক্তা চংখ্রি!"

নুমিৎ অহুগী থোদোক অহ খঙদবা কনা অমত্তা য়াউখিদে। নায়েবনা বিজয়াগী য়াহংগী ইঙ্গিত খঙলহনা তপ্না তপ্না র' য়াম্না ঙাংলকই। রাসবিহারী নুংতিগী পুং তবামাথোই হেক তাবদা

ওফিস ক্বারকই ; কনাগম্মু থোইদোক্না ৱারী-ৱাত্তাই শাদে, তৌগদবা মথৌ তৌরম্নগা পুং মঙা হেক তাবগা মযুমদা হনখি। দয়ালবাবু মযুমগী অনা-অয়েক ফগিৱবমথৈ লাকপগী দরকার লৈতে হায়রগা ছুটি পীখ্রে, অসিনচিংবা কয়া হায়রগা মবেম্মদা খঙহন্নে।

বিজয়ানা ঈকাইনা তুম্মিন্না ৱা'পুন্না তাৱবদা খঙলে, বিলাসনা অনৌবা নিয়ম অসি খাংঙমদবা ৱারৌবগী থৌইনশিন্না চংলিবনি। অদুম ওইনমক অসিগুম্বা ৱাম্মু বিজয়ানা হায়দে মহৃদি, মতম অম্মুক কুইনা চংনরক্লিবা মহাক অদুগী সহি অদু ঙসিম্মু চংনগনি — মহাক মশাগী সহিগী দরকার লৈতে। থোইদোক্নুদুম হায়রকই, "ময়ামসি থনগ্নো, হয়েং অযুক লৌবিরো।" হাযরগা নরেবপু থাদোকপ্রগা মফম অদুদা চপ যুংনা ফমদুনা লৈ। মপান্দা মুমিংকী মঙাল অম্মুম অম্মুম পৈথরক্লে। অদুম ওইনমক মহাক চৌগৎপদি মরৈখিদ্রে। অ,কম্মু কয়া কুইনা মহাক অম্মুয়া ফমদুনা লেনখিগদগে হায়বা ঙমদে, অদুবু মনাই অমনা মখুঙ্গা থাউমৈ পায়দুনা চংলকপমক্রুদা খঙহৌদনা অমম্বদা মবেম্মবু উবদা চঙক-নখ্রে, বিজয়া মশামকম্মু অদুম্না ঈকাইবদুনা চৌগৎতুনা লেপ্লে, অদুগা মপান্দা থোরকপগা চপ যুংনা লৈখ্রে।

মমিঙ্গা উরিবা অদু মাগী কল্পনাগী ফাওবা ৱাংমদা লৈবনি। মহাক করম্বা মরমগী করিগুম্বা মওং অমদবু ওইৱবম্মু যুম অসিদা খোঙদারখিগদ্রা? অদুবু অমম্বা মরক্নুদা তশেংনা উরে, মুমিংতুগী সাহেব অদু মকোক্তা টুপি উপ্লদুনা চাউরাক্লা ফুট তরুক-মথায় ৱাংবা হকচাং অদু পুদুনা গেট লানশিল্লক্লে, অদুগা ইচম-চম্না করিমত্তা থৌশাদনা তপ্না তপ্না মাইকৈ সোমদা চংশিল্লক্লি।

ঙসিদি মহাক্কপু অমুক পুলিস-কর্ম্মচারীনি হায়না লাম্না লৌদ্রে অদুবু নুংঙাইবগী মপাল নাইদ্রবা মঙাল অদু মাগী মালেম শিন্না শন্দোরক্লিবা নিংবা কায়বা অমদি অকীবগী অমম্বনা মিংকুপ্পা পুময়োং য়োংশিন্নখ্রে। খোইজ্রিং-খোইদ্রাংবা লন্নীগী নাক য়েক্তা হৌরিবা উ-বানা খনজিনখিদুনা মাগী মশক উখিদ্রে, অদুবু মাগী খোঙউপ মখোলদি অস্নুম অস্নুম নকশিল্লক্লি। অহল ওইরবা নায়েব করিম্নু খঙদবনা থৌশাদনা অদুম চৎলি; খঙহৌদনা সাহেব উবদা ঙকচান্নরে, অদুবু সাহেবকী বাহং তাবদা শক খঙলবনা চিংনবা কোক্কুনা পাউখুম পীরকই, "হোয়, মহাক মপালগী কাদা লৈহৌই, হায়রদগা চৎখ্রে। বাহং অমস্নুং পাউখুম বিজয়াগী ন'কো' য়োৎখ্রে। ঙাইহাক্কুং লৈবগা ইমুংদা চংলক্নগা নমস্কার তৌবকই। চৈ অমস্নুং টুপি টেবিল মথক্তা থম্লগা নোক্কুনা হায়রকই, "উবিরেদনা ঐগী হিদাক্কী অঙকপা ফল! বাঃ!"

ঙাইহাক্কী মমাংদা বিজয়ানা মপুক্লিংদা খঞ্জরমই, ঙসিদি খঙলে, মহাক মমাই নোনখংপা ফাওবা ঙম্নরোই — বা অমঙা ফাওবা মচিন কাংদুনা খুম্না ঙম্নরোই, অদুবু অঙকপনি মসি, মুপা অদুগী খোঞ্জেল তাবমক্তদা মাগী নুংঙাইতবা চিংনবা 'পুম্না মুংশাগী মঙাল ফংবদা অয়ুক্কী লিক্লা তাকখিবগুম মাংখিবদা নত্তে, মাগী থম্মোয়গী অমম্বা কাচিন অমদা মখোল ফাজিল্লিবা বীনাগী তারদা কন্নানবো খুদোম্নীনা খংলরে, অদুগা মিংকুপ্পা মাগী নুংঙাইতবা 'পুম্না অঙকপা ওনখিদুনা বিজয়ানা হায়রকই, "কমদৌনা খঙবিবগে? ঐবু উবদরা, নত্রগা কনাগুম্নদগী তাবদগীরা?"

মরেন্না হায়বকই, "তাবদগীনি। করিগীনো ইবেম্মবু দয়াল-বাবুগী মফমদগী তাবিদবরা, ঐগী হিদাক্তি থক্রুবস্মু থবক তংখায় অমদি কাগ্নে।" হায়রগা মশাগী ফাগীদা নুংঙাইজহনা থিক থিক নোকপদা কাহ্ নিল্লক্লে।

বিজয়ানা খঙলে, মহাক দয়ালগী মফমদগী পুম্নমক তাহনা করেম্নগদবগী লাক্লিবনি। অহনা মরম চাদনা হৌনা নোকপা অসিদা মপুক্লিংদা শাউহনা অকনবা রা হায়রকই, "ওঃ — খঙলে, অহনা রাংলিবা তংখায় অহ্ যহন্নবগীদমক্তা চানবিহনা অমুক হিদাক ইবা লেংবিরক্লিবরা?"

তিং পান্দুনা নরেন নোকপা লেপখ্রে। হায়বকই, "শেংনা হায়জরিবসিনি, মসিদি ফজবা লিলা অমনি।"

বিজয়ানা হায়বকই, "খঙলে, অদুনা অহক হরাওবিরিবনিনে?"

নরেনগী মাইথোং মকশিনখ্রে। হায়রকই, "হরাওরিবা? শুপনং নল্লে। তশেংনমক রাফম অসিদি য়াদবা ঙমদে মহুদি, হেক তাবা অহানবদদি হাইফেং নুংঙাইবা অমা ফাওরমই; অহুবু মহুগী মতুংদদি থাগ্নেশেংনা থরায় রারকই। রাসবিহারীগী মওং মতৌহ্ থোইদোক্লা ফজদে তশেংবনি—মরম মচাদনা অরেম্বদা শাউ-গংলক্লুনা মীতোপ্পু ঈকাইবা পীবা, অহুবু মহুনি হায়হনস্মু ইবেম্মনা ঈকাইনিংঙাই ওইবা রা কয়া হায়বিখিনা অহুস্মু ফজদবনি। খন্দুনা য়েংবিয়ুদো, রাফম অসি মী খঙনগ্রবদি তুংদা য়াম্না ঈকাইবা অমদি নুংঙাইতবগী অচৌবা মরম অমা ওইরগনি। ঐবু থাজবিয়ু,

অশেংবা ৱাফম অদু তাবদা ঐ থোক্তদোক্লা নুংঙাইজক্রবনি। ঐগীদমক্তা ইবেম্মখোয়গী মরক্তা অসিগুম্না ফজদবা থোদোক অমা থোকখিবা—"

নুপা অসিগী থম্মোয়গী তুবরিংবদু উবদা বিজয়া ঙকশ্রে। অদুম ওইনমক করেম্নবগী মওংদা হায়রকই, "অদুবু নোক্লিংবদি থিংবা ঙম্লিদ্রেনে!" হায়বগা মশামকস্নু নোকথোরকই।

নরেম্না হন্দক্তি য়াম্না চীংলেম্না হায়একই, "ইবেম্মনা অদুম্না হেক হেক খনবিরিবা করিগীনো? তশেংনমক ঐ য়াম্না ৱারোৱমই। অদুবু মতম অদুদদি ঐ ইবেম্মখোয়গী মবমদা করিমতা খঙলমদে।" ঙাইহাক তুম্মিন লৈবগা অমুক হায়রকই, "নুমিৎ অদুমক্তদা মখাদা মাগী মপানা ৱা 'পুম্না খঙহল্লগা হায়রমই, খনবনবননি। দয়ালনস্নু ঙরাং অ২য়া হায়। তাবদা ঐ কথা ঈকাইজবগে হায়বদু ৱাহৈনা কোংদোকচবা ঙম্লোই: অদুবু অস্নুক য়াম্না মীয়াম মরকসিদা ঐবু খনবন্নিংঙাই ওইবা য়াবা ঐগী করি লেবগে, ঐ মতুস্নু খনবদা লাম্না ফংদে। ব্রাহ্ম-সমাজ চংপা ইবেম্মখোয়দি দরকার লৈরবদি ময়ামগা ঙাংন-শক্নরিবনি—ঐহাক্তস্নু ঙাংনরিবনি। মসিদা মহাক্লা অদুগুম্না দোষ করি উরবগে, মতু ঐহাক ঙসি ফাওবা ভাব তাদ্রি। অমবু ওইরবস্নু ঐহাকপু ইবেম্মখোয়না ঙাকপিয়ু—অদুগা ঈকাই-খুম্নবগা লোযননা হায়জরি, ইবেম্মখোয় নুংঙাইনা পানবা ওইসনু।"

মহাক্লা মশাগী শাজং পল্লবা ফাওবা বিজয়াগী নুমিৎ অদুগী লোনচং-শাজংকী মরমদা ইঙ্গিত খজিক্তস্নু উংলক্তে, বিজয়ানা

মতু খঙই। অদুবু মাগী মমৈগী রাতুদা বিজয়াগী মমিৎ অনিমক ঈরা চেল্লক্লে। মহাক্কা মমাই নৈথোক্লুনা করিগুম্বা মওং অমদা মপী থিংমনবা হোৎনরকই।

পাউখুম ভাইরুবা তৌদনা নরেন্না হংলকই, "ফরে, নুমিৎতুদা কালিপদ ষ্টেসন্দা খঙহৌদনা থারক্লুনা মাইক্রোস্কোপ অদু থিলহন-বিরকখিবতু করিগীনো হায়বিয়ুদনা?"

বিজয়ানা ফাজিল্লবা খোঞ্জেল শেংদোক্লগা হায়বকই," অদোমগী পোৎতু হন্দোকপা পাম্বিবতুগীনি।"

নরেন্না হায়রকই, "অদুবুদি ওইবা য়াই, অদুবু মমলগী রাদি মঙোন্দা খঙহনবিরক্লমাল্লে! অদু ওইরদি ঐ—"

বিজয়ানা হায়রকই, "পনখিদে। নাতুনা নৈবনা ঐ নিংশিং-লুদ্রে; অদুবু অকাওবা অদুগী দঙিদি অদোম্না ঐঙোন্দা হন্থনা পীরকখিবা নত্তে!"

নরেন্না ঈকাইনা হায়রকই, "অদুবু কালিপদনা হায়রম্বদি—"

বিজয়ানা মরক থৎতুনা হায়রকই, "মতু ঐ তাজরে। অদুবু মানা মচিন্থোক-মখাথোক পংহায় হাযজরবস্থু অদোমগী মফমদা খুদোল তৌননবা ঐগী থৌনা নৈরম্বা য়াই—অসিগুম্বা রাসি অদোম্না কমদোনা থাজবিক্লরিবনো? অদুগা তশেংনমক মতু করিগুম্বা ওইরবস্থু ঐ ইশামক্তা হকথেংনমা দঙি পীবিরখিদ্রিবা করিগীনো? করিগীনো মীনাইগী খুৎথাংদা ঈকাইবা পীবিরকখিবা? অদোমগী মফমদা ঐনা করি লানথ্রবগে?" রা ভাংনা ভাংনা চরম ফুনগংলক্লে।

নরেন্দ্রনা ঈকাইনা অমস্তুং থোইদোক্লা ঙক্লা বিজয়াগী মাইথোংদা য়েংলকই, মহাক মমাই লৈথোক্লুনা থোঙনাও মপাল্লোমদা য়েংলি। অদুনা মাইথোং মাগী মিংয়েংদা তাদ্রে, উরি শুপ্নগী মাগী ঙকশমদা শিরিবা হীরাগী লিক্লাংগী শরুক খরদং—মৈঙালনা য়ৈবদা মচু কয়াগী মঙাল থক্তোরক্লি। মবান্নিমক ঙাইহাক তুম্মিন তুম্মিন লৈনরবা মতুংদা নরেন্দ্রনা নুংশুক-নুংজানবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ঐনা মহুম্না তৌথিবহু চুমদবনি হায়না ইশানা খঙজররবা মতম অহুদদি ট্রেন থারে। কালিপদগী মরাপ করিনো? মঙোন্দা ঐ শাউরুবা চুমদবনি।" ঙাইহাক অমুক তুম্মিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "য়েংবিয়ু, থনবনবা হায়বা অসি কয়া ফজবনো হায়বা হৌজিক্তি ঐ ফজনা খঙলে। মহুদা মশাগী অনিংবহু হেনগংহনবদা নত্তুনা তমথীরবা লায়নাগী মতৌহুম অতোপ্পদস্তু লান্দাদনা তোক্তে। হৌজিক্তি মুন্না থঙলে, ঐবু থনবনবগুম্না অন্নানবা রাখল বিলাস বাবুনা করিগুম্না মওংদস্তু লৈফম থোক্তবনি। মাগী মপানস্তু মহুগীদমক ঈকাইবা অমস্তুং নুংঙাইতবা ফোংদোক্লকই; অদুবু ইবেম্মা তারবদি ঙকপা য়াই মহুদি. ঐ ইশামকস্তু মতমহুদা থোইনা লান্না লোক্লুদবা নত্তে।"

বিজয়ানা মমাই নৈশিল্লক্তুনা হায়রকই, "অদোয়া লান্না লৌবিক্লুরিবা করম্বা মওংদনো?"

নরেন্দ্রনা থোইদোক্লা লায়না অমস্তুং অচম্বা মওংদা পাউখুম পীরকই, "ঐবু অরেম্বদা ঈকাইবা পীবহুদা ইবেম্মা তশেংনমক নুংঙাইহনবিখিদে, মহু ইবেম্মগী রা তাবদা ময়ামস্তু থঙনগ্রবনি।

অতুগী মথক্কা রাসবিহারীবাবু মশামক্কা মচান্নুপাগী খনবনবা অতুগী রাফমতু পন্দুনা ঐবু নুংঙাইতবা তৌদনবা থামই, মতমতুদা খঙ-হৌদনা ঐগী নুংঙাইতবতু খঙহেন হেনগংপগুম তৌই। শোয়দনা মবম থরা লৈরমগনি, অতু নত্রবদি অম্মুম্না হেক্তা কনাবুস্মু তমথীবা হৌনদে, মসিদংদি খল্লমই। ইবেম্মদা তশেংনা হায়জরিবসিনি, অতুগী মতুং নুমিং মঙানি তরানিদি পুং কুনমরিগী মনুংদা কুনছুম-দোইদি শুপ্নগী ইবেম্মবুদং খল্লমই। অতুগা ইবেম্মনা নারিঙৈদা হায়খিবা রাহৈশিংতু নিংশিংতুনতা লৈ। অতুনা হায়জরিবসিনি— মসি করম্না তমথীবা অঙাও-চুবা লায়নানো! থবক শুবা-চৎপা লেপ্লি— অহিং নুংথিল অনিমক্তা ইবেম্মগী রাদমক খন্দুনা লৈ। মসিবু দরকার লৈবরনে হায়বিয়ুদো! অতুগা মতুংথক্তরা? নুমিৎ নিনি-ছুম্নিদি লম্নী অসিদা কোইচৎ চৎলি শুপ্নগী ইবেম্মবু উজনবগীদমক। নুমিৎ কয়ানি অম্মুম্না অঙাওবা ভূত অমা ঐগী লেংজুমদা তোংলমই।” হায়রগা মহাক নোক্লকই।

বিজয়াদা মমাই লৈশিন্দুনা য়েংলক্তে, রা অমত্তগীস্মু পাউথুম পীদে, তুশ্মিম্না হৌগৎলগা নাকনগী থোঙদা চৎখিতনা মনুংদা চংগ্রে. অতুগা মী অমগী মচিন্দা নোকপা মিংকুপ্তা তোকখ্রে। মহাক্তা চৎখিবা অমম্বা লম্নী অদোমদা মমিং কুপ্তুবমথৈ য়েংতুনা নবেম্না তৌকম খঙদনা খল্লকই, খঙদবদগী অমুকস্মু করিগুম্বা অনৌবা মরাল অমা লংশিল্লমালে।

মরম অতুনা মীনাই অমা চংলক্লগা “লেংবিখিগনু, চা লোঞ্জরি—” হায়রবা মতম অতুদা মপুক্লিং লাংতক্লনা হায়রকই, “ঐগী চা হোংনবিক্রবগী কান্নবা লৈতে।”

"অদুবু আজ্ঞা-ইবেম্মনা লেংশিন্নবিরমখো হায়রকই।" হায়রম্লগা মীনাই অদু চংখ্রে। মসিস্তু নরেন্দ্রা থোইনা ঙক্কনা থোক্লে।

মিনিট তরামঙারোমগী মতুংদা মীনাইনা চা অদুগা মশামক্তা চাননবা হ'ঙ্খা পাত্র পাযদুনা বিজয়া চংলকই। মহাক্তা লিশিংলক হন্না হোংনদুনস্তু মাইথোংদা কপ্লুবগী তারিবা মমি অদুদি কোকহনবা ঙমদে, মদু মযেক শেংহ্নাওবা মঙালদা কনানস্তু অমুক উদবা যাই — অদুবু ডাক্তরগী কুপ্পবা মিংযেংদা মদু লোৎপা ঙমদ্রে; অদুবু হন্দক্তি অমুক মহাক্তা পুক্লিংগী রাখল পাক হেক ফোংদোক্লে। থুমিং থবনিদংগী মথুংদা মহাক হীরম কয়াদা চেকশিনবা তম্লরবনি। শক থঙনদবগুম ওইরিবৈ মতমদুদা নোংমা থম্মোয়গী মচন্না ঈথক অমস্তু, অশাম্নগী তথকপা থুদুম চনবা ঙমদদুনা মথুংমক্তা বিজযাগী মাইথো, থাংগৎন্নি, ঙসিদি মহাক্কী অদুগুম্বা থৌনিং অদু ওইদ্রে। মহাক তুম্মিন্না লৈ।

টেবিল মথক্তা চা থল্লগা মীনাই চংখ্রে। বিজয়া মাগী নাওা চা থল্লগা থম্না হন্দোক্তুনা ফম্লে। নরেন্না খুদক্তা পাত্র অদু চিংশিল্লগা চাবদা অস্তুক্বা মতিক মণুক্লিং চংই মদুদি, মহাক মদুগী দমক ঙাইদুনা লৈবগুমই।

মিনিট মঙা-তরাক তুম্মিন্না লৈনরবা তুংদা বিজয়ানা হাম্না রা ঙাংলকই। অচিকপগী অরোনবদু অমুক থাংউমজ্রদুনা খঙহৌদনা নমদুনা নোক্লগা হায়রকই, "কদায়, অদোমগী অঙাওবা ভুত অদুগী রা লোইশিন্দ্রিনা?"

থোদোকসি পূগ্নৌ নৌবনি। বিজয়া চিঠি ইরি; মমাই মোনখংলক্তনা হায়রকই, "চংলকউ হায়য়ু।"

মাগী থম্মোয়-নূং মফম খঙদনা তনিল্লক্রে; অহুবু বিলাস চংলকপমক্তদা মহাক্না হৌগংলগা ফিঙ্গংতনা তপ্না হায়রকই, "লেংশিনবিরকউ।"

বিলাসনা ফমথরগা হায়রকই, "থবক চিনবনা লাকপা ঙমহৌদ্রে, নহাক হকচাং নুংঙইরেদনা?"

বিজয়ানা হায়রকই, "হোয়।"

"হিদাক অহু শিজিন্নরিবরা?"

বিজয়া পাউগুম পীদে, অহুবু বিলাসনস্থু রাহংহু অমুক হন্না হংদনা অতোপ্পা রা হৌদোরকই। হায়রকই, "হয়েং অনৌবা চহিগী অহৌবা নুমিংনি—ময়াম তীন্দুনা হয়েং অয়ুক ঈশ্বরগী নাম ঙাইহাক শোনবা পামই।"

বিজয়ানা অমুক হং-খোংপা তৌদ্রে, রাসি তাবদা বিজয়াগী থম্মোয়গী পোংলুম থাংথগ্রবগুম তয়াং-তয়ালে। মহাক্না হন্নাওনা হায়রকই, "মহুদি য়ান্না ফবা রানি।"

বিলাসনা হংলকই, "অহুবু মরম খরা লৈবনা মন্দিরদা চংপা খুদোংচারোইদৌরি। করিগুম্বা নহাক্কী য়ানিংদবা লৈত্রবদি ঐদি 'সিদা অস্থম—"

বিজয়ানা খুদক্ত য়ানিংবা উংলকই, অহুদা নত্তনা মহুবু পামজবস্থু ফোংদোক্লকই। হায়রকই, "অহু ওইরবদি য়ুমনি হৈ-লৈ, উনা-রানানা খরমথৈ লৈতেংবা ফজরোইদ্রা? অদোমগী

পোৎলুম মখুৎনা থাংগৎচরে অমস্থং থোদোক্না উৎলিবা অদুগুম মহাক মশাগী অশেংবা শাজত্তি অদুক হাক্লা হম্বা নত্তে, কনাগস্থু করিস্থ য়েংনরুবা তৌদনা মহাক মশানা মতুম্না মপুক্লিংদা লৌজরে। মতুদা নত্তে, থম্বরুদবা থৌজালগা লোয়নবা মস্থুস্থ ঙসি মহাক মশানা লৌজরে মতুদি, বিলাসকী অদুগুম্বা ফিভমদা তারবদি জগৎকী অয়াম্বা নুপা পুম্নমক অতোপ্পা মওংগী শাজং উৎপা ঙম্লোই। মহাক্না নুংশিজরি অদুগা নুংশিবা অদুগী মরালনা মাবু থৌওইবি-খিদে অমস্থং দগ্তি ফংহনখি, অস্থুম্না হম্না হম্না থন্দুনা ঙসি মহাক্না মীনুংশি তৌল্লবা চানবিবনা মাবু ঙাকপিরে।

অয়ুক্তা চৌগৎপদা তারে, বিলাসনা ফনা কুইনগী মমাংদা মী থরা পুরক্লগা য়ুম অদু লৈতেংলি। থুনা য়াংনা মফি-মরোল হোংতুনা মখাদা কুমথরক্লগা হায়রকই, "ঐবু কৌহনবিরদ্রিব করিগীনো ?"

বিলাসনা খোঙ্গেল মেংনা হায়রকই, "করি কান্ননি !" —

বিজয়ানা নোকফেং তৌহুনা মাইথোং মকা লাম্না থম্নকই, "থঙজরে ঐদি থবক চংগদবা মীত্তা নত্তে, অহনা মসিদা থজিক্ক ফাওবা নতেং পাংজবা ঙম্লোইদ্রা ? ফরে, হৌজিক ঐহাক বি তৌ হায়বগে তাকপিয়ু ?"

মতম কুইনগী তুংদা বিলাস ঙসিদি নোক্লক্লে, হায়রকই, "ঐখোয়না তৌরিবা থবক অসিদা অশোয়-অঙাম য়াউববা নত্তে য়েংশিল্লু।"

"ফনি," হ'যবগা বিজয়া মোমোন তৌনা সোফাদা ফমথররে। ঙাইহাক্তু' লৈরগা হ'লকই, "চ'নবা শিনবিগ্রেদম। ?"

বিলাসনা মমাই লৈশিল্লক্লগা হায়রকই, "পুম্নমক নিংথিনা শিল্লে—করিস্থ খল্লুনিংঙাই লৈত্রে।

"ফরে, মাইকৈ অদোমদা ঐ চংলুগেদনা ?"

"অদুনা ফরে।" হায়রগা বিলাস অমুক থবক্তা মপুক্লিং চংখ্রে।

অয়ুক পুং নিপালগী মনুংদা শিনবা-লাংবা পুম্নমক লোইশিল্লে। মরক অসিদা বিজয়ানা কযারক হল্লা লাক্লুনা হীরম মচা-মত্তু ফনা য়ায়া বিলাসকী পাউতাক লৌরৈ — কদায়দস্থ য়েংনবা লৈতে। ফনা কুইনদগী ন্নংঙাইনরক্তবা পুম্নমক করম্বা কালদনো কোকখিদুনা। ন্নারী-য়াতাই শানবদা অস্তুকী মতিক চমখ্রে অমস্থং অপনবা লৈখিদ্রে, মদু মবানি কনানস্থ ভাব ফাওবা ওইখিদ্রে।

বিজয়ানা নোক্লুনা হায়বকই, "ঐবু তশেংনা মীরেম্নি খন্দুনা থোীশাবিদে, অদুবু ঐনস্থ অদোমগ অশোয়বা অমা উবা ফংলে।"

বিলাসনা হাইফেৎ ঙক্লা হংলকই, "মীরেম্নি হায়না অমুক্তস্থ মাখদে, অদুবু ঐনা শোয়বিবদি করিনো ?"

বিজয়ানা হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈবিবদি চ উবাক্লা মী মবিচাদনি, অদুবু চাননবা লা'লিবদি মী কুনগীনি হায়বসি ঙবিরিনিনা ?"

বিলাসনা হায়রকই, "মদুবুদি ওইরম্লা য়াই। বাবানা মহাক্কী রূপ-মপাং থরা নিমন্ত্রণ তৌখি।"

বিজয়ানা শাথীনা ঙক্লা হায়রকই, "কদায়, মদুদি ঐঙোন্দা তাকপিখিদেনা ?"

বিলাসি মশামক্তুম্ তক্কুনা হংলকই, "সিদগী ঙরাং হল্লবা মতুংদা পাবুংনা চিঠি ইদুনা থঙহল্লক্লা ?"

"থঙহল্লক্কে।"

"অদুবু মানা তশেংনা হায়বদি—" বিলাস চপ লেপখ্রে।

বিজয়ামা হংলকই, "করি হায়বগে ?"

ভাইথীক তুম্মিন নৈরগা বিলাসনা হায়রকই, "ঐনা জায়না তাবশু ওইরম্বা য়াই।"

বিজয়ামা অমুক কন্নিঙনা য়াংং অমত্তা হংলুব্রে; অদুবু মাগী থম্মোয়-মনুংগী হরাও-মঙাল থঙহোদনা নৈচিন্না থমজিনখ্রে।

পুংথায় অমগী মতুংদা রাসবিহারী মশামক থুংলরে, অমসুং পুং মাপল তাবা কাওবগী মনু দা নিমন্ত্রণ তৌখিবা মাগী মরুপশিং অমমম য়েৌরক্লে। মখোয় পুম্নমক ব্রহ্ম-সমাজগী মীওই ওইরাক নত্তে, থোইদোক্লা মখোয় রাসবিহারীনা কন্না হায়জবা হিক্লোকপা ঙমদদুনা লাক্লিবনি।

রাসবিহারীনা মখোয়বু য়াম্না তরাম তরাম ওকই, অমসুং বিজয়াগা মখোয়গা শক থঙননবা শক তাকপদা থিন্দনা শুপীমচা অসিগা মখোয়গা অচেংপা মরি লৈনবগদৌরিবা অদুগী ইঙ্গিত পীদনা তোক্কে। বিজয়ামা খোঙ্জেল তপ্না ঈকাই-খুম্নবা উংতুনা মখোয়বু ফম্মিনবা হায়জে। অসুম্না লৈবাক-মচাতাবগী চৎনরোল উংপদা মাগী মথৌ য়াম্না চিন্নিঙে মতম অসিদা লাপ্তুক্না অথুবা লম্বীদা দয়াল বাবু লাকপা উরে, অদুবু মহাক মতোমদা নত্তে, শক থঙদবী মথোক কারক্লিবী অমা ঙসি মহাকা লোয়নরকই। শুপী-মচা অসি মশক ফজে, চহি হিজয়াদগী থরা হল্লমগনি নিংই।

মনাক্তা চংলক্লগা নুপীমচাহ্ মাগী মমৌ নুপীনি হায়না শক তাক্লে। মমিং নলিনী কৌই, কলিকাতাগী কলেজ অমদা বিঃ এঃ তম্লি। হৌজিক কালেন ছুটি থাদ্রি, অদুবু মনে নাবগী সেবা তৌনবগীদমক মামাগী নাক্তা লাকপা নুমিং নিনি শুরে।

নলিনীবু বিজয়ানা কলিকাতাদা শুপড উখিদবদি নত্তে, অদুবু রারী-রাতাই শানখিবদি লৈতে। অদুম ওইনমক শক খঙবা খঙদবা অমুক য়াম্বা নুপাশিং অসিগী মরক্তা মহাক্তনা মাগী মফমদা খ্বাইদগী চান্নবা ফীশক ওইবগুম তৌই। বিজয়ানা মহাকন্দু চিংশিন্দুনা ইমুংদা পুশিল্লক্লে, অদুগা মনাক্তা ফমহন্দুনা চান্নবা হৌরকই।

লাই খুরুম্বা পুং মাপল-মথায়দা হৌবগী রা লৈবনি। মতম খরা লৈরিবনা ময়াম মাঙোন্দা লেপ্তুনা রারী শারি, মতম অসিদা রাসবিহারীনা ইমুংদা ওাংবা তারকই। মহাক্না থোইদোক্না তবাম তরাম্না কনাদনো হাযরি, "চংলকউ ইবুংঙো, চংলকউ। নহাক্তি থবক য়াম্না চিনবনি, মতুদগী নাম্থোক্তুনা নহাক লাকপা ওমগনি হায়বা থাজদবনি।"

ঈকাই-খুম্নবা উংলিবা মীশক অহ্ কানানো খঙননবা মমাই লৈথোকপদা মাংমক্তদা নরেনবু উরে, অদুবু থাজবদি পাক ওমদে। নলিনীনা মমাই লৈথোক্লগা ওক্লা কৌরকই, "নরেনবাবু।"

রাসবিহারীনা মাবু কৌবনি, অদুগা মহাক নিমন্ত্রণদু ওাকপা লাক্লিবনি। থোদোক অনি অমুক্কী মতিক রাখলগী রাংমদা লৈবনি মতুদি, বিজয়াগী রাখলগী শক্তি 'পুম্ব মথক-মথা ওনগ্রে। মহাক অমুক মাইকৈ অদোমদা মমাই লৈথোক্তুনা য়েংলুবা ওমদ্রে, অদুবু

মপামচানা ঈকাই-খুম্নবা উংপা ময়েক শেংনা তাই, অমসুং থংনবা মিংকুপ্তা মখোয় অনিবু রাসবিহারীনা য়ুময়াইদা পুশিনখ্রে; লোয়ননা মী কয়াসু চংশিনখ্রে। মতম অসিদা অহল অহনা তপ্না খোঞ্জেল লুপ্না পাখং অনিহুদা হায়রকই, "নখোয় নখোয়গী নপাগী মরিদগী নবানি নচিল-ননাওনি হায়বা রাফমসি ঙসি নখোয়দা এনা থঙহন্নিংই বিলাস। বনমালী চংখ্রে, জগদীশ চংখ্রে, এবুসু কৌররে। তাইবংপান অসিদা এখোয়গী হকচাং অসি নত্তনা অতৈদি খেন্নবা অমমুক লৈতে, রাফম অসি হৌজিক মতমগী নহারোলনদি খঙল-রোই—খঙবসু ঙম্রোই—এ তাকপসু পামদে। অহুবু ঙসি চহি হৌবা পুণ্যগী নুমিং অসিদা নখোয় অনিদা মসিদংদি হায়নিংই মহুদি, নখোয়গী য়ুমগায়বনা মরম ওইহুনা হনুবা এগী লেমহৌরিবা পূন্সিগী নুমিং থরনিদং অসি অমুক মমহল্লগনু—" মমৈগী রাহৈ খরা অসি হায়বদা খোঞ্জেল নিকই মহুদি, কপ্লিংবনা খোঞ্জেল ফাজিনগ্র-বগুম্মী। নরেন খাংঙম্লক্রে। মহাক্না চংশিল্লগা বিলাসকী খুং অমা পায়হনা চিংশিল্লগা থাম্মায়গী ঈথক্না লোয়ননা হায়রকই, "বিলাস বাবু, এগী ইন্নাল 'পূন্না ঙাকপিয়ু। ঙাকপিয়ু হায়জরি।"

মহুগী পাউথুমদা বিলাসনা নরেনবু চেজেং কোন্দুনা হায়রকই, "লাল্লিবদি এনি নরেন। এবু মহাক্না ঙাকপিয়ু।"

রাসবিহারীনা মমিং উইশিন্দুনা খোঞ্জেল নিক্না শোঙ্খাংননা হায়রকই, "শক্তি 'পূন্নগী তুংনকম ওইবা – হে অথেইবা ইপা— পরমেশ্বর! চানবিবা, নুংশিবিবা অসিগীদমক নঙগী শ্রীপাদপদ্মদা এনা হন্না হন্না খুরুমজরি!" অসি হায়রগা মহাক্না মখুং অনি

লোয়রতুনা মরাইবক শোকই, অদুগা মফি ফিজিনা মপা তেথোক্লগা হায়রকই, "ঙসিগী অফবা পুংফম অসি নথোয় অনিমক্কী পুন্সিগী মাংদবা ওইরসনু। ময়ামস্তু আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু।" হায়রগা মহাক্না চঙক্লরবা অতিথি ভদ্রলোকশিংগী মাইথোংদা য়েংলকই।

দয়াল নত্তুনা কনাস্তু করিস্তু খঙদে; মরম অদুনা থম্মোয় শোকপা তুথুকপা রাঙাংগী মনুংগী অশেংবা রারোল খঙবা ঙমদবনা তশেংনা ঙকপগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। রাসবিহারীনা মিংকুপ্তা মদু খঙদুনা মথোয়দা য়েংদুনা খোইরুম মোমোন তৌনা হায়রকই, "কাল্লে ফু কান্দ্রে ফু, ঐস্তু মদুমক ওইরে। 'সিস্তু ইচানি, মাস্তু ইচানি—"হায়দুনা নরেন অমস্তুং বিলাসপু মিংকী ইঙ্গিতনা উংলগা হায়রকই, "ঐগী খুং য়েংতা নাবগুম ওইদস্তু নাই, অদুবু ঙসি অসে ময়ামগী থৌজালদগী ঐগী য়াম্না নুংঙাইবা লুমিংনি! ঐনা অমুক করি হায়গনি!"

মনুংগী থৌদোক নমু তানা খঙলুদ্রবস্তু মদুগী পাঙথুম ওইনা ময়ামগী মফমদগী হরাওবগী শেংফাত্তনা মওং অমগী খোঙ্খোক অমা থোরকই।

বাসবিহারী মরু লুকচান্নবা অমুক মমিং উইশিন্দুনা মনাক্তা লৈবা আসন্দা রা ঙাংদনা ফমদুনা লৈরে। ঈংলবা চীংলেম্না মাইথোং অদু উবদা কনাস্তু ঙাব তাবা ঙমদবা লৈরে মদুদি, মাগী প্রশ্নোয় কোংঙমদ্রবা রাথল-ঈথক্লা অস্নুকী মতিক থুমহংরে মদুদি, রাইহেগী মফম মচেং অমত্তা লৈরে। দয়াল ঙৌরবা মকোয়দা নাল্ল-নাল্লদুনা হৌগংলকই, অদুগা ভগবত উপাসনা

হৌবগী রাহৌদোক ওইনা হায়রকই, "চান্নদবা থম্মোয়গী তীন্নবা মতমদুদা ভগবান লেংশিল্লি। মরুম অদুনা ঙসি মযমসিদা অথোইবা ইপানা ঙাম্মোইবিবরগী মরিদা চিংনরুনিংঙাই কবিশু লৈরে।"

অদুগী মতুংদা চহি হৌবগী মিনিট তরামঙারোম চংনা উ' াসনা তৌবরই। মশাগী তাং যাউদবা থাজবা অমস্তুং থম্মোয শেংনা ভক্তি লৈবা মরম্না মহাক্না হায়বা পূন্নমক অচম্বনি অমদি অথোইবনি হায়না ময়াম পূন্নমক্তী থম্মোযদা যাওই। মযাম পুন্নমক মপী ঈরা চেল্লি ; অদুবু রাসবিহারীগী উইশিল্লিবা মিঙগী পাঁ জব জব শিন্থরি—লোইরবা যাওবদম্ভ অ০ম যমদুনা লৈ। মহা'ক অন তাবরা তাদববা ফনা কুইনা 'লববা যা'ওবা খঙবা ঙমদে।

অদুগা মী অমা, মপুক্তি'গী রা খ ্বা ঙমদে--মহাক বিজয়ানি। মতম পূন্নমক্তা মহাক মক লুকখ০না ন'গী মৃদ্ভি গুম লেংদনা ফল্লি। অদুগী মতুংদা মমাই নোনখৎলকপদা মাগী মাইথোং তাইফেং তাইনা উই।

দযালগী ভক্তিগী তুখুকপা খো'জেলগী খে ম্বাং মতম অদু যাওবা মী অযাম্বগী থম্মোযদা 'যররি, অসিগুম্বা মতম অসিদা রাসবিহারী মমিং পাংলকই, অমস্তু' হৌগ'তুনা লেপ্পগা পীনা ফুনগংলবা খো'জেলনা হায়বকই, "ঐদি ল'ইনিং অ০গী শক্তি 'লতে, অদুবু দযালগী মহাকাব্য কয়াগী মতিক চুম্বগে হা'য়বা ঙসি ভাব তাবা ঙম্নে। চান্নবা থম্মোয়গী তীন্নযমদা অমত্তা ঙাইরবা অনিঙ্ দ্রবা নিরাবার পরব্রহ্ম যাওই, ঙসি মহু থম্মে য়-পুংদা তশেংনা

উজহুনা ঐগী পুন্সি মহৈ য়াল্লে।” অসি হায়রগা চংশিন্দুনা দয়ালবু কোল্লগা খোঙ্গেল নিক্না হায়রকই, “দয়াল ! ভাই ! মসি শুপ্নগী নহাক্কী পূণ্যতননি, নহাক্কী আশীর্ব্বাদতননি।”

দয়ালগী মমিং পীনা খুমহৎলক্লে, অদুবু মহাক ব্রা ঙাংবা থোক্রুহুনা তুম্মিন্না লেপ্পুনা লৈ।

থংনবা কাদা চান-থক্লবা মরাং-কায়না শিল-লাংলি। হৌজিক বিলাসনা ইঙ্গিত পীরকপদা রাসবিহারীনা মাবু খাম্লগা অতিথিশিংদা হায়রকই, “ময়ামদগী ঙসি হীরম অমদা ভিক্ষা নিজবি। হৌজিক ঐনা বর-কন্যা অনিমক্কী মপানি। থা অসিগী অরোইবা চযোলদা পূর্ণিমা নুমিত্তা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লে— ময়াম্না থরায়-হকচাং য়াউনা আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু অফবা থবক্তা অকায়-অতোয় থোক্তনবা।” অসি হায়রগা সনাগী খুজি পোপ-চাওবী জোড়া অমা পকেটতগী লৌথোক্লগা দয়ালদা পীরকই।

দয়ালনা অনিত্থু লৌরগা বিজয়াগী মনাক্তা চংশিল্লরগা মখুৎ তিংথোক্লুনা হায়রকই, “অফবা কর্ম্মগী পাউজেলদা পুক্লিং অনি লোংদনা য়াইফবা ভগবান্দা নিজরি ; নুপীমচা, খুৎ অনিত্থু অমুক্তা য়েংগে।”

অদুবু মাইথোং লুক্না অশাবা মূর্ত্তিগী মতৌগুম চপ য়ুংনা ফম্লিবী মহাক্তি হায়রিবসি তাদ্রমাল্লে। দয়ালনা অমুক হন্না হায়রকই, অদুম ওইনক মহাক লেংদনা অদুম ফম্লি। নলিনী মনাক্তা লৈ, মহাক্না মামাগী রাখল খঙহুনা নোকফেৎ তৌনা বিজয়াগী মখুৎ অনি পায়হুনা থাঙ্গংলক্লে, অদুগা দযালনা খঙদবনা

ওং-নৈবগী হাতকডি জোড়া অমা আশীর্বাদকী নিংখিরবা খুজিংগি খন্দুনা হান্থবগুম্নবী নুপীতুগী মপাঙ্গল য়াউদ্রবা পঙথরবা মথুং অনিদা অমমম শিজিনবিখ্রে।

অদুবু কনাম্ভু করিস্থু খঙদে। থোইদোক্লদুম মতুবু লেমজ-নিংঙাই ওইবা ঈকাইবনি হায়না মথোয়না লৌই, অদুনা মতুবু মশানা তাজবা অমদি ওইফম থোকপনি খন্দুদা মথোয হরাও-তয়াম্লি, অমস্তুং আশীর্বাদকী যাইফ-পাউজেলনা কাদু ইন্নিল নিল্লক্লে।

চাব-থকপা লোইরবদা মতম থেংলে হায়দুনা অযাম্বনা অমমম বিদায় লৌদুনা চংনখ্রে। মতম অদুদা বিজয়ানা কমদৌনা থম্মোয় ফাজিন্দুনা অতিথিশিংগী ঈকাই-খুম্নবা ঙাকপগে হায়বদু ঈশ্বর নওনা মী অমখক্লা খঙই, মহাক অদু রাসবিহারীনি, অদুবু মহাক্লা মতুগী ইঙ্গিত মচেং অমত্তা উংতে। চাব-থকপা লোইরগা লবঙ্গ অমা মচিন্দা উম্নগা মোমোন নোক্লা হায়বকই, "নুপীমচা, ঐ চংলগে। হনুবদি নুংশা হাইগংলক্লবদি খোঙ থাংবা থেক্লে।" অসি হায়রম্নগা অমুক আশীর্বাদ মপৈ অমা পীরম্নগা মকোক্তা ছাতিন খনগংতুনা তপ্না তপ্না মপান্দা থোকখ্রে।

ময়াম চংখ্রে। অদুবু বিজয়া অমস্তুং নলিনী মতম অদু ফাওবা মপালগী মাঙ্গোলগী মচি অমদা র'বা শাবি। বিজয়ানা হায়রকই, "অদোমগা রারী শানবদা কয়া নুংঙাইগে হাযবদু ফোংদোকপা ঙমদে। সিদা লাকপদগী ঙাইহাক্তা রারী শাফম লৈতনা ইতোমদা লৈরক্লিবনি। অদোয়া পাম্বিরবদি মতম ফংবগা হেক্লা লাকপিযু।"

নলিনীনা হয়াওনা য়ানিংবা উৎলকই।

মতম অদুদা বিজয়ানা হায়বকই, "ঐস্থু হোরেল নুংথিল অদোমগী ইনে-বেম্মগী অমাবা হংবা লাক্কনি।" অদুবু মতমদুদা নুংশাবোমদা য়েংদুনা হাইযেং যিংনা হায়রকই, "দয়ালবাবু শোয়দনা ঙযিস্তা চংখিরক্লগনি, বোইহল্লগে।" হায়রগা মীনাই থিগদবগী মখোঙ থাংগে তৌবমতুদা নলিনীনা খামদুনা হায়রকই, "মামা হৌজিক যুমদা হনখিরোই, হোবেল সন্ধ্যাদা হনগনি।"

বিজয়ানা ঈকাইনা হায়বকই, "রাযমসি ঐঙোন্দা হান্না তাকপিদ্রিবা করিগীনো? ঐ চৌকিদার বৌজগে—মানা অদোম্নু—"

নলিনীনা হায়রকই, "নত্তে, চৌকিদার বৌবিরুনু ঐ নরেন বাবু ঙাইজবিবনি। মহাক মখায়গী মামা অমুক্তা উন্নরুগে হায়দুনা চংখিবনি, হৌজিক য়ৌবরগনি।"

বিজয়ানা ঙক্লুনা হংলবই, "অদোম মাগা পরিচয় খঙনবিবোইবে? কদায, ঐদি খঙদেনা!"

নলিনীনা হায়রকই, "পরিচয় থোইনা করিস্থু লৈতে। শুপ্নগী নহাল মাংগী চিঠি ফংদুনা লাকপদা হৈসন্দা মহাক্কা থেংনবনি। মহাক্কা লোয়নদুনা 'সিদা লাকমিন্নে।"

বিজায়ানা হায়ববই, "ওঃ—মদু ওইরে?"

নলিনীনা হাযববই, "হোয, অদুবু অঙকপা মীনি। নুমিং নিনিতদা মতম বুইনদগী খঙন-চান্নরকপা মীশক ওইরে, হৌজিক ঐখোযগী আদা মহাক ইরু-মাইথবগা নুংথিল কলকাতাদা চংপা ঙাবে। ঐখোয়গী ইনেবেম্মনা মাব্নু হেক পোকচবা মচাগুম লুনা তৌই।"

বিজয়ানা মঙক নোমহনা অসিতমক হায়রকই, "হোয়, অঙকপা মীনি।"

নলিনীনা হায়রকই, "নহাক্না পুকচেল তীন্নদবা মী লৈরমগনি হায়বা ইমিংমক্না উত্রিমখৈ থাজবা ঙম্নমদে। ঐ য়াম্না নুংঙাইয়ে, ঙসি বিলাস বাবুগা মহাক্না চান্নরে; অদুবু অঙকপনি বিলাসবাবুগী মপান্থ। ঐখোয়গী সমাজদা মাগুম্না ঙাক্না ওইননবা হোৎনবা চুমই হায়না খল্লি। বিলাস বাবুগী আদর্শ অসি ব্রাহ্ম-সমাজগী যুম-যুমদা ঙাক্পরবা নুমিৎ অদুদা ঐখোয়গী ব্রাহ্ম-ধর্ম্ম মহৈ ম্নাঙ্গে খঙলগনি। কবি হাযবগে? চুমদবরা?"

লাপ্তক্না উরে, নরেন মথুক্তা টুপি পায়দুনা মাইকৈ অদোমদা লাক্লি। বিজয়ানা নলিনীগী বাহৈগী পাউথুম খৈদোক্লুনা মাইকৈ অদোমদা মাগী মিংয়েং চিংশিনহন্দুনা হায়রকই, "আদা মহাক লাক্রে।"

নরেন্না মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হাযরকই, "চৈত্নক অসিদা নখোয় য়াম্না চান্নরব্রেদনা। তশেংনমক ঙসি চহি হোবা নুমিৎ অসি ঐগী য়াম্না ফবা অযুক্কি! ঙসি অযুক য়াম্না নুংঙাইনা লেপ্লে। চহি অসি'মা য়াইফবগনি হায়বা খঙলে; অদুবু ইবেম্মবু অদুক নুংঙক নুংজাননা উরিবসি করিগীনো হায়বিগদনা?"

বিজয়ানা শাউরংনবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "নো'মগী মনুংদা হাহং অদু কয়ারক দরকার লৈবগে তাকপিযু?"

নরেন্না নোক্লুনা হায়রকই, "অমুকস্তু হংজরি? নক্তে, মদু থম্নসি। ফরে, পাক হেক্তা অদুক শাউরিবা বরিগীনো তাকপিয়ু? মদুদি ইবেম্মগী অচোবা দোষনি!" অসি হায়দুনা নোক্লকই।

বিজয়ানা মশামকস্থু করিগুম্বা মওং অমদা নোক্লিংবা থাংহনা চীংলেম্বা শাশিন্নহনা পাউখুম পীরকই, "হৌরম অহুদা মীপুম খুদিংমক ডাক্তর বাবুগুম দোষ লৈতবা ওমগনা? অহুমকপু য়েংবিয়ু, কালিপদগী মতৌগুম্বা মীবু থীনা ওাংনগনবা মীওই কয়া লৈ, মখোয়হনা বাবুগুম্বা সাধুবু ফাওবা শাউগনবা মীনি হায়না নিন্দা তৌই।"

কালিপদগী মমিং তাবদা নরেন্না হৌনা নোক্লকই। নোকপা লেপ্লগা হায়রকই, "ইবেম্মা য়াম্না ৱারৌ চাওবীনি, করিগুম্বদস্থু কনাগী মরাল ওাকপিবা ওমদে। 'মীওই কয়া' অসিদা কয়াহ্ কনানো তাসি। কালিপদগা ইবেম্মা নশামক্কা, অসি নত্রা?"

বিজয়ানা মঙক নোমহনা হায়রকই, "অহুগা ষ্টেসন্দা উখিবা মখোয়হস্থু।"

নরেন্না হায়রকই, "অহুগা?"

বিজয়ানা হায়রকই, "অহুগা অতাবা মখোয় অহুস্থু।"

নরেন্না হায়রকই, "অহুদি ঐগী মরমদা মী পুন্নমক্কী মত অসিনি হায়বিরোদনা?"

বিজয়ানা হান্নগুম চীং-লেম্না খুন্নকই, "হোয়। ময়ামগী মত অসিনি।"

নরেন্না হায়রকই, "অহ্ ওইরবদি থাগংচরি। হন্নক্কি নশাগী মতস্থু ময়ামগী অসিরা মহুদা হায়বিয়ু।" হায়রগা নোক্লকই।

মহাক্কী ইঙ্গিত অহুদা বিজয়াগী মাইথোং মিকুপ্পা ওাংলক্লে। অহুবু থংনবা মিংকুপ্পা নোক্লনা হায়রকই, "ইশানা ইশাবু

থাগৎচবা হৌনদে—পাপ পুগনি। মহু থোইদোক্লহুম অদোম্না তাকপিয়ু; অহুবু হৌজিক নত্তে, চাব-থকপা লোইরগা।" ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "অহুবু মতম য়াম্না থেংজিল্লক্লে—মসি মফম 'সিদা 'স্নুম লোইথোকপিবনা ফরোইদ্রা?" হায়দুনা মহাক্না নলিনীগী মাইথোংদা য়েংলকই।

নলিনীনা হায়রকই, "অহুবু ইনেবেম্মনা ঙাইরমগনি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "ঐ হৌজিকমক মী থাহুনা পাউ পীখিগে।"

নলিনী তৌফম খংলক্তে। হায়রকই, "ঐ চত্তবা য়াদে। ইনেবেম্মা অনাবা মীনি, মনাক্তগী মী কুইনা থাদোকপা ফত্তে।"

রাসি অচুম্বনি, অদুনা বিজয়ানা অমুক য়েংলুবা ঙমদ্রে; অহুবু মাগী মাইথোংদা য়েংদুনা করি খল্লক্লবনো নলিনীনা খুদক্তা হায়রকই, "অহুবু 'সিদা 'স্নুম ইরু-মাইথজত্তুনা চাবিহৌরো নরেনবাবু. ঐ ইনেবেম্মদা ফনবা তম্মুরগে। চৎলমদায়না মাবু অমুক্তদি য়েংবিরম্মু।"

"অদুগা ঐবু অহুক মথোংহুক্তবা মীওই ওইনা খনবিবরা, নুংশা মরক্তা ইবেম্মবু নতোমতা থাদোক্লদবা?" হায়বগা বিজয়াদা য়েংদুনা হায়রকই, "ইবেম্মগীদা নোংমগী অহাওবা চরা অমা লৈরে—নোংমা অমুক ঙক্তা লাক্লগা তোল্লিবা চরাহু চারনবা হোৎনজগনি। ফরে নমস্কার।" নলিনীদা হায়বকই, "অমুক থিম্বরম্নু চৎলসি।" হায়রগা মথুক্তা পায়রিবা টুপিহু মকোক্তা উপশিনখ্রে।

নলিনী কুমথগে্র, অহুবু মী অমদি যুম্নীগী মতৌগুম চপ লেপ্তুনা লৈ, মমিত্তা মপী তরং তরং চেল্লি, মহুবু মখোয় কনানস্তু হন্না য়েংলুদে ; উরম্নবদি নরেন্না খোঙকম অম-অনি থাংদোকল্লুরগা খঙজৌদনা হঞ্জিল্লক্লগা নোক্তুনা অস্তুম্না হায়বা ঙম্নদবা য়াই— "ফরে থবক অমত্তা তৌবিবা য়ারোইদ্রা ? হান্নদগী অস্তুক য়াম্না রাননবগী মচাক ওইরক্লবা, মীনা থীনা ঙাংননবগী মশক ওইরিবা পোংশক অহু ঙসি নুংঙাইবা নুমিং অসিদা ঐঙোন্দা বক্সিস ওইনা পীবিরোদনা ? লুপা চনিহু হয়েংলা হংচিংলা কহিনো থারক্কে।" হায়রগা অমুকস্তু নোক্কদবগী অমুক্তং হোংনরকই হায়বা য়াই, অহুবু থৌনা মাংগ্রবনা নোকপগী খুদোং ফংদ্রে। থোইদোক্লহুম মাইকৈ অসোমদগী মহুগী পাউখুম ওইনা শুপথা থাজদবা অয়াকপা রা তারে। বিজয়ানা হায়বকই, "মমল লৌহুনা পীববু ঐদি খুদোল তঙ্গনি হায়বা ঙম্নোই, য়োনবনি হায়গনি। অদোমদি অহুগুম্না খুদোল তঙ্গদা থম্মোয় পেনবিরম্না যাই. অহুবু ঐখোয়গী শিক্ষাদি মহুগা চান্নদে। অহুনা ঙসি নুংঙাইবা নুমিং অসিদা মহু য়োম্নোকপা পামদে।"

চৈথেংসিগী অকনবা শাফুনা নরেন নুংবংনগে্র। বিজয়াগী অসিগুম্না মওং অসি মশাক অয়াম্বা মতমদা কহিমত্তা খঙবা ঙমদে— মহুদা ঙসি মাগী থম্মোয়-নুংদগী পেন্নবগী মৈ চাকথংলকই, মহুগী মৈরি মরম চাদনা ম'শালদা ফাওবক্কে, মতম অসিদা নরেন্না মাবু খঙলুবা ঙমদ্রে। মহাক্তা বিজয়াদা তুম্মিন্না ঙাইহাক য়েংলুরগা থোইদোক্লা মৈচাক্তা লে'যমনা হায়রকই, "ঐগী শাথীনা অনংবা

ফিভম কাউবা লৈতে, লোংঙবা হোংনক্নবস্থু লৈতে, ঐঙোন্দা মহু নিংশিংলকপগী দরকার ওইদে।"

নলিনীবু উংত্থনা হায়ররই, "ঐ মঙোন্দস্থু ঐগী রারী পুম্নমক তমগ্রবনি। পাবুং অরা-ভনা বম্বা নংত্থনা শিখিবনি। মহাক লৈখিদ্রবা তুংদা য়ুম-ইংখোল 'সিদা লৈজরম্বা 'পুম্বা শেন্দোল-গীদমক য়োম্থোকগ্রবনি, করিস্থু কনাগী মফমদা লোংতে। বকশিন্ন গীখি হায়দে। করে হায়বিয়ু পুম্নমকসি ইবেম্মদা তমখিকা নত্রা?"

নলিনীনা ঈকাইনা খুম্নকই, "হোয়।"

নুংঙাইতবা ঈকাইবা অমস্থুং শাউনিংবনা বিজয়াগী মাইথোং মচু ওনগ্রে— মহাক মচিন ফাজিনগ্ৰবগুম মবানিদা মুম্না য়েংত্থনা লৈ।

মাগী অকনবা মৈচাক অত্থুদা ঘি হৈজিন্দুনা নরেম্না মাইথোং মক্না অমুক হায়রকই, "ঐগী রা তাবদা অয়াম্বা মতমদা শাথীনা রারোই; ইশাগী ফিভন্থু রাংনা থাংগৎত্থনা ঐনা। ইশাবু চাং অমতুদা থম্বা ঙম্নমদবা য়াই, অত্থুবু মত্থু ঐগী থৌশাগন্দবা শাজংকী দোষনি; অত্থুবু ওইজরসনু, করিগুম্বা অকায়বা চংখিবা থোক্লবস্থু ঐবু ঙাকশিয়ু।" হায়রগা মহাক মমাই লৈথোক্লুনা চংগ্রে।

## কুমথোই

লমশাং লাকপদা মখোয় অনি রাকম অদুদা খল্লি। নলিনীনা হংলকই, "করি থুদোলগী রানো হায়নরিবনু ?"

নরেন্না নুংলাংননা হায়রকই, "হযেং নোংমা মতু ইবেম্মদা তম.গ—ঙসিদি তোক্লসি।"

রাগী উরোকথোং অদু য়োরকপদা খঙহৌদনা চপ লেংগ। নরেন্না হায়রকই, "ঙসিদি এবু ঙাকপিবা তারে—এ হনগ্রগে।" অদুবু নলিনীগী অঙকপনা চঙরবা মতৌ উবদা অমুক হায়রকই, "অদুবু মতু ওইরবসু ঙাকপিবা তারে—ঙসি এ করিগুম্বা মওংদসু চংপা ঙম্লরোই। ইনেবেম্মদা হাযবিয়ু, এ নোংমা অমুক লাক্লগা -"

মাগী ফিরেপ খংহোং হোংথিবা অসিদা অঙকপা অদুদগী মাগী থোম্মোক অমসুং মাইথোং উবদা মতুনা হেন্না নলিনীদা ঙক্লা থোকখ্রে। মসিগীদমক হীরম অসিদা থোইদোক্লা অমুক হায়-ক্লবা তৌদনা মঙোম্দা শুপ্পগী অস্কুয়দা হায়রকই, "চাহিদ্রেদো ; অদুবু কৈদৌঙৈ অমুক লাকপিগদগে ?"

"হংচিং লাক্লবা হোৎনগনি।" হায়রগা নরেন মখোয়না লাকপা লম্বী অদুদা হন্দুনা খোঙথাং কম্না রেলরে ষ্টেশন ফম্না চৎখ্রে।

লমহাং লোইশিল্লক্লদবা থোইনা লাপ্পক্লবা মতম অদুদা উরে, কনানো নুপামচা অমা মখুৎ থাংগৎতুনা মাগী মাইকৈরোমদা মথরায খুবাক্লা হাপ্তুনা চেল্লক্লি। মহাক মাগী নাক্লা চেল্লক্লিবনি, অদুগা মখুৎ থাংগৎতুনা মাবু লেংহনবা ইঙ্গিত তৌরি, ভাবনা খঙলদুনা নরেন লেপতুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা পরেশ

মনাক্তা থুংলরে, অদুগা শৃর থবেং থবেং হোয়া হায়রকই, আজ্ঞা-বেম্মনা নহাকপু কৌরুচো থারক্লিবনি। চংলসি।"

"ঐবু।"

"অং—চংলসেমি।"

নরেন্না চপ লেপতুনা ঙাইহাক লৈরগা চিংননা হায়রকই, "নঙনা খঙদবননি—ঐবু নত্তে।"

পরেশনা মঙক নোম্নদুনা হায়রকই, "এঃ, নহাকপুনি। নহাকী কোক্তা সাহেবকী টুপি উপ্লিবদুদি! চংসি।"

নরেন্না ঙাইহাক তুম্মিন লৈরগা হংলকই, "নঙগী অজ্ঞা-ইবেম্মনা করি হায়রকপগে নঙোন্দা?"

পরেশনা হায়রকই, "আজ্ঞা-বেম্মনা দোলান মথক্তগী চেন্ত-রক্লগা হায়রকই, পরেশ চেল্লো— চুয়া চংলগা আদগী বাবুসি ফাদুনা পুরকউ। কোক্তা সাহেবকী টুপ—চংলো—চেল্লো—নঙগী য়াম্না ফবা থুং অমা লৈবিগনি। —চংলসি।"

হৌজিক্তি মাম্না মথবায় য়াউরিবদুগী মরম হঙলে। মহাক থুং পাম্বদগী নুংশা মরক্তা নুংশিংমুক য়াংনা চেল্লকপনি, মরম অসিনা করিগুম্বা মওংদস্তু মাবু থাদোল্লরোই। মহাক্না খল্লবই, নুপামচাদুদা থুং অমগী মমল পীরগা থাদোকখ্রসিরা; অদুবু ঙসিমক অম্মুম্না কৌহল্লবগী মরম করিমো, মদু খঙনিংবস্তু খাংবা ঙপঙম ঙঃক্রে। অদুবু মহাক্না চংপা চুম্বরা চুমদবরা খনবদা মতম খরগা অমুক হৌখ্রে অমস্তুং অরোইবা ফাওবদা করিমত্তা লেপ্লা ঙমদ্রে। অদুবু মাগী খোঙথাংদি মাইকৈ অদোমদা তপ্না তপ্না

থাংলি! লমশাং চুপ্পা মাবু কৌবগী মরম মপুক্লিংদা ছুমহুনা খিরকই, অহুবু কৌননবগী থোইদোকপা মরম অমত্তা অমুক মহাক্না উবা ঙংদে। মপালগী কাদা থোঙ থাংজিনবমক্তদা বিজয়াদা মাংদা লেপ্লরে। মপী ঈরা চেম্না লৈতাকম খঙদ্রবা নিংয়েংনা মাগী মাইথোংদা য়েংলক্লগা খোঞ্জেল লূম্না হায়রকই, "করিসু চাদনা মতম অসিদবু চংপসি অঙকপনি। ঐ ফেং লাওগল্লি, ঐদি য়াম্না ফত্তবা মীনি— অহুগা নশামক্তি?"

নরেন্না য়াম্না ঙক্না হায়রকই, "মহুগী অর্থ? কনানা ইবেন্মবু ফত্তবা মীনি হায়বগে, কনানা হায়রিবনো অহুগুম্না রাহু ইবেম্মদা?"

বিজয়াগী চিনবান তনিক্লক্লে, হায়রকই, "অদোম্না হায়রিবনি। করিগীনো নলিনীগী মমাংদা ঐবু অহুম্না ঈকাইবা পীবিরিবা? ঐবু ঈকাইবসু পীবিরে, অহুগা দণ্ডি পীহুনা চাদনা চংপিরিবা করিগীনো? করি তৌগ্রবগে অদোমগী ঐনা?" রা ঙাংনা ঙাংনা মমিং অনিমক পীনা থুমহৎলক্লে। মহু থিংননবগীদমক্তা ওইরম্বা য়াই. মহাক থুদক্তা অসোমগী থোঙানাও ময়াদা চংশিন্দুনা মপান্দা য়েংলুরগা হঞ্জিল্লক্নুনা লেপ্লরে। নরেন তৌফম খঙদবগুম রা ঙাংদনা য়েংহুনা লৈ। রাকং অসিগী পাউথুম কদায়দা করি লৈবগে থিবা খঙদবগুম মহুগী মরম্না করিনো খনবদা লাম্বা ফংদ্রে।

ঈক্লজনবা ঈশিংনচিংবা লৈরে হায়বা মীনাইনা খঙহল্লরে, বিজয়ানা চংশিল্লক্লগা তপ্পা হায়রকই, "খিন্থবিরগনু, লেংশিনবিরো।"

ঈক্লজহুনা নরেন চাগদবগী ফম্লরে। বিজয়া মথুত্তা ছুমাই পায়হুনা ফম্লরে, মতমহুদদি থোইদোক্না অচিকপা মফম ওইবনা

মশা শিন্না কুপ্পস্না ঈকাইবত্ন মাংখ্রে। ছমাই ছমগদবগী তৌবদা নরেন্না য়েংঙমদতুনা হায়রকই, "এঙোন্দা ছমাই চুশিবগী কান্নদে, ছমাইদু থশিখ্রো!"

বিজয়ানা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "অদোমগী দরকার লৈবিদ্রবস্তু ঐগী দরকার লৈ। মুপী ওইবীশিংনা খুং হাংমা করিগুম্বদস্তু লেন্না থক ফগদোক্লোইদবনি হায়না বাবানা তাকপিরমই।"

নরেন্না হংলকই, "ইবেম্মা চাবিদ্রিবা নত্রা?"

বিজয়ানা হায়নকই. "চাদ্রি। মুপা ওইবশিংনা চাদ্রিঙৈদা ঐখোয় চাবা য়াদে"

নরেন্না হন্নাওনা হায়রকই, "ওঃ, ব্রাহ্ম ওইরবস্তু ইবেম্মখোয়গী আচার-ব্যবহার ঐখোয়গীগুমই।"

বিজয়ানা বা অসি হায়ত্রে মতুদি. ব্রাহ্ম (খৃষ্টান) গী য়ুম পুম্নমক্তা মতু চংনদে, থোইদোক্লতুম মথক-মখা ওই্রে। গুপ্তগী মাগী মপাবুংঙনা হিন্দুগী আচার-ব্যবহার ঙাক্না চংলমই। অতুম ওইনমক হায়নকই, "মসিদা ঙক্লিংঙাই করিস্তু লৈতে। ঐখোয় বিলাত্তগী লাকপস্তু নত্তে। কাবুলদগী ঐখোয়গী লোমচং-শাজং চেল্লুবস্তু নত্তে। অসিগুম্বা নংলমদ্রবদি থোইদোক্লা ঙক্লিঙাই মশক ওইরমগদবনি।"

মিনাইনা থোঙ ময়াদা চংলক্লগা হায়নকই. "আজ্ঞা-ইবেম্মা, সরকার মহাশয় হিসাব খাতা কোন্দুনা মথাদা লেপ্লি! চংখ্রো হায়জো হায়বরা?"

বিজয়মা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "ঙসি মহু য়েংননবা ঐগী মতম অমুক লৈরম্ৱোই, মহাক হয়েং অমুক্তা লাকউ হায়রু।"

মমাই চংগ্রে, নরেনমা বিজয়াগী মাইথোংদা মিংয়েং থম্লহুনা হায়রকই, "মসিনা ঐঙোন্দা থাইদগী নুংঙাইবা পী।"

"করিনা ?"

"মীনাইশিংগী মিংগৌ অসি।" হায়রগা নরেনমা নোক্কুমা হায়রকই, "ইবেম্মা ব্রাহ্ম নিঙোলনি, লাইরিক হৈবীনি, অহুংগা মরু ওইনা নুংঙাই য়াইফবী ওইরিবনি। লাইরিক হৈবা মঙাল কংলবা ইমুং কয়াদা ঐ হন্দক-মরক লায়েংবা চংলি। মথোয়গী মীনাইশিংনা নুপীশিংদা মেম-সাহেব কৌই। অশেংবা মেম-সাহেবশিংনা মখোয়মু য়েংলিবা মিংয়েং মশানা থঙজবমা তলব পীহুনা থম্মা মীনাইশিংবু মেম-সাহেব কৌকন্দুনা মশাগী ঊকাই-খুম্বা ঙাক্লিমাল্লে মিংই।" হায়রগা নুংঙাইবা ফাগী তৌবগুম হৌনা নোকপমা কাহু পুম্লিন মিল্লকই। বিজয়া মশামকস্তু মোকথোরক্রে। নরেনমা নোকপা লেপ্লগা অমুক হায়রকই, "য়ুমগী মীনাই নুপা-নুপীশিংনা মাতৃ-সম্বোধন তৌবদগী মেম-সাহেব হায়বা মিঙৌ অহুনা হেন্না ইজ্জত য়াংই। ঈহান হানবা নুমিং অদুদনি ঐ ভাব তারমদে, মীনাইহুমা কনাদা মেম হায়না কৌরিবনো? মীনাইহুনা কবি হায়খিবগে থঙবিবরা? হায়রমই, 'ঐহাক সাহেবকী য়ুম কয়াদা থবক তৌজরে, অশেংবা মথলগী মেম-সাহেব করিনো হায়বা মুম্না থঙই, অদুবু কয়মদি তৌগদগে ডাক্তরবাবু? হিন্দুস্থানী চৌকিদার অনৌবনা য়ুম্মুরেম্বীদা ইমা-বেম্মা কৌরুই

হায়রুমা মেম-সাহেবনা মঙোন্দা জরিমানা লুপা অমা তৌবিখি। থবক লৌথোকপিখিদবরু মাগী মরাইবক ফবনি।' অদুক্ষু হায়রৌ-রিবনি। ফরে, ইবেম্বনা অসিগুম্বসি হায়গা থেংনবিররগনি, নত্রা ?"

বিজয়াগী মঙক ঙোয়রকই।

নরেন্দ্রনা হায়রকই, "নোংমদি ঐ মসি য়েংনিংলি. মেম-সাহেবশিংস অসিগী মচাশিংনা মমাদা ইমা কৌত্রা, নত্রগা মেম-সাহেব হায়না কৌত্রা ?" হায়রগা মশাগী ফাগীগী নুংঙাইজবদা অমুক্তা অমুক কা শোকথায়হনগদবগী থৌরাং তৌরকই।

বিজয়ানা মোমোন নোক্লা হায়রকই, "চাব-থকপা লোইরগা নুমিৎ চুপ্পা মীরা ঙাংননা নুংঙাইবিয়ু, ঐ থামজরোই; অদুবু ঐবু ঙসি পীজররোইদ্রা ?"

নরেন ঊকাইবগী মওংদা হাখু হাখু চখোম অনি-অহুম হুকপদা পূন্নমক কাউথোকখ্রে। হায়রকই "ঐস্থু বিলতা চহি মরি-মঙা লৈরুই, অদুবু ইরৈবাক্তা সাহেব শাবশিংসিনা—"

বিজয়ানা অশাউবা উৎতুনা অকনবা শাদন তৌবগী মওংদা হায়রকই, "অমুক মীগী মীরা ?"

"ফরে, অমুক ঙাংলরোই।" হায়রগা অমুক চাবদা মপুক্তিং চংলুরগা হায়রকই, "অদুবু য়োংশিনবদি য়াদ্রে—"

বিজয়ানা ফিংনা হায়রকই, "এঃ—কবিস্মু চাদনা ? নত্তে হৌজিক হৌগৎপা য়াখিরোই। মীরা ঙাং ঙাংতুনা পুক্তিং অমদা থমতুনা চাবিরো, ঐ কবিস্মু হায়জরোরই।"

নবেন নে'ক্কে তৌবদা খঙহৌদনা শকফম হুজিনখ্রে। হায়রকই, "ইবেম্মগা মসিবু চাক্লে হায়বিরি—অদুবু ঐনা কলকাতাদা লুংতিগী চারিবদু উবিরবদি ঙক্কনি। উবিদ্রনে থা খরসিগী মনুংদা কথাদা অনাশক মাল্লিবসে! মুমগী বামোনমচাদু ফজ্জবদা নত্তনা ওন্থোক্লা ওক্কে। অযুক ঙন্তা থোংদোল্ললম্লগা কদাযদা চংখিবনো খঙদে—ঐদি হল্লকপদা করিগুম্বদা পুং অনি তায়, করিগুম্বদনা পুং মরি তায। অঙাংবা চাক চজিক অদু চাই—শঙ্গোম করিগুম্বা নুমিত্তনা হৌদোংনা থক্কোল্লমই, করিগুম্বা নুমিত্তনা থোঙনাওদা বাক পাইশিন্দুনা ইচায চাংখাযবমই—মদু উবদা হঙ্গোইবা শোকই। চরা অমদি অদুম চাদ্রবনি।"

শাউবনা বিজযা মমাই ঙাংলক্লে। হায়রকই, "অদুগুম্বা মীনাই-মীশলদু তংন্থোকখিবা ঙমদ্রা? ইশাগী ইযুমদা, শেল অদুক যাম্না ফংলবা ফাওবা অদুক রাবিবা, অদুদি চাকরি তৌখিরিবা করিগীনো?"

মরেম্না হাযরকই, "অমরোমদদি ইবেম্মগী রাদু চুমই। মোংমা উপ্‌দগী বনানানা লপা চামরি হুবনখি, নোংমনা ঐ ইশামক্লা লুপা চা-মা কদাযদনো মাংক্কনখি। থৌশাগন্দবা মীদি খোঙথাং খুদিং খুদোংথিনিঙাই ঙাক্কনিঙ্গনা?" লেপকক তৌরগা হায়রকই, "অদুবু অরাবা নুংঙাইতবা ঐদি যাম্না কুইরে খাংবা হৈবা, অদুনা মদুগুম্বদা থোইনা খল্লবা লৈতে। যাম্না লাম্লকপা মতমদা চাবগী নুংঙাইতবদুদংতদি মরক মরক্তা খাংঙমদবগুম তৌই।"

বিজয়া মরু লুকথনা তুম্মিন্না তারি। নরেন্না মথা শন্নথরকই, "তশেংনা চাকরি তৌবসি ঐদি পামম্মু পামদে, হৈম্মু হৈনদে! ঐগী দরকারদি থোইনা য়াম্না নত্তে— ইবেম্মগুম্না অচৌবা মী কনাগুম্বনা চন্না অনি থর-থরদংবু পীজরবা, অদুগা ইশাগী থবক তৌদুনা লৈজবা ফংলবা, অদু ওইরবদি ঐগী অপাম্বা অমুক লৈররোই— অদুগুম্বা অচৌবা মী লৈরমগদ্রা?" হায়রগা কংনোক নোক্লকই। বিজয়া অদুম মরু লুক্লা তুম্মিন্না লৈ। নরেন্না হায়রকই, "ইবেম্মগী বাবা হিংলম্লবদি মতমসিদা ঐগী উপকার য়াম্না ওইবস্মু য়াই— মহাক্না শোয়দনা ঐবু চিঙ্গাক থিবা কোইচেন চেনবসিদগী মাম্হোকহল্লমগনি।"

বিজয়ানা থঙনিংবা মিংয়েংনা য়েংলদুনা হংলকই, "কমদৌনা থঙবিরিবনো? মাবু শক থঙবিদবা নত্রা?"

নরেন্না হায়রকই, "থঙদে, ঐনস্মু মাবু কৈদৌঙৈদস্মু উথিদে, মহাক্নস্মু ঐবু কৈদৌঙৈদস্মু উরমদবা য়াই; অদুবু অদুম ওইনমক ঐবু য়াম্না নুংশিবিরমই। কনানা শেল পীদুনা ঐবু বিলাত্তা থাবনো থঙবিবরা? মহাকমক্নি। ফরে, ঐখোয়গী শেম্দোলগী মরমদা করিগুম্বদস্মু মহাক্না ইবেম্মদা করিমত্তা হায়রমদবরা?"

বিজয়ানা হায়রকই, "হায়রমকমদি থোকই, অদুবু করিদা ইঙ্গিত তৌদুনা হায়বিরিবনো থঙদনদি পাউথুম পীবা ঙমজদে।"

নরেন্না মপুক্লিংদা ঙাইহাক থল্লগা হায়রকই, "ত্তোক্লসি। হৌজিক মসি থম্নরুবগী কান্নবা শুপ্লে লৈত্রে।"

বিজয়না খোইবাংনা হায়রকই, "নত্তে, হায়বিগদবনি। ঐ তানিংই।"

নরেণা ঙাইহাক অমুক খল্লগা হায়রকই, "লোইশিনখ্রবা রাযম্নি, মহু তারগা কবি কাম্নগদগে হায়বিযু।"

বিজয়না তকুম্বনা হাযরকই, "নত্তে, মহু যারোই। ঐ তানিংই, হাযবিযু।"

মাগী খঙনিংলিবা মওং-মতৌহ উবদা নরেন নোক্লকই, হাযরকই, "হাযরুবগী কান্নদবদা নত্তে--হাযদোবপা ইশামবম্নু ঊকাইজে। ইবেম্মনা হংবিবা যই, এনা চলব লৌমনা ইবেম্মগী সেটমেটত। শোকহন্দুনা—"

বিজয়না তপথবা-ঙম্নক্লংহুন। ব মহাইনা থংহুনা হাযরকই, "ঐ অমুক অদোম্নু হবাওহনবা ঙমদে-খোঙদ তুংবি হংবিরো।"

"চাব-থকপা লোইবগা?"

"নত্তে, হেজিবমক—"

"যরে, হাযরগে হাযবগে, অহুবু রা অমগা হান্না হ, হাখিগে, ঐখোযগী যুমহুগী মরমদা কবি ওম্না অনা। মচাক্লা বরিগুম্বদম্নু ইবেম্মদা পল্লমম্রা।"

বিজয়া থোইদে ক্লা থোইব, ক্লে, ত, পু পাউখুম অমনা পীদে। নরেম্না নোকযেং তৌহুনা হাযবকই, "যরে শাউবিরম্, ঐ হায়রগে। বিনাও চংপা মতমহুদা বাবাগা মফমদগী তাখি, ইবেম্মগী বাবানা ঐহু থ বিবনি। ঙসি ভুম্নি ভুরে দয়ালবাবুনা ঐঙোন্দা চিঠি চহুল অমা পিরকনা। লোংথি-পোকুম থম্না

দেৱাজ অমদা চিঠিশিং য়াউরম্মাল্লে— বাবাগী পোংনি হায়রুনা দয়ালবাবুনা ঐগোন্দা পীরকই। পাহুনা য়েংলে, চিঠি অনিথক্তি ইবেম্মগী বাবানা ইবনি। পুক্নিংগী অরোইবা শরুক্তা বাবানা শেন্দোলগীদমক স্বার শাম্নবা কৌথি হাযবা তাবিরম্না য়াই। চিঠি অমগী হৌগংলকপদা মহুগী ইঙ্গিত তৌমাল্লে। অহুগা ম'মর ইগী মফম অমদা পাউতাক পীবগী মওংদা বাবাদা থেমজিন্দুনা ইবমই, য়ুনগীদমক অমুক থল্লুনিংঙাই লৈতে— নরেন ঐগী ইচানিদনা য়ুমহু মঙোন্দা পীথোক্লবনি।"

বিজয়ানা মমাই নোনখৎলগা হায়বকই, "অহুগী মথাদি ?"

নরেন্না হায়রকই, "মহুগী মথাদি অতোপ অতোপ্পা বা ফোংক্রনি। অহুদা, চিঠিহু ইখিবা মতম বুইরবনি। ভইরম্বা য়াই, মপুক্কি গী থিরেপ অসি কোম্না হোংখিহুনা ইবেম্মদা রা হায়রম্বগী কান্নদ্রে থল্লম্বা।"

মপাগী অরোইবা অপাম্বশিংহু ময়েক শেংনা নিংনিংলক্লুনা, নুংশা মপী হোল্লকই। নিংখুপ খবা চপ য়ুংনা নৈবগা হায়বকই, "অহু ওইববদি য়ুমহু দাবী তানগনি হায়ববিবা," হায়না হৌক্লকই।

নরেন মশামকস্থ নোক্লবই। এস্তং অহু অঙকপা ফাংদা তাইন্দুনা হায়রকই, "দাবী শোয়দনা তানগনি, অহুগা ইবেম্মবু সাক্ষী ওইহনগনি। অচুম্বা রা ওনবিগনি থাজে।"

বিজয়ানা মঙক নোক্লহুনা হায়রকই, "শোয়দনমব ; অহুগুম্বা নৌ থম্বিগদৌরিবা করিগীনো ?"

নরেন্না হায়রকই, "অদু নত্রবদি করিনা প্রমাণ ওইগদগে ? য়ুমদু ঐগী অশেংবশি হায়বা কোর্টতা খঙহনবা তাই।"

বিজয়ানা শককম হক্সিল্লা হায়রবই, "অতোপ্পা কোর্টকী দরকার লৈতে— বাবাগী য়াথংন্না ঐগী কোর্টনি। য়ুমদু ঐনা পীথোক্লগনি।"

মাগী শককম অমস্তং খোঞ্জেল তশেংনা মরৌ লৈবদি নত্রে, অদুবু মদু নত্তনা অতৈ করি ওইগদগে হায়বসু মপুক্লিংদা অমা হেক্তা লেপ্পা ঙমদে। মরু ওইনা বিজয়াগী ফাগী মওংদু অস্তুক্কী মতিক চুশিনত্রে মদুদি, শুপ্পগী মাইথোংদং য়েংলগা তশেংনা অমা হেক্তা লৌবা লুই। অদুনা নরেন্নসু শককম হক্সিন্দুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মহাক্কী চিঠিদু য়েংদনা যুম হেক্তা পীথোকপা তারেনে ?"

বিজয়ানা হায়রকই, "নত্তে, চিঠি অদু ঐ য়েংখিংই ; অদুবু রাফমসি চুল্লবদি মাগী য়াথং ঐনা করিগুম্না মওংদসু হিক্তোক্লোই।"

নরেন্না হায়রকই, "মাগী ফিরেপ্তু তুং কাওবা হোংখিদে হায়বগী প্রমাণ করি লৈ ?"

বিজয়ানা খুল্লকই, "লৈতে হাযবগী প্রমাণসু লৈতে।"

নরেন্না হায়রকই, "অদুবু ঐনা লৌত্রবদি ? তাক্রবদি ?"

বিজয়ানা হায়রকই, মদুদি, ইশা ইশাগী অপাম্বনি ; অদুবু মতাংসিদদি অদোমগী ইনেগী মচাশিং লৈ। মখোয়দা দাবী তাল্লু হায়জবদা য়ানিংলোইদবা লৈরোই হায়না ঐনা থাজৈ।"

নরেন্না নোক্তুনা হায়রকই, "ঐসু মদুম্না থাজৈ। চাউথোক্লা হায়বা ফওবা ঙমগনি।"

বিজয়া নোকপা য়াউদে, তুম্মিন্না লৈ ।

নরেন্না অমুক হায়রকই, "হায়বদি ঐনা লৌরবস্থু লৌগ্রবস্থু ইবেম্মনা শোয়দনা পীবিগনি ।"

বিজয়ানা হায়রকই, "হাযবদি বাবানা দান তৌরম্না পোং ঐনা মাংহল্লোই, মসি ঐগী রাশক্তি ।"

মাগী রাশক্তী অচেংপতু উবদা নরেন ম' ক্লিংদা চঙ্ক্লরে, চমল্লরে, অতুবু রা-লাং ঙাংদনা ঙাইহাক লৈরগা ইতপ তপ্না হায়রকই, "য়ুম অতু অফবা থবক্তা শিজিন্নখ্রবনিনা ঐনা লৌদ্রবস্থু ইবেম্মনা মাংহনবগী পাপ লৈরবোই। অতুদা নঙনা অমুক লৌরুরগা কৈদৌনগদগে হায়বিয়ু? মতুদা লৈগদবা ঐগীনি হায়বা কনাস্থু লৈতে। ঐদি মপান্দা কদায়দনো অমদা নত্রগা অমদা থবক তৌদবা য়াদ্রবনি। অতুগী শরুকপুদি শিনথ্রিবা অতুনা হেন্না ফরে। অতুগা রাফম অমনা অসিনি, বিলাসবাবুবু করিগুম্না মওংদস্থু য়াহনবা ঙম্বিরোই ।"

অকোনবা রাহৈতুদা থম্মোয় চাক্তুনা বিজয়ানা হায়রকই, "ইশাগী ইপোংতা অতোপ্পবু য়াহন্নবা ঐগী মতম লৈজদে ; অতুবু অদোম্না থবক অমা তৌবিবা য়াই। য়ুমতু দরকার শুটপ্লে লৈবিদ্রবদি মতুগী মতিক চাবা মমল ঐঙোন্দগী লৌবিয়ু। অতু ওইরবদি মীগী মথাদা থবক তৌবিরুদবা য়ারে, থে ইদোক্লা ইশাগী থবক নীংতম্না তৌবিবা য়ারগনি। হায়জরিবসি য়াবিরো নরেনবাবু।"

থম্মোয় য়ুংনা নোল্লুক্লা হায়জরিবসিগী থোম্হোক অসিন্না থঙহৌদনা তেনগী মতোগুম থম্মোয়দা যুরতুনা নরেনবু লাংতল্ল হল্লে,

অমস্তং বিজয়াগী লুকচাল্লবিবা মাইথোংদা হায়জবগী হল্লা ওবা ইঙ্গিত উদ্রবস্থু মসি কবেম্নবা নত্তে অচুম্বনি হায়বা খঙবদস্থু লুনা থোক্লে। মপানা তোল্লম্বা শেন্দোলগীদমক মাবু যুমদগী তাম্থে'কপদা নুপীমচা অসিনা নুংঙাইজদে, অতুনা থৌশিল অমা তৌগনা মাগী নুংঙাই-জদবতু ময়েং তাহনবা পাম্লি, নসি খঙলতুনা মপুক্লিং চৈথোবক্লে। অতুবু মতুনি হায়তুনস্থু অসিগুম্বা প্রস্তাবপু পাক হেক য়াথোকপা য়াবা নত্তে। ফংকম থোক্তবা অতুবু লাইরৈ হাযতুনা মতুমক কমদৌনা ভিক্ষা লৌগদগে? সংসাবিক্কী থৌদোক-য়াথোক্কী মরিদা হান্না তশেংনমক সমস্যা ওইরম্বা অতুগী অয়াম্বা শরুক নুপা অসিগী মফমদদি লায়না থোকগ্রে। মহাক্লা তশেনা ভৈ, বিলাসকী মরমদা বিজয়ানা থম্মোয়-ঈথক্লা ভুমতুনা হাযনিংবদা হায়সনু, মহাক্লা অপনবতু নমথেক্লুনা রাশক অসি থবক্লা ওন্থোকপা ঙম্রোই। মসিদা মাগী ঈকাইবা নুংঙাইতবা হেনগংপা নওনা করিস্থু ওইরোই।

ঙাইহাক লৈরগা নবেনা ফাগী ওইনা অচম্বা খোম্থোক্লা হাযরকই, "ইবেম্মগী পুক্লিংগী য়া ঐ খঙজবে। লাইরববু মঙং অমদা করিগুম্বা খবা দান তৌতুনা পৈবিনিংই, অসি নত্রা?"

অসিগুম্বা য় সিমক ঙসি অমুক পনগ্রে। মতুমক অমুক হন্না হাযবকপসিদা বিজযানা মথয়ায নুংঙাইতনা মমাই ঙাংনা হায়রকই, "অসিগুম্বা য়া অসিদা ঐঙোন্দা কয়া য়ম্না নুংঙইজদবা ফাওই হাযবা খঙবিদ্রবয়া?"

নবেন্না মপুক্লিংদা নোক্লুনা হায়রকই, "অতুদি অশেংবা য়াতু করিনো হায়বিযু?"

বিজয়ানা হায়রকই, "অচুম্বা রা ঐনা হন্না হন্না হায়জখ্রবনি ; পাপ চেনবা থম্মোয় ওইবনা পাক হেক থাজবা ঙম্মিদবনি। লাইবরা ঈনাক-খুনবা ঐনা খঙকম থোকপরা? বাবাগী য়াথং ঙাক্লনবগীদমক পীথোকচনিংবনি।"

নরেন্না শকক্ষম হক্তিন্না হায়রকই, "মহুদা মীনম্বা খরা য়াউরে—য়াউজরসনু ; অকনবা রাশক্তি শকপিরে ; অহুবু পাবুংগী য়াথং মতুং ইন্না পীবা তারবদি অতৈ পোং কয়া পীগদগে খঙবিবরা? শুপ্নগী য়ুমহুদা নত্তে।"

বিজয়ানা হায়রকই, "ফবে। লৌবিরো, অদোমগী সম্পত্তি পূম্নমক লৌবিরো।"

হন্দক্তি নরেন্না নোক্কুনা মঙক হাইরকই। হায়রকই, "খোঞ্জেল য়াম্না পোংনা লাউহুনা ঐঙোন্দা দাবি তাল্লু হায়বিরি। ঐনা তান্দ্রবদি ইনেগী মচাশিংবু দাবি তাকহনগনি হায়না কীহনবিবি ; অহুবু মাগী য়াথং মতুং-ইন্না ঐনা তানবা য়াবা দাবি কদায় ফাওবা য়োগদগে খঙবিবরা? শুপ্নগী য়ুম অহুগা লৌ খরহুতা নত্তে, মহুদগী শকক কয়া কয়া হেল্লি।"

বিজয়ানা খঙনিংনা হংলকই, "বাবানা অতৈ কন্নি অমুক পীরম্বগে?"

নরেন্না হায়রকই, "মাগী মহুগী চিঠিস্তু ঐঙোন্দা লৈ। মহুদা মহাক্না ঐঙোন্দা মহুখক্তা পীবম্বা নত্তে। সিদা উরিবা পূম্নমক অসি মহুগী মনুং চল্লি। ঐনা তানবা য়াবা দাবি শুপ্নগী য়ুমহুদা নত্তে। য়ুম অসি কা অসি, টেবল-চেয়ার, মিংশেল, রাল-লেম্প ফমুং-কাংথোল পূম্নমক অসি, অহুগা য়ুমগী মীনাইদগীনা জমিদারীগী কর্ম্মচারী ফাওবা, লোয়ননা মখোয়গী মবেম্মবুস্তু দাবি তানবা য়াই,

মতু খঙবিবরা ? বাবাগী য়াথং বাবাগী য়াথং— পীবিগদ্রা হুন্নমক অসি ?"

বিজয়া খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংখ্রে, অদুবু মহাক রা মচেং অমতা ত্তাংদনা নুংগী মুক্তিগুম ফমহনা লৈ। নরেন্দ্রা চাউখোক্লা চাক চখোম মচিন্দা হুক্লগা কোচি থাংনা হায়রকই, "কমদোই, পীবা ঙমগনি খনবিব্রা ? থোইদোকুদুম অমুক্তা বিলাসবাবুগা হাইফেংতং খল্লখোকপিমু।" হায়রগা হাঃ হাঃ নোক্লকই।

অদুবু বিজয়না মমাই নোনখংলকপগা মাগী অকনবা মীনোক অদু চৈথেং ফংবগুম চপ লেপখ্রে। বিজয়াগী মাইথোং ঈ থাংদবগুমই— তাইফেং-তাইরবা মাইথোংচুদা অমত্তং য়েংলগা নরেন্দ্রা তৌফম খঙদনা পাখংনা হায়রকই, "ইবেম্মবু ঙাওবরা ? ঐনা তশেংনমক হেক্তা পুন্নমক অদু দবি তান্নগদ্রা, নত্তে, তাল্লগবু ফংগদ্রা ? থোইদোকুদুম অদু ওইরবদি ফাদুনা অঙাওবগী জেলদা থমগনি।"

হাযবিবশিংসি বিজয়া করিস্সু তাদবগুমই। হায়রকই, "কদায় যেংগে বাবাগী চিঠি।"

নরেন্দ্রা ঙক্কুনা হায়রকই, "যনি, অদুবু ঐ মতু ফুরিংখাওদা হাপ্পুনা কোইপু পুদে। অদুগা মতু উরগা ইবেম্মগী করিবু কান্নগদগে ?"

"ওইনিংবা ওইসনু। চৌকিদারগী মখুক্তা চিঠি অনিদু শিন্ন-বিরকউ। মহাক অদোমগী তুং ইন্দুনা কলকাতাদা চৎকনি।"

"অমুক থুনা ?"

"হোয়।"

## কুনন্তমদোই

অহিং তুমদবদগী শাথীনা চোকথরবা বিজয়ানা অযুক্তা মখাগী কাদা চংলকপদা উবে, ওফিসকী ফাইলশিং টেবিল মথক্তা নিংথিনা শেমজিন-শজিন্দুনা থম্লি, অদুগা কর্মচারী অহল অমা লাপ্তক্লা লেপ্তুনা ঙাইরমই। মহাক্না নোল্লুক্না হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবেম্মা, ময়ামসি ঙসি অমুক পামজৈ।"

মাবু পুং অনিবোমগী মতুংদা লাকউ হায়খ্রগা মথক থংবা ফাইল অদু পায়তুনা বিজয়া থোংনাও মযাদা লৈবিবা চেয়ারদা চলক্তুনা ফম্লে। মহাক মপুক্লিং চনবা শক্তি লৈতদ্রে—তথকপা মিংয়েনো হন্না হন্না হিসাব অঙ্ক থাদাহনা থোংনাও মপান্দা শমনা শমদা কোইযেং যেলি। থড়াংহৌদনা উক্লবে, বাগানগী মচি অমদা লেপ্তুনা বাফবিহ্রীনা পরেশতা করি করিনো হংলি। অদুগা বরিংঙ্গদা মখাগী কাদা বকিঙ্গুঙ্গদনা দোলানগী চাদত্তা মখুং থিল্লি। মবানিগী বা মচেৎ অমত্তা কাবা ফংদবদা বিজয়ানা মতু ফওবা ইঙ্গিতনি হায়না মপুক্লিংদা চিংনরক্লে।

ঙাইহাক্তং লৈরগা মহাক শুথিসবোমদা চংখ্রে। পরেশ খুম্লোমদা লাক্লি, বিজয়ানা থোঙাওদা মখুং হংতুনা মনাক্তা কৌশিল্লগা হংলকই, "নঙোন্দা করি হংলিবনো?"

পরেশনা হায়রকই, "আজ্ঞা-বেম্মা, শোল লৌরগা ঐদি অঠম খুং লৈবা চংলবা নত্রা? ডাক্তরবাবুনা চাক চাৎ মতমদা ঐ মখুংদা লৈবরনে আজ্ঞা-বেম্মা?"

বিজয়ানা হায়রকই, "লৈতে।"

পরেশনা হায়রকই, "অদুদা বাবু-চৌবনা হায়রিবা, করি কবি ঙাংনখিবগে শেংনা তমদ্রবদি সিপাইবু পুলহল্লগা ঈশিং পীথক পীথক ফুহনগনি। ঐনা হায়. চৌকিদাব অনৌবনা মঙোন্দা ওইদবা রা ঙাক্কা তমশিনবনি। আজ্ঞা-বেম্মনা হায়, পরেশ, চেল্লগা ডাক্তরবাবু কৌবকউ, নঙগী খু' অযবা লৈবিগনি— অদুনা ঐ চেল্লবা নত্রা? অদুবু বাবুচৌবদা তমল্লুরনু আজ্ঞা-বেম্মা। ম'না নঙোন্দা তাকথে কপা যাদে হায।"

তাকথোপিরোই হাযদুনা হব'ওহন্দুনা বিজয়ামা পবেশ থাদোকখ্রে, অদুগা হান্নগী মযমদা অমুক ফাইল হাদোক্নুনা ফম্ল'ব; অদুবু হন্দক্তি মাগী মিংযে, মা'দা লৈবিবা ফাইলদা ইবিবা মযেকশিংদু মুংখিদুনা পুম্নমক মমখ্রে। অদি তুমদবগীদা নঙ্গা শাংঙমদবা শাউনি বগী ঙাংনবা মিঙগী মবিক কাপথোকল্লি। পংবুই কুইদনা রাসবিহারী লিচগী তপ্রবা মখোল থোঙ মযদা তাবকই, অমসুং বিজযাগী মিংগে চি শিন্নবা হাইযেওং খোদেল্লগা চেয'ব চিংশিন্দুনা ফম্লবে।

বিজযানা ফাইলদগী মমাই লৈথোরক্লগা হায়রকই, "লে শিন-বিরকউ। অযুক্তা অস্তুক ঙগ্না?"

বাসবিহারীনা রাঙগী পাউখুম পীদনা থুদক্তা মুংশাথীবগা লোযননা হংলকই, "নহাক্কী মিং অনিমক য়াম্না ঙাংনা উই লুপীমচা, অঙ্গ-অবাকদি য়ৈদেদনা?"

বিজযানা মঙক হইদুনা হায়রকই, "য়ৈদে।"

বাসবিহারীনা মতু মনাদা হাপ্তুনা লুংশাথীবা উংলকই।

হায়রকই, "ৱৈদে হায়রগা হেক্তা য়াবা নত্তে। অহিং নিংথিনা তুমদ্রবরা নত্রগা করিগুম্বা থরদি—"

"নত্তে, ঐ করিস্পু তৌদে।"

"অহুবু অহুম্মা মিং ঙাংলিবহুগী মরম অমদি থরমথে—"

বিজয়ানা পাউগুম পীদনা থবক্তা মপুক্কিং চংখিবা উবদা রাসবিহারীনা ৱা ৱৈথহুনা হায়রকই, "লুংশাগী মৈশা কীহুনা অয়ুক ঙন্তা লাক্লবনি নুপীমচা। দলিল-লুংলিলশিংহু অমুক্তা য়েংবা তারি—চৌধুরীখোয়না ঘোষপাড়াগী সীমানাগী মরিদা কেস তৌগনি হায়না তারি!"

জমিদারীগা মরি লৈনবা য়াম্না মরু ওইবা দলিলশিং বনমালীনা মশাগা শানোম্নরমই। মহু তোইনা দরকার লৈনা নত্তে, মাংখি তাখিবা য়াই হায়হুনা মতম পুম্নমক্তা মশাগা শাগোম্নহুনা থম্লম্বনি। কলিকতাদগী য়ুমদা লাকপদা বিজয়ানা পুম্নমক অহু পুরকই, থমস্লুং মাগী তুম্ফম কাগী য়োংকী আলমারীদা থম্লি। বিজয়ানা মমাই নেংনথংলগা হায়রকই, "মখোয়না কেশ তৌগনি কনানা হায়বগে?"

রাসবিহারীনা হৈ-শিৎবা শাহুনা লোকফেং তৌনা হায়রকই, "কনানসু হায়দে নুপীমচা, ঐদি লুংশিংতা পাউ ফংই। অহ নত্রবদি অস্লুক চাওবা জমিদারীসি অস্লুক কুইনা চালাইবা ঙম্লম্লোই!"

বিজয়ানা হংলকই, "মখোয়না কয়া য়াম্মা দাবি তাম্লক্লিবনো?"

রাসবিহারীনা মপুক্কিংদা হিসাব তৌরগা হায়রকই, "পংয়াম য়ামদ্রবসু মহ বিঘা অনিদগীদি তারোই।"

বিজয়ানা থোশাদনা হায়রকই, "অদুখক ! অদু ওইরবদি মখোয় লৌজরসনু। লম অদুখক্কীদমক কেশ শোক্লক্লবগী কান্নবা লৈতে।"

রাসবিহারীনা কা-হেন্না ডকশিন্নবহন্না য়ানিংদবগা লোয়ননা হায়রকই, "অদুগুম্না রা নঙগুম্বী মুপীমচাগী মচিন্দগী তাগনি হায়বা আশা তৌদে মুপীমচা। ঙসি অথিংবা লৈতনা করিগুম্বা বিঘা অনি থাদোকখিবা তারবদি হয়েং অমুক বিঘা চা-নি থাদোক্লোই হায়বা কনানা খঙবা ঙমগদগে?"

অদুবু অহেক্প নি. অমুক থিনা হায়বদসু খজিক্তা বিজয়া ফিঙ্গংপা লৈতে। মহাক্না পাউখুম পীরকই, "অদুবু তশেংনমক বিঘা চা-নি ঐখোয়না থাদোরদবা নত্তে। ইচম চম্বা মরমগীদমক কেশ শোক্ল-খোংনক্লবগী দরকার লৈতে হায়জবনি।"

রাসবিহারীগী থম্মোয়দা তিংপাল্লি। হন্না হন্না মঙক হাইরগন। হায়বকই, "কৈদোউডদসু ওইবা য়ারোই মুপীমচা, কৈদোউডদসু ওইবা য়ারোই। নহাক্কী বাবানা ঐঙোন্দা পূম্নমক শিন্নরম্বনি, অদুগা ঐনা হিংলমহৈদি য়েংনক্লবা তৌদনা বিঘা অনি নত্তে. খুত্তিল মফৈ তনিখব্বা লম থাদোকপা ফাওবা অধর্ম্ম ওইগনি। অদুদা নওনা অতে মরম কয়াসু লৈবনা দলিলশিংদু অমুক্তং নিংথিনা য়েংনিংই। অমুক্তদি ব্বারবসু রানা হৌগংলু মুপীমচা, উপুদু মথক্তগী অমুক্তা লৌথক।"

বিজয়া হৌগংপগী মওং অমত্তা উংতে। থোইদোক্লদুম * লবই, "মরম অতৈসু লৈবরা?"

রাসবিহারীনা হায়রকই, "হোয়।"

বিজয়ানা হায়রকই, "করি মরমগীনো?"

রাসবিহারীনা মপুক্লিংগী নুংঙাইতবা খিবিক ফাজিল্লহনা পাউথুম পীরকই, "মরম অমত্তা নত্তে— মহুগী মরম তাক তাক্লুনা খঙজনখিবা তারিবরা নুপীমচা?"

মতম অসিদা সরকার মহাশয় মাগী ফাইল-নুংগীদমক তপ্না তপ্না কা মনুংদা চংলকই, বিজয়ানা ঈকাইহনা থুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি ঙম্লোইদোবে, হোরেল নুংথিল লৌরবো।"

"য়াম্না ফনি" হায়রগা সরকার হনখিগদবগী তোই—বিজয়ানা কৌশিল্লগা হায়রকই, "থবক অমদি লৈ অদুবু। ওফিসকী অনৌনা চৌকিদারহ্ থবক হৌবা কয়া কুইরবগে?"

সরকারনা হায়রকই, "থা অহুম্লোম শুরম্লগনি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "মহু ওইনিংবা ওইসনু, মাবু থম্নগী দরকার লৈত্রে। হৌজিক থা অসি লোইগদবা নুমিৎ কুপ্নি ঝাংলি, নুমিৎ থবনিহুগী তলব হেন্না পীরগা ঙসিমক মাবু থাদোকত্রো।"

সরকার চঙক্লুনা য়েংহনা লৈ। মাগী মরাল করি লৈবগে হংনিংই, অদুবু হংজবদি ঙমদে।

বিজয়ানা মহু খঙলহনা হায়রকই, "নত্তে, মরালগীদমক নত্তে, অহুম ওইনমক নুপাহ্ এনা পামদে হায়হনা থাদোক্লিবনি, অদুবু তলবতি থা অমগী শুমা পীবিখো।"

রাসবিহারী মিংকুপংুক মমাই ঙাংই, অদুবু খুদক্তা মশাবু

ফাথজবগা নোক্লুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মরাল লৈতনা কন্নাগী মচিঙ্গাক ককপিবা ফগদ্রনে নুপীমচা ?"

বিজয়া তুম্মিন্না লৈবা উবদা সরকারনা থৌনা ফংলদুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মাবু—"

"হোয়, থাদোকখ্রগদবনি— ঙসিমক।" হায়রগা বিজয়া ফাইলদা মপুক্লিং থমখ্রে। অদুম ওইনমক সরকাব আশা থরা তৌদুনা ঙাইহাক ঙাইবল্লগা চৎখ্রে, রাসবিহারীনা মিনিট মঙাল্লোম চপ যুংনা লৈবগা হায়বকই, "থবা রাববস্থু রানা হোৌগঙবা য়াদ্রে নুপীমচা। অমনবা দলিলশিংদু লোইনবা অমুক্তা পাদুনা য়েংথোক্লিংই।"

বিজয়ানা মমাই নোনখৎলক্তুনা হংলকই, "কবিগীনো ?"

রাসবিহারীনা চীংলেম্না হায়রকই, "হায়রিবসিনি থোই-দোকপা মরম লৈ। অদুনা রা অসি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়নবা ঐগী মতম লৈতে বিজয়া।"

বিজয়ানা মাগী ফাইলদুদা মিৎয়েং থম্লদুনা তপ্না তপ্না হায়বকই, "তাকপিরিবদু অচুম্বনি, অদুবু মদুগী মরমদি অমত্তা ফাওবা উংপিদ্রি।"

"উৎত্রবদি হোৌগংলরোইদ্রা ?" হায়রগা মিৎকুপ থনা ঙাইরবদা মহাক অমুক তপথবা ঙল্লক্লে, হায়রকই, "মদুনা তাকপদি নহাক্না ঐবু থাজদে।"

বিজয়া রা-লাং ঙাংদনা মরু লুকচান্ননা থবক তৌরি—পাউথুম অমত্তা পীদে। মহাক্না তুম্মিন্না লৈবগী অথ অস্নুকী মতিক ময়েক

লাগ্রে. অমুক্কী মতিক লুশিনগ্রে মহূদি, শাউবনা রাসবিহারীগী মাইথোং কাহংগ্রে। মহাক্কা মথুঙা পায়রিবা লিচৈনা লৈমায়দা শুরগা হায়রকই, "ঐবু মহাক্কা অমুক থীনা ঈকাইবা পীরিবা করিগীনো বিজয়া? করিগী নহাক্কা ঐবু থাজদ্রিবনো হায়য়ু?"

বিজয়ানা খোঙ্জেল তপ্পা হায়রকই, "ঐবুস্থ খুড়া-ইবুংঙোনা থাজবিদে। ঐগী শেলনা ঐগী ইথক্কা সি, আই, ডি, থম্লবদি পুক্লিংগী ফিভম করি ওইগদগে হায়বা শোয়দনা খঙবিরমগনি, অদুগা মহুগী মতুংদা ঐগী সম্পত্তিগী মরু ওইবা দলিল-লুংলিল খুং চন্নবগী থৌশিলহুবু ঐনা করিগুম্বা খরা চিংনবদি মশাগী অতাবী ওইবোইদ্রা? নত্তে, মহুবু খুড়া-ইবুংঙোবু ঈকাইবা পীবা ওইগদ্রা?"

বাসবিহারী ঙকপনা চমগ্রে। মাগী অহুক চাউবা খুজিল-থৌরাংবু কলিকাতাদা য়াইফকোন্দা কেনা-নৌনা য়োক্লক্লবী করিস্থ খঙদবী লুপীমচা অমনা ফাবা ঙমগনি হায়বসি মাগী ঙৌরদা কোক্লা লাম্বা ফংদে; অদুগা মহুমকপু মশাক্লা মচিনমক্লা চিংনবা লৈতমা পল্লকনি-- মহুদি মঙদা ফাওবা থনখিদ্রি।

রাসবিহারী ফনা কুইনা মুংবংননা লৈরগা অমুক লাঙ্গংনবগী খ্বাংচেং লাকশিন্দুনা হোগংলক্লে, অদুগা মহুগুম্বা মীওইগী অথোইবা খুংলায় তেন্দোংদগী লৌথোক্লগা সহায় লৈজদ্রবী লুপী-মচাসিগী থম্মোয়দা থুম্না কাপশিল্লক্লে। হায়রকই, "বননালীনা হায়রম্বা রা ঙাক্লনবগী থবক অসি তৌরিবনি। মশাক খঙদবা মীরেম অমবু লৌবুক ময়াইদগী ফাদুনা পুবক্লগা লুংথিল চুপ্পা

লেল্লে, মহুগী অর্থ ঐ খঙদবরা ? মহুতরা ? মুমিংতুদা য়াচংবা মতুং ফাওবা মাগা মোক-খেহুনা রারী শানবনা মহাক পেন্দে, অহিংহু মহাক কলবতাদা হনখিদে। চালাক তৌহুনা মহাক 'সিদস্থুম লৈখি। মহু নহাক্তি ঈকাইদবা য়াই, অহুবু ঐখোয়দি ঈকাই-ফিরুক খুম্লবনি ! সমাজদা মাই উৎপা ঙমখিগদ্রা ?"

রাফম অসি অহুক হাক্লা থম্মোয় শোকপা নম্লবম্ বিজয়ানা ঈকাইবা অমদি শাউবগা লোয়নমা লাউ-খোংহুনা য়ানিংদবা উংলমগদবনি, অহুবু চৈথেং অসিনা মাগী পাঙ্গল খংশোন শোম্হুহনখ্রে।

রাসবিহারীনা মরৌ লৈনা মাগী ব্রহ্মাত্রিগী অঙকপা মগুণ বিজয়াগী ঈ থাংদ্রবা মাইথোংদা যেংহুনা থোইদোক্লা পেনবগা লোযননা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈ. অহুগী তুংদা হায়রকই, "অসিগুম্বসি অফবা নত্তে নুপীমচা, পুম্নমকসি থিংনবা হোংনবা ঐগী ইথৌ নদ্রা ?"

বিজয়া তুম্মিন্না লৈবা উহুনা মহাক্লা খোঞ্জেল লুয়া হায়রকই, "নত্তে, তুম্মিন্না লৈবা য়ারোই বিজয়া—নহাক্লা পাউখুম পীগদবনি।"

অহু ফাওবদা বিজয়া রা ঙাংদে। মতম অহুদা রাসবিহারীনা পাযরিবা লিচৈনা লৈমায়দা শুরগা হায়রকই, "নত্তে, তুম্মিন্না লৈথোকপা য়াবোই। অসিগুম্বা অরুবা রাফম অসিগী পাউখুম তাবা পামই"

হৌজিক্তা বিজয়ানা মমাই মোনথংতুনা য়েংলকই। মাগী কংলবা চিনবান নিক্রকই, অহুগী ংদাতু তপ্না তপ্না হায়বকই,

"ৱাকমতু ফনস্থু লুজসনু, মীনম্বা ৱাগী পাউথুম ঐনা খুড়া-ইবুংঙোদা ফরি পীগদগে ?"

ৱাসবিহারীনা তেঙ্গেমুক য়াংনা হংলকই, "অদুদি মসিবু মীনম্বা ৱানি হায়না থৌশাদবা পাম্বৱা ?"

ঘিজয়ানা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা খোঙেল তপ্পা খুম্নকই, "থৌশাদবা পাম্বা নত্তে খুড়-ইবুংঙো। মহু মীনম্বনি হায়বা অদুতমি হায়জনিংলিবা; অদুগা মীনম্বনি হায়বা খুডা-ইবুংঙোনা মুন্না খঙবিরিবনি, মহুস্থু খঙহঞ্জনিংই।"

ৱাসবিহারী তশেংনমক তৌফম খঙদ্রে। অহানবগী অসিগী-দমক্তদি হান্নবা শেম-শাহুনা লৈ হায়বা য়াই, অহুবু অকোনবগী ৱা অসিগীদি শেম-শাহৌবা শুপ্নে লৈতে। করিগুম্বা মওংদস্থু বিজয়ানা মাবু মীনম্বা ঙাংবা অমস্থুং ফত্তবা মিংচং শন্দোকপা মীশক্লি হায়না মাগী চিন্থক্তা খুমকনি হায়বসি ৱাথলগী ৱাংমদনি। মহাক মশাগী ৱা অমত্তা অমুক মচিন্দা থোরক্লে—শুপ্নগী বিজয়াগী ৱা অহুমক চিমফা থিবগুম থিথরকই—"মীনম্বা ৱানি হায়বা ঐ ইশামক্তা খ্বাইদগী হেন্না মুন্না খঙজরিবা ?"

বিজয়ানা হৌগংলক্লগা হায়রকই,"খুড়া-ইবুংঙোদি গুরুজনি—মসিগীদমক য়েংনবা ঐস্থু হৈনজদে। দলিল-লুংলিল হৌজিক লৈখিসনু, কেশ-লুংগী দরকার লৈরে খঙলবা মতমহুদা খুড়া-ইবুংঙোবু কৌহঞ্জরগে।"

অসি হায়রম্লগা বিজয়া মনাক্তা লৈরিবা থোঙদা চংখ্রে।

# কুনমরি

বিজয়ানা খ্বাইদগী হান্না মপুক্লিংদা খল্লকই, হন্নেং অয়ুকমক মওং অমদবু ওইরবস্নু শাদানবগী লাংসিদগী নাম্বোকুনা মথরায় হিংলনবা কলিকাতাদা চেল্লগনি, অদুবু লাংতক্লবগী অহানবা চৈথেংদুদি লাম্বোকপ্রে ; মতম অদুদা উরে, মদুদা লাংদগী নাম্বোকপা ঙমদনা থুবদা নত্তে, মিংচৎ থিবগী মৈথুনা মদুগা লোয়ন-লোয়ননা মফমদুগী অতিয়া ফাওবা মমহন্দনা তোক্লোই। মতমদুদা মহাক্না কমদোনা কলিকাতাগী সমাজদা মাই উংকদগে? অদুম ওইনমক মফমসিদস্নু মহাক কা মনুংদগী মপাল থোকপা ঙমদ্রে। তশেংনা খঙদবস্নু নত্তে মদুদি, রাসবিহারীনা মাবু থাদোক্লবগীদমক নত্তে, থোইদোক্লদুম লৌশিন্নবগী রাথন্দা অথিবা মিংচৎ শন্দোক্লিবনি, অদুগা তশেংনা নিংবা কায়বমক নংলমদ্রবদি করিগুম্বা মওংদস্নু মীনম্বা পাউজেল অসি শন্দোক্লম্লোইদবনি, অমা ওইরবস্নু অমা ওইরবস্নু নুমিৎ নিনিগী মতুংদা মাগী ওফিসকী কেশিয়ারনা হিসাব সহি তৌহনগদবগী বিজয়া উন্নগে হায়জরকই, মতমদুদা মহাক্না হকচাং ঙমদে হায়শিন্নদুনা মনাইবু চে-নুং মথক্তা লৌখংহল্লে। ঙসি মশাগী কর্ম্মচারী ফাওবা উন্নগদবা ঈকাইরে, রাকমদু মানা করিগুম্বা খঙলম্বা থোক্লবদি মাগী মিংয়েংদা ফাওবা উশিত্তবা অমদি করেম্নবা ম্লাউরমগদ্রা চিংনরে।

মহাক্না পোংশক অমা কীরিবা অদুগুম মপুক্লিং য়ুংনা মপাগী চিঠি পুদুনা নরেন মশামক লাক্বনি থাজরি। অদুবু নুমিৎ

মঙা-তক্কক্লি হৌগ্রবদা সমস্যা অদু পিয়ন অমগী খুৎমা শেংদোক্লরে। চিঠি ফংলে হায়বদি য়াই, অদুবু মদু ভাক্তনি। করিগী মহাক লাক্লিবমো হায়বা ভাবনা শাবদা মিংকুপ অমা চংদে। মহাক্না মসিমক চিংনরম্লিবনি, তুংদা রাসবিহারীনা করিগুম্বা চালাক তৌদুনা রাফমদু নরেনগী মনাকোংদা য়ৌহন্দুনা মাগী য়ুমসিদা চংলক্কনবা থিংখিগদ্রা। চিঠি মখুত্তা পায়দুনা খল্লকই; অদুবু অস্তুক লায়না করিগুম্বা মীনম্বা কলঙ্কগী পোৎলুম মাগী কোকথক্তা থোক্সংপিরম্লগা কীদুনা মমাই লৈথোকখিবা তারবদি মিংচৎ থিবগী পোৎলুম অদু ফনা অচৌবা মীনম্বস্থু ওইসন্নু—মদু কোকথোংনদুনা করিগী মতেংনা পুগদগে? মতমদুদা পোৎলুম অসিমক্লা থাইদোক্লা অচুম্বগী মশক লৌদুনা মাবু লৈথা তানা মাংহনগনি!

অস্তুম্না ভূত চুবগুম লেংদনা ফমদুনা মহাক্না খল্লকপদুগী ওমথৈ ৈলতে। অদুগী তুংদা ফনা কুইনা লৈরগা মহাক হৌগৎলকই অমস্তুং হন্দক্তি মহাক্কী নোঙ্গাগ্রবা নপাবুংগী খুৎনা ইরম্বা চে অনিদু পায়দুনা মপী শিন্থরকই। হন্না হন্না মপী তৈথোক্তুনা চিঠি অনিদু পারকই, পীরাংনা হন্না হন্না মিংযেংগী ওমথৈ থংলকই। মমৈথংদা ফনা কুইনা লৈববা তুংদা য়ায়া চেবশিন্না পাব লোইরবদা মপাবুগী থম্মোয়-নুংগী অপাঙ্গত্থু মাগী মফমদা অমুক লোৎপা লৈত্রে। মতম অমদা মপাবুংবু শুপ্নগী মাগীদনক্তা নরেনবু মী ওইনবা শেম্লম্বনি হায়বসি অচুম্বনি হায়বা তশেংনা স্ফটিক মণিগুম তরু তরুরে. অদুগা রাফম অসি ফনা থুপচায়না লৈসন্নু, রাসবিহরীনা থঙদবা নত্তে হায়বস্থু খঙবা ওম্লে।

অমুকন্থু নুমিৎ মঙা-তরুক্কি হৌগ্রে, নোংমা অয়ুক্তা বিজয়ানা মিৎকপ থোক্কুনা হৌগৎপদা উয়ে য়ুমগ্ন রাজ-মিস্ত্রিগী খুৎ চংলি। মথোয়না শাগাই শাদুনা মোয়ামোত তৌনবা হোৎনরি, মরম শক্লুবদা মহাক খংহৌদনা মশা 'পুন্না চোকথনা নিংশিংলক্লে, লাক্লিবা পূর্ণিমা তিথি নুমিৎ তরেৎনিদা ঙাইরে।

নুমিৎ চুপ্পা থবক কন্না চথরি, অদুবু মহাক্না কনাদস্থু হংলুবা ঙমদ্রে, মসি কনাগী য়াথংনা তৌরিবনো নত্রগা করিগী হীরম অসিদা মহাক্কী মতামত লৌদ্রিবনো।

নুংথিলদা বিজয়া কাহ্নাই সিং পুদুনা ভুরেল তোর্ব্বান্দা কোইথোকপা থোরকই। খঙহৌদনা দয়ালগা থেংনরে, হায়রকই, "ঐ ঙসি নহাকপু থিরক্লিবনি নুপীমচা।"

বিজয়ানা ঙক্কুনা মরম হংবদা হায়রকই, "থোইনা কুইবস্থু নত্রে, বার্ত্তোন নন্না তারি, নহাক্কী মরূপ-মপাংশিং তরাম তবাম কৌরক্লুবা হোৎনগদৌরিবনি—অদুনা মথোয়গী মমিং মথা খঙলবদি—"

বিজয়ানা কন্থা-বরুমুমা হংলকই, "বার্ত্তোন ঐগী মিংদা নমগদৌরিবরা ?"

লুহোংবসি নুংঙাইবগী নত্তে হায়বা দয়াল মপুক্লিংদা খঙজে। চিংনদুনা হায়রকই,"নত্তে নুপীমচা, নহাক্কী মিংদা করিগী নমগদগে ? বাসবিহারীনা বর কন্যা অনিমক্কী অবিভাবক্লিনা মহাক্কী মিংদা বার্ত্তোন তৌবদা লেপ্পরে।"

বিজয়ানা হায়রকই, "লেপ্লিবসি মহাক্লরা ?"

দয়ালনা মঙক নোমত্থনা হায়রকই, "হোয়, মহাক্নিদনা!"

বিজয়ানা হায়বকই, "অত্থ ওইরবদি মসিস্থ মহাক্না লেপ্পসন্থ। ঐগী মরুপ-মপাং কনাস্থ লৈতে।"

দয়ালনা মসিগী পাউথুম অমদা পীবা ঙমদ্রে। চংনা চংনা বারী শারিবন্নি। বিজয়ানা খঙহৌদনা হংলকই, "নরেনবাবুদা পীবিখিবা চিঠিশিংত্থ পাথোকপিখিবরা?"

দয়ালনা হায়রকই, "পাদে নুপীমচা, মীগী চিঠিবু ঐনা করিগী পাক্নগদগে? নরেনগী মপাগী মমিং উবমক্তদা ঐ খঙলবনি, পোৎ অসি মপুগী মচানুপাদা পীথোকখিবা চুমই। নঙোন্দা অমুক্তংদি হংখিসিরা খল্লমই— অত্থবু মত্থ দোষ বরি লৈবগে নুপীমচা?"

অহলত্থ ঈকাইবে হায়বা খঙলত্থনা বিজয়ানা খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "মপাগী পোৎ পীথোকখিবদি চুল্লিবনি। ফরে, মহাক্না মত্থগী মরমদা পনখি-লাকখিবা করিমত্তা লৈব্রা?"

দয়ালনা হায়রকই, "পন্দে, করিস্থ হায়দে; মত্থ খঙবিনিংবা লৈরবদি মঙোন্দা হংলগ ঐ হয়েংমক নঙোন্দ তম্নবা ঙমগনি।"

বিজয়ানা ঙক্নুনা হায়বকই, "হয়েংমক তম্নবা ঙমগদৌরিবদি কমদৌননো?"

দয়ালনা হায়রকই, "মত্থ ঙমগদ্রা নিংই। হন্দক মরকসি মহাক ঐখোয়গী অদোমদা নুংত্তিগী লাকই।"

বিজয়ানা চিংনরত্থনা হায়রকই, "ইনে-বেম্মবু নাবা অমুক হেঞ্জিল্লবরা, কদায় মত্থদি ঐঙোন্দা তাকপিখিদ্রিনা!"

দয়ালনা নোকফেং তৌরদুনা হায়রকই,"নত্তে, হৌজিক মহাক নাবা ফরে। নরেনগী লায়েং অদুগা ঈশ্বরগী থৌজাল—" হায়রগা মহাক্না মথুং লোয়রদুনা ঈশ্বরদা খুরুমজরকই।

বিজয়া ভকপগী ভমথৈ লৈখিদ্রে। দয়ালগী মাইথোংদা ভাইহাক য়েংদুনা লৈরগা মহাক্না হংলকই, "অদুদি করিগীনো মহাক নুংতিগী লাক্লিবা?"

দয়ালনা মপুক্লিং মকা লায়া হায়রকই, "দরকার লৈত্রবস্থু পোক্লকম লমদমগী মায়াবু পাক হেক থাদোকপা ভম্বরদো নুপীমচা! অদুদা নত্তনা হন্দক-মরকসি নরেনগী থবক-থানাস্থু কোমই, আদা মরুপ-মপাংস্থু থোইনা লৈতে—অদুনা সন্ধ্যাগী মতমসি 'সিদা 'স্থুম লেপ্লে। নুংশিবা য়াবা অভাংস্থু ওই। অদুবু রায়ী শানা শানা ফনা লাপ্পস্থু লাক্লবনিনা নুপীমচা, অমুক্তদি য়ৌক্লসিদনা মহাকী য়ুমদুদা কৈদোবগে?"

"লেংসি!" হায়রগা বিজয়ানা মতুং ইল্লি।

"অস্থুক চম্বা অসিগুম্বা স্বভাবকী ভদ্রলোক অমত্তা ঐদি অস্থুক অহল ওইরবা অসি ফাওবদা উরক্লি। নলিনী বি, এ, পাশ তৌরগা ডাক্তর তম্বা চৎপা পাল্লি। হীরমসিদা মাবু কয়া থৌগৎপি কয়া তেংবাংবি, মদুগী মপাল নাইদে।"

বিজয়া চঙক্লে। কলিকাতাদগী নুংতিগী লাক্লগা মতম লেপ্লবগী মরমদা চিংনবনা ভসায়দগী মহাকী থম্মোয়দা ছুগী মতৌগুম শন্দোরক্লি। দয়ালনা হন্না য়েংলগা নুংশিবা থোঞ্জেলনা হায়রকই, "অদুদি অমুক চৎলুবগী কান্নদ্রে—নহাক য়ারমাল্লে।"

"ৱাদে, লেংসি।"

মাগী খোঙথাং তপ্পা উবদা ৱাবগী ৱাকম পল্লুবনি ; অদুবু মাগী মাইথোং উৱন্নবদি ৱা অসি মহাক্না মচিন্দা পনবা ঙম্মোই।

মতম অদুদা খোঙথাং খুদিংগী কল্লবা মালেম বিজয়াগী খোঙদগী হন্দোকখ্রি হায়বসি অনুমান তৌবা দয়ালগী মফমদদি ওইথোক্কবনি। অদুনা মহাক্না হায়রকই, "নরেনগী মতেংদগী লাইরিক ফনা য়াম্না তম্বা লোইরে। লাইরিক্না মখোয় অনিমক মথরায় য়াউই।"

ফনা কুইনা তুম্মিন্না চংলবা তুংদা বিজয়ানা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মপুক্কিং কাথরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "অতৈদি অমুক চিংনবিবা লৈত্রা?"

দয়ালনা খোইদোক্না চিংনবগী করিগুম্বা মওং অমত্তা উত্রে। ইচম-চম্না হায়রকই, "করিগী চিংনবনো নুপীমচা?"

ৱাহং অসিগী পাউখুম বিজয়ানা খুদক্তা পীবা ঙমদ্রে। মহাক্না থম্মোয় কায়খিগদৌরে। মমৈথংদা হায়রকই, "এৱনা থনবদা নলিনীগী মরমদা মপুক্কিংগী ৱা মহাক্না শেংনা ফোংদোকপা চুমই।"

দয়ালনা মঙক মোমদুনা হায়রকই, "অচুম্বা ৱানি, অদুবু মদুগীদি হৌজিকস্থু মতম লৈরি নুপীমচা। খোইদোক্লদুম এৱনা থনবদা মৱানি পুকচেল-খোইজেল থরগা হেন্না মুন্না খঙনব্রবা ফাওবদি পাক হেক অমা হেক্তা লেপথোকপা চুম্মোইদ্রা নিংই।"

বিজয়ানা খঙলে, ৱাহং অসি অতোপ্পগী পুক্কিংদস্থু ফাওরে।

ঙাইহাক তুম্মিন লৈবগা হায়রকই, "অদুবু নলিনীদদি অমাংবা ওইবা য়াই। মাগী মপুক্কিং লেপ্পদা মতম চংবা য়াই, অদুবু মরক অসিদা নলিনীগী—"

য়ুংনাংবা অমস্তুং মৈচাক্না রা মখা তাবা ঙমদ্রে ; অদুবু সমস্থাসিগী মাইকৈ অসিমদি থোইনা খল্দুনা য়েংদমাল্লে য়ুংশাথিনা দয়ালনা হায়রকই, "অচুম্বা রানি ; অদুবু ননেদগী খরমখৈ তারে, মদুদা— অদুবু নঙোন্দা হায়গ্রবদুনি নরেনবু ঐখোয়না য়াম্না থাজে। মঙোন্দগী কনাগী অমাংবা থোকপা য়াই, শোইদুনবু ওইরবস্থু নহাক্না কনাগী মফমদস্তু অরানবা চংকনি, মসিদি ঐ খনবা ঙমদে।"

মহাক্না খনবা ঙমদসনু, অদুবু অদুম ওইনমক মতমদুদা চুমদবনা কদায়দা কয়া লাপ্না চংশিনগ্রবগে হায়বা অদু ঈশ্বরতনদি খঙলিগনি।

মবানি ড্রইং রুমদা চংলকপা মতম অদু মমশিল্লক্লে। টেবিল মাংদা থারদুনা নরেন অমসুং নলিনী চেয়ার অমমমদা মাইয়োক্লনা ফম্লি, মমাংদা হাংদোক্লবা লাইব্রিক অমা তারি। ময়েক উরক্লবনা পাবা তোক্লুনা মতমদুদা তপ্না তপ্না খন্ন-নৈনবা হৌরমই। নলিনী মাইকৈ অদোমদা ওন্দুনা ফম্লি, মহাক্না বিজয়াবু হান্না উরদুনা তরাম তরাম কৌরকই ; অদুবু বিজয়াগী মাইথোংদি মৈচাক্না কাহংগ্রে, অদুবু সন্ধ্যাগী শেংফাঙবা মঙালদা মহাক্না উবা ফংদে। নরেন্না চেয়ারদগী হৌগৎলগা নমস্কার তৌদুনা হংলকই, "য়াইফরিদনা?"

বিজয়ানা নমস্কারগী পাউথুম পীদে, রাহংগীসু পাউথুম পীদে। উদবগী মওংদা মঙোন্দা তুং থোক ওক্লোক্লুনা লেপ্লগা নলিনীদা

হংলকই, "কদায় অদোমদি নোংমতন্দু অমুক্তা লাকখিদ্রেনা ?"

নরেন্না মাংদা চংশিল্লগা মোমোন নোক্লা হায়রকই, "ঐবু অমুক শক কাওবা খঙবিস্লমাল্লে ?"

বিজয়ানা তপ্পা থৌওইদবগা লোয়ননা হায়রকই, "শক খঙই হায়চুনবু হেক্তা খঙবা দরকার ওইবরা ?"

নলিনীদা হায়রকই, "চংলসি, অদোমগী ইনে-বেম্মা উরকসি। মিংকুপমুক মাইকৈ অদোমদা অমুক্তং য়েংলম্লগা নলিনীবু ইনবোই কবিবোই পুখ্রে। নলিনীনা সিঁড়িগী থাক খরা কাখৎলগা হায়রকই, "অচুবু চা থক্তনদি চেনবিখিবা য়ারোই নরেনবাবু !"

নরেনা মসিগীস্তু পাউথুম পীবা ঙমদ্রে—চঙক্লবা অমদি ঈকাইবনা নুংবাংননা লেপ্তুনা লৈ। অহল ওইরবা দয়ালনা মাগী অর্থ খঙদবা ঈকাইবা অসিগী শরুক য়ানবগীদমক নুংজাননা মকম-চুদা তুম্মিন্না লেপ্লি ; অচুবু মহাক নিংজিং-মাংজিংলরকই, মপান্দা উরিবা মশক অচুনা অচুম্বা অচুমক্তি নত্তে—মরম খঙদবা ঈকাইবা অসিগী মরুমদা মিংয়েংনা য়োঙমদবদা লৈপ্রিবা অচু ওইনিংবা অমা ওইজসনু থৌওইদবা খোশাদবা য়াবা নত্তে।

ঙাইহাক লৈরগা চাগীদমক মথক্তা কৌখৎলকপদা ঙসিদি নরেন দয়ালগী রা হিক্তোক্তনা মথাদা অচুম লৈরে ; অচুবু মথন্দা থনমচুনা দয়াল মথক্তা কাবা ঙমদ্রে হায়বা উচুনা মহাক্তা নোক্তনা হায়রকই, "ঐদি য়ুমগী মীনি, ঐগী রা খনবিরুনু দয়ালবাবু ; অচুবু অতিথিগী ঈকাই-খুম্নবা ঙাকপনা চুমগনি। খুনা লেংবিরো।"

দয়ালনা নুংঙাইতনা অমস্তুং ঈকাইনা হায়রকই, "অচু ওইরবদি মহাক ঙাইহাক ফমখিনিদনা ?"

মীনাই মৈ থনম্লগা থোকখ্রে। নরেশনা মাংদা হাংদোক্লুনা তারিবা লাইব্রেরিক্তু মনাক্তা চিংশিল্লগা হায়রকই, "অহোয়, করিগী লৈরমদনি !"

পুংখায় অমরোমগী মতুংদা মখোয় অহুম মখাদা কুনথরকপগা নরেন লাইব্রেরিক থল্লগা হৌগংলকই। ঙসি মহাক লৈরমদতুনা চংখিরল্লবদি মখোয় মতুদা থোইদোক্লা নুংঙাইবা ওইনা থোক্লম্বা য়াই, মরমদি মহাক্তা মতোমদা ঙাইহুনা লৈরম্বা অসিনা মখোয় পুম্নমক্তা ঈকাইবা অমদি নুংনাংবনা চৈথেং পীরগে।

নলিনীনা ঈকাইবগা লোয়ননা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "চা মখাদা পুরকউ হায়জরম্লবনি—পুরক্লগনি নরেনবাবু !"

অহুবু বিজয়ানা মঙোন্দা রা-লাং অমত্তা ঙাংদে, হন্না ফাওবা য়েংলমদনা মপান্দা থোকখ্রে। কাঙ্গাই সিং মপান্দা ফম্নমই, মখুত্তা চৈ পায়হুনা হৌগংলক্লে। বিজয়ানা মপান্দা থোরকপদা উরে, অতিয়া লৈচিন থাংদে—মাপলনি পানবগী থাজনা মাংদা ঙাম্বোইরি। মাগী মপুক্লিংদা নিংলকই, খোংনেংনরিবা নাপীদগী হৌনা অরাপ্পা অনকপদা উরিবা খুদিংমক—অতিয়াগী মকোয়, উমং-রামংগুম উরিবা খুঙ্গং, তুরেলগী ঈশিং, পুম্নমক তুম্মিন তুম্মিন লেপ্তুনা লৈরি। কনাগা কনাগসু মরি লৈনদে—শক খঙনদে—কনাননো মখোয়বু তুল্লিনৈদা নীংতম্বা জগৎতগী ফাহুনা পুরক্লগা মফম অমদা হুন্দোক্লম্বনি—হৌজিক মিংকপ থোক্লবদা মখোয় মশেল-শকখঙনদবা মাইথোং চঙক্লনা য়েংনরি। চংনা চংনা মাগী মিংলুদগী পী অতংপা লৈতনা শিন্থরি অমসুং মপী তৈথোক

তৈথোক্লা হন্না হন্না শোল্লকই, 'ঐ অমুক খাংবা ঙমন্ত্রে, ঐ খাংবা ঙমন্ত্রে।'

ইকুই কুইদনা থোঙজিল ময়াদা লেপ্লহুনা পরেশনা বাবুচৌবা লাক্লে হায়বা খঙহল্লরে, অহুগা মহুগা লোয়ন-লোয়ননা থোঙউপ অমস্তুং লিচৈ মখোল অস্তুম অস্তুম মকশিন্না তাল্লকই।

বিজয়ানা হায়রকই, "লেংশিনবিরকউ।"

মন্নুংদা চংলক্লগা রাসবিহারীনা চৌকিদা ফম্লগা হায়রকই, "ঐনা মখোয়দা ঙসায়মথৈ হায়রম্লিবনি, অস্তুক য়াম্বা মীনাইশিং অসি অমত্তা ফাওবনা যুমদগী থাউমৈ পুহুনা ওকপা চংকনি হায়বা খঙদে! দয়ালনস্তু খন্থফম থোকপনি, লমহাংদা শুপ্পগী থাবল মঙালগী মতেং লোইহনবগী মচুঙা থাউমৈ অমা পীখিবনা চুমই হায়বা। অহুনা খল্লিবনি, ভগবান! তাইবংসিদ মরিমতাগা মীতোপকা থেন্নবা লৈরিবসি নঙনা শেম্লিবনিকো।" হায়রগা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোরকই। অহুবু বিজয়া না ঙাংদে। মতমহুদা রাসবিহারীনা লোক খুরকই, ডাইহাক তিঙক-মাইঙক্লনা লৈবগা পকেটতগী চে অমা লৌথোক্লগা হায়রকই, "তৌগদবা পুন্নমক ঐনা লোইশিল্লবনি, শুপ্পগী নহাক্কী সহি তৌরগা য়ারগনি নুপীমচা, মসি অমুক হয়েংমক থ'খিবা পামই।" হায়রগা চেহু বিজয়াগী মখুত্তা শিন্নবে। বিজয়ানা মহু উবমক্তদা খঙলে, মখোয়গী ব্রাহ্ম লুহোংবগী আইনগী মতুং ইন্না রেজেস্ট্রি তৌবদা চংগদবা দলিলনি। ছাপা অমস্তুং খুংই অনি অহুন্নক পারগা মমৈথংদা মমাই নোনথংলকই। থোইনা মতম শাংদ্রি,

অদুবু মতম খজিক্কং অদুগী মন্নুংদা মাগী থম্মোয়দা অঙকপা অমা থোক্কল্লে। মহাক্কী অশুক কুইরবা অকনবা মৈচাক অদু খঙহৌদনা কমদৌতুননো তমথীবা ফংনা নিংবা কায়বা অকৌবা ফংনা তুকচচবা ওমল্লে। মপুক্লিংদা খল্লকই, নুপা খুদিংমক ছাচা অমগুদা হৈবনি। রাসবিহারী, দয়াল, বিলাস, নরেন—অশেংবদি কনাগা কনাগসু থেল্লবা লৈতে। লৌশিং অমসুং ফিভমগী মতুং ইন্না মপালথোংদা খেন্ননা উরি অসিতনি; নত্রবদি মশাগী ওইজনবা খুদোং ফংনবগীদমক লৈখাতাবা, তৌবিমল খঙদবা, শাথীনা তমথীবদা নুপীগী মফমদদি মথোয় খুদিংমক চপ মান্নে। ঙসি দয়ালগী লোনচং অদুনা মঙোন্দা কা হেন্না নুংঙাইতবা ফাওহনখি। মরমদি কমদৌনা মহাক্না থাজরিবা মথোয়গী থম্মোয়গী অথুপ্পা ইহুন অদু মহাক্না খঙবগুম। অদুম ওইনমক দয়াল অসিগীদমক মহাক্না তৌখিদবা করি লৈরি! থম্মোয় মক্কনা শ্রদ্ধা লৈবি, নুংশিজরি, মশাগী মীনি খঞ্জরি, অদুবু পোকমিন্নবা মচলগী মচানুপীগী মতাংদদি পুন্নমক খঙ-উরবসু মহাক্না নোল্লুকপা নুংশিবা অসিগী করিগুম্বা ঈকাই-খুম্নবা অমত্তা থম্বিদ্রে। মহাক্কী মিংয়েং মাংমক্কদা নোংমা নোংমগী লমলানবী নুপী অমগী থম্মোয় শোক্নবা অরাবগী লম্বীদা চংশিনখি, মতমদুদা খজিক্কং হঞ্জানবা, নুংশিবিবা লৈখিবরা! অদু ওইরবদি রাসবিহারীগা মরু ওইনা মহাক্না খেন্নরিবা কদায়দা অদুগা কয়া য়ায়া? অদুগা নরেনগী রাফমদু মহাক্না হৌগংলকপদগী রাখলগী রাংমদা থৈদোক্নুমা থয়ক্লি, হৌজিকসু মহাক্কী মরমদা বিচার

তৌত্নুনা খল্লুনবা হোংনদ্রে। রাফন অসিমক মশা মতোমদা হন্না হন্না হায়জবকই, 'করিগুম্বা পুম্নমক মান্নবা অতু ওইরবদি বিলাসপু তুক্কচ্চকুনিংঙাই মরম কবি লৈরিবগে? থোইদোক্লদুম মহাক্না খাইদগী মরাল লৈত্তবা নত্রা? মহাক্না লংজবা মরালদি খাইদগী হন্থে। মরু ওইনা মহাক্কীদি রাঙাংদা অমদি ব্যবহারদা অচুম্বগী মশক উরি। মহাক্কী মরাল খরা অদুদি ইশুংলাংগীদমক্তনি।' হায়ফেৎ ঈংথদুনা লৈরগা বিজয়ানা মশাবু খঙহন্জনবা হোংনরকই মতুদি, বিলাসকী নুংশিবা অচুম্বনি অমম্লুং লেংদবনি হায়না তুম্মিন্না লৌজবা ওন্নমদে. মহাক্কী মফমদগী নাম্থোক্লবদা হোংনরক্লি। চংখ্রো হায়বগা হৌনবা খঙনা ঈকাঈ-নুংশি য়াম্নানা চংখিদে। মসিনা করিগুম্বা মরাল ওইবা তারবদি দণ্ডি পীবগী অধিকার কনাগীবু লৈরবস্থু মাগীদি লৈতে। অমুকস্থু রাফম অমা নিংশিং-লক্লে, মতু তমথীরবা তাইবংপান অসিনি। মাইকৈ অদোমদা য়েংলুরবদি বিলাস অসিমক্না মতিক চাবদদি খাইদগী রাংনা উরি। মীরেম নরেন অদুগা চাংদয়নবদা মহাকপুদি করিগুম্বা মওংদস্থু থৌওইদবা য়াবা মীশক্লি হায়না লৌবা চন্নোই।

অদুবু মাগী নুংনবা ঙকচান্নবা মাইথোং য়েংবদা রাসবিহারী মপুক্লিং য়াম্না লাংওক্লরক্লে। হায়রকই, "অদু ওইববদি নুপীমচা— কা অসিদা মুকফু কলম লৈববা, মখাদগী পুহল্লকউ হায়যুরা?"

বিজয়ানা ঙক্লা য়েংলকই। হৌখ্রবগী তুকচ্চরবা লৈখোম-লৈনাংনা খল্লবা নিংশিং লাইখুমথক্তা মাগী রাখলগী থোঙদা তপ্না তপ্না কুপ্লবা জাল অমা কুপশিনবা হৌরমই, মশাদগী ওইজবা

থিবনা মমিং তাংলবা অসিগী হাথু হাথুবনা চুবিগী মশক লৌদুনা জালদু মিংকুপ্পা মতং মতং তংখিদুনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ময়েক লাকনখ্রে, অদুগা মথংগী মিংকুপ্পা বিজয়ামা তশেংনমক মৈয়ুংদা খুৎ থিংজিন্দুনা মীনুংশি খঙদনা হায়রকই, "ফরে, হংজরি খুড়া-ইবুংঙো, নহাক্কী রাখন্দা পাপ যনা চাউরবস্থু লুপ না নেংথদুনা থম্না য়াই অসিরা ?"

রাসবিহারীনা রাহংসিগী মনুংগী অথুপ্পা অর্থ খঙবা ঙমদদুনা হঙ্গাননা অস্মুম্না হায়রকই, "কবিগীনো, করিনীনো নুপীমচা ?"

বিজয়ানা খোঞ্জেল নিক্কনা লুম্না হাযবকই, "অদু নঙবদি ঐগী অদুক চাউবা পাপ অদু খুমজিল্লগা নখোযনা ঐবু লৌশিনবা পাম্লমখিগদ্রা ?"

রাসবিহারী ঈকাইবনা খোইরাং-খোইশাউনবক্রে। তৌযম খঙদবগুম হায়রকই, "মদুদি মীনম্না বানি। যনা তমথীবা য়েক্লবনা ফাওবা নহাকপু মদুম্না হায়বা ঙম্লোই নুপীমচা !"

বিজয়ানা হায়রকই, "য়েক্লবনদি ঙমদবা য়াই, অদুবু ঐনা হংজনিংই, বিলাসবাবুনা ঐবু থাজবা মিংযেংনা যেংবা ঙমখিগদ্রা ?"

রাসবিহারীনা হাযরকই, "থাজবা মিংয়েংনা য়েংবা ঙম্লোইদবা ? নহাকপু ? বিলাসনা ? ফবে।" হাযবগা খোঞ্জেল রাংনা কৌরকই, "বিলাস ! বিলাস !"

বিলাস মনাক্তা কদায়দনো ঙাইদুনা লৈবম্মাল্লে, কা মনুংদা চংলক্লুনা লেপ্লবে। রাসবিহারীনা হাযরকই, "তাও রা হায়গে বিলাস ! ঐগী নুপীমচা বিজয়ানা হায়রি, নঙনা মহাকপু থাজবা মিংয়েংনা যেংবা ঙমগদ্রা ? তাও অমুক্তা—"

অহুবু বিলাসনা খুদঙ্গা পাউখুম অমত্তা পীবা ঙমদ্রে-- রাহংহু ফাওবা মহাক খণ্ডবা ঙমদ্রে, অহুম য়েংহুনা লৈ।

বিজয়ানা হায়রকই, "নুমিং অহুদা খুড়া-ইবুংঙোখোয়গী য়ুমগী মীনাইশিংদা হংলগা ঐগী মাক্তা লাক্লগা হায়বিবৈ মহুদি, ঐ অহিং অথেংবা ফাওবা নরেনগা হরাও-মথোই কাহুনা লৈরবদস্মু পেন্দে ; মমৈথংদা মহাক ট্রেন ফংদ্রে হায়শিন্নহুনা অহিং অহু মফম 'সিদা লেক্লগা অয়ুক্তা হনখি। ফিভম অসিদা—"

রাক্ষমহু রাসবিহারীগী অরাংবা খোঞ্জেলনা নমহংখ্রে। মহাক্তা হন্না হন্না হাযরকই, "কৈদোউঙেদস্মু নত্তে ! কৈদোউঙেদস্মু ওইরোই। মহুদি ওইথোক্তবনি, মহু শাথীনা মীনম্বনি—মহুদি থাঙ্গৈশেংনা—" অসিমচিংবা অসিনচিংবা।

বিলাসকী মাইথোং মকশিনখ্রে। নহাক্তা হায়রকই, "ইদি তাদ্রি।"

রাসবিহারীনা লাউহুনা হায়রকই, "কমদৌনা তাগদগে বিলাস, মসিদি তমথীধবা নমথাক্লি ! মসিদি খাংঙয়রোইদবনি—অহুনা ঐনা চৌকিদার অহুবু—নহাকস্মু খওলিবহুনি, পরেশ কাযবা অঙং 'হুবু ঐনা কয়া কল্লবা চৈরাক পীখ্রিবা ! ঐনা—"

বিলাসনা হায়রকই, "পৃথিবীগী মী হুপ্না শাক্তি পীররবা অহু ওইরবস্মু থাজবা ঙম্রোই।"

বিজয়ানা খোঞ্জেল লুম্না হংলকই, "করিগী থাজরোইদৌরিব। মহু ঐগী ইরল-ইথুমগীদমক্তা নত্রা ?"

রাসবিহারীনা রাফম অসিগী মরিদা রা ঙাংবা হৌরকই, অহুবু মচানুপাগী মাইথোং উবদা খণ্ডহোদনা চপ লেপখ্রে।

বিলাসকী মমিং অনিমক ঈমুক ঙাংলক্লে ; অদুবু মাগী খোঙ্জেলদা ফিঙ্গৎপা নল্লগা পাখৎপা উত্তে। শুপ্নগী তপ্না ঈংলবা খোঙ্জেলনা পাউথুম পীবকই, "নত্তে। নহাক্কী লন-থুমদা মীহোৌবা মরিক অমত্তা লৈতে।"

কাদু পুমচিক চিকশ্রে, অদুগা অচিকপা মরক অদুদা হৌজিক্তা চপ মান্নবা পুম্নমক্কী মিত্তা থোৌদোক্তুগী ফজদবা অমোৎপশিংদু শং-শংনা উরক্লে। মসি কৈথেল মনুংদা লৈবা যোনবা মাইকৈ অনি মমল হুন্দোক হুঞ্জিন তৌনবদা ঈকাইবা, হঙ্গোইবা, ফজবা, হৌন-খঙবা চংবা ঙমদে—শুপ্নগী মী অনি মশা মশাগী ওইজববু খুৎপায় চেৎনা পায়নদুনা অমগা অমগা মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা চিংনবগুমই।

রাসবিহারীনা মাগী শক ওল্লবা চহি মতাংগী অতপ্পা চীংলেম্না থাদোক্তুনা অতোনবা মীগী মতৌগুম লাউ-খোংদুনা চরাং-চথকুখি, বিলাসকী রাঙাং অমদি মপুক ঈংবগী মাংদা মরালদু মশানা খঙলরে. বিজয়াস্থু থোইদোক্লা মশাগী ঈকাই-খঙদবা, থকসি-খাসি নাইদবা রাঙাংগীদমক থম্মোযদা ঈকাইবনা শিগদোরে। রাথোক ফনা লুবস্থু ওইসনু, কনাগুম্বী পুপীনা মশাবু কাউথোকচবমখৈ মশাগী মরমচৎপু খন্ন-নৈনবদা শরুক য়াদুনা নুপাশিংগা ঈকাই-হঙ্গোই' লৈতনা চিন্দা পাউদানবা ঙম্বা, মিৎকুপকী মনুংদা মসি ওইথোক্তবা থোৌদোক ওইনা খল্লকই। খল্লকই, যুম্নানবগী পুন্সিদা লৈরিবা ফজবা নিংথিবা খিবিক মদুনা মবম ওইদুনা হৈদোক্তুনা উযুল্লক্তা পুম্নচায় চাযখ'য়থ্রে।

কা অহুগী অচিকপন্থ থুগায়হুনা বিলাসমক্না অমুক রা ঙাংলকই। হায়রকই, "বিজয়া, যাবানা তৌনিংবদা তৌজসনু, ঐখোয়না মহাক্কপু খঙবা ঙম্‌্‌বসু ঙমদ্রহনু— অদুবু রাকম অসিদি ঐখোয়না করিগুম্বা মওংদস্থু ঙককম থোক্কে—ব্রাহ্মণী খুয়াখাদা থরায় কৎপ্রবা মক্না বৈদৌঙৈদস্থু অরানবা চংলবোই। ঐনা নঙোন্দা হায়বিবসিনি, নহাকপু নঙনা নহাক্কী নরল-নথুমদা ঐখোয় শম্না মকৈ অমা ফাওবা মীহৌদে।"

বিজয়ানা মাগী মকশিল্লবা মাইথোং অহুগা পাংঙমদ্রবা মিং অনি বিলাসকী মাইথোংদা ঙাইহাক থম্লগা হায়রকই, "অচুম্বরা হায়বিরিবহু ?"

বিলাসনা চংশিল্লগা বিজয়াগী খুং য়েং মাগী খুবামনুংনা থম্লগা হায়রকই, "ঐঙোন্দা করিগুম্বা অচুম্বা থর৷ লৈরবদি বিজয়া, ঙসি মহু ওইরবদি ঐনা মক্কী নথমদা অচুম্বা রা হায়রিবনি।"

মিংকুপমুক মবানি অহুম্না লেপ্লুনা লৈবগা বিজয়ানা তপ্না মখুং শঙোব্লগা টেবিল ময়াদা চংশিল্লগা বলম পায়খংগ্রে। মিংকুপ অমরোম অমুক্তং নিংজিং-মা জিংনরম্বা য়াই, ওইরমদবস্থু য়াই, অহুথু তশেংনা হেক্তা হায়বদি লুই—অহুবু থংনবা মিংকুপ্পা সহি তৌরগা রাসবিহারীদা পীহুনা হায়রকই, "অসি লৌবিবো।"

রাসবিহারীনা দলিলহু থুপচিল্লগা পকেটতা হাপচিল্লে, অহুগা বনমালী কায়নখিবগী পীরাং য়াম্না তহল্লে অমস্থং নিরাকার পরব্রহ্মগী থোজালগী মগুণ কয়া পল্লগা অহিং ওইরক্লে হায়হুনা খোঙশানখ্রে।

মপা চংগ্রবা তুংদা বিলাসনা হায়রকই, "ঐ খঙই, ঐবু নহাক্না হুংশিবিদে ; অহুবু অচম্বা মীগী মতৌগুম ঐস্মু করিগুম্বা হুংশিবহুবু পুম্নমক্কগী য়াংনা থাংগংলম্লবদি ঙসি চিংনবা লৈতনা হায়রমগদবনি— বিজয়া ! নঙনা হুংশিজরিবা মহাক অহুদা নয়ুম পাল্লু। ঐঙোন্দা শক্তি অহু, মীহুংশি অহু লৈ। বাবাগী মফমদগী পুন্সি চুপ্পসি ফত্তবা শিক্ষা ফংলকপা নত্তে।"

মিংকুপমুক তুম্মিন লৈরগা অঘুক হায়রকই, "অহুবু কাম্না ময়াই কাহুনা ফজববু থৌরাংবা অহুবু হুংশিবনি হায়না মীনা লাম্না লৌনৈ, মহু ব্রাহ্মগী পাথং লৈশাবীগী পান্দম্লা ? নত্তে, কৈদৌউদস্মু ওইরোই, মহু ওইথোকপা শুপয়া য়ারোই। মসিগী অথোইবা পান্দম অচুম্বা ! মুক্তি ! ঈশ্বরগী খুয়াথাদা আত্মা- সমর্পণ ! ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনি, নোংমা ঐঙোন্দগী অচুম্বা অসি নহাক খঙবা ঙম্লকনি। নরেন অসিনা ণাক্তিতৈঙ মতম অহুগী য়াশিংহু নিংশিংহুনা য়েংউদো বিজয়া !"

করিনো অমা হায়গদবগী বিজয়ানা মমাই নোনখংলকই, অহুবু মচিনবান নিক্লকপনা স্বর ফুনগংলক্লুনা য়া ঙাংবা ঙমদ্রে, মচিন্দগী রাহৈ অমত্তা থোরক্রে। মহাক শুপ্নগী মখুৎ মরাইবক্তা থাংগৎতুনা নমস্কার তৌরগা মনাক্তা লৈরিবা থোঙদা থুনা-য়াংনা চেনশিনখ্রে।

# কুনমঙা

শাথীনা চিংনবগী পনস্নুংদা বিজয়াগী থশ্মোয় কদায় য়ৌনা শোক্লবগে অমস্নুং ককঙাওনরবগে হায়বহ্নু অদোমগী মক্ষমদা মপূং ফানা ইন্থোক্লিমখৈদি মহ্নু চপ চানা খঙবা ঙম্মিরোই। ঙসি অয়ুক মিংকপ থোক্লকপদা খঙলে, মহাক মপুক্লিং য়াম্না ঙীংলে। মরমদি, মপুক্লিংদা চরাংনরম্বহ্নুগী মনিল ফাওবা থিবা ফংদ্রে। মপাল্লোমদা য়েংথোকউবদা মপুক্লিংদা খল্লকই, অতিয়া শিন-খুংনা ইঙেন-থাগী অয়ুক্কী মতৌগুম রাওথাংনবা লৈচিন্না পৃথিবীবু চেন্দুনা পুখিগদৌব-গুম্লমই। অসিগুম্বা নুমিংসি হৌগংপা হৌগত্তবা মঙোন্দা চপ মান্নবা থোকখ্রে. অহুগা অতোপ্পা নুমিংকী অয়ুক্তা মিংকপ থোকপা খবদং থেংখিবদা থস্মোয়-নুংদা ঈকাইবা পোকই—খল্লি, মতম য়াম্না মাংহল্লে, ঙসিদি মহ্নু খনবা ফাওবা থোক্রে। মাগী অসিগুম্বা থবক করি লৈবগে মহুদি, পুং অম-অনি ফমুংদা হিপ্পুনা লৈথোকপা য়ারোইদবা। য়ুমদা মীনাই-মীশল থম্না লৈ. অচৌবা জমিদারগী য়ৈথায়-থিনগায় লৈত্তনা চৎখরি, মহাক্কী হুংগী পুন্সিদা করিগুম্বা নুংঙাইথোক্লা অস্নুম্না ঈংনা লেনথোকপা মহুৎগী হেন্না অফবা করি লৈরিবগে? থোঙনাংলোমদা য়েংথোকখিবদা উরে, উ-রাগী অশংবা মচু ফাওবা ঙসি করিনো মওং অমা ওনখ্রে, মনাশিংহ্নু ফাওবা লেংদনা চীংলেম্না লে। খৎনা-চৈনবা, য়েৎনবা-থোৎনবা, শান্তি লৈতবা, উপদ্রব বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিগী কদায়দস্নু অমুক লৈত্রে—অহিং অমত্তগী মনুংদা পূর্ণমক মুনি-ঋষিগী তপোবন ওইখ্রে।

থম্মোয় লময়োনা চোকথববু শান্তিনি খন্দুনা বিজয়া পংথবগী মংতৌগুম অস্সুম্না অয়ুক্কস্সু ফনা কুইনা ফমুংদা হিপকুনা লৈথোক্কুনা লৈরম্মা যাই, অদুবু পরেশকী মমানা লাল্লগা থোঙজিল ময়াদা লেপ্লহুনা মাগী শান্তি থুগায়বরে। নুংতিগী যাহৌ ওনবা মীশক অদু অদুক থেংলবা ফাওবা হৌগংলক্তবা অদুদা মহাক্না মপুক্লিং রাহুনা হন্না হন্না কৌহুনা হৌদোল্লগা থোঙ হাংহল্লবতদা থাদোকপিরে।

মাই-মিৎ তারগা ফি হোংহুনা শেম-শারগা বিজয়া মখাদা কুমথরক্লি, মপান্দা রাসবিহারী মশামক্না ঙসি থবক শুবশিংদা থবক তাক্লম্বগী খোঞ্জেল তারকই। শুপ্লগী নুমিৎ নিনিদা ঙাইরে, অস্সুক খুরৌনরবস্সু য়ুমসি মোরামোত তৌহুনা পুমহন হনহলগদৌরিবনি !

বিজয়ানা ঙাইহাক্কী মমাংদা খল্লমই, হৌখিবা অহিংদা খনঙমদ্রবা রাফম লোইশিনখ্রে অমস্সুং খল্লুনিংঙাই অমুক লৈত্রে, ক্করিগুম্বা মরমগীস্সু কনানস্সু মদুবু লৈথোক-লৈশিন তৌবা ঙম্নবোই, মদুগী অচুম-অরান অফ-ফত্তা মহাক্না অমুক কৈদৌঙৈদস্সু য়েংলরোই। মদু ঈশ্বরগী নোংদমখোম্না য়াইফনবগীদমক্তা শিল্লিবনি, থাজবা অসিদা চিংনবগী মমি ফাওবা তাহল্লরোই ; অদুবু খঙহৌদনা উবা ফংলে, মদু ওইথোকপা নত্তে। রাসবিহারী মখাদা লৈরি, কুমথরবদি মাইয়োক্লনা উনগনি, মসি খল্লুবতদা মহাক মাইথোং মকশিন্না সিঁড়িদগী হল্লক্লে। ফনা কুইনা মাঙ্গোলদা হঙ্গং-হন্দা চংশনস্সু মতম লেনবা ঙমদ্রে, মতম অসিদা খঙহৌদনা

অঙাং ওইহ্রিবৈগী মরুপশিংগী না নিংশিংলক্লে। মখোয় বনাগম্ভু উম্নদবা য়াম্না কুইরে, চিঠিস্তু থানদ্রে. ঙসি মখোয়বু নিংশিংলক্নুনা মহাক চিঠি খরা ইগদবগী লাইরিক-শঙ কাদা চংলকই। মাগী থম্মোয়দা মৈচাক ক্ষয়া চায়খায়রক্লে। চিঠি ই-খোংতুনা মহু কাউথোক্নবা হোৎনক্লবম্না হায়ববু উনা উনা মহাক রাখলদা পুমলুপ লুপক্লে। কমদোনা মতম হৌখিবনো, পী কম্না য়াম্না শিন্থপ্রবগে, মহু করিমত্তা ভাব ওইরুদে। অসিগুম্বা মতম অসিদা পরেশকী মমানা খোংজিল ময়াদা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "মতম খেংজিল্লক্লে ইনাও-ইবেম্মা, চাবিখিবোইদ্রা ?"

ঘড়ি যেংলগা অমুক ইবদা পুক্লিং থিংজিন্নবা হোৎনরকই, পরেশ মমানা খোঞ্জেল পিক্না হায়রকই, "ইৈমা, ডাক্তরবাবু লাক্লেমি !" হায়ম্নবগা শৎ চংক্লে। ওক্লুনা বিজয়ানা মনাই লৈথোকখিবদা উরে, চুমদ্রিংনা মাঙ্গোলদা পরেশকী তুং ওইনা নরেন লাক্লি।

মসিগী মমাংদা মহাক কয়াবক মথক্তা কাবকপ্রবস্তু মনিং তৌনা অস্তুম্না পাউ পীরক্তনা কাখৎলকপা ঙমগনি হাযবা বিজয়ানা থাজবা ঙম্নমদে। মহাক্কী মাইথোং কাহৎলি. ফারবা মশম চোইজাইনৈ ; অহুবু মহাক্না ইমুংদা খোঙ থাংজিল্লকপগা হায়রকই, "নুমিৎ অহুদা শক খঙবা পাম্নিখিদবহু করিগীনো, হায়বিয়ুদনা ?" হায়বগা চৌকিদা ওেক ফমথররে। মতম অহুদা মাগী মাইথোংদা মাগী খোঞ্জেলদা, মাগী ফকচাং 'পুম্বদা থম্মোয় পুঙমদবা চোকথবা অস্তুম্না কোংদোকই মহুদি, বিজয়ানা পাউথুম বম্নি পীগনি, খাংঙমদবা মৈচাক্না পুমঙক ঙবহনক্লে। লাংতবুনা নুংনাংবনা

হৌগৎলগা হংলকই, "করি তৌরবগে নরেনবাবু ? করিগুম্বা অনা-অয়েক্তি তৌদেনা ?"

নরেন্না মঙক হাইরহনা হায়রকই, "নত্তে, মাবা ফরে। ইচম চম্না নারুবনি, অকনবা নত্তে, অদুবু মহৃদদা অস্থুক্কী মতিক শোম্থ-হল্লে মহৃদি, অসিগী মমাংনা লাকপা ঙমহৌদ্রে— অদুবু নুমিৎ অদুদা এৈনা করি লানগ্রবগ্রে, ঙসি হায়বিযুদনা ?"

পরেশ লেপতুনা লৈরি; বিজয়ানা মঙোন্দা হায়রকই, "নঙগী নমাদা থুনা চানবা খরা পুবকউ হায়রুচো পরেশ !" নরেন্দা হায়রকই, "অয়ুক্তগী করিস্থু চাবিদ্রিমাল্লেনে ?"

"চাদ্রি, অদুবু মদুগীদি এৈ খনবু খল্লুদে।"

"অদুবু এৈদি খল্লি।" হায়রগা বিজয়া মশামকস্থু পরেশকী মতুং ইন্দুনা মখাদা চংগ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক মশামক্না চানবা হাপ্লা পুখম অমদা শঙ্গোম অশাবা গিলাস অমা হাপ্পুনা পুরক্লে অমস্থুং রা-লাং ঙাংদনা অতিথিগী মাংদা থম্মরে। চাবদা মপুক্কিং চংলুবগা নরেন্না নোক্কুনা হায়রকই, "ইবেম্মা অঙকপা মী অমনি। অতোপ্পগী যুমদনা শক খঙবা ফাওবা পাম্বিদে, অদুগা মশাগী যুমদদি অস্থুক্কী মতিক খঙই, মহুস্থু অঙকপা থৌদোক অমনি। নুমিৎ অদুগী থৌওংহু উবদা খল্লমই, পাউ পীরুরবদি উম্নবা ফংদবা য়াই, অদুনা পাউ পীদনা পরেশকা লোয়নদুনা লাক্লগা ইবেম্মবু ফাররিবনি। হৌজিক্তি উরে মহৃদগী নাম্থোকপা ঙম্বিদ্রে।"

বিজয়া রা মচেৎ অমম্তা ঙাংদে। নরেন মশামকস্থু ঙাইহাক্তুং

তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "কম্না নাকুবা নত্তে, অদুবু অস্নুক থীনা শোন্থবা অসিদা ঐ ইশামকম্নু ঙকচরবনি। ইবেম্মগা থুনা অমুক উমনবগী আশা লৈরবদি ঙসি লাক্লমদবস্নু য়াই। লমশাং অসি লাকপদা ঐহাক তশেংনমক রাই।"

বিজয়া তুম্মিন্না অদুম লৈ, হায়রিবসি চপ চানা খঙলমদবস্নু য়াই। নরেন্না শঙ্গোম থকচিল্লগা পাত্রদু থম্নদুনা হায়বকই, "ঐহাক কলিকাতাগী থবক থাদোক্লে। ঐনা ঙসি হাথু হাথু লাক্লিবা অসিস্নু অচৌবা মরম অমগীনি।" হায়রগা পকেটতগী অঙাংবা মচুগী চিঠিগী চে অমা লৌথোরক্লগা হায়রকই, "ইবেম্মগী লুহোংবগী বাঙ্লোন-চে ঐ ফংজবে; অদুবু মদু মিংনা উবদি ফংলোইদৌরে। নুমিৎ অদুগী অয়ুমঙুদা ঐখোয়গী জাহাজ করাচি থাদোক্লুনা চংকনি।"

বিজয়ানা পাখংপগা লোয়ননা হংলকই, "করাচিদগী। কদায়দা চংপিগদৌরিবনো?"

নবেন্না হায়বকই, "সাউথ অফ্রিকাদা। নোংচুপ্রস্নু য়ানবা অমা লৈ হায়বা য়াই, অদুবু থবক তৌবা তববদি অচৌবা য়েংলগা তৌবনা ফৈ। ঐঙোন্দদি পঞ্জাবস্নু অদু মঙাই, কেপ-কোলোনিস্নু অদু মঙাই। কবি হায়বগে? ঐখোয় কৈদৌঙৈদস্নু অমুক উম্নরদবা য়াই।"

অকোনবগী রাহৈশিংসি বিজয়াগী মনাদা চংলমদবা য়াই। মহাক্না থোইদোক্না লাংতক্লনা রাহং অমগী মথদা রাহং অমা হংলকই, "নলিনিনা য়ারবরা? য়ারবস্নু অস্নুক থুনা চংপা হেক্রা

যাগদ্রা ? ঐদি থাজবা ঙনদে। মঙোন্দা পুন্নমক শেংনা তম্বিরব্রা ? অদুগা অদুক লাপ্না চৎপা মহাক্না কমদৌনা য়ারক্লিবনো ?"

নরেন্না মোমোন তৌনা হায়রকই, "ঙাইবিখো, ঙাইবিখো। হৌজিক যাওবা কনাদস্সু ব্রা পুন্নমক হায়দোক্লি হায়বা যাই, অদুবু—"

ব্রা অদু লোইশিনকল্লবা তপথবা ফাওবা বিজয়া থাংবা ঙমদ্রে। মহাক্না ময়াইদা থৎতুনা হায়রকই, "মদু করিগুম্বা মওংদস্সু ওইবা য়াবোই। নখোয়না ঐখোয়বু উপুগুম্বা বেডিংগুম্বা পোৎকুম খল্লি, যানিংলবস্সু য়ানিংদ্রবস্সু থৌরিনা পুন্দুনা গাডীদা থাঙ্গৎলগা পুদুনা চৎপা হেক্তা য়াগদ্রা ? মদু শুপয়া য়ারোই। মশানা য়াদনদি করিগুম্বা মওংদস্সু মহাকপু অদুক লাপ্না পুদুনা চৎপা ঙম্লোই।"

নরেন মাইথোং লাংশিনখ্রে। জ্ঞান মাংবগুম চপ যুংনা ঙাইহাক নৈরগা হবয়রকই, "ব্রাফমদু করিনো ঐঙোন্দা জ্ঞান তানা অমুক্তা হাযবিযু ? মসিদা লাক্লিদ্রৈঙেদা দয়াল বাবুগা উন্নরবই. মহাকস্সু ভাবদা খঙহৌদনা ইঙক ঙক্লমই, অসিগুম্বা য়ানিংদবা অমা উংলকই, ঐ ভাব তাদে। মী অস্সুক যাম্না নৈরিবা অসিগী মন্নুংদা নলিনীগী মতামত মতুং ইন্না ঐ চৎপা চৎতবা করিগী লেপকদৌবিবনো, অদুগা মহাক্না করিগী থিংগদগে—পুন্নমক অসি অস্সুম অস্সুম ফাগীগুম থোকই। ব্রাফমদু করিনো ঐঙোন্দা শেংনা হায়বিযু তাসি ?"

বিজয়ানা মিংযেং হোংদনা ঙাইহাক মাগী মাইথোংদা য়েংলগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মহাক্না লুহোংবগী ব্রাফম মঙোন্দা হৌদোকপিদ্রিবরা ?"

নরেন তশেংনা নোংথক্কী তারকপগুমখ্রে। হায়রকই, "নত্তে, কৈদৌঙৈদসু ওইরোই।"

বিজয়াগী মাইথোং থঙহৌদনা ঙাংলক্লে, অদুবু মিংকুপকী মনুংদা মশাবু ফাথজরগা হায়রকই, "রা হৌদোকপিখিদ্রবসু হৌদোকপিবনা চুমই। অদোমগী পুক্নিং-ইহুন্দি কনাগী মকমদসু লোংতে!"

নরেন্না ফনা কুইনা অশাবা মূর্ত্তিগুম ফজহুনা লৈরগা হায়রকই, "ফজদবা রাফমসি কনানা চেন্থোক্লিবনো, অদুতনি ঐনা খল্লিবা। মহাক্কুদি কৈদৌঙৈদসু ওইরোই, করিগীনো হায়বদা মহাক খঙলিবনি—মসি ওইথোক্কবনি, অদুবু—"

বিজয়ানা হায়রকই, "ওইথোক্লোইদৌরিবা করিগীনো?"

নরেন্না হায়রকই, "মহু তোক্লসি! অদুগা মরম অমনা অসিনি, ঐদি হিন্দুনি অদুগা মহাক্না ব্রাহ্ম-সমাজগীনি। অদুগী মথক্তা জাতিসু তীরদে।"

বিজয়ানা মকশিন্না হায়রকই, "জাত থায়বা য়াবিনিংবরা?"

নরেন্না হায়রকই, "করিগী য়াদনি। হিন্দু সমাজদা জাতিভেদ লৈ, অমগা অমগা লৌনবা য়াদে— মসি ইবেম্মদি য়াবিনিংদ্রা?"

বিজয়ানা হায়রকই, "য়ানিংই, অদুবু অফবনি হায়না য়ানিংবদি নত্তে। অদোম লাইরিক হৈবা মী ওইরগা মসিবু অফবনি খনবিবরা?"

নরেন নোক্লকই। হায়রকই, "ডাক্তরগী বুদ্ধিদি মহৌশানা

থরা মওং অমগী ওইগনি ; মরু ওইনা ঐগুম্না মাইক্রোস্কোপকী মমুংদা তীল-কাংগুম্না করিস্ নৈতবা পোঙা মতম লেনবশিংদদি। অহুনা মতাং অসিদদি ঐবু ঙাকপিরো।"

বিজয়ানা থওলে, নরেনা জাতি থায়রগী অক-অকুপী ৱাহংহু হৈ-শিংনা নৈথোকখ্রে, অহুনা নোক্লিংনা হায়রকই, "ফরে, জাতি তীরদবগী রা থম্বসি, অহুবু জাতি তীরবা অহুদস্ মুপ্রগী ধর্ম্ম খেন্নবগীদমক লুহোংবা ওইথোক্কে থনবিবরা ? অদোম্ব করম্বা হিন্দুনো ? অদোমদি জাত তারবনি। অদোমগী মরুমদস্ কমাগুম্বী ব্রাহ্ম কুমারীবু লুহোংবদা মতিক চাদে থনখিবরা ? অহুক চাউথোকপিরিবা করিগীদমক্তনো ? অহুগা মসিনা করিগুম্বা অশেংবা মত ওইরবদি রা অহু হান্নানা হায়বিহৌদ্রিবা করিগীনো ?"

অসি হায়না হায়না মহাক্কী মিং পীরাংনা থুমহংলক্লে, অমস্তুং মহু লোংমনবা মহাক মমাই নৈথোকখ্রে ; অহুবু নরেনগী মিংয়েংদগী মপুং ফানা নাস্থোকপা চমদ্রে। মহাক্না হাইফেং ঙক্না হায়রকই, "অহুবু হৌজিক হায়খিবা অহুদি ঐগী মত নত্তে !"

বিজয়ানা মমাই নৈশিল্লক্তনা ফাজিল্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অচুম্বনি মসি অদোমগী তশেংবা মতমক্তি।"

নরেনা হায়রকই, "নত্তে, ঐবু পরীক্ষা তৌবিরবদি থঙবিগনি, মসি ঐগী তশেংবা মত নত্তে, মীনম্বা মতস্ নত্তে। অহুদা নত্তনা নলিনীগী রা পন্দুনা ইবেম্মনা অরেম্বদা রাবিরিবা করিগীনো ? ঐ থওই, মাগী থম্মোয়গী লিচিং কদোমদনো ; অহুগা ঐস্ করিগীদমক্তনো পৃথিবীগী অতোপ্পা চিদায় তান্না চেল্লিবা,

মহু মহাকস্তু মুন্না খঙবনি। মরম অসিনা ঐনা চংপগীদমক্তা অরেম্বদা রাবিরুল্লু।"

বিজয়ানা নোংথাংমুক য়াংনা লৈশিল্লক্লুনা লেপ্লগা হায়রকই, "মহাক্তা য়াত্রবস্তু অদোম্না চংনিংবা মফমদা লেক্তা চংপা য়াগনি খনবিরনে ?"

নরেনগী খম্নোয়-মুং রাইহেশিংক্লুনা নোথাংগী মতৌগুম নিকক্লক্লে ; অদুবু মহুদা লোয়ন-লোযননা নিংযেংস্তু টেবিল মথক্তা তাম্বিবা অঙাংবা মচুগী নিমন্ত্রণ পত্রদুদা তাক্লে। মহাক্তা মিংকুপ অমরোম ভুম্মিন লৈরগা তপ্না তপ্না হাযবকই, "মচু চুমই, ঐদি ইবেম্মনা য়াদ্রবস্তু করিস্তু তৌবা ঙম্লোই, অদুবু ইবেম্মদি ঐগী বা পুম্নমক খঙবিরিবনি। ঐগী পুন্সিগী অপাম্নস্তু ইবেম্মনা খঙবিদা নত্তে। মীরৈবাক্তদি পামজবদু নোংমা থুংলবস্তু য়াই ; অদুবু লেন্দাক অসিদা অম্মুক চম্নদ্রনা লাইরু-চুদংনবা ঐ লৈরবস্তু লৈত্রবস্তু অমাং-অতোং করিস্তু লৈরোই। ঐ চংপদা খাম্মিগন্নু।"

বিজয়ানা মাইথোং লুক্তা ঙাইহাক চঙক্লনা লৈক্লরগা হায়রকই, "অদোম লাইরু-চুদংনবা নত্তে। অদোমগী পুম্নমক লৈ. পাম্মিরবদি লোইনমক অমুক হন্না লৌবিবা য়াই।"

নরেন্না হায়রকই, "পান্নগা ফংদবা য়াই, অদুবু ইবেম্মনা পীবিবা পাম্মিখি, মহু ঐ কাউজদ্রি, অদুগা মতম পুন্নমক্তা নিংশিং-লগনি ; অদুবু য়েংবিয়ু, লৌবগীস্তু অধিকার অমা লৈফম থোকই— অধিকার অদু ঐগী লৈত্তে।"

বিজয়ানা অদুম মক্ত লুকথনা খুম্নকই, "করিগী লৈত্তগনি লব ঐগী নত্তে, বাবাগীনি। অদু নংলমদ্রবদি মুমিং অদুদা

মাগী লৈরিবা সম্পত্তি পুম্নমক দাবি তৌবগী য়া ফাগী ওইনা ওইরবস্ু পনবা ঙম্গিরোই। ঐ ওইরবদি শ্বায়দা 'স্থম তোক্লোই। মহাক্না পীরম্লিবা পুম্নমক নমতুনা খুত্নম চনশিনগনি, মত্নগী মরিক অমা ফাওবা লেম্লা থাদোক্লোই।"

নরেন য়া অমত্তা ঙাংদে। বিজয়াস্থ অমুক করিস্থ হায়দনা মরু লুক্না তুম্মিন্না ফমতুনা লৈ। মিনিট অনিরোম তুম্মিন্না লেপ্লবা মতুংদা খঙহৌদনা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোরক্পগী মখোলদা বিজয়ানা মোনখংলকপদা উরে. নরেনগী মাইথোং 'পুম্বা করিনো শকওং অমা ওইরম্লে। মখোয় অনি মিং চানরুবমক্তদা নরেন্না খুদক্তা হায়রকই, "নলিনীদি মুম্না খঙই, অদুবু ঐদি থাজরুদে। ঐগুম্বা থৌরৈতবা মীরেমস্থ কনাগুম্বগী করিগুবা কান্নবা ওইরম্বা য়াই, মসি ঐনা ওইথোক্তবনি হায়দ্না নাকোইননা থম্লকপনি। অদুবু তশেংনমক খনঙমদ্রবা য়াথল অদু করিগুম্বা মহাক্না থল্লবদি শুপ্নগী অমুক্তং হুকুম তৌবিদ্রিবা করিগীনো? ঐহাক্না মাইকৈদগীদি মসিগী মঙ মঙলুবা ফাওবা অঙাওবা তাগনি বিজয়া!"

ঙসি অস্থুক কুইরবগী তুংদা মহাকী মচিন্দগী মশাগী মমিং তাবদা বিজয়া খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংখ্রে; মহাক্না মচিন্দা মফি ফিজি মেন্দুনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্লিংবা খাংলকই।

নরেন্না মতুংলোমদা খোঙথাংগী শউম ফংদুনা মমাই লৈথোকতুনা য়েংলকই. দয়াল ইমুংদা চংলক্লি।

দয়ালনা থোঙজিলদা লেপতুনা মিংকুপ অমরোম মবানিবু য়েংলকই; অদুগী তুংদা তপ্না তপ্না বিজয়াগী মনাক্তা চংশিল্লগা

মহাক্না ফম্লিবা সোফাগী মচিদা ফমথরগা মকোক্তা মখুৎনা নানবি-রহুনা খোঞ্জেল নুংশিনা কৌরকই, "নুপীমচা !"

মহাক লাকই হায়বা বিজয়া ভাব তাগ্রবনি, অমস্তুং মথরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা ঈকাইনিংঙাই ওইরবা কপনিংবহু খাংবা হোৎন-রকই; অহুবু খোঞ্জেল নুংশিনা কৌরকপগী ফলনা তশেংনা ওন্না তৈনহনগ্রে। কনানা খঙগনি লৈখিগ্রবা মপাংদুংবু নিংশিংলক্তুনা মপুক্লিং ফাথবা ঙমদ্রবরা করিনো—মহাক্না মিকুপ্তা অহল অহুগী মখুৎ অনিদা উপশিন্দুনা মতম্নাক্তা মমাই লোৎতুনা হিক হিক কপথোবক্লে।

দয়ালগী মমিত্তগী পী শিন্থরক্লে। সংসার অসিদা শুপ্নগী মহাক্তদি থম্মোয় ..ঙমদ্রবা মিৎকুপ অসিগী হৌবদগী লোইবা ফাওবগী ইতিহাস অহু খঙই। মকোক্তা মখুৎনা নানবি নানবি-রহুনা হায়রকই, "ঐগী ইরালতনা তমগীরবা অবানবসি ওইখ্রিবনি নুপীমচা—ঐতনা থুদোংথীবসি কৌশিগ্রক্রবনি। নলিনীগা ঙসায়মখৈ ঐহাক রাফম অসি ঙাংনরুই—মহাক্তি পুন্নমক খঙই, অহুবু কনানা খঙগনি নরেন্না মপুক্লিংদা নহাক্তবু—অহুবু অপাঙবা ঐনা পুন্নমক লান্না লৌহুনা নঙোন্দা ওন্ন-তৈননা পাউ পীহুনা অরাবা অসি ইখোঙ থোংনা কৌশিনখিবনি। হৌজিক করিগুম্বা উপায় অমা অমুক—"

ফক্লাং ঘড়িদা পুং অহুম য়ৈরক্লে। মখোয় অহুম্মক চপ য়ুংনা লৈ। মাগী তম্পাক্তা বিজয়াগী পুঙমদবা অরাবা ঈচেল অস্তুম অস্তুম ময়েং তারক্লে হায়বা খঙলে, ফনা কুইনা লৈরগা দয়ালনা তপ্না তপ্না মাগী মনঙ্গলদা খুৎনা নাল্লহুনা হায়রকই, "মসিগী অতোপ্পা উপায় অমা অমুক লৈররোইদ্রা নুপীমচা ?"

বিজয়ানা অহুম মমাই লোংতুনা থম্মোয় কায়বা খোঞ্জেলনা হায়রকই,"লৈত্রে—লৈত্রে, শিবা নত্তনা ঐগী লম্বী অমমুক লৈত্রে।"

দয়ালদা হায়রকই, "হায়হৈদে নুপীমচা অহুবু—"

বিজয়ানা পুক্লিংগী ঈহৌনা কল্লা মঙক হাইরহুনা হায়রকই, "নত্তে—নত্তে, মসিদা অমুক অহু-অদা অমত্তা লৈত্রে। ঐ হায়দোকখ্রে—হিংলিমথৈ মহু ঐ থুগায়বা ঙম্লোই। শিবা নত্রবদি ঐ—" হায়না হায়না মাগী খোঞ্জেল অমুক ফাজিল্লক্লে। দয়ালগী মচিন্দগীসু ৱাহৈ অমত্তা অমুক থোবক্লে। মহাক্না তুম্মিন্না তপ্না তপ্না বিজয়াগী শম্লাংদা খুৎশা থিংজিন্দুনা নাল্লকই।

পরেশসকী মমানা মপান্দগী মচানুপা থাজিল্লক্তুনা হায়হল্লরে, "আজ্ঞা-বেম্মা, পুং অহুম তারেমি!"

অসি তাবদা দয়াল থোইদোক্না তৌফম খঙলক্লে, অহুবু ঈরু-মাইথজবগা চাক চাকনবা থেমহুনা হন্না হন্না হাযরহুনা মাগী মখদাং পায়হুনা থাঙ্গৎনবা হোংনরকই।

পরেশনা অমুক হন্না হায়রকই, "আজ্ঞা-বেম্মা চাদবা অহুদা কনাসু চাবা ঙম্মদ্রে!"

মতমতুদা বিজয়া মপী তৈথোক্তুনা ফম্লে, অমসুং কনাদসু হন্না য়েংলমদনা হৌগংলগা তপ্না তপ্না থোকখ্রে।

দয়ালনা হায়রকই, "নবেন, নহাকসু কৌজিক ফাওবা চাদ্রি-থক্লিবা নত্রা?"

নরেন ৱাখল অমদা তাউনা করিনো খল্লি, মমাই নোনখৎলক্লগা হায়রকই, "চাদ্রি।"

"অদুদি ঐগা য়ুমদা চৎলসি।"

"লেংলসি।" হায়রগা হৌগংতুনা লেপ্লে, অদুগা দয়ালগা লোয়ননা ইমুংদগী থোকখ্রে।

## কুনতরুক

নুমিৎ অসিগী য়াচংবদা কুইদ্রবা লুহোংবগী থৌদোক্তা চংগদবা কয়ামরুম খন্নরবা তুংদা রাসবিহারী মপামচা চংখ্রে, বিজয়া মাগী লাইরিক শঙ কাদা চংলকপদা চঙক্লখ্রে। দয়াল অস্তুম্না নুংবংননা ফমদুনা লৈরমই মদুদি, মী লাকপগী শঙম ফাওবা ফংদে। মহাক লাকপা কয়া কুইরবগে, কয়া কুইরবগে ফম্লস্থনা, বিজয়া করি'মত্তা খঙদে; অদুবু মহাক্কী মওং-মতৌদু উবদা মাগী রাখল অদুদা অপনবা পীরুবা মহাক পাম্লক্রে, মহাক চংলকপা অদুগুম্না মনা-মনিল নাইদনা চংখ্রে। অদুবু পুং অমরোমগী মতুংদা হল্লকপদস্তু উরে, মহাক হান্নগুম্না অদুম ফমদুনা লৈরমই, মতম অদুদা তপ্না তপ্না চংশিন্দুনা লেপ্লরে।

দয়াল্না ঙক্লা হায়রকই, "নহাকপু ঙাইরম্লিবনি মুপীমচা।"

বিজয়ানা খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি কৌবিরক্লিবা করিগীনো?"

দয়ালনা হায়রকই, "নখোয় রা তাম্নরি হায়দুনা মরক থৎলদবনি। হয়েং অয়ুক ঐখোয়গী আদা চাক্কৌবগী নহাকপু বার্ত্তোন তৌবা লাক্লিবনি মুপীমচা। নত্তে মুপীমচা, নত্তে মদু য়াবা নত্তে

নুপীমচা। ঙস্মোই হায়দুনা থাদোরক্ত্রা চিংনদুনা লম্বী অম্মুক শাংন্না ইশামক লাক্লবনি ; অদুবু নুমিৎ য়ুংবগী নুংশাদা খোঙনা লাকপা য়ারোই হায়জহৌরিবসিনি ; দোলাই দোলাইরেং শিন্দুনা নহাকপু মতম চানা লৌরগনি।"

অহল অদুনা মথন্নায় য়াউবদুদা বিজয়াগী মমিগুা ঈশ্না চেল্লক্লে ; হায়রকই, "চিঠি অমগুং ইরগা থারক্লবসু ঐ ঙস্মোই হায়রজরম্লোই । কন্নিগী অবেম্বদা ইশামক্লা লাকপিরিবনো ?"

দয়ালনা হৌগৎতুনা চংশিল্লগা বিজয়াগী মথুং পায়দুনা হায়রকই. "কাউবা য়াবা নত্তে, হনুবদা লাকনি হায়থ্রবনিদো নুপীমচা। লাক্লবদি ঐ অমুক চেল্লকপগা তায়—কন্নিগুম্বা মওংদসু থাদোক্লোই।"

বিজয়ানা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "ফনি।"

অদুবু য়াম্না কন্না হায়জবা অসিদা মহাক পুক্লিংদা ঙক্লা থোকই। মসিগী মমাংদা মহাকপু বন্নিগুম্বা নুমিত্তসু চাক্লৌবা লৈখিদে, মহাকপু সন্ধ্যাদা চাক্লৌবগী মহুত্তা নুমিৎ য়ুংবদা চাক্লৌনবা শিনবা অমসুং মদুদা য়াননবগীদমক অম্ময়া হন্না হন্না হায়জবা অসিদা তশেংনা তরাই তরাইবা অমদি অচম্বা নত্তে হায়না মহাক্লা চিংনরকই। ঙসি নুংথিল ফাওবদসু মরম খঙদবা বার্জোনগী অরেপ্পা রাসি মাগী মপুক্লিংদা খল্লদে, মসিদা চিংননিংঙাই লৈতে ; অদুম ওইনমক মরক অসিদা চৎথোক-চৎসিনগী দোলাইগী শিনবা ফাওবা লোইশিনবদা মহাক্লা থৌওইদবা তৌদে।

পুক্লিংগী চিংনবা লোংশিন্দুনা বিজয়ানা নোকফেং তৌনা হংলকই, "মরম কন্নিগীনো হায়বদি তাক্লিনা ?"

দয়ালনা করিমজা চিংনবা লৈতনা পাউখুম পীরকই, "নঙ্গে মুপীমচা, মহুদি নঙোন্দা হায়না খঙহনবা ঙম্লোইদৌরি।"

বিজয়ানা হায়রকই, "মহু হায়বিদ্রবস্থু বার্ডোন তৌখিবশিংদি কনা কনানো?"

দয়ালনা হায়রকই, "নহাক্না ময়াম পুম্নমকপুদি খঙলরোই মুপীমচা। মখোয় ঐখোয়গী লৈকাইগী মরুপ-মপাংশিংনি। শক খঙগদবশিংগী মনুংদা অমনা রাসবিহারীনি অমনা নরেন্নি।"

দয়াল চংখিবা ফনা কুইরবা ফাওবা বিজয়া তুম্মিন্না ফমহুনা মহুগী মরম খঙনবা হোৎনবকই; অদুবু অদুক্কী মতিক খল্লিবমখৈ করিনো ফজবা চিংনবনা পুক্নিংগী চময়বা অস্থুম অস্থুম হেনগৎহল্লকই।

অদুবু মথংগী নুমিৎকী নুংথিল পুং অনিমথায় তারবা ফাওবা দোলাই থুংলদ্রে, বিজয়া শেম শাহুনা লৈবি, মতম অদুদা মাইকৈ অমদা ঙকপগী ঙমখৈ ন ইদগা অদুগুম মাইকৈ অমদনা মওং অমদা পোখাবগুম খল্লকই। পরেশকী মমাগা চৎমিন্নবগী রাফম অমা লৈ। হন্দক্কী অসিগা থারগা তবারক গুরমাল্লে মহাক চাক চাননবা বিজয়াদা তক্করব্রিবা, অদুগা হনুরবা দয়ালগী রাখল চোইরববা, অমস্থুং নিমন্ত্রণ তৌরম্বগী রাফাম ফাওবা কাউবম্লগদ্রা হংলকই। অদুম ওইনমক মী থাহুনা পাউ লৌহল্লুগদবস্থু বিজয়ানা চিংনজে। মরমদি কবিগুম্বা মরম অমদগী মহাক্না নিমন্ত্রণ তৌবগী রা কাউথোকখিরম্বা থোক্লবদি মহাকপু শাথীনা ঈকাইবা পীবা ওইনা থোকনি। অস্থুম্না ফিভম লুশিল্লরবা পল্লেপাযম খঙদ্রবা মপুক্নিংদা করি তৌগদগে

করিমত্তা লেপ্পা ঙম্নক্রবা তাঙ্গা অসিমক্তদা পরেশনা নুংশাথিবেং থবেং হোম্না চেল্লক্লগা দোলাই পুরক্লে হায়না তম্নরে।

বিজয়ানা যাত্রা তৌবা মতম অহু নুমিদাঙ্বাইরম ওইশিল্লক্লে। থবক শুবশিং পাম্নবদা থৌ চিল্লবা রাসবিহারীনা হাথু হাথু দোলাই মনাক্তা চংশিল্লক্লগা নোক্তুনা হায়রমই, "দয়ালনা হন্দক অস্থুম্না চাক্কৌবগী ময়াইদা ঙাওরক্লিবা করিগীনো মতুদি খঙদে। সন্ধ্যা মতুংদা ঐস্তু চংপা তারি, য়াম্না কন্না হায়রমই; অহুবু দোলাই থারকপদা থেংলবদি ঐ লাকপা ঙম্লোই খরা হায়য়ু নুপীমচা।"

দয়ালগী য়ুমগী থোঙজাও মথক্তা হৈনৌমনা পরেং লেংহুনা থেংলমই, নাক-য়েক্তা ঈশিং থম্না য়াউবা পাত্র থনমই—বিজয়া চঙক্লগ্রে। মন্নুংদা খোঙ থাজিনবমক্তদা— দয়াল লৈকাইগী ভদ্রলোক খরগা রারী শাহুনা লৈরমই. চেম্প্লোরক্লগা নুপীমচা হায়হুনা মাগী মথুং পায়ররে।

সিঁড়ি কানা কানা বিজয়ানা রারৌনা ওইনহুনা হায়রকই, "লাখনা শিগদোরে, মসিবু অয়ুক্কী চাক্কৌবা হায়বহুরা ?"

দয়ালনা খোঙ্গেল নুংশিনা হায়রকই,"ঙসিদি মখোয় চাবা য়াদে নুপীমচা। নরেনদি চৈহুপ তাবগুম হিপতুনা লৈ। ঙসি নোংমদি মরু ওইনা কানা ভট্টাচার্য্য মহাশয়গী শাসন ইন্না চংপা তারে।"

অনিশুবা মরোলগী কাজাওদা লুহোংবগী হৌনবী লাংহুনা লৈরমই। পূম্নমক অসি করিনো মুন্না খঙদ্রবস্থু বিজয়াগী থম্মোয় লকানুং নিক্লক্লে--মহাক্লা মচিল থোক্লা হংনবগী থৌনা ফাওবা লৈখিদ্রে।

দয়ালনা থোইদাক্লা চম্না খঙহন্দুনা হায়রকই, "সন্ধ্যা মতুংদা পুংফম লৈ। ঙসি নহাক লুহোংগদৌরিবনিনে বিজয়া। লাইবক ফবদগী পুংফম-নুংফম পূম্নমক ফংলে, ফংব্রবস্তু ঙসিমক হোংবিবগদবনি, করিগুম্বা মওংদস্তু লৈথোকপা যাবা নত্রবনি। মদু ওইজরসন্থু, পূম্নমক মওং চানা ফংলে। অদুনা কমলা ভট্টাচার্য্য মহাশয়না নোক্তুনা হায়, মসি নথোযগীদমক্তা। অথন্ননা পাঙ্জিকাদা ঙসিগী নুমিৎ অসি শেম্লম্বগুম্বনি।"

বিজয়াগী মাইথোং কাহংখ্রে। হায়রকই, "ঐবু হিন্দগী মওংদা লুহোংবিগদৌবিবনা?"

দয়ালনা হায়রকই "হিন্দুগী মওংদা লুহোংবদি লুহোংবা নঙববনে নুপীমচা? অদুবু সম্প্রদায়গী মতমা মীওইববু অস্তুকী মতিক পঙথহল্লে মতুদি, ঙবং চপ্পা খল্লবা যাওবদস্তু করিস্তু লৈতবা বাফম অসিগী অচুম-অবান থিবা ফদে, নলিনীমা ঐঙ্খাকপু মিংবুপ অমওদা ঙাম্ব তাহল্লি। মনা হায়, 'মামা, মপানা মাপু মথওা শিনবন্নবা মীশক অদুদা থাজবিখ্রে, অদু নংবদি ব্রাহ্ম-সমাজগী মংদা লুহোংবগী লৌনমদা মতিক চাদবা মীশনা দান তৌরবা, অদু ওইরবদি অধর্ম্মগী ঙমখৈ লৈরবোই। ওগা থম্মোযগা থম্মোযগা তীনবনা অচুম্বা লুহোংবনি। অদু নত্রবদি লুহোংবগী মন্ত্র কৈবোলদা নঙ্গা স হত্তা ওইসনু বাম্মণনা নত্রগা আচার্য্যনা শোননবু, মতুদা অমাং-অতোং কবি লৈগদগে মামা।'

অদুবু অকবা রাযমদু তশেংনা তক্কু তকখি বিজযা। "হ্রি-দা হায়ই জে, ভগবান! নঙদি খঙদবা কস্তু লৈতে! মথোযবু ঐনা করিগুম্বা মওংদস্তু লুহোংবিদবদি নঙগী নক্কমুদা দোষ লশিঙ্গবা ঙহইগনি হাযবা তশেংনা খঙবে! অদুম ওইনমক ঐনা হাযরমই,

"অহুবু রা অমদি লৈরিনে নলিনী ! বিজয়ানা মখোয়দা অয়াবা পীথোকত্রবনি ! মখোয়দি মহুগী মতুং ইন্না চিংনদনা লৈরি। সত্য অসি কমদোনা কায়হনগদগে ?

"নলিনীনা হায়রকই, 'মামানা খঙলিবহুনি বিজয়াগী থক্তোয়নুংনদি বেদোইঙেদস্নু অয়াবা পীদে। মহুদগী হেনবা অচুম্বা রাকম অমমুক লৈরিবরা ? মাগী চিনবাম্থোংগী রাহৈনা চাংদমবদা হেল্লগদ্রা ?'

"ঐনা ঙক্কুনা হায়, 'নঙনা পূম্নমক অসি কমদোনা খঙলিবনো নুপীমচা ?'

"নলিনীনা হায়রকই, 'ঐ নরেনবাবুগী মফমদগী খঙবনি। মহাক্না হায, অচুম্বগী লৈফমদি থম্মোয়নি, চিবান্দা নত্তে। চিবাম্থোংদা হায়দোকপ্রে হায়হুনা মহুতনা অচুম্বা ওইবা থক য়ারোই। অহুম ওইনমক মহুতবু পূম্নমক্কগী মাংজিল থাহন্নবা অমদি রাংনা থাংগৎহনবা হোৎনরিবা মখোয অহু অচুম্ববু নুংশিজে হায়হুনা হায়বা নত্তে, মখোয়না অচুম্বা ঙাংবা শাবা অহুতবু পামজবনি।' "

ঙাইহাক্কুং তুম্মিন্না লৈরগা দয়ালনা হায়রকই, "নহাক্না নরেনবু খঙবা ঙমদ্রমাল্লে নুপীমচা ; মহাক্না কয়াগী মতিক নুংশিজবা, মহু তশেংনা মুন্না খঙদ্রমাল্লে। মহাক্তি অসিগুম্বা অঙাংনি মহুদি, অরানবা পোৎলুম নহাকী কোকথক্তা থোংগৎলগা নহাকপু লৌশিনবা করিগুম্বা মওংদস্নু পামদে। অমুক্তং হৌবদগী লোইবা ফাওবা মাগী থবকশিংহু খন্থহুনা য়েংউদো বিজয়া।"

বিজয়া করিমত্তা হায়দে ! ভুম্মিন্না মরু লুকথহুনা যুম্বীগী মতৌগুম লেপ্তুনা লৈ ।

নলিনী ইমুংগী থবক্তা মথৌ চিল্লি। পাউ কংহুনা চেম্ফোরক্লগা বিজয়াবু কোল্লরে। মনাকোংদা ভুম্মিন্না হায়রকই, 'নহাকপু ফিজেৎ-লৈতেংবগী থৌদাং ভসি নরেনবাবুনা ঐঙোন্দা শিন্নরে। চংলসি।" হায়রগা মহাকপু মওং অমদা চিংহুনা পুপ্রে।

পুং অনিবোমগী মতুংদা মহাকপু লৈ অমস্থুং চন্দন্না লৈতেং-লগা নলিনীনা কন্যাগী ফম্ফমদা ফমহল্লগা মায়োক্লবিবা থোঙজাও হাংদোকপমক্তদা বিজয়াগী ঈকাইথীগল্লবী মাইথোংদা খাগী অঙৈংবা নুংশিংকা লোয়ননা অতিয়াগী মঙালনা মতম অমত্তদা মাগী নোঙ্গাগ্রবা মমা-মপাগী আশীর্ব্বাদকী মতৌগুম য়ৈবরে।

দান পীননবা ফল্লরিবী নুপী অহু লাপ্পরবা মরিগী মনে থোকই। মমিং নামা তাংবা কানা ভট্টাচার্য্য মহাশয়না মন্ত্র শোনগদবগী কল্লবদা পুরোল অনি-অহুমগী মমাংদগী মথোয়না জমিদাব ইমুংগী শাগৈগী পুরোহিত ওইরকই হায়না মহাক্লা দাবী তৌরকই।

লুহোংবা লোইরে— বর-কন্যা হৌগংক্কদবগী তৌবি, অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা রাসবিহারী লুহোংফমদা থুংলরে। দয়ালনা হৌগংলগা ঈকাই-খুম্নবা উংতুনা থাগং-রাহৈ হায়রকই, "লেংশিন-বিরকউ ভাই, লেংশিনবিরকউ। ৺যবা কর্ম্ম অশোয়-অঙাম য়াউদনা পাংথোকচরে—ভসিগী নুমিং অসিদি পুক্নিংদা করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমত্তা থমগন্নু মরূপ— মখোয়বু নহাক্লা আশীর্ব্বাদ তৌবিয।"

রাসবিহারীনা ঙাইহাক নুংবংননা লৈরগা তপ্না হায়রকই, "লুহোংবা মমৈথংদা হিন্দুগী মওংমতুদা হোংবিরবরা দয়াল ? ঐঙোন্দা থজিক্তং হৃৎলম্লবদি মসিগী দরকার লৈরম্লোইদবনি।"

দয়ালনা হাইফেং তোকম ইঙদনা লৈরগা হায়রকই, "লুহোংবা থুদিংমক অমত্তনি ভাই।"

রাসবিহারীনা খোঙ্জেল কন্না হায়রকই, "নত্তে, অদুবু বনমালীগী মচানুপীনা মাগী মপাবু থঙ্গংদগী পুন্সিগী ওইনা তান্থোকখিবগী অরাবদু শুপথেং য়েংখিদ্রববা ?"

নলিনী মনাক্তা লেপ্লি—মহাক্না হায়রকই, "মাগী মচানুপীনা মপাবুংগী অচম্বা য়াথংদুমক ঙাক্লবনি, অদুগা খন্নবা মতম লৈখিদে। অদোমস্ বনমালী বাবুগী অশেংবা অপাম্বদু থঙবিরিবনি। মতুংদদি অশোয়-অঙাম য়াউদ্রে।"

হায়নি হায়রোই খঙদবী নুপীমচাদুদা তথাবা মিং 'মা নেংলগা রাসবিহারীনা "হুঁ" অস্তুমতা হায়রকই, অদুগা চংখিগদবগা তোবকই—নলিনীনা খোঙ্জেল শেমদুনা হায়রকই, "বাঃ—হুঃ হৃৎ, ইমুংদগী পাক হেক্তা চৎপা যাগনি মিংবিবরা ? মহু য়ারোই, থবা চাবিখিগদবনি। ঐনা মামাদা হায়জগা য়াম্না রানা হোৎনদুনা নিমন্ত্রণ তৌজখিবনি।"

রাসবিহারী য়া ঙাংখিদ্রে, মমিং ঈ কানা অমুক্তং মনা মঙোন্দা য়েংলগা তপ্না তুম্না মপান্দা থোকখ্রে।




লোইরবা